# Lambisina Loishinlakpada

(Written by Binapani Thokchom)

Published by : **Bina Films**
**Imphal - 795 001**

**Price** : **Rs. 95/- (ninety five only)**
**Rs. 150/- (one hundred and fifty only) for hard cover**

First Edition : 2009

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পণ্ডজরবী
চনুরাশিংগী মফমদা

# ৱাহৈ খরদং

করিগীদমক পুন্সি ৱারী ইনিংলিবনো হায়না করিগুম্বা মতমদা মীনা হংবা রাহংগুম্না ইতোমতা হংবসু য়াওই। মরমদি পোকপা অমসুং হিংবা অরোয়বদা শিবা হায়বসিনা পুন্নমক্কী চপ মান্নরবা মচৎ অমা ওইরি। অদুদি পুন্নমক মান্নরব্রা ? চপ মান্নরমদ্রে। মান্নবা মান্নদবা তোঙান তোঙানবা মচৎ মওং কয়ানা চপ মান্ননা হিংবা মীওইবদা অণুক-অথোম শান্নরম্মী। চহি লিশিং লিশিং হৌখ্রবা মতমদগী হৌরগা মী হায়বা জাৎ অসি অদুম লৈরিবনি। অসুম অসুম হেনগৎলক্লিবা মীশিং অসিগা অশিবগা লালগী লাম্বা থেংনদুনা অদুম চৎলি। পোকপা অমদি শিবা অনি অসিগী মরক্তা য়াম্না কন্না মকা ফোংদনা লানথেংনরি। মসি ইংরোজি ৱাহৈদা *কোলন্ড বার* কা হায়বা বাহৈ অদুমক্নি। মপোকসিদা অশিবনা মীওইববু করিদা শোয়রিবগে হায়দুনা অচেংবা য়েংদুনতা মরে। মীওইবশু হুনবদি নত্তে। অশিবদগী নাম্থোক্লবা অতৎ অখম লৈতনা হোৎনরি। মসিদনি হিংবগী ৱারীসি মান্নবা মাল্লগা মীপুম খুদিংমক অমগা অমগা অমত্তা মান্নরমদ্রে হায়রিবসি।

অনিশুবদা মীওইনা পোক্লিবা পুন্সিদা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি মতেক অসিনা খ্বাইদগী তরু তরুবা নিংশিংনিংঙাই ওইরবা ফজবা তাক্কক অমা মীপুম খুদিংমক্কী ওইরি। মরমদি মসিদা শকউদবা ঈশ্বরগী বর অমদি নৈহৎপিবগী মওং কয়া লেপ্তুনা উবা ফংই। ঐনা অহানবা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি খোঙচৎ অসি ইমান ইমান মান্নব্রা হায়না খল্লুবদু অরানবা ওইরম্লে। ৱাকচিংগী উন্না হৈথরবদা নুংশাগী মঙাল শরুক মচেৎ অমতং ফংদনা করম্না অনৌবা ময়োলশিংনা হিংজবা ঙমগনি। নোংদম্বা কৌবা ঈশ্বরনা মমা মপা লৌশিনবিখ্রবদা করম্না অঙাং ওইবগী পুন্সি চপ মান্নবা য়াগনি। অদুবু মসি মায় হায়দুনশু হিংবা অমদি হিংননবগীদমক কনানো অমা নৎত্রগা করিনো অমা হেক্তা লাকই। মসিসু অঙকপা অমনি। প্রমান ওইনা হায়রবদা *"তাকয়েন খোংবান্দা অঙাং অমা তারমই। কনানো নুপি অমনা য়োকচগে হায়না খুনগৎখি"*। অসিগুম্বা থৌদোক থোক্তবা নত্তে। তৎতনা অদুম থোক্লুনা লৈরি। মরমদি করিগীনো

হায়ববু মীনা মীবু খঙই। তাঙলবা মপোক্লি মহৈ য়ানবা য়াওই, য়ানদবশু য়াওই। অসিগুম্বা মপোকশিং অসি অমুক ঐগী পুন্সিগা মওং তোঙানলি।

ঐগী ইমিং বীনাপাণী হায়বসিগী মতাংদা ঐনা চহি তরা তরামাথোই শুরকপা মতম অদুদা খনবা হৌখি। মরমদি মতম অদুদা হায়বদি কুম ১৯৫৯-৬০ গী মতম অদুদা সরস্বতি পুজা স্কুল খুদিংমক্তা য়াম্না চাওনা পাঙথোক্লরম্মী। লৈগী দোলাইদা বীনাপাণী লাইরেম্বী সরস্বতিগী অয়েকপা নৎত্রগা লৈপাক্লা শাবা, অশংবা মচুগী শাড়ী শেৎপী ইমা মহৈগী লাইরেম্বী অসিবু পুদুনা ছাত্র ময়াম্না প্রোসেসন চৎলি। মনম নুংশিরবা ধুপ বর্তিনা কোয়শিল্লবা লৈগী দোলাইদা ইমা মহৈগী লাইরেম্বীগী মতিক-মগুণবু নিংথিনা শক শোন্দুনা চৎনৈ, মহাকপু লাৎচৈ। অদুগী মতুংদা নুমিৎ চুপ্পা অমা কলচরেল প্রোগ্রাম, জগোই ঈশৈ, শৈরেং থিবা ফজবা তান্নবা, মদুদা মকোক মথং তাবশিংদা প্রাইজ য়েম্থোকপা অসিনচিংবা থৌরম কয়া পাংথোকখি। নুমিৎ অসিদা ছাত্রশিংনা অমদি ওঝশিংনা *'বীনাপাণীগী জয়, মহৈগী লাইরেম্বী ইমাগী জয়, সরস্বতিগী জয়'* হায়দুনা লাওই।

থৌরম লোয়রবা মতুংদা ইমান্নবীশিংনা *বীনাপাণীগী জয়* হায়দুনা ঐঙোন্দা হেক হেক লক্লে। নুপী ইমান্নবীশিংনা লক্লবদি ঐ কৈশু থৌশাদে। নুপামচাশিংনা লক্লবা তাবদদি ঐনা শাওদুনা মখোয়দা শাওনা য়েঙখি। ঐনা অদুম্না তৌরগা মখোয়নশু লক্লবা হেনগৎলকখি। মিং অসি কনানা কমদৌনা থোনখিবনো হায়না ঐনা নোংমদি ইমাদা হংই। ইমানা হায়, নচেম্মা অহল ডা. শৈতাবতি না মহৈ তম্বা ধাকাদা চহি মরি লৈখি। মতম অদুদা সাউথ ইন্দিয়াদগী মমান্নবী বীনাপাণী কৌবী অমগা য়াম্না লুনা তিন্নৈ। মহাক মবুক মপাও য়াম্না ফৈ, লাইরিকশু য়াম্না হৈ, মশকশু ফজৈ হায়। ইচেম্মা ইবেম্মনা ডাক্তর পাস তৌরগা থোক্লকপদা ঐহাক চুরাচান্দপুড়দা পোকলে হায়বা তাবদা মিং করি থোনগনি হায়বা ফাওবা খঙদনা ফম্না কুইনা লৈরবা মতুংদা মহাক্লা বীনাপাণী কৌরসি হায়দুনা থোনখিবনি হায়। ঐ অদুম নুঙাইখি। কায়নথংদা নুপী মচা পুঙ্কক ওইরকপদা ঐখোয় ময়াম ওন্সিন্নদুনা ৱারী ৱাতায় তৌনবদা মীদা লাইগী মমিং থোনবা, লৈগী মমিং থোনবা ফত্তে, মমৈদা ৱাগল্লি হায়নরকই। ঐঙোন্দা দং লাওনা পানখি। ঐবু য়াম্না ৱাগদৌরিজাৎলা খনখি। অঙাং ওইরিঙৈদদি অহল-লমন্না হায়নবা ৱা খত্তোকপা ঙমদে, হেক্তা পাখৎখি। মসিদি অঙকপনি মনুং হুৎতুনা চংখিবা জাৎনি। চাওরক্লবা মতমদদি লোয়নমক নৎত্রবশু

অয়াম্বা থাদোকখ্রে। ইশাগী চহি কুনগী মতুং তাবা পুন্সিদি অচুম্বা অমত্তা য়াওদ্রবা ময়াগী পুন্সি মরেন্নি।

অসিগুম্বা পুন্সিগী থৌদোক রাথোক কয়া অসি ইথন্তা হেক হেক নিংসিংলকখি। অদুবু অসুন্না ইথোক্কে হায়নদি খনখিদে। নোংমা ইরৈবাক পাউচেগী ইদিটরদা আর্টিকল অমথক ফোংবিনবা হায়রুই। মদুসু হরাওনা অদুম ফোংবিরকই। মদুদা নত্তনা মখা তানা নুমিৎ অমা কন্দুনা ইর্বিনবশু হায়বিরকখি। মতম খরদি তোঙান তোঙানবা হিরমদা. ঐনা লম সিক্কিমদা কোয়রুবগী রারীনচিংবা ইরম্মী। মদুদগীদি খঙহৌদনা ঐগী অঙাং ওইরিঙৈদা পাবুং অমদি ইমাগা লোয়নদুনা লোইজিং-লোয়াদা লেল্লকখিবগী থৌদোক কয়া অদু ইগে খল্লকখি। মখা তারকপদদি হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোকশিং নিংশিংবা মখে পরেং শানা ইরগে খল্লে। মমিংশু থোল্লে 'লম্বীশিনা লোয়শিনলকপদা'।

মতমগী মতুং ইন্না রারীশে লোইশিনখ্রে। কোন্নথংদা খল্লকখি, ইখিবা ফোংখিবা ময়াম অদু পুল্লপ পুন্সিন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লসিরা, কুইরে ঐগী লাইরিক ফোংখিদবা। মতৌ অসুন্না ইরৈবাক তা ফোংখিবা ময়াম অদু পুন্না শাজিল্লগা মপুম ওইনা য়েঙনবগী খুদোংচাবা ইরৈবাক্কী মাইকৈদগী পীবিরকখি। লোয়ননা লাইরিক অসি শু লময়ানবা প্রিন্টরদা নম্বগী খুদোংচাবশু ফংখি। মদুদগী নৌহৌনা লৌথোকপা যাবা লৌথোকপা হাপচিন্নিংবা কয়াসু হাপচিনজরগা লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনজবনি। মসি পূন্নমক অসিগী ক্রেদিট তি মনিপুরী পাউচে ইরৈবাক কী ইদিটর, ইরেংবম অরুন অমদি মহাক্কী ষ্টাফতা পীজনিংই। লোয়ননা খবর অসিগী মেনেজমেন্ট কম্মিটিবুশু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। অশোয় অঙাম য়েংশিনবিবদা মতেং চাওনা পাংবিখিবা ইরৈবাক খবরগী এসিষ্টেন্ট ইদিটর (ফিচর) ডা লাইশ্রম ইমোবা বুশু থাগৎচৈ। লোয়ননা লময়ানবা প্রিন্টরস কী মেনেজর শ্রীতাওরেম মঙ্গি অমদি মহাক্কী কাংবুবুশু মতম চানা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মায়পুননা হোৎনবিখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

অইবী

# হায়নিংবা খরা

শ্রীমতি থৌকচোম বিনাপাণী ইবা পামজবীনি। মহাক ৱারী মচা, রেডিও প্লে, বাইওগ্রাফি, ফিল্ম স্ক্রিপ্টনচিংবা ইখ্রে, ফোংখ্রে। মানা ইবা ৱারী মচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক 'অশংবা শারী' হায়বসি মনিপুর সরকারনা শিনবা অনিশুবা চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, কুম ১৯৮১ দা ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংখি। মথং চহি ১৯৮২ দশু মহাক্কী অপোকপা ডাক্তর থোকচোম গোবর্ধন সিংহগী পুন্সি ৱারী (বাইওগ্রাফি) 'অহানবা ডাক্তর' হায়বসিদা অমুক্কশু খ্বাইদগী ফবা অঙাংগী লাইরিক্কী মনা ফংখি। মহাক্না ইবা রেডিও ড্রামা 'লৈমন চল্লবী' হায়বা অসিমশু কুম ১৯৮৭/৮৮ গী অকাসবানি এৱার্ড ফংখি। হৌজিকশু মহাক ইরি।

বিনাপাণী মনিপুরী খুন্নাই অসিগী অচিক-অশা মরক অসিদা লৈচুরক্লবী অমনি। মরম অসিনা মহাক্না ইথোরকপা অয়াম্বদা মনিপুরী খুন্নাই অসিদা নুপী ওইবীশিংনা থেংনরিবা নুং-পানগী ওইবা অৱা-নুংঙাই কয়াবু লৌথুপ লৌকোই লৈত্তনা ইচম-চম্না ফোংদোকই। থোইদোক্লা লৈশি-লৈথোন্দুনা শিংথাবদগীদি অশেংবা অচুম্বা অদু তবু ময়েক শেংনা থম্না হোৎনবদা হকচিন্না মিৎয়েং থম্মী হায়বসি মাগী খুৎইশিং অসি পারুরগা অপাবশিংনা শোয়দনা খঙগনি। অসিগুম্বী ইবদা থৱায় য়াওবী অসিনা মনিপুরী পাউচে 'ইরৈবাক' না ফোংবা হৌরকপা কুইদ্রিঙৈদা মতম মতমগী ওইবা মনিপুরী নুপীশিংনা থেংনরিবা ৱারু-নুংলুশিং, খুন্নাইসিদা নুপী ওইবীশিংনা লৌরিবা থৌদাংনচিংবগী মতাংদা মরক মরক্তা ইরম্মী। ইন্দিয়াগী অৱাং-নোংপোক ষ্টেট খরদা মনিপুরী অইবশিংগা চৎমিন্নরুবগী পাউদমশু ইরক্তুনা ফোংখ্রে। মসিগী মথক্তা মশানা মশাগী পুন্সিৱারী (ওটোবাইওগ্রাফি) অমা পরিং নাইনা ইদুনা ফোংলকখি। মদু চাওরাক্লা লোইশিনবগী ফিভমদা থমখিবা কুইরবনি।

হন্দক্তা অদুগুম্বা পাউচেদা ফোংখিবা মাগী পুন্সি ৱারীশিং অদু পুল্লপ তাশিল্লগা লৌথোকপা য়াবা লৌথোক্তুনা, হাপচিনবা য়াবা হাপচিন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোংলনি হায়দুনা হোৎনরকপসিমক্তি তশেংনা থাগৎচনিংই। মনিপুরদা নুপীনা মশাগী পুন্সি ৱারী ইথোক্তুনা ফোংবা হায়বসি তশেংনা তাংই। মসিমক্তনা মখল অসিগী লাইরিক অমা মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হেনগৎলবনি হায়না

লৌই। অতোপ্পা ৱাফম অমনা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী নুপীশিংবু কনাগুম্বশিংনা মপুক্তা ৱা লোৎশিনবা হৈতবী ওইনা ঙাংনবা য়াওই। কনাগুম্বনা অমুক মখোয়না হায়দোক্লরোই খনখ্রবা ৱাদি কনাদশু হায়দোক্তবা ঙম্মী হায়নৈ। তৌবশু মনিপুরগী য়ুম্বানলবী নুপী অয়াম্বনা ইমুং-মনুংগী লৈত-লাইর, মচা অমদি মপুরোইবগী ফত্তবা ৱা কনাদশু তমথোক্লগন্দে লোৎশিন্নে। চান্দ-লৈত্তবগী মতাংশিমদি মচাশিংদা ফাওবা খঙহন্দনবা হোৎনবা কয়া অমা থেংনরি। অসিগুম্বা খুন্নাই অসিদা পোকপা বিনাপাণীনা ইথোরকপা পুন্সিগী ৱারীনিনা পানিংবা পোকহনবগী মরম অমদি ওইরে।

ৱারী অসি পারুরগা হায়জনিংবদি নুপীশু নিপাশু ইনিংবগী ইথিলনবু হৌরক্লবদি ইদবা ঙমদবজাৎনি। লাইরিক ইবা-ফোংবা হায়বসি ইমুংগী মীনা শিংথানবিদে। মদুদি লায়থোকখ্রদনা মমল লৈনা লৌবিবসি য়াম্না তাংই। তৌবগীশু মসিনা য়ুম্বুবী নুপী অমনা মাগী ইমুং-মনুংগী অপুল-অতাইদা থোইদোক্না চৈঙাক ওইবশু নত্তে। ইমুং-মনুংগী কু প্লোম কয়া অসিনা নুপী অইবশিংদদি অচৌবা খুরৌ থাংবদুম থোকহল্লী হায়বসি বিনাপাণীগী 'লম্বীসিনা লোয়শিনলকপদা' পারুরগা খঙই। খল্লকখি, মসিমক্না মনিপুরদা য়ুম্বানলবী নুপীশিংনা ইবদা খুরুপ থাবা ইঙম ঙমদ্রিবা অসিবু! অদুবু তশেংনা ইনিংবগী ইহুলনবু ফাওরক্লবদি মফম মতম হায়বা লৈতে, যেশা উপাই তৌদুনা অদুম ইরকখি হায়বসিমদি লাইরিক অসি পারুবদা বিনাপাণীনা হোৎনখিবা কয়া অদুনা ময়েক শেংনা ইঙ্গিৎ অমদি পীরে। নুংঙাইরিবা ৱাফম অতৈনা অইবনা মনিপুরগী ঙনলিঙৈ মতমগী খুন্নাইলোন, চৎনরোলনচিংবগী তশেং-তশেংবা পাউদম কয়া অমা য়াওরিবসিনি। মসিনা লৈবাক অসিগী পুৱারীবু অমদি লমদম অসিবু মশক খঙবদা মতেং শোয়দনা ওইগনি।

হৌজিক্তি লাইরিক অসি ফোংদোক্লুনা মীয়ামদা লাম্থোরক্লবনিনা মীয়ামগী ওইরে। মনিপুরী সাহিত্যগী লনগৈ ওইরে। লমদম অসিগী অখঙ-অহে কয়া অমনা লাইরিক অসিগী মগুণ অদু শোয়দনা লেপ্লক্লসনু। লমদম অসিগী সাহিত্যদা অমদি অতৈ হিরম কয়াদা মশক নাইরবী কয়ানশু মশাগী পুন্সি ৱারী ইথোক্লুনা হৌরক্লিবা খুন্নাই অসিগী নুপী মীরোল অসিদা থৌনা হাপ্পদা মৈরা ওইরক্লসনু হায়বসিমদি থম্মোয় শেংনা হায়নিংই।

ইম্ফাল, — ডা. লাইশ্রম ইমোবা

তাং ১০/১০/২০০৯ ইং — এসিষ্টেন্ট ইদিটর (ফিচর), ইরৈবাক পাউচে

# লম্মীসিনা লোয়শিনলকপদা

## (১)

ইঙাগী নিনি পানবা থাংজা নুমিৎ, কুম ১৯৪৯ দা ঐহাক সংসারসিদা খোঙদারকই। ঐনা কুপ্পা শুম থিজিনবদা ঐহাক চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা পাবুংনা থবক তাবদা পোকপা ওইরম্মী। (ঐগী ইপাগী মিং ডাঃ থোকচোম গোবর্ধন, ইমাগী মিং পাওনম নিংঙোল পতি দেবী)। ইমা লৈরিঙৈদা ঐ পোকপগী মতাংদা তোয়না হংখি। ইমানা নোক নোক্কুনা খুম্মী, মতমদুদা চুরাচান্দপুর অসি কাং তুমিৎ য়াম্না চেনবা মরম্না য়াম্না ৱাই। অদুগা ঐগী স্বষ্ঠি শোনবা অদুসু অঙকপা ওইখি। ঐনা অমুক্কা হেন্না খংনিংখি, ইমানশু ফন্না য়াম্না শুগায়না হায়বীরমই।

স্বরাজ ফংলবা মতুংদা মনিপুরদা মখল কয়াগী অওনবা পুরকই। লম্বী থোংসু শেম শাদুনা ফগৎলকপগা লোয়ননা বস সার্ভিস লৈরকই। ঐগী ইপানা চখোক চৎশিন তৌবদা শগোল শিজিন্নরম্বদু তোক্কুনা বস তোংদুনা ইম্ফালদা তোয়না চৎলি। চৎপগী মরমদি তলব অমদি হিদাক লৌবনি। ইমাগী পীবুক্কুংদা ঐহাক থা তরেৎ নিপান শুরকপা মতম অদুদা নোংমা পাবুংনা ইম্ফাল চৎপদা বামোল লৈকাইদগী ব্রাহ্মন অমা থেংনখি হায়। মখোয় অনি কুইনা উনরুদবনা মরম ওইদুনা নুংশিননা ঙাইহাক ৱারী শারবা মতুংদা পাবুংনা '*ঐজ্ঞ্যা হন্দক স্বাষ্ঠি অমা শোনগদৌরি, চান থক্লবা পুন্নমক ঐজ্ঞ্যানা থোং থাকপীয়*' হায়রগা চে অমা পুথোক্কুনা তারিখ অমা পীরে। বামোন অদু ইঙক ঙক্লা চে অদু হাপচিনখ্রে। ইঙাগী নিনি পানবদা শোয়দনা অঙাং অমা পোক্কনি হায়বসি চে অদুদা ইরম্মী। অদুগী মতুংদা ক্ননাসু নিংশিংনদ্রে।

পাবুংনা হোৎপা তাং ১৬/৬/১৯৪৮ অদুদা শুকশোয় শোয়দনা ঐহাক তাইবংদা ফাওরকখি হায়না ইমানা তাকপী। ঐহাক্কী স্বষ্ঠি পুজাসু ইঙাগী নিপান্নি পানবদা

তারে। নুংঙাইরিবদি অয়ুক্কী অহানবা বস অদুদা বামোন অহুম খাবে চেগপ পায়দুনা থুংলখি। অদুগা থোংনবা হৌনবা পোৎ চৈদি করিসু লৈতে। চুরাচান্দপুরদা ললোন ইতিক তৌবী মৈতে নুপী ময়াম অমদি লৈ। মখোয়না শঙ্গোম ক্ষির হৌনবা চুহি য়াম্না পুরকই। মদু হোস্পিটালগী কম্পাউন্দ মনুংদা পরেং শানা থম্লখি। অদুগা অমুক পাবুংগী মরুপ চীংগী ইপা ইপল ময়াম অদুনা থোইদিং অমুবা অঙৌবনচিংবা মখোয় মখোয়না লোকচবদু বোরা বোরাদা হাপ্পুনা পুরক্লে। বামোনশিং অদুনা অমুক মখোয়গী হৈজবা লৌশিং পুথোক্নুনা চুহিগী শঙ্গোম ক্ষির হৌরগা থোইদিংনা কাংসুবি মপাক শাদুনা অমমম হাপখি। কাংশুবিদো নিংথিনা মকোয় মান্নবা নত্তে, ইরাং লাংথোকই। ইমানা ঐগী স্বস্থি পুজাগী মরমদা ৱারী ওইনা অসুম তম্লকপদা ঐহাক য়াম্না হেন্না তানিংবনা খোয়রাংখি।

ইমানা মসিমশু হায়রম্মী, মতম অদুদা মফম অদুদা অঙাংকা মাঙ্গোলদা শুস্বা য়াদে। মরমদি য়াম্না শাথিবা তুমিৎ জাৎ অমা লৈ, মখোয়না পুল্লপ পুল্লপ পায়রক্লগা ওমদুনা চীকই। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ থা অমা ফাদ্রিঙৈদা অকন্নবা ফেব্বর তৌখি। মদুদা পাবুংনা য়াম্না কন্নবা হিদাক অমা কাপখি। মদুগী হিদাক্তু কাপ্লমদাইদা লাইনিংথৌ সনামহিদা পাবুংনা য়াম্না কুইনা খুরুমখিশু হায়। হৌজিক ফাওবা ঐগী ওয়থংবা পাম্বোমদা কুৎশিন্দুনা হিদাক কাপখিবগী মফমদু লৈরি। মসি উরগা ঐ নুঙায়তে, অদু ওইরবসু ঐ শিবমক্তি শিহৌদ্রে। ঐনা মতম পুম্নমক্তা ঐগী অকুৎপা পাম্বোমসে পায়দুনা শান্নে। ঐনা ৱারীসে মখা তানা য়াম্না তানিংখি। অদুবু ইমানা খংদ্রে অতৈদি কাওরে হায়রম্মী। ইমানা সিমসু হায়, *নঙদি থাংজ নুমিত্তা পোকই অদুনা নথৌনাসু য়াম্না লৈ*।

ৱারোল খরা অসি ইরমদাইগী মতম অসিদা ঐনা ইতোমতা ৱাহং খরা হংজে। ঐনা করিগী থাংজদা পোক্লিবনো অমদি ঐ করিগী ইঙাদা পোক্লিবনো অসিনচিংবা। কুম খুদিংগী ইঙা য়ৌরকই। নুংশিরকই ইঙা থাসে অতিয়াগা মালেমগা ইশম শম্নবা মতম্নি। অহানবা কুমগী নোং তারমদাইসে অঙাং নহা ওইবনা তাইবং ফাওরমদাইদা পলেমগী খোয়জিখা য়েকলকপা অদুগুস্বা মতমনি। অৱাংবা কোরৌথক্তা লাও খোংদুনা ইঙা কুমদল্লকই। অহিং ইচিক হুনবদা নোংগী নোংখোং

তাবদি করি হায়না শিংথাগনি। অকি অখংগা লোয়ননা নুঙায়বা অমসু ফাওরকই। অহল লমনশিংনা নোং তারদি কুমদি কাঙলবোই, মহৈ মরোং চুন্ননি অসুন্না হায়নখিবগী নুংগী ওইবা অর্থদু হৌজিক্তা খংলকই। অতিয়াদগী তারকপা নোংলিকশিংনা থেংবদা হৌগৎলক্তবা করিবু লৈবগে? ঙক্লিবসি চারা লিংখিবসু লৈতবা এরুম-কৈরুম, ৱান্দ্রেং খোমবী, লৈবাক মরুম, চেঙ্গুম মপোপ ফনা ৱাংখৎলক্লিবসিনি।

তশেংনা ইঙা থাসে মরৌ লৈ। ঐ নিংশিংলি, নোংমসু লোক্লাওবুংগী য়ুমদা ঐখোয়গী পুখ্রিদা ঈশিংনা পিক থল্লম্মী। ঙমু মহা মচা মচা ময়াম উবা ফংখি। ঐনা ঈশিংদা লুপনিং বনা খাংবা ঙমদদুনা ফন চোংথরম্মী। ঈশিংনা পীক থনবা পুখ্রিদুদা নুংঙায়মনখ্রদুনা ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা কাখৎলকপদদি ইশাসি য়াম্না হাক্কচখি। ইঙা থা অসিদি থরো থম্বাল শাৎলি, পুখ্রি খোংবাল ঈশিংনা পিক চোন্না লৈ। শোক্লুবদা মরৌ অমদি হেক্তমক লৈরম্মী। অসুন্না ইঙা কয়া লাকই, কয়া অমা চৎখি। থিকানা লৈতবা লৈচিলসিনা মচু তত্তনা ওল্লি, নোং তারমদাইসিনা শারিবা, ওমচাক্লরিবা। মী অয়াম্বা মৈসাসি খাংবা ঙমদদুনা লৈবাক্তা থরো থরো ওন্দুনা খাংনৈ। অদুবু নোংলিকশিংসিগা থেংনবদদি তঈং তঈং হেক লাওহল্লি। হায়নৈ ইঙা কুমদম্বী ইঙেন কুমখায়বা।

ঐনা ঙসি অঙাওবগী চোয়রোলদৌনা ইঙা থাগী মরমদা অসুন্না খন্দুনা শান্নরিবা করিগীনো হায়না অমুকসু হংনিংলক্লে। পুন্সিগী হৌখ্রবা লমায় খরা নিংশিংবা হৌরকপসিদা। মপোকসে নুংশিরক্লে, থাগোন্নরিবা পুন্সিসে কয়াদা ৱানা হিংলকখ্রবা! অদুগা অমুকসু মরক মরক্তা নুংঙাইবা মিকুপ খরদুসু চাওনা শিংথাবীরম্বা তাই, অসিনি। পুন্সিদি অৱাবনা ময়ুং কাবসু নুঙায়বনা মফেল মরক মরক্তা ফেল্লি। পুন্সিগী মহাও হায়বদু ওইরমাল্লে।

ঐহাক থোকচোম পীনাপানী ইচিন ইনাও নিপালগী মনুংদা তরেৎ শুবীনি। অহৌবদা, অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী নুংঙাইবতনা থল্লবা থৌদোক কয়া কয়ানি। মথংদা মীওইবগী হিংনবা লানফম উচিন নাচিন্না শিনিংচিৎতগী হিংহৌরবী অমা ওইনা। পুন্সিদা উচেক্তসু মহুম শাই। মখোয়না মচিন্না মচেৎ মচেৎ চেনশিল্লগা।

ঐসু উচেক্ কুম মহুম শাজে। অদুনি মহুম শাখিবা। মরকসিদা ইনিংবগী ইথিল লাক্লুনা তারম্বা খরা অমমম তপ্না তপ্না খুনগঙুনা কলমনা য়েতুম ওইরগা লেংথোকই। নুংশিবীদুনা এৱার্দ ওইনা ষ্টেট এৱার্দ (অশংবা শাড়ি), *মনিপুরগী অহানবা ডোক্তর* দনা নেস্লেল এৱার্দ, রেদিও ড্রামা অমদশু এৱার্দ ওফ ইফিসিয়েন্সি *ফ্রেণ্ডসিপ ফোরম ওফ ইন্দিয়া* (এফ এফ ওফ ইন্দিয়া) না *নোর্ঠ* ইষ্টতগী ঐবু খনবিখি।

খঙদে, অচুম্বনি পুন্সিসিদি তশেংনা ইঙা নোংহৌনি। তম্বা ঙমদে লৈচীলগুমই তোয়না মচু ওল্লি। ইনিংলকই, ঝারবা পুন্সিসিনা চেৎনা থাগোন্নজরিবা থৌদোক কয়াবু ইথোকপদা তারমাক্লে। হেক ঙল্লিবমখৈ নিংশিংবা শরুক খরদু তশেং তশেংনা ইথোককে হায়না খঞ্জরে।

ঐ পুষ্কক চাওরে, ভাব খরা খরা তারে। ক্লাস ফোর তম্লে। নোংমদি গাড়ীদা পোৎ চৈ লোইনা হাপচিল্লগা ইমাগা পাবুংগা লোয়ননা কাংপোকপীদা চৎলে। মফমদুদা দিস্পেন্সরি অমা লৈরম্মী। ঐখোয়না লৈবা য়ুম অদো চীংথক ওইনা তৌই। য়েংথোকখিবদা চীংগী চীং ঙাক্তা। ঐনা *ঐগী স্কুল তম্নবা মফমদু কদাইদনো* হংবদা ইমানা নিংথিনা পাউখুম পীরকখিদে। য়ুমগী অকোইবদা মোংশোং ময়াম অমা উখি। ঐনা মোংশোং অমগী মনাক্তা চংশিল্লগা মুন্না য়েংখি। তিম্খং পানবা লৈপুং খাম্ব পাম্বী অচৌবা অমসু হৌরম্মী। মদুদা অচৌবা হয়িংখোই খোইরা অমা খোইহিনা পীক থনবা উরম্মী। নোংমা নিনিদো অসুম্না মোংশোং মরক্তা হঙ্গৎ হন্দা চক্লুনা শান্নরম্মী। অদুগা মীনদি খংদবা অরোনবা নুংঙাইবা অমা লৈ। করিগুম্বা দাউ য়ারদি হৈজাম্পেৎ কয়াসু চাবা ফংই। য়ুমগী অকোয়বদা হৈয়িৎ পাম্বী য়াম্না হৌবা উই। অদুবু পায়বদা কন-কন লাওবা অশংবা ঙাক্তনি।

"*নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা য়ুমদগী চখোক্লনু*" অসুম্না ইমানা ঐঙোন্দা কয়ারক হন্না হায়। ঐনা হংবদা ইমানা হায়, *নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা লাই ফত্তবা থোকই। করিগুম্বা ওক্লরুরবদি অঙাংদু শিগনি অদুগা নুমিৎ য়ুংবী কৌবা য়াম্না শাথিবা মহু চেনবা জীবা অমসু নুমিৎ য়ুংবা মতমদা থোকই।* ঐ ইমানা হায়বা খুদিংমক ইনবা পাম্মী। অদুন্নদি ওইরবদা ঐনা ঈরুজবা, চাক চাবা লোয়দুনা কোল ফেংদোকপা লোয়বা মতম অসি নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইবা মাল্লি। মতমসিদা হেক্তা চেপ্পোকনিংই।

নোংমদি ঐহাক তশেংনা নুমিৎ য়ুংবী থেংনরে। মমিৎ ইরাও লাওবা অশংবা, হিগোক মচুগনা লাংবা নুমিৎয়ুংবী অদু কয়াগী মতিক ফজখ্রে। হৈক্রু পাম্বী অমগী মউদা তপ নপ্তুনা নুমিৎয়ুংবীনা ঐগা মিৎচান্নরি। মহু য়াম্না চেল্লি হায়, য়েংবদা য়াম্না ফজৈ। ঐখোয় অনি কুইনা য়েংনরবা মতুংদা ঙৈহাক খুৎলৈ থুনা মথক্রোমদা চেনখৎখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা নুতি নুমিৎ খুদিংগী নুমিৎ য়ুংবীবু য়েংনিংখি। হৈক্রু পাম্বী কয়া অমা অসুম চংশিল্ল-চংশিল্লগা উরকখি। নুমিৎয়ুংবীদি অমত্তা উদ্রবদা ঐহাক অশংবা হৈক্রু খরা হেক্লগা খুৎলৈ থুনা য়ুমদা হল্লকখি। থোকখ্রিবা থৌদোক্তু ঐনা ইমাদা হায়দোক্তে, মতম অদুদা মহাক্তি তুমদুনা লৈরম্মী।

কাংপোকপীদা লাক্লবা মতুংদা য়ুমদুদা ঙাইহাক্তা ফাওবা লৈনিংদে, কোইচৎ চৎনিংই। ঐখোয়গী য়ুমদদি মী য়াম্না লাকই। পাবুংসু থবক য়াম্না চিল্লি, অয়াম্বা মতমদা মীনা কোয়শিন্দুনা লৈ। ও পি দি গী মতম অসি অয়ুক পুং ৮ দগী হৌই। পুং ১২ তাবা মতমদা  থোং লোল্লি। অদুগা চাক চারবা মতুং পুং ২ দগী অমুক হৌই। অনাবশিংগা উনবসি ঐ য়াম্না হৈনদে। অয়াম্বা মতমদা উরক্তা, মোংশোং মরক্তা শান্নদুনা লৈথোকই। এঙ্গাং ওইনা থোংবা য়াবা মনা মশিং ময়াম হেকই। ইমানা হেকপা উবদগী ঐসু মনা-মশিং চাবা য়াই খঙদুনা হেকপনি। হৈমাং মনাগা হৱায় মঙ্গলগা ইরোল্লি, থরামনাসু আলুগা থাও ঙৌদুনা থোংই। অদুবু কুইদ্রে ঐ কাংপোকপী হায়স্কুলদা ক্লাস থ্রিদা মিং চল্লে। ঐগী স্কুলদুদা ক্লাস থ্রিদগী হৌরগা ক্লাস টেন ফাওবা তম্বা অচৌবা স্কুলনি। স্কুলগী মনিংদা অচৌবা নুঙজাও তাবা তুরেল লৈ। মসিনি খ্বাইদগী থোয়দোক হেন্দোক্লা নুংঙাইজবা।

শিংজমৈ বালিকা লৱার প্রাইমারি স্কুল অমদা মতম খরা কারম্বদু য়াম্না নুংঙাইতে। অঈংবা নিংথমথাগী মতমদা অয়ুক অঙনবদা স্লেট পায়বদু খুৎ য়াম্না ঈংই। থাংজ খুদিংগী পরিক্ষা তৌই। অঙ্ক অমসুং ব্যাকরন্দা নম্বর অমত্তা ফংবা ঙমদে। মরম অদুনা তুম্লমদায় খুদিং পাবুংনা ব্যাকরন অমদি সুপলাক তম্বী। মরম অদুনা হৌজিক্তি ক্লাস থ্রি কারকপা মতমসিদা পুক্লিংদা অকিবা অমদি লৈত্রে। অনিদগী কুন ফাওবা সুপলাক থিবা মতমদা “Quite right” হায়বা ৱাহৈ অনিসি পাবুংনা পীবা রিৱার্দনি। হৌজিক ঐ কনাসু কিদ্রে। অমরোমদা ঈরুজরগা চাক চারগা স্কুল কাবসি য়াম্না

নুংঙায়। স্লেটসু পায়দ্রে, লাইরিক খাউ ওইনা য়াল্লে। অহানবা স্কুল কাবা নুমিত্তুদা ক্লাস মনুংদা চংবদা হায়ফেৎ চমম্লে। মরমদি ক্লাস থ্রিগী ক্লাস অদুদা য়াম্না চাওবা নোয়বা পাখং লৈশাবী য়াম্না ফমদুনা লৈবদু ঐনা উরম্মী। রোল কৌবা মতমদা মখোয় লোয়না ঐগী ক্লাসকী ছাত্র ঙাক্তনি হায়বা খঙলে।

পুন্নমক্না 'ডোক্তর পাগী মচানুপী" হায়না ঐঙোন্দা কৌই। কনামতনা মিং ফজনা কৌদে। *অনেমনৈ, সৈপু* মখোয় লোয়না ঐগী মরুপ ঙাক্তনি। মখোয়না অচৌ অচৌবা থবি, হে অশিনবা, লাদা য়োমবা তল পুরকই। অতৈদি লোইনা হাওই, লাদা য়োমবা তল অদুদি ইচম চম্মী হাওবা ৱাৎলি। মদুদি অমুক্তং চিক্লুরগা অদুম চাদ্রে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পুংখায় অমা হাফ থাই। মতমদুদা ঈশিং য়াম্না খৌরাংই। স্কুল মনাক নক্না য়ুম অমা অনি তাই। মখোয়গী য়ুমশিং অদু মী অমত্তা অয়ুক নুংথিলদা উবা ফংদে। অদু ওইরবসু *অনেমনৈ* ঐখোয় অনি ইমুংদা অদুম চংলগা মখোয়গী অচৌ অচৌবা ঈশিং পুন অদুদগী ঈশিং থকই। খোংদ্রুম মচা অকংবা অমা ময়াইদা হুৎলগা ফক্লাংদা য়াল্লি। অতোপ্পা খোংদ্রুম অকংবা অমসু পুল মথক্তা থম্মী। মদুনা শিং কন্নবা ওই। অদুগা ফক্লাংদা য়ানবদুদা হৈথরগা থকই। মখোয়গী ঈশিং থক্লবগী মওং অদু ঐঙোন্দদি অনৌবনি। ঈশিংগী মহাওদু মখোয়গী খোংদ্রুম অকংবদা থকপনা হাওবা হেনবগুম তৌই।

ইকুই কুইদনা কাংপোকপি হায়বা লম অসি স্কুল নুংতিগী কাবদগী চিনফা পুরে। অয়ুক অঙনবগী নুমিৎনা চীংয়া মরুমদগী হেক লিৎখৎলকপদা চীংথক্তা নেপালি দাজুশিংগী মনঙ্গলদা পুরকপা পোৎ অদু ঐনা য়েংলুদ্রবসু খঙই। চুজাক নৎত্রগা অকংবা শীং অদুগা করিগুম্বা মতমদনা ঙা পুরকপা শোয়দনা ওইরমগনি। অরংবা কোরৌনা চীংদোলগী ৱাংমদা লোৎখ্রবসু মাগী মশক অদুনা মমি শামি লোৎপা য়াদনা মশেং মরাংলকপা মতমদুমক্তদা দিসপেন্সরিগী মমাংদা হৌবা উচান পাম্বীগী কারক্তা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী য়াম্না মেংনা খোংলবসু শান্না চৎপা উচেক মচা অমদি খোংলি। মসি থিরুবদা হেক্তা ফংবা জাৎ নত্তে। মখোলখক্তনি মহাক্না থাদোরকপা, মশক লোৎলি? নুমিৎ খুদিংগী চাং নায়না মতম চপ চানা মানা করিগী

খোংলিবনো হায়বা ৰাহং অমা ঐঙোন্দা ফাওরকই। মখোলদি নিং-নিং-নিং... অসুম অসুম হৌগৎলকপগুমসু তৌই। থিবা অসুম ফংলকত্রবদা ঐনা ইমাদা হংই, *'করিনো মখোলসিবো?'* ইমানা *'মসিবুরো, চীংনুংগী হরি হায়বদুনি।'*

*চীংনুংগী হরি নঙ লোৎপদি হৈরেদা,* অসুম্না খন্দুনা খোঞ্জেলদুনা লাকপা মায়কৈ তম্না তপ্না-তপ্না চংশিল্লি। উদে, শুকউ উদে। অদু ওইরবসু হুমনিশুবা নুমিত্তদি উচান পাম্বীগী অকংবা মকু মরক্তা লোৎতুনা পীশক পীক্লা লৈরম্লে। পীক্লবা জীবসিনা খোংলকপদদি অকোয়বা অদুমা পুমনিল হেক নিল্লি। অসুম্না চীংনুংগী হরি থিবদা নুমিৎ হুমনিগী মতম চংখি। ইমানা হংই, *কদায়দনো নঙনা হেক হেক চীকমাং-চীকমাং মাংলিবসি, লাইগী ধুপ থাওমৈদি কৎকে হায়দ্রদনা?* অসুম্না ইমানা হংলকপদা ঐনা অশেংবা হায়দোকখিদে। মখোল নুংশিবা জীব অদুগী অরোনবা লৈফম খংবদো ঐগী অঙাং ওইরিবা পুন্সিদা য়াম্না অচৌবা মায় পাকপা ওইখি। মায়থিবসু য়াওই, চীং অনিগী কারক্তা লোক মচা মচা লৈ, নুং মরক্তা ঈশিংদু চেনবোই চেন্দবোই মিংশেলগুম্না লংত্রিক লংই। সুম মুন্না য়েংশিনবদা মশা তবা-তবাবা অরংবা ঙা ময়াম উবা ফংই। শউম খজিক্তং ফংবদা শ্বাই হেক্তমক মাংখি। ঈশিংদুদা মখোয়না য়াংবা অদু করি হায়গনি, এরোপ্লেনগা চপ হেক মান্নে। অহানবদদি ইরাই লাইনা ফাবা ঙমগদৌবগা মাল্লি। নুপা মচা অমসু ঐনা য়াওহনখি। ফদি অশাংবা অমা পায়রগা ঐখোয় অনি ফনা শাংনো খোনখি। শোনগৎলকপদা অমত্তসু য়াওরক্তে। হন্না-হন্না হোৎনখি, হোৎন-হোৎনরগা অচৌবা মায়থিবা ওইনা ফংখি। থৰায় নুংঙাইখিদে, করি করম তৌরগা ঙা অমত্তং ওইরবসু ফাবা ঙমগদগে খনবদা করিসু উপায় লৈখিদে। নুমিৎ কয়ানি হোৎনখি। পুমচোৎ চোৎলগা, লৈখোম লৈনাং তৈরগা অদুমক তোক্লে।

কাংপোকপী হায়বা মফম অদুদা লোয়না নুংঙাই হায়বা য়াই। ইমান্নবা ইমান্নবী খরা চাওজরবসু ঐবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। অপাওনা নোংমা খুদোনবী থিন্দুনা চীংথক্তা লৈবা মখোয়গী য়ুম অদু তাকখি। মাগী খুদোনবী অদুনা চীংদোল অদুদা তাবা খুল অদুদা থিল্লি,

-'*তু! আদা লৈ ঐখোয়গী য়ুম*'

ঐ চৎনিংবনা খাংবা ঙমখিদে, মখোয়না চৎকে হায়বা সুকয়া য়াদে। মমৈথংদা ঐনা ঙমদুনা নোংমা থাংজগী ছুটি থাবদা চৎলি। চুন্না মিৎনা য়েংবা মতমদদি পংব্রাং ব্রাংদে, তশেংনা হেক কারুবদদি য়ৌবা কৌবা নায়রমদে। অদু ওইরবসু ঐদি করিসু ব্রাবা লৈখিদে। চীংদোলদু য়ৌবা মতমদা য়ুম ময়াম অমা লৈরম্মী। য়েনবীনা য়েন্নাও চেনবা উরুবদা কয়াদা নুংশিখ্রবা। ওনবদা ঙায়রিবা য়েন্নাওশিং অদু মমিৎ মনা তরু তরু মমাগী মতুং ইল্লম্মী। অদুগা সুমাংদা শান্নবা ফি শেৎতবা অঙাংশিং উবদা ঐ নুংঙায়রমদে। মরমদি অঙাংশিং অদুগী মকোক্তা অপাৎপা মফম কয়া লৈবা উই। অপাৎপশিং অদু হয়িংনা য়োম্লম্মী।

ঐবু থিনবীবা ওইনা দোংয়েল না খাউ অমা পায়রগা চীং লম্বী মচা অদুদা ঐখোয়নি চেষ্থমিন্নরে। অহানবদদি কাখৎপনি তপ্না তপ্না চৎলম্মী। হৌজিক্তি ঐখোয়নি গ্রুং-গ্রুং চেষ্থমিন্নরে। য়াম্না থুনা য়ৌখি। মানা হায়,

-'*চৎলো ঐ থুম খরা লৈরুগে, মং ফও..*'

-'*হোয়, মংফা...ও*' ঐনা খুমখি।

হোরেল থুমদু পুরগা মহাক চীংদোল তম্না অমুক কাখৎখিগনি ব্রাংখ্রবা চীংদোলদুদা। ব্রাখল অতে খনবা নংদ্রিঙৈদা নুমিৎ থেংজিনখ্রে, স্কুল কুম্বগী মতম কায়রে, ইমানা শোয়দনা চৈরগনি খনবদগী অমুক নুংশিৎকী মাং থানা চেল্লক্লে।

'*নঙদি নুপীমচানি স্কুল কুম্লক্লগা ইমুংদা লাইরিক পাদুনা অদুম লৈয়ু, চখোক্নু*' হায়না ইমানা তোয়না হায়। ঙক্লিবদি মসিদা ঐনা শোয়রিবরা ইমানা শোয়রিবরা অমদি তৌরে। ঐহাক নুমিৎ খুদিংগী চৎনিংই, চৎপা ফংদ্রগসু য়ুমগী উনা শাবা গেট অদুগী মথক্তা ফম্লগা কোয়েং য়েংবা নুংঙাইজে। ইমানা,

-'*মসিগী মথরায় মমিসি মপান্দা লৈবা মাল্লি*' হায়রগা নোকই।

-*ইপি নবোল হম ? কহে হেক* (অর্থদি নঙনা হায়রিদু ঐ খঙদে)

ইমাগা ইবানি মরক মরক্তা খোংজাই মরোলদা ব্রারী শাই। পাবুংসু ইমাসু ঐসু খোংজাই মরোল খরা খংই।

স্কুলগী অহাংবা মতম হেক ফংবদা হায়বদি হাফ অমদি ক্লাসতা ওঝা চংদবগুম্বা মতম অদুদা ঐনা ইমান্নবীশিংদা ৱারী হেক-হেক লী। ইমান্নবা ইমান্নবী ময়ামদুনা চেক-মোক লাওদনা তাই। ৱারীশিংদুদি করিসু নত্তে, নুমিদাংদা লিলগী মমিং অসি *নাপী* হায়গদবনি, কৈসু *ইবুধৌ* হায়গদবনি অদুগা করিগুম্বা কনাগুম্বনা লাইরেল থেংনরবদি '*নঙগা ঐগা উনরোইনঙ্না উনগদবা মীদু পুরক্কে*' হায়না হায়রবদি লাইরেল অদু ঙাইদুনা লৈরমগনি। অদুগা মাইবা অমা পুরগা ৱারী শান্নহনগনি। লাইরেলদি লোলসু লোইনা খঙই, অসিনচিংবা। অসিগুম্বা ৱারীশিং অসি মখোয়দা অনৌবা ওইনা থোকখি। মৈতৈগী ফুঙ্গা ৱারী ময়াম সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা, কবুই কৈওইবা ঐনা মখোয়দা লীখি।

কাংপোকপীদা পাবুংগী পোষ্টিং তারকপা অসি চহি অহুম ফারমাল্লে। মফমদুদা লাকখিবসি রিটায়ার্দ তৌরবা মতুংনি। কাংপোকপিদা লৈগদবা মতম লোইরদুনা চৎলমদাই মতম য়ৌরমাল্লে। ঈংলবা দিসেম্বর থাগী অহিংদুদা লম্বুনা চাক কৌই। পাবুংগা ঐখোয় অনি চৎলি। চীংগী নুংশিৎতি মহৌশানা ঈংই। নিংথমথা অদুদা নুমিদাংদা খোঙনা লম্বী চৎপদুদি হকচাংদা চীকপা অমা য়াওই। পাবুংগা ইবানি য়োং তুপী অমমমদি উপ্লি। অদুগা খোঙদা ফি খোঙউপ তোংবদুদি করিসু কান্নদ্রে। ঈংবনা খোঙ মতোল ইপং পংশিল্লি। উচিন নাচিন্না লম্বুগী য়ুম য়ৌরকান্দা শিঙ অচৌ-অচৌবা ময়াম থাদুনা মৈ হৌরম্মী। লম্বু মতৈ-মনাওনা হৌগৎতুনা ঐখোয় লাকপা উবদা তরাম্না ওকপিরে। মৈ মনাক্তা ইকোয় কোয়না ফম্লগা নুংশিনা ৱারী শান্নখি।

*ও! ডোক্তর পা, নঙবু ঐখোয়না য়াম্না নুংশি,*

*নঙদি ঈশ্বরনা চানগনি, অফবা মীনি,*

*শিরগা নহাক স্বর্গ কাগনি,*

*নঙগুম্বা মী অমুক লাক্লরোই।*

ঐনা মখোয়দা মুন্না য়েংলম্মী। মখোয়গী মমিৎতগী মপি জর-জর চেম্থবা অদু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী।

মৈ মনাক অদুদা মোরা থাদুনা ঐখোয় ময়াম ফম্লে। অদুগা অচৌ অচৌবা এল্মুমিনিয়মগী মগশিংদা চা পীক পীক থন্না হৈরগা য়েল্লকখি। মখোয়গী চা অদু হাওবা ৱাৎলি, ইচম চম্মী। অদুনা ঐদি য়াম্না থকত্রে। অদুবু ঈশৈদুদি অসুক্কী মতিক ফজখ্রে। ঐবু মখোয়না পুমশুম শুন্দ্ধৎখ্রে। অসুক্কী মতিক পূক্লিং চংনা ঈশৈদু তারম্মী। প্রভু যিশু তাইবঙপাল অসিদা করিগী খোঙদাবীরকপনো হায়বদু খংবা ঙম্লে। ঐনা খনবা হৌখি, *মীওইবনা পাপকী লম্বীদা করিগী চৎলিবনো? চংজরবদি ঈশ্বরনা তাইবং মীওইববু ঙাকপী*হায়বসি ঐহাক থাজখি। ঈশ্বরগী ৱারোল ওইবা লাইরিক অদু পাবা লোয়রবা মতুংদা নুপী-নুপা জুরা-জুরা থোক্কুনা জগোয় শাই, ঈশৈ শকই চপ মান্নবা তাল অমদা।

মখোয়না পাবুংবু য়াম্না থাগৎতুনা মখোয় মশেল ৱারী শান্নৈ। চহি ৭০ রোম চংলক্লবা অহল ওইরবা ডোক্তর অসিনা অৱাংবা চীংথক্তা তাবা খুল য়াংখুলেল হায়বদুদা চাবোকপী অমগীদমক কাখৎনবা হোৎনখি। অদুবু চীংমায় অদু ঙস্মনখিবনা ডোক্তরগী মখ্বাংদা থৌরী কিবিরগা খুলগী মীশিংনা চিংখৎপীখি। অদুগা য়াংখুলেলগী নুপী অদগী অৱাবা কোকপিখি, মথ্বাই কলহৌই। নুপী অদু শোয়দনা শিরমগনি, মরমদি মহাক নুমিৎ হুন্নি ঈশিং ঈৱা কায়খ্রবসু অঙাং তারকত্রবনিনা। মরম কয়া অসিনা নুমিৎ অদুগী বীদায়গী থৌরম অদুদা মখোয় ঙম্না মিৎলু ইরা হৌনরি, কোন্নরি মথং মথং। বর পীরকখি

*-নঙ পুঙ্গি শাংনা হিংবা ওইয়ু!*

পাবুংনশু হায়রম্মী, *-নখোয় করিসু ৱাগনু, হয়েংদগী অতোপ্পা ডোক্তর অমনা লাক্লেগনি। মসিনি ডাক্তরগী পুঙ্গি হায়বদু।*

ঐখোয়না অহিংদুদা য়ুমদা হন্নবগী থোরক্লবসু তাল অমদা য়ৈবা পুঙগী পুঙখোল অদুদি অদুম তাই। ঈশৈদুদি মমি শামি ওইরক্রে, পুংলোন্দুদি অহিংদুদা য়ুম য়ৌরবসু অদুম তাই। মখোলদুনা ঐবু পুমঙাও ঙাওহল্লে, মৈনাক্তুদা ঈশৈদু শক্ল-শক্লগা অদুম ফন্নিংই।

মথং নুমিত্তনি, ঐখোয়গী য়ুমদুদা পাবুংগী মিংদা অতোপ্পা চিঠি অমসু থুংলরে। চেদু পারগা পাবুংনা হায়, *পোৎ-চৈ য়োমশিল্লু, ঐ গীড়ী ৱায়রুগে* হায়রম্লগা

কাংপোকপী বজারদা চৎখি। পোৎ পুরগা ঐখোয় গাড়ীদা ফম্লে। গাড়ীদুনা অমুক কাংচুপ চীংখোঙগী দিসপেন্সরি তান্না চৎলে। কাংপোকপিগী ঐখোয়গী য়ুমদো লৈহৌরে। মমৈথংদা খঙলকখি, মদুদি *কাংচুপ চীংখোঙ* মতম কুইনদগী ডোক্তর অমত্তা ফাওবা লৈরক্তরি । মরম অদুনা পাবুংবু থারিবনি।

কাংচুপ দিসপেন্সরি হেক য়ৌবগা ঐহাক্তি খোয়দৌ শাওগৎলম্মী। লৈফম অদুসু পীশক পীকই। লাইরিক ওরাইফম ফাওবা লৈতে। কাংপোকপীগুন্না কৈথেলসু কাদে। দুকান অমখক লৈ। অদুগা দিস্পেন্সরিদা থবক তৌরিবনি হায়রিবা মীওইশিং অদুশু ওফিস কারকপদা খুদৈ শেৎলগা লোইনা লাকই। মরোলসু ইখোই-ইখোই খোই। মৈতৈলোন ওইরবসু ঐদি অমত্তা খংবা ঙমদে। মতম পুন্নমক্তা ইমাদা ঐনা মফমদুদা লৈনিংদে হায়। মফমদুদা নুঙাইবা পোৎ অমতা লৈরমদে।

ইমাদি মতম পুন্নমক্তা পাবুংনা হায়বা ইনবী, ব্রাহং হঙ্গন্দবী, মরৈ য়েৎকন্দবীনি। মাগীদি মহৌশাগী মহৌশানি। হায়দা হায়জিল্লুরবসু ইকোম কোম্না হায়রকই, *মসিদি ফবু ফরিবনি। থায়নদি য়াম্না ব্রারম্মী। উখুল লম্বী অনৌবদা ব্রানা দোলাই শারগা তোংলগা পোষ্টিং চৎলি। শা-কৈ মরক অদুদা লম্বীদা খুদোংথিবা য়াম্না নংখ্রপোৎনি।* অদুনচিংবদু ঐ অমত্তা তানিংখিদে। কোয়ফমসু লৈত্রে, ইমান্নবীসু অমত্তা লৈত্রে। পাবুংনদি ইম্ফালগী য়ুমদা থিনবীগনি হায়, কৈদৌঙৈ চৎকনি হায়বা অদুসু খঙদে। মরমদি মহাক থবক য়াম্না চিল্লি। কম্পাউণ্ডর লৈতবনা মরম ওইদুনা পাবুংনা হিদাক মহি য়াম্না শেম্বা উই। অদুগা লেভেল নপ্লগা অচৌ অচৌবা লিক্লিশিংদা হাপচিল্লি। ব্রা অমত্তা হায়জনবা মতম লৈতে। নুমিদাংদসু লাইরিক পাদুনা অদুম লৈ। মতম অদুদদি হিদাক লাংথক য়োনবা ফার্মাসি অসি কয়া উরমদে। অদুনা হিদাক অয়াম্বা ডোক্তরনা শেম্নগা অনাবশিংদা লেম্না পীনরম্মী।

পোইনু-ব্রাকচিং লোয়খ্রবা মতুংদদি অকোয়বগী লম্মাং পুন্নমক ইকং কংই। ঈশিংসু তাংই। লৌবুক লৈক্রক চৎলি। ইমানদি হায়, *উরি-ব্রাওরিবা* মতমনি। ঐ তশেংনা ব্রাহৈদুগী অর্থ খঙখিদে, *অশিং-অব্রাষ্টা* সু হায়। নোংমদি ঐগী লেঙ্গা ওইবী নুপীমচা খরা ফনেক অঙাংবা, অশংবা মচু মচু শেৎলগা মখুৎতা ঈশিং কোন

অমমম পায়রদুনা ঐখোয়গী দিস্পেন্সরি লৈরিবদুগী নাকন্দা চংশিল্লকপা উই। মখোয়দা ঐনা হংখি,

- *কদায়দগী ঈশিং শোক্কদৌরিনো?*

- *মাক্লুং তুরেলদগী*

- *কদায়দা লৈগে?*

- *তু আদা!*

ঐনা ইমাদা হায়খি,

- *ঐ তুরেলদা ঈশিং শোকপা চৎকে।*

ইমানা শাওরকই

- *নঙগী হৌনবী কোয়চৎ চৎপদো য়াদে, নঙ চাওরবনি। মথং চহিদদি লৈশাবী ফারনি।*

নোংমগী নুমিত্তদি ঐনা ঈশিং কোন অমা পুরগা মাকলং তুরেল হায়বদুদা ইমান্নবীশিংগী মতুং ইন্দুনা চৎলে। মতুংদদি ইতোমতা চৎপসু য়াওই। নোংমা ঐনা ইথন্তা ঈশিং কোল অমা পুরগা মাক্লুং তুরেলদা চৎখি। লম্বীদু শুম-শুম চংশিল্লবা মতুংদা পীশক পীকই। নাক-য়েৎতো খাংগ্রা পাম্বী ময়াম অমনা ক্রিক-ক্রিক ইন্ননা হৌই। মদুগী কেল্লকপা অকংবা উনাশিংদুগী মথক্তা নেৎপনা খোঙথাং খুদিং *গ্যাও-গ্যাও* লাওই। লম্বীদু লোয়রগা অমুক নুং ঙাক্তা ঙায়রে। ফন্না য়াম্না চৎলগা লৈরম্লিবা তুরেলদুদি পীশক পীক্লা ঈচেল মচা অমা ওইনা ময়াইদা চেল্লম্মী। নুমিদাংৱাইরম অদুদা নুপামচা অমা ঈরুজরম্মী। মহাক্কী মমিং *কলাপাও* কৌই হায়। ঙৌরোক ঙৌই, মশা পাই। মাগী পিশুম অনিদু মুশুক মুরদনা চাউই। ঐখোয় অনি খংনরে। মহাক ফাগী য়াম্না তৌগল্লি। মানা ঙাংবদু তাবা য়াম্না নুংঙাই। অঙৌবা অমুবা নুং মচা-মচা মরক অদুদা নুংঙাইনা ফমথরগা ঐখোয় অনি ৱারী শারকখি।

মাক্লুং তুরেল তোর্ব্বানগী নাকল অনিদা পাক্লা শন্না নুং মচা ঙাক্তা ওইরবসু ময়াইদুদদি লূরবা ঈচেল মচা অমদি লিরি লিরি লেপ্তুনা অদুম্মক চেন্থরি। ঈশিংদো তরু তরুই। হেক য়েংবদদি ঈচেল মচাদু নুং খরা পৈশিল্লগা খূৎনা ফাবা-থিংবা

য়াগদৌবা মতৌনি, য়াবদি য়াদে। হেক্তমক নমখায়রকই। নোংমা নিনিদু কলাপাও ঐখোয় অনি তুরেল খোঙনুংদা হেক হেক কোয়চৎ চৎলি। তুরেল অদুগী অঙকপা ময়াম অমা অসুম অসুম খংলকই। খোংনুং অদুদগী নুঙ খরা চাওবা অমা থক থাঙ্গৎখ্রগা মখুৎ অদুনা তপ্পা হুমজিনখ্রবা কলাপাওনা কৈনো'মদি হেক্তা পুখৎলকই। ব্লাইখু নৎত্রগা কোংগ্রেং নৎত্রগনা ঙাসেপ। অসুম্না মানা ফারকপা পুন্নমক ঐঙোন্দা পীরকই। লম্বীসু মানা চিংবা মফমদা চৎত্রবদি হেক্তা তুই। নুংপাকশিংদুগী মথক্তা ঈশঙ কাবা উদ্রবসু য়াম্না নানবা য়াওই। মদুদা নেৎলুবদগী ঐনা তুরগা মানা নোকই, ঐসু নোকই *করিসু নাবীদে*। ঐগী মায়থিবা অমদি মানা লমজেন য়াংবা হেনবসিনি, ঐনা খক তান্নবা ঙমদে। মানা ঐঙোন্দগী হেনবা মগুণশিং অসিদা ঐনা মাবু কল্লকচৈ।

নোংমগী নুংশা থোক্তবা, নোংথি-নোংমংবা নুমিৎ অমদনি। ঐগা মহাক্কা মাকলং তুরেলগী নুংলক্তা ফমদুনা অতিয়ানা খংহৌদনা মুশিল্লকপদু য়েংমিন্নরুই। খঙহৌদনা গুদ্রুং গুদ্রুং তৌবা অহৌবা মখোল অমা লাপ্পা তারকই। মানা ঐগী খুৎ চেৎনা পায়রগা তোর্ব্বানলোমদা চিংদুনা চেল্লম্মী। ঐসু ভাব ইতা তাদনা অদুম চেল্লে। খরা চেল্লগা ঐখোয় অনি তোর্ব্বান্দা লেপ্লে। ঙক্লিবদি কন্না চেন্থরকপা অপাকপা ঈচেল অমনা খোংনুংগী নুংশিংদু ঙন্না কুপশিনখ্রে। খঙহৌদনা শেল্লকখিবা চাওখ্রবা ঈপাক অদু ঐনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংলম্মী। ঈরৈ কল্লবা ঈচেল অদুদা অচৌ অচৌবা উ পাম্বী শিংনানচিংবসু তাওথরকই।

- য়েংউ তুরেলসি!

- কীজৈ!

- করিগী কিরিবনো, তুরেলসি অসুম্না নোংদি তাদনা হেক হেক ঈশিং চাওরকই, কিগনু। 'কলাপাওনা হায়রকই।'

অহানবা উবা তুরেলগী ঈচাউ অদু ঙাইহাক য়েংলম্লগা ঐখোয় অনি য়ুমদা হল্লকই। মানা পায়রম্বা খুৎ থাদোক্লে। অদুগা,

- হয়েং লাক্কদ্রা?

- লাক্কনি, শোয়দনা লাক্কনি।

- তু! আদগীসি ঐখোয়গী য়ুমনি। কলাপাও লৈব্রা হংউ।'

অহানবা ওইনা মাগী মমিং তাবা ফংখি। মিং অদু ওন্থোক্লা ফজখ্রে, মশক্না চান্নবা মমিংনি। লম্বীদুদা লেপ্পগা হন্না য়েংবদা মাকলং তুরেলদো অতোপ্পা শক্লোন অমা ওইখ্রে। কয়াদা পিকখ্রবা তুরেলদুদনা কয়াদা পাক্লবা, খুলগী নুপা নুপী ময়াম থোক্লরকই অদুগা তাউথরক্লিবা উশিং অদু লোকক্লবা হোৎনৈ। ঐদি নুংশিৎকী মমাং থাদুনা য়ুমদা চেনশিল্লি। ইমানা হংই,

- নও কদাইদা চৎলুই?

- তুরেলদা, তুরেলদো য়াম্না কীজে, য়াম্না চাওহৌরে।

- কীরগা কৈদৌনা চৎলুরিবা! হয়েং অয়ুক অঙনবদা ঐখোয় ইম্ফাল চৎলনি। নফি নরোল লাইরিক লোয়না য়োমশিল্লো।

- চহি অহুম লৈনি হায়বদাই করি তৌরে?

চীংগী লম অমদা ট্রান্সফার চৎপসি মহৌশানা চহি অহুম অহুম ওই হায়বা ঐহাকশু চাওরাকপা অমদি খঙবনি। হন্দক্কী থা মরি মঙাদা তেখিবগী মরম কোন্না খঙলকই। ইচে ইবেম্মা অহল ডাক্তর শৈত্যবতিনা য়াম্না শাওখি। নহা ডাক্তরশিংনা অনকপা মফমদা লৈননবগীদমক শেল পিদুনা ৱানোম্বা ওইরম্মী।

নুমিত্তুদা পুন্সিদা অহানবা ওইনা অৱাবা ফাওখি। হায়দোকপা ঙমদবা অৱাবা অদু খাংদুনা অহিংদু হৌখি। নোং ঙানবগদি গাড়ীদা ঐখোয় ইম্ফালগী য়ুমদা চৎলে। কলাপাও উনবা চৎপা ঙমখিদ্রে। ঙসি ফাওবা নুংঙাইতবা পোক্লি। করিমত্তা হায়রমদনা মফমদুদগী হোংলকপদু ওন্থোক্লা নিংঙমদে। মসিমদি খংই মানা ঐবু শোয়দনা ঙাইরমগনি। গাড়ী তোংখৎলবা ফাওবা তুরেলগী লম্বীদা ঐনা চেপথ-চেপথ য়েংবদু করিসু কান্নখিদ্রে। মিৎতা তুরেলগী লম্বীদু উরি। খাংগ্রা মনা অকংবা, নিংথম মমৈদা চেনবা মাকলং তুরেলগী অপীকপা ঈচেল, অঙৌবা অমুবা ঈশং কারবা নুংপাক, নুং মচা ময়াম, ৱাইখু... ময়াম অদুগী মথক্তা লমজেন য়াঙবা কলাপাওবু নিংশিংই। অমুক উনগদৌবা মান্দ্রে। মহাক্না ঐবু তোর্ব্বান্দুদা ফমদুনা ঙাইরমগদ্রা খংদ্রে। অঙাং ওইবগী ইঙাও ঙাওনা চেন চোংলম্বা ঐনা ইহান হানবা ওইনা মীগী মচা মীতোপ

অমগীদমক করিগী অসুম্না ৱারিবনো হায়না হংবা তারবসু খুম্ফমদি খংদে। মাগী শক্তম অমদি নুংশিরবা খোয়তক খোয়তক তৌবা মাগী ৱাঙাংনচিংবা পুম্নমক্না ঐগী থম্মোয়দা চংশিনখি।

ইম্ফালদা ঐখোয়গী ঈনা কুপ্পা অচৌবা য়ুমজাও অমা লৈ। য়ুমদুদা ইচিল ইনাও ময়াম পীক থন্না লৈ। নিংথৌখোঙদগী লাইরিক তম্বা মী খরসু লৈ। পাবুংগী মচন্নুপী ইনেসু লৈ। তুম্ফমসু চাফমসু মীনা কৃক কৃক ইন্ননা লৈ। মাঙ্গোলদা ফমদুনা মখোয় ৱারী য়াম্না শানৈ। ৱারীশিং অদু ঐনা য়াওবা য়াবা ৱারী অমত্তা য়াওদে। শেল থুমগী ৱারী ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঐগী ইবুং ইঞ্জিনিয়ার তম্বা, ভেটিরিনারি ডাক্তর তম্বা অমদি ইচে এম এ তম্বা মখোয় ময়াম্না শেল য়াম্না থারক্তবগী ৱাকৎপা ওইনা তৌই। মখোয় লোয়না মাগী মাগী মোরাদা, চৌক্রিদা ফম্লগা মথং মথং দাইলোগ ওইনা ঙাংনৈ।

শেৎপা চাবা নিংবা থুংদবা হায়বসি লাইরিক তম্বদা পুক্লিং হন্থবা পোকই হায়না ইচেম্মনা হায়রকপদগা পাবুংনা শাওখি। লাইরিক তম্বা হায়বসি য়াম্না লুবা থবক অমনি। মহে তম্লিঙৈদা ফি শেৎপা অকে অমৌগী জগৎতা চংবা য়াদে হায়বা ৱাফম থম্বগা লোয়ননা মহাক্না দিব্রুগরদা ডাক্তর তম্লকপদা শুপ্পগী ফুরিৎ অনিগা খোঙগ্রাও অনিগদগী হেন্না শেত্তে হায়বা ৱাফম থম্মী। পাবুংগী ৱাফম অদু ময়াম পুম্নমক অমত্তা ওইনা য়ানিংদবা ফোংদোকই। পাবুংনা ইম্ফালদা ঙাইহাক্তং লাকপা ওইরবসু সাইকল তোংদুনা অনাবা য়েংবা হেক্তা চৎলি। পাবুং হেক থোকখিবগা ঐগী ইবুং অহলনা চে মকোল কোল্লগা হিদাক মনা য়োমদুনা চুরুট থক্তুনা ৱাখল খনবা ঐনা উই। অদুদা নত্তে ইচেম্মগী টেবল মথক্তা মচু মচুগী খুজিল শংনবা অমদি চীনবাল য়েক্লবা লিপস্টিক পৈদুনা থম্বদু থৱায় তানা য়েংজরুই। ইম্ফালগী য়ুমদদি ঐহাক থবক য়াম্না চিল্লি। মী খুদিংমক ঐঙোন্দা পাখোন শি। ঐনা পুম্নমক্কী মনিং থুংনবা দুকান খুদিংগী কোয়চেন চেল্লি। করিগুম্বা মতমদা পোৎ য়াম্না য়াম্লবদি চৎনা চৎনা কাওদনবা হঞ্জিন-হঞ্জিন শোল্লি - *ঙারি, চুরুট হৱাই, থুম, য়াইঙং আলু...*।

ঐখোয়গী য়ুমগী চৎনবী নিয়ম অমা ওইনা নোংমাইজিং খুদিংগী মহাদেব পুজা তৌই। ঐখোয়গী য়ুমথংনবদা বামোন ইমুং অমা লৈ। য়ুমনাক্তি *লাইপুবম*নি, লাইশঙ

মাগুব ফজনা লৈ। ইমান্নবী লাইপুবম ইবেমহল/বামোন মেম্মা ঐনা *বাইমা* হায়না শন্না কৌজে। ঐখোয় অনি য়াম্না লুনা তিন্নজবনি। ঐনা কাংপোকপীদা লাইরিক তম্বনিনা মরক মরক্তা উন্নবসি অসুক্কী মতিক নুংশিনৈ। ক্লাস চপ মান্নবা মরম্না লাইরিকসু হেক হেক পামিন্নৈ। সন্ধ্যা আর্তিগী ঈশৈ অহলশিংনা শক্লগা ঐখোয় অনিনা খুম্মী। ঈশৈশিংদো ইরাই লাইনা ফাদোকই। *আরাতি বৃজরাজো নন্দকুমারো।* অদুগা নোংঙাল্লমদাইগী মঙ্গল আর্তিগী ঈশৈশু অদুম চিনফা পুরকখি।

নুংঙাইতবা অমতংদি লৈখি। নিংশিংলি, ঐখোয়গী ইমুংসে লৈকাইদুনা বাবু ময়ুমগী ইমুং হায়রগা খঙনরম্মী। অয়াম্বা মতমদা বামোন থৌরানিশিংনা বাবু ময়ুমগী ইমুংদি অয়ুক্তা নুমিৎ খুদিংগী য়েরুম চাবনি শন্নরুগনু হায়না হায়বদু তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরমদে। বামোন ইমুংগী অহল লমনশিং অদু ফত্তবা মী ওইনা উখি।

মীনা মীদা শোক্লগা মাংই অমদি লাইশঙদা য়ানবা ফি বামোন নত্তবা মৈতৈনা শোকপা য়াদে হায়বা ৱাফম অমা ইনৌ নৌনা ঐঙোন্দা হাপচিল্লক্লিবা অসি থনুংদা নৈদুনা কৈনো'ম তৌই। কৈনো'ম হেল্লি, কৈনো'ম ৱাৎলি, মদুদি ঐগী নৌরিবা কোক্তুনা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবসু ঙমদ্রে। ইম্ফালদা ঐখোয় য়ুমগী অকোয়বদা লৈরম্বা চৎনবী অমদি হিংবগী মওং অদু ঐনা চীংদা লৈরকপা অদুগা য়াম্না খেন্নরে। লাইগী থবক্লি হায়দুনা ঐঙোন্দা য়াম্না কিনবা ৱা ময়াম অমা ঙাংবদু তাবদি তাই। অদুবু ঐহাক লাই হেক্তা কিবদি কৈদৌঙৈদসু তৌদে। মরমদি ঐগী পুক্লিংদা ঈশ্বর হায়বসি মীওইবগী ফনবা খনবা, অচুম-অরান লোয়না উবিবা অৱাংবা স্বর্গদা মতম পুন্নমক্তা লৈবা ওইনা খনখিবা কুইরে। করিগুম্বদা লাইশঙ মথক্তা লাইগী খুদৈ ফৌবা অদু ক্লিপ অমত্তা ফাদবা মরম্না কোয়পাই পায়থোকই। মদু ঐনা মফম চানা হেক হেক শেমজিল্লি। মদু মথক্তগী ঈশ্বরনা উবা তারবদি করিসু শাওনিংঙাই লৈতে হায়না খল্লি।

চীংলক্তগী খুল্লক্তা লাকপদা অকে-অমৌগী য়ুম্বাল্লোন খেন্নবা উবতা নত্তনা মীনা লাই শারগা শান্নবা লীলা *ঘনশেনবা, কৃষ্ণ বাল লীলা, জগোয় রাস* তোয়না য়েংই। লোকলাওবুংদগী শিংজমৈ ফাওবদা লাইশঙ মাগুব ফনা য়াম্না লৈ। মথং

মনাও নাইনা কোয়না চৎতুনা কুম্নৌশিং অসি য়েংনা হোৎনৈ। মহাভারত- রামায়ন, কৃষ্ণ পোকপদগী শিবা ফাওবগী ৱারী, ৱারী লীবা ওঝা অমগা চপ মান্নবা মীঙোন্দা লীবা ঙমখি। অদুবু নুমিদাং তুরিং সিনেমা য়েংবা চৎপদি ইবুংশিং ইচেবেম্মশিংনা য়াদে। চীংদদি ইমা মথন্তনিনা ঐনা ঙম্মী। ইম্ফালগী য়ুমদদি লম হেনবা ঙমদে। অদু ওইরবসু *লোক্লাও লাইরেম্বী*গী লম্পাক্তা উৎপা *যাগিত্রি* ফিল্মদি য়েংখি। টি বি লায়নাগী ফিল্মশু।

ইম্ফাল সহরসি য়াম্না নুংঙাইরম্মী হায়বা খঙলে। খঙহৌদনা চাওখৎ খোঙথাং ওইনা মোইরাংখোম কৈথেল মনাক্তা টোটি অমসু য়ুংলে। ঐ মদুদগী ঈশিং শোকই। মদুদা মী চিনবদুদি করি হায়গনি।

ঐবু পাবুংনা শিংজমৈ গার্লস স্কুলদা ক্লাস সিক্সতা মিং চনবীরে। ইমান্নবী ময়াম উবা ফংবদা নুংঙাইবা পোকই। অদুবু ঐদি মখোয় ময়ামগা য়েংনবদা অৱাৎপা ময়াম উরে। ইমান্নবীশিং পুন্নমক ফিজোল ফজনা শেৎলী, নাদা অরংবা সনাগী রিং নৎত্রগা *নাক্রী* য়ান্দুনা চেংহি মনম নুংশিবা নম্বা শমশিংদা লৈহাও য়ান্দুনা ক্লাসতা ফম্লম্মী। মখোয়দা ঐনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংজরম্মী। ঐদি নাদা করিসু য়ান্দে, ইচম চম্না ফ্রোক অমতমক শেৎলি। মখোয়গী মখুৎতা লুপাগী খুজি শিরগা ক্রিং-ক্রিং লাওনা মখোলসু থোকই। ইম্ফালগী ওঝাশিং অদু য়াম্না ফবা ওঝা ঙাক্তনি। করিগুম্বা ভাব তাদবা য়াওরবসু অয়ুক অঙনবদা ওঝাগী য়ুমদা লাকপা য়াগনি হায়। মরু ওইনা মহৈরোয়শিংনা অঙ্ক অমদি গ্রমার তম্বা চৎনৈ। ওঝানা ট্যুসন ফি অমত্তা লৌবীদে। অসুম্না থৱায় য়াওবা মহৈরোয় খরগী ওঝানা মতেং পাংবী। ট্যুসন ফি লৌবদি লায়রদুনা ওঝাগী য়ুমদা হৌবা হৈনৌ হেক্তুনা ঐখোয়দা পীজৈ। ময়ুমদা লৈরম্বা অরৈ-অরৈবা অচাপোৎ পুথোরকই। শিংজম্মৈগী লৈশাংথেম লৈকায়দা লৈবা ওঝা নিলমনিগী য়ুমদা ঐশু নোংমা নিনিদি চৎলুই। ছাত্র ময়াম লাইরিক তম্বীরম্মী। ঐবু উবদা নহানমখৈ লাক্তবা করিগীনো হায়না হংখি। ঐনা খুমদ্রবদা ওঝানা অমুক হায়রকই, *চুম্মী নখোয়গী ইমুংদদি লাইরিক তাকপিনবা নচিন ননাও য়াম্না লৈ।*

মতম খরা শিংজমৈ স্কুলদা ঐ তমগী সমাজ অমখক তুমিন্না য়েংখি। ইমান্নবী পুন্নমক মশক ফজবী ইচং থৌবী ঙাক্তনি। ঐগা মখোয়গা খেন্নবা ময়াম উরকই।

খেন্নবশিং অদু করিনো হায়না হংবা তারবশু মদু মনুংদা লৈবা পোৎ অমখক্লি। ইমান্নবী পুন্নমক মমা মপাগী অহানবা পোকচবী মচা অয়াম্বা ওই। মমা মপাগী মীনুংশিগা লোয়ননা চেৎনা চান্না থমজবগী মওং উবা ফংই। ঐগীদি ইচিন ইনাও মরক্তা তরেৎ শুবীনি। ঐগী অৱাৎ অপা পুন্নমক পাবুংদা হায়। লাইরিক তম্বগী মতাং হায়বদা য়াদবসু লৈতে। তৌবতবু পাবুং নৎতনা ইমুংগী মীওই অমত্তদা ঐগী ওইবা অপাম্বা নৎত্রগা অৱাৎপা হায়ফম লৈতে। হায়রুরবসু কনাসু তাবা ফাওবা তাবিদে। পাবুংনা ঐবু মরম ওকই হায়দুনা লুনা তৌই। ঐখোয়নিগী মরক্তা য়ানবা য়াম্না লৈ। মসি কনা অমত্তনা খঙদে, ঐখোয়নিদং খঙনৈ। সংস্কৃত শ্লোক খরা লৈ। মদু পাবুংনা ঐঙোন্দা তম্বী। মমৈথংদা মকোক্তং পাবুংনা হায়রগা ঐনা মখা তাবা ঙম্লকই।

স্বরসতি মহাভাগে (পাবুংনা)

লোচনি বিস্বরুপি বিসালাখি বিদ্যংদতি নমস্তুদে (ঐনা)

পিতাধর্ম্ম (পাবুংনা)

পিতাস্বর্গ পিতাহি পরমংতপো প্রিয়নতে প্রিতি মাপন্নে স্বর্গ দেবতা (ঐনা) .... তথা ধর্ম্ম তথা জয়তে - পতি - নিন্দা মহা পাপ ৱাফম অসি ইমাদা তৎতনা হায়। মুর্খ হায়বদি ইমা শাওবগী মওং উই।

অসুম্না পাবুংনা মকোক হৌরগা মখা ঐনা তাবগুম্বসি পাবুংনা য়াম্না হরাওই। ইম্ফালদা লাক্লবা মতুংদা পাবুং থবক য়াম্না চিল্লি। মরম ঐনা তপ্না খঙলকই। অতোপ্পা ওর্দর অমা ফংদবনা পাবুংসি সগোলসেম ইন্দ্রমনিনা লিংখৎপা *ন্যু গার্লস এন্দ এডল্ট হায়স্কুল*দা থা অনিদা মহৈরোয়শিংদা *হায়জিন* তম্বীগনি হায়। ইমুংগী মী অয়াম্বনা পাবুংদা শাওনখি, *লেম্না পোত্থাদুনা লৈথোক্তে* হায়না ঙাংবদু ঐনা তাই।

মদুদা পাবুংনা,' *মহাক ঐগী নুংশিত্থবা মরুপনি। অদুনা ঐ থা অনি মতম অহাংবা ফংলিবসি অরেম্বদা পোত্থাদুনা লৈথোকপা য়াদে। ঐনা হায়জিনগী মরমদা অঙাংশিং কুপ্না তম্বীগনি। মহাক্না ঐঙোন্দা লুপা ১০০-১০০ পীগনি হায়রকই।'*

ময়াম চংদুনা ৱা লাওনা নোকখিবদু ঐ তাহৌই। ঐদি করি হায়গদৌবনো খঙদে। পাবুংনা হায় *'মতম হায়বসি খ্বাইদগী তাঙবদগী তাঙলবা সনানি।* ভাব ইতা তাদনা

ঐনা হায়খি, *পাবুং ঐগী নাদা য়ান্নবা সনাগী রিং অমত্তং শাবীয়ু।* মদুদশু পাবুংনা, *হোয় হোয় শাবীগে* হায়খি।

নবেম্বর ১৪ অমদা ঐখোয় ক্লাস সভেনগী ছাত্রী ৫০ চপ মান্ননা অঙৌবা ফ্রোক শেৎতুনা খোঙউপ মোজা অঙৌবা উপ্পুনা চিলড্রেন্স ডে য়াওনবা ওঝানা খনখি। ফি-রোলশিং অদু মশা মশানা তুজগদবনি। ইমান্নবীশিংনা মাগী মাগী ফুরিৎ ফিরোল তুনবগী পাউ লোয়না তম্নে। ঐগীদি পাউ তম্লিংঙাই লৈতে। মরমদি ইমানা পৈশা লৈতে হায়। নোংমা নিনিদু ঐ য়াম্না শাওনিংখি। মখোয়না পাখোন থারবসু য়ানিং য়ানিংদনা চৎলি। সোমদা পেরেদ তম্বসু অদুম চৎলি। ঐ ইমাদা শাওবা ঙমখিদে। মরমদি মহাক্তি তশেংনা পৈশা লৈজদবনি। পুক্লিংসে হম্থগে তৌরকই। মীনদি *বাবুময়ুম*গী ইমুংনি হায়না ৰাংনা থম্মী। ইচে ইবেম্মনা উপাই পুথোক্তুনা ইমাগী উপুদা থম্বা ফি অঙৌবা অমা লৌথোক্লগা ঐগী ফ্রোক তুরম্মী। ঐ খরা নুংঙাইরম্মী, য়াম্না নুংঙাইবদি নত্তে। অদুবু ফোর্টিন নভেম্বর নুমিৎ অদুদা ঐনা ফ্রোক অদু শেৎতুনা চৎপদা মী, ইমান্নবী পুন্নমক ঐঙোন্দা য়েংনখি। ঐগী অদুনা মখোয় ময়ামদগী ইহেন হেন্না ফজখি।

থা অনিগী মতুংদা পাবুং শগোলমাঙ দিস্পেন্সরিদা পোষ্টিং তাবে। ঐদি লৈহৌরে। মতমদুদদি স্কুলগী লাইরিক পাবগা য়ুমগী থবক ইনখাং ময়াম অসিগা পাবদা য়াম্না চিল্লি। ভোট মতম লাকখি। মনিপুরগা টেরিটোরিএল কাউন্সিলগীদমক ভোট য়াম্না খোমনৈ পুল্লাং লাংই। মনিপুর লাংই। মতাংদুদা ঐখোয়'ইমুংগীসু খোয়রেল মশা পাইবদৌনা তৌই। ইবুং অহল, ইচেমা ডাক্তর ময়ুম পাল্লবা মতুংদা ইবুং ইঞ্জিনিয়ার অমমুক লুহোংনবা হোৎনরি। য়ুম য়ুবদুসু কুপশিন্নবা হোৎনরি। ইমাসু ঐবু থনম্লগা শগোলমাঙদা চৎখ্রে। ঐগী তাইনফম ইরৈ লৈত্রবদৌনা তৌই।

য়েনখাদা পুংদোল অচৌবা অমা হৌবদুগী মনাক্তা কারোল ইশং শংনা হৌই। পুংদোল পানব্রা ঐনা নুংতিগী য়েংই। পাল্লম্বসু য়াওই পাল্লমদবসু য়াওই। নোংমা ঐনা পাকথদুনা পুংদোল থিরম্মী। নুমিৎ অদুদা ঐসে নুপীনি, নুপী ওইবীগী ওইবা প্রমান খুদম অমা ঈশ্বরনা উহনবীরকখি। ঈং তপ্পী নুপী অমগুম খোঙথাং তপ্না

ইমুংদা চংলকই। অদুগা মতম কুইনা ঐগী ফমুংদা ফমজরম্মী। নুমিৎ অদুদা ঐনা ঐবু সনমান তৌজরম্মী। মপুং মরৈ ফারকপগী মওংদা খঙহৌদনা ওনখিবগুম তৌই। ঐগী হকচাং মফম খুদিং হান্নদগী হেন্না কুচু কুমেন থোরকপদৌনা উবনা শকয়েং মিংশেল মনাক্তা তোয়না তোয়না চংনিংলকই।

ক্লাস সভেন কাবা মতমসে ইমান্নবী অয়াম্বা মিং চন্নখ্রে। মী লোয়না তোঙান তোঙানবা হায় স্কুলদা কানখ্রে। ঐখোয় ইমান্নবী ময়াম অমা টি জি দা পুন্না মিং চনমিন্নসি হায়নবনি। অদুবু ঐদি পাবুং লাক্তবনা সুপচন চন্দ্রে। কাইনথংদা ঐ শাওদুনা শগোলমাঙ তান্না চৎখি।

ঐনা শগোলমাঙ দিসপেন্সরি য়ৌবা মতমদা অয়ুক্কী পুং তরামুক তারম্লগনি। দিসপেন্সরিগী লম্পাক্তা মী ময়াম পরেং লেংদুনা মিল্ক পাউদর য়েম্থোকপা লৌনরম্মী। ঐনা পাবুংগী কাদা হেক চঙবগা পাবুংনা 'নঙসু পরেংদা লেপ্লু' হায়রকখি। য়ানিংদা য়ানিংদা পরেং লেংবদুগী মমৈদা লেপশিল্লম্মী। শঙ্গোম পাউদর কৌতা অমা ফংলম্মী। ঐনা অসুম য়েংবদা শঙ্গোম পেকেট বোড়া ময়াম অমা পাবুংগী কাদা লৈবসু উরম্মী। মিং চনবগী ৱাফমদু ঐনা হৌদোক্লুবা মতমদা পাবুংনা মঙক্তমক নোম্লগা অয়াবা উৎলি। মমিৎ মমায়দু য়েংবদা ইনুং নুংঙাইতবা মাল্লি। নুমিদাংদা ইমার্জেন্সিগী অনাবা পুরকপদা থান্ননবা অচৌবা *হাজার লেম্প* হায়না খঙনবা থাউমৈ অদুসু মাঙখ্রে হায়বা তারে। ঐগী ইপাগী মায়থোংদো হান্নদগী হেন্না অহল ওইবগুমসু উখি।

লাইরিক তম্বগী অরোইবা তাক্কক অমমম ফংলবা ইচিল ইনাও ময়াম মরক্তা লৈবা মতমদা ৱাখলসি য়াম্না নুংঙাই। নোংমদি ঐসু মখোয়গুম্না লাইরিক তম্বা লোয়রক্কনি, মখোয়গুম্না চাওথোকচবা ঙমগনি হায়বগুম্বা ৱাখল হেক-হেক খল্লি। ইচে ইবেম্মা অহলগী জীপ অমা লৈ। পেৎ-পেৎ লাওবা সিট পানবা জীপ অদু ওলিব গ্রিন মচুগীনি। ইচে ডাক্তরনা মদু তোংলগা চিং লেম্না লাকপদু কয়াদি ফজখ্রে। মদু করি করিগুম্বা মতমদা ঐগী পাবুং য়াইমা সৈত্যপ্রিয়ানা পুরকই। জীপ অদু তোংদুনা উরিপোক্তা হেক হেক চৎলি। মদুদা নুংঙাইবদু তম্ফম খঙদে। অদুবু ঐগা

মখোয়গা ৱারীদি শান্ননিংঙাই অমত্তা লৈতবনা য়েনখাদা, চাকশঙদা কোয়চং চংদুনা লৈ। চাকখুমদা লৈরম্বা চাক চাখিবগী পুখম তেংকোৎশিং ঐনা ফেংদোকই। মসি কন্নানসু খঙবা নত্তে। নুংঙাইরিবদি চা অমমম থক্লগা ইচে ডাক্তরনা নুংথিলগী রাউন্দ চৎপা নংনবা দিষ্ট্রিক্ট হোস্পিটাল কাবদা ঐখোয়বুসু থিনবীরকপদুনি।

ঐ তম্ফাস্না গার্লস হাইস্কুলদা মিং চনবগী পাউ তারে। পাবুংদো হোবে হোবে লাক্লগা *লাইশ্রম সমরেন্দ্রদা নঙগী মিং চনবা হায়বদো মহাক্না য়াদুনা এদমিসন ফী পীরম্লবনি* হায়বীরম্মী। ঐ নুংঙাইখি মরমদি মতম অদু মী য়াম্মন্দুনা এদমিসন ফী লৌদ্রে হায়না তায়। অদুবু পাবুংনা হায়বদগী য়াবিরকপা ওইরমগনি। মতম অদুদা তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুল অসি য়ুনিফোর্ম ওইবা দ্রেস শেৎপা হৌরে। ফনেক সনা মচু, লৈ মচুগী ৱাওথাংনবা ইন্নফিনি ইল্লি। ওঝা শোরোজিনিনা শিন্দুনা স্কুলদগী লুপা ৩০ পীরগা ফনেক অমদি ইন্নফি লৌবা য়ারে। লৈকাই খুদিংমক্তগী ইমান্নবী কয়া তিন্নরকপা হান্নগীসু উন্নবা অনৌবসু তিন্নরকপদা নুংঙাইবা পোকই। অনৌবা মরুপ ফংবদা অনৌবা ৱাখল্লোন কয়া পোক্লকই। ঐহাক অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা স্কুল কাবা হৌখি।

তুমিন তুমিন্না নোভেল পাবসি আউট-বুক পাবা হায়না লৌই। ঐখোয় মশেল ৱারী লীনৈ। ঐদি ঐখোয়গী বুক রেটতা লৈবা বি এ দা তম্বা মৈতৈলোন লাইরিকশিং- কপালকুন্দনা, মেঘদুট, শতি খোঙনাং, মাধবী, ঐখোয়' তাদনচিংবা লোয়না পাখ্রবনিনা ইমান্নবীশিংদা ৱারী হেক হেক লীবি। মখোয়সু পানিংবগী ৱাখল য়াম্না ফোংদোক্লরকই। লাইরিকশিং অসি ৱাইন্দুনা পাই। লুরিবদি অহল লমনশিংনা অসিগুম্বা আউট-বুক পাবসি কান্নদবা অঙাং মাংনবা থবক্নি হায়না লৌই। ঐসু কাংখল মনুংদা তুমিন্না পাখিবা ঙাক্তনি। বঙ্গলা ট্রান্সলেসনদি অমত্তা চিংখদ্রে হায়বা য়াই। অনৌবা লাইরিক্কী ট্রান্সলেসন থোরকপদসু পাউ হেক্তা ফংই। শরতচন্দ্র, বঙ্কিমচন্দ্র, রবিন্দ্রনাঠ টেগোর মখোয়গী লাইরিকশিং লেপ্তনা ট্রান্সলেসন তৌরকপদা ঐখোয় মশেল পাউ ফাওনরগা ৱায়নৈ। করিগুম্বা লাইরিক ৱায়খ্রগা অমুক হল্লকত্রবদি শাওদুনা ময়ুমদা চৎলবা লৌশিন্নে। ক্লাস সভেন্দগী ক্লাস নাইন ফাওবগী মনুংদা রিসাইটেসন থীবা, দিবেট অমদি ইংলিসতা শান্নবা লীলা মচা মচা খরা থোক্লুবদগী ইমান্নবীশিংনা ঐবু য়াম্না

থাগৎপীখি। ঐগী ব্রাখল অশানা পীক থনখি। মঙলান অমগী মথংদা অমা মংবা হৌরকই। মঙশিংদু কয়াদা নুংঙাইখ্রবা! নোংমা অমা খল্লি, নোংমনা অমা খল্লি, অমত্তা মান্নদে। ওঝানা মরোল অমা *নখোয় মথং চহিদা মেত্রিক থারগদবনি কন্না হোৎনরোহা*য়জিল্লকই। ব্রাখলদি কোয়পাই পায়রি, কোয়সু কোয়নিংলি। লাইরিক তম্বদি খোঙনা চৎপনিনা য়াম্না লাপ্না কোয়বা চৎপদি ওইথোক্তে। নোংমাইজিং খুদিং বামোন ইবেমহলদি চেংহি অফুৎপা মনম নুংশিবা লুজে। ঐঙোন্দসু লুহল্লি। মনম অদুক্কী মতিক নুংশিখ্রে। শমদি ঐখোয় অনিমক অদুম ফৈ। ঐখোয়নি কোয়চৎ চৎতুনা চেংহি ময়ান হেক হেক থিদুনা হেক্লুই। কোয়চৎ চৎপগী ব্রাবা কৌবা লৈতে। লাইরিক কুইনা পামনখিদুনা চোকথরকপা অমদি তনবদবগী লায়না অমসু হৌরকই। মরমদি ওঝাশিংনা ক্লাসতা পাড়া লৌথবা মতমদা ফজ ফজনা তাকপী। ওঝানা তাকপদু য়াম্না মুন্নবু তাহৌরবদি হেক্তা ফাবদৌনা পুক্লিংদা খঞ্জে। অদুবু অয়াম্বা মতমদি আউটবুক পাবদা হৌখি।

মরক অসিদা ঐখোয়গী ইমুংদা নিংঙোল থাজ-য়োনজ তৌবগী ব্রাফম তোয়না তোয়না ঙাংনবা তারি। ইচেম্মগী পক্ল-ব্রায়না য়েংবগী মী য়াম্না লাকই। ইমানা হায়,

- *পক্লদ্রবদি থাজবা য়াপোৎ নত্তে, নুপীগী পুন্সিদি মরা-মপুরোইবগী মরুমদা হিংই।*

*‘পক্লরবশু পাম দবা নুপাদা করম্না লৈগনি!’* ব্রাফম অসিদা ইচেম্মনা ইমাদা *‘থাজবা য়াবা ব্রাফম নত্তে’* হায়দুনা য়াম্না কন্না য়েৎলি। নুপীগী পুন্সি পাঞ্জিদা হেক্তা শিন্নথোকপা পামদে।পক্লে হায়দুনবু পামদবা নুপাদা করম্না লৈরুগনি। অসুম্না মখোয় অনি ঙাংনরগা ঐ ব্রাখল খনখি, ঐনা য়ুম পানগদৌরিবা নুপা অদু কনা ওইগনি! পোকপা শিবা লুহোংবদি ইশা ইশাগী লাইবক ওই। মীনা ফনা য়াম্না হোৎনদুনসু শেমদোকপা য়াদে। অদু ওইরবদি পোকপসু শিবসু ঈশ্বরগী মখুৎতা, লুহোংবসু ঈশ্বরনা তম্বা, ব্রাফমসি খংলু লুশিল্লকই। তশেংনা ঐনা ওইহনবা ঙমদবা থবক্তি অরুবনি।

নোংমাইজিং নুমিৎ অমা অয়ুক অঙনবদগী হৌগৎলগা ঐনা লৈ খরা হেকচিল্লম্মী। মহাদেবনা শগোল হিদাক পাম্মী হায়দুনা শগোলহিদাক মপাল,

জুবাকুশুম অঙাংবা, চিনি অঙাংবা অঙৌবা ঔৱাথবী অশংবা *হেক্তুনা পুজাগীদমক* শেম শারে। অদুগা ঐগী বর ওইগদৌরিবা মহাক অদু ঐগী মঙদা উহনবীয়ু হায়না চপ য়ংনা খল্লদুনা বর নীরম্মী। নুমিৎ অদুগী মঙ অদু ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরমদে। অয়াম্বদি নিংশিংবা ঙমদে। মঙদুদা য়াম্না কিরম্মী। অদুবু মশম তেন্না ককপা নুপা অমদি অতেকপা গাড়ী অমগী মনাক্তা লেপ্পা উই। মিকপ হেক থোকপদা মীহুল দং-দং চোংদুনা ৱারম্মী। য়ুমগী লাইরিক থম্ফম খুদিংদা মঙগী ফল য়াওবা লাইরিক কোয়থি থিরম্মী। ইমাদসু হংই, মঙদা অকিবা পোকপা অমদি ৱাবগী ফল করি ওইগনি হায়না। ইমানদি মদুগী ওন্ন-তৈনবা ওইগনি হায়। ঙাতোন অতেকপা, খাবক উরবদি পৈশা ফংই, মৈ উরগা নোং তাই, অৱাংবা কাবা ফৈ। হায়রিবা পুম্নমক অমত্তা ওইদবনা ঐহাক তুমিন লৈখি।

ইমান্নবী অতৈদগী নুপামচা তিন্নবসি ঐনা খরা হেনব্রা হায়না খল্লি। মখোয়না নোংজুথাদা তুরেল চাওরকপদা ৱাংমা লানবী শান্নে। নুপা ইরোইবসু নুপী ইরোইবসু অনিমক ঐ হৈ। মখোয়না ঈশিংদা ফন ফন চোংথখ্রবদা ঐসু চোংথরে। ঈরৈসু ফনা য়াম্না কল্লি। নুপা ইরোইবগী মওংদা খুৎ শাংনা শাংনা তিংথোক্তুনা ঈরোইবা মতমদা ঈরৈদু খরা কনশিল্লকই। ঈশিংগী ঈরৈদা ঈরোইবা ঙমদনা চেম্থরে। তুরেল ৱাংমরোমদা নকশিনবগী মহুত্তা ঈশিংগী ঈচেলনা পুথবা মায়কৈদা তাওথরে। ঙসিদি শিবা তারেদনা ফাওবা খনখি। কবোকং, শিংনাং ঙাক্তা তাওথরকই। মতাইরোমদা থৈদোক্কে খল্লি ঙমদে, ফনা শাংনা তাওথরে। লোক্লাওবুং হিদেন্দগী কারাম হিদেন মপা য়ৌরকপা ফাওবা চেম্থরে। লৈজবা পাঙ্গল শক্তি পুথোক্তুনা হিদেনলোমদা চংশিল্লে। লাইবক ফদুনা থাওনম পাম্বী খরা ঈশিংনা থুমজিনবদু পায় পায়দুনা কাখৎনবা হোৎনরে। লৈনাং মপৈ মপৈ হাজিনখিবনা খুকউ ফআওবা পুথরম্মী। মদু ফনা ওইদুনসু ঐনা ঙমনবা হোৎনদুনা লৈকং ফাওবদি ৱানা য়ৌরে। শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা ঙাইহাক পোত্থারম্মী।

তুরেল ৱাংমদা লাম্থোকখিবা নুপামচাশিং অদুনা কন্না লাউরকই, '*শিদৌদ্রিবদো নরায়বকতুম ফরবনি!*' ঐ মখোয়দসু য়েংদে, পাউখুমসু পীদে। য়ুমদা হল্লগা পুখ্রিদা লৈখোম লৈনাংশিংদু চামথোক্লে। মীনা তৌরিমখৈ য়াওনিংবা, ঙমগদৌবোইতা নিংবা

অমা তৌই ঐসে। এন সি সি য়াওদুনা নোংমৈ কাপ্পা, শগোল তোংবা, জগোয় শাবা হৈরে। ইন্টর স্কুল কলচরেল মীট থোকপদা লক্ষিকান্তগা থোকচোম প্রিয়োকুমারগা য়াওরবদি ঐ হেক্তা নুংশা থি। মরমদি মখোয় অনিদি য়াম্না ফজনা রিসাইটেসন থিবা হৈবা ঙাক্তনি। কলচরেল মিট খুদিং ঐহাক্না প্রাইজ ফংখি। ক্লাস ঐইট ফাওবদি য়াম্না নুঙায়খি।

নোংমদি খঙহৌদনা পাবুংদো নারে হায়দুনা মাঙ্গোলদা হিপ্লম্মী। মী ময়াম অমসু লোয়নরকই। ৱাদি ফজনা অদুম ঙাংবা ঙম্মী। মখোয় মশেল ৱারীসু য়াম্না শান্নে। মসিগী মমাঙদা মহাক নোংমতসু মশা ঙমদবা উখিদ্রি। ডাক্তর এন বি রোয়, ডাক্তর ইরেংবম মোহেন্দ্রোসু লাকই। ইচেম্মা অহল ডাক্তরদুসু নোংমদা অনিরক লাকই। হিদাক ময়াম ময়ামসু পুরকই। ইমাদা ঐনা হংই,

'পাবুংসি কৈদৌরগে?'

'কেন্সরনি হায়রি, ওপরেসন তৌগদৌরি।'

দিষ্ট্রিক্ট হোস্পিটালদবু ওপরেসন তৌরবদি পাবুং শোয়দনা ফরগনি হায়না ঐনা চপ য়ুংনা থাজরম্মী। অদুবু ওপরেসন অদু লোয়রগা অমুক্কসু কলকটাদা চৎলগনি হায়রে। ঐখোয় ইমুং মীনা পীক থনখ্রে। পাবুংগী মচে ইনে ইবেম্মা থোকচোম লৈমা থুংলরে। ঐখোয় ময়াম থোক্তুনা খুরুম্মী। মানা পংকপ্তা কপ্পী, '*হো সনাগী থম্বাল, ইচেনা সনাগী থম্বালনি হায়না থমজবনি। নঙ্গা নারে হায়বসি ইচেগী পুক্লিং ৱাখৱেদা!*

ইখুরাশিংসু য়ৌরকই। য়ৌরকপা খুদিং ঐখোয় ইচিল অনাও লোয়না থোক-থোক্তুনা খুরুম্মী। নোংমগী মনুংদা খুরুম্বা মশিংসি য়ামখ্রে। মরি মতা লোয়না শুনবা তিল্লরে। কলকটাদা চৎখিবদু থুনা হল্লকই। পাবুং চৈশু পায়দুনা চৎপদি ঙম্লে অদুবু ময়াংদি খরা কংলকই। ঐগী ৱাখলদা পাবুং শিরগনি হায়না খনবা শুকঙম হেক ঙমখিদে। অদুগা কনামতনসু শিরগনি হায়দে। অদুবু নোংমগী নুমিদাংৱাইরম অমদি মহাক তুম্বগুম্না হিপ্পুনা লৈ। মাইবা লাকই, মীহুন য়েংই, করি করিনো হায়খি। অদুগা ঐখোয়গী মনিংদা হৌবা ৱাপলদগী ৱাশিং অদু নুপা খরনা য়াল্লি। ঐ খঙপ্রেক খঙই। ইমাসু কপলকই অদুগা ঐখোয়দা হায়, '*নপাবুংসে খুরুমজহৌরো লাও!*

মপা শিরগা মচানা করি করি তৌবা হৌনবগে হায়বা ঐ করিমত্তা খঙদে। ঐহাকপুদি করিসু তৌহন্দে, ইচেম্মা ডাক্তরনা তৌ-তৌ হায়বা থবক্তু ইমুংগী মীশিংনা লোয়না পাঙথোকই। পাবুংনসু মমাংদা কয়ারক হায়খি।

'*নচেনা খ্বাইদগী অহলনি, গুরুনি পুন্নমক মানা নখোয়বু ঙম্না তম্বীগনি। মহাকপু অহানবা উবা খুদক্তা খুরুমগদবনি।*' ইং ১৯৬৪ গী শগোলশেন নুমিৎকী পুং তরা তাবা অদুৱাইদা পাবুং শিরে হায়বা ঐহাক খঙখি। ঐনা পাবুংগী মশক অদু অরোয়বা ওইনা য়েংবা মতমদা মহাক য়াম্না নুঙাইনা তুম্বগুম উখি। পোৎলোয়বগী কুন্দা হাপ্তুনা পুথোকখ্রবদা ঐহাক পৃথিবী অসিদা ইথন্তা ঙায়হৌবগুম ফাওখি।পাবুংগী শোরাৎকীদমক ইচেম্মনা লোয়না শিল্লি। পাবুংগী ৱাখলদু য়াম্না চুন্নম্মী। গাড়ী তোং-তোংদুনা অচৌ অচৌবা মী ময়াম ঐখোয়দা লাকই। ইমুংদা মাঙ্গোলদা মীনা পীক থল্লি। থোকখিবগা চংলকপগা তৌরিবা মীয়ামদুগী মরক্তা ঐনা মচি মচিদা লেপ্পি। থম্মোয়দদি পুমহাং হাংলি। অদুম্না মরাং-মরাং তৌদুনা পাবুংগী কর্ম্মদি লোয়শিনখ্রে। পাবুংনা লোয়খিবদা ঐগীদি অপীকপা মঙলানগী পুন্সি অমা লোয়খিবগুম তৌরে। য়ুমগী য়েনখাগুম্বদা ফম্লগা তুমিন তুমিন উংদুনা লৈবনা নুংঙাইবগুমশু তৌই। ঐনা নহালমখৈ চেল্লি-চোংলিবা ময়াম অদুদি খোঙনা নৎলমদ্রে, কোক্লা ওইরম্লে। কোক হায়বসি অঙকপনি, মহাক্কী মথৌদাং অসি অপীকপা ছো অমগুম্বনি। অপীকপা ছো অমনা লোনশিনখ্রবদা চাওরবা য়ুম অমদা চংবা য়াদবা অদুগুম্বনি। ঐগী ইতৌ অদুদা ইথক থোংবশিংনা ঐবু ঙাংবা চৈবদি তায়,

'*করিনো মসি কৈনো'মা তৌরে, থবক তৌবদা মথ্বাই ইচং চংদেনে মসে।*'

খুন্নুবদি য়াবা নত্তে, অদু ওইরবসু থনুংদদি হেন্না শাওনিংই। ৱাহৈ অমথক ঐনা কোয়থি থিখি, কনামত্তনা ঐঙোন্দা ৱাহৈ অমত্তা হায়বীরক্তে, কনামত্তনা তাকপীরকখিদে, কনামত্তনা ঐবু থেম্বীরকখিদে। অদুবু নুংশিরবী ঐগী ইমানদি করিগুম্বা নুমিদাং তুম্বদা ৱারী শারিবনি হায়দনা কপ কপ্তুনা হেক-হেক হায়,

'*নখোয় পাবুংদো মপোক ফখ্রমাল্লে, মোইরাং কোইরেংদু চিফ মিনিষ্টরনি। মথম্মোই শোক্লা খুউ লৈতানা খুরুম্লগা কপ্পী। থবক ইনখাং নোম্নবা মী খরা থারক্তে*

*ফাওবা হায়রম্মী। ঐনা করন্না শিগনি খংদ্রে!* লুখ্রাবী ওইবগী শক্তমদু য়েঙবা নুঙাইতে। অদুন্নদি ওইরবদা করম্বা ৱাহৈনা মহাকপু থেম্বীগদগে হায়বদি খঙদে।

ইমাগী ৱারীদো তাবদা অমুক হেন্না পূক্নিং শোঙ্থরকই। মরমদি ইমানা মশাগী খনজবদা মাগী শিরমদাইদা মহাক্কীনি হায়বা কনা অমত্তা উরোইদবা মানবা ৱাঙাং অমা য়াওরি। মী পুন্নমক শিগনি হায়বদি ঐ খংই। অদু ওইরবসু পোকপদগী লৈশাবী পুঙ্কক ফারক্লবা মতমদু ফাওবদা অশিবা হায়বদো অমত্তা থেংনরকখিদ্রি। অদুনা ঈশ্বরদা হংনিংলকই, *করিগীনো পুন্সিগী অহানবা ওইনা ইমিৎসিদা ইপা শিবা উহনবীরিবা!* মসিনা ঐঙোন্দা অরুবা অর্থ খরা নৎত্রগা পাউখোং অমা চন্নকপদৌনা হেক হেক তৌখি। ইশেং-শেংনা হায়রবদা হিংবসে খজিক্তংদি লুশিল্লকই হিংগদৌরিব্রা, শিগদৌরিব্রা! তুংগী আশা ময়াম মশেল মরাংখি। পুন্নমক অসি চীনবান থোক্লা কনামত্তদা হংলুবা য়াবা ৱাফম অমত্তা নত্তে। অদুনা ইথক্তা খনফম কঙদনা নুংদা ওমখক্তুনা লৈবগুম হেক হেক তৌই। ক্লাস নাইনগী অরোয়বা পরিক্ষা ঙল্লদুনা টেন কারে। য়াওশঙ থাদা শোয়দনা মেট্রিক পরিক্ষা লাক্লনি খনবদা হাইফেৎ পাখৎখি।

ইকুই কুইদনা ইচেম্মা বীমলা, ইবুং বিরেন্দ্র লুহোংখি। মতুংদা ঐখোয়'ইমুংগী পৈশা লৈতবগী ৱাফমসি হান্নদগী হেন্না ঙাংনরকই। ঐগীদি মেট্রিক পরিক্ষ্যাসু থা অমত্তা ঙায়শিল্লকখি। অদুনা ঐদি পাখৎপা হৌরকই। তঙায় ফদনা লাইরিক খরা পাবা তারকই। পরিক্ষ্যা থাবা হায়বসি অমুক্তা কিরক্তবা ঐনি। অদুবু তোকঙা অমা তারকপদগী কিখৎলকখি। মীয়াম্না হায়নৈ, হন্দক্কীদি ৱাহং শেম্বগী মওং অমা হোংদোক্কনি। মদুদদি ঐখোয় ময়াম পাখৎনৈ। অদুবু ওজানদি করিসু তৌরোই নখোয়না পাগদৌবা অদুম পাও হায়বীরকই।

ঐগী পরিক্ষাদু জোনষ্টোন স্কুলদা সেন্টর তারে। পোলিটিকেল সাইন্স থোকপা নুমিৎ অদুমদি হুমাংনা পুমচোৎ চোৎখ্রে। *লোকেল সেলফ গভর্নমেন্ট* ঙাক্তনা নম্না হংলে। শাংল শাংলবা ৱাহং কুনমঙা চীনফা পুজবনি। অদুবু অমত্তা য়াওরক্তে। পরিক্ষ্যা হোলদা নিংশিংলকই, পাবুংগা চীংদা লৈমিন্নরিঙে লম্বুশিংনা ৱায়েল থৌদা তৌবগী মওংশিংদো। চীং নিংথৌশিংদি শক্তি য়াম্না লৈ। মানা হায়বা খুঞ্জা পূন্নমক্লা

ইল্লি। মদুশিংদু নিংশিংদুনা খরমখৈদি ইরে। মতমদুদা প্রধান হায়গুম্বসি মমিং খরা তাবদা মঙায়রি। পৱার লৈ নৎত্রগা লৈতে হায়বদি খঙদে। লাইরিক্কসু ইম্পোর্টেন্ট ওইদে হায়দুনা পাহৌদ্রে।

ঐখোয়গী মতমদুদি পরিক্ষ্যাসু গুৱাহাটি য়ুনিভরসিদগী হায়দোক্কদবনি। ফেল ওইরবদি কমদৌনি খল্লুবদা য়াম্না ৱাই। অদুনা পরিক্ষ্যা হায়দোকপা ঙাইবদো ঐঙোন্দদি ওন্নগা চাকপা, লৌদনা কাবা হায়বদুগা চপ হেক মান্নরে। জুন থাগী অহৌবদা মেত্রিক পরিক্ষ্যা হায়দোক্কনি হায়দনা ময়াম্না ঙাংনরকই। নোংমদি *হায়দোকখ্রে, হায়দোকখ্রে* হায়না পুমলাং হেক মরাংনরে। রিজল্টতি নুমিৎতুগী নুমিদাং টেলিগ্রাফ ওফিস অমদি টেলিফোন একচেঞ্জদা য়ৌরকপা য়াই হায়নৈ। ঐগী রোল নম্বর ৫৩৭১ নি। খঙন-চান্নবা মী খরদা ফল হায়বিরক্লবা হায়জখিবনি। অদুবু কনামত্তনা হাযবিরকত্রে। ফেল ওইরম্লনি খনবদা অয়ুক অদু ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমখিদে। শোয়দনা ফেল ওইরম্লনি, অদুনা মখোয়না পাউ পীবিরক্কুবনি খনখি। ইথক থোংবা ইবুং ইচেশিংগী মমাংদা করম্না মায় উৎকনি!

ইবুং-ইচেম্মশিং লোয়নমক হিরম অমমমদা খুৎমাবা অহানবা ঙাক্তনি। মখোয় লোয়না দিপার্টমেন্ট অমমমদা হেদ ওইনা থবক তৌই। মখোয়গী অচৌ-অচৌবা লাইরিকশিং অদু ঐনা য়াম্না মীতাজখি। মেত্রিকতা ফেল ওইরবদি খঞ্জরকপা পুম্নমক লোয়রে। খল্লুবা অশা ময়ামদা কিন্থবা হৌরকই। কাঙ্খল মনুংদা লেং-ওৎপা ঙমদবমখৈ হিপ্পুনা লৈখি। অয়ুক্কী পুং নিপাল মখায়রোম তাবা মতম অদুৱাইদা ঐগী ইবুং শৈত্যপ্রিয়ানা ইনম্মবেম্মদা হায়খি *'ঐখোয় বীনাপানীদি পরিক্ষ্যা ঙল্লে হায়না ঙরাং অহিংদা টেলিফোন তৌরকই।'* তামোনা মদো থেংলেমখৈ হৌগৎলগা মাঙ্গোলদা ফম্লগা চা থক্লা-থক্লা ৱারী শান্নখিবনি। ৱাহৈশিংদু ঐনা হুৎতনা তাহৌরে। মদু হেক তাবদনি ঐনা ফমুংদগী ফম্ন লাওনা চোংথখিবদো।

থার্ড দিভিজন ওইরবসু পাস তৌরকপদুনা অমুক ঐবু পংনুংতা নুংঙাইহন্ল্লে। মরমদি ঐহাক পেন্না ফজনা ইরমদে। কুম অদো মী য়াম্না ফেল ওইনখি। ঐগী ৱাখলসি অমুক নুংঙাইগে তৌরকই। ঐখোয় ইমুংদো পৈশাবুদি লৈত্রে হায়নৈ।

মহে-মহে পৈশা পংপাদা পানে। নুংঙাইরিবদি করিমত্তা লৈজদ্রবী ঐখোয় ইমানা পৈশা লৈত্রবসু ফৌ তায়থোক্লগা মিং চনবীনি হায়রকপদুনি। ইমাগী ৱাখলদু ঐনা উবা ফংজখি। ঐবু লাইরিক মখা য়াম্না তমথহন্নিংবগী ৱারীসু হেক হেক তৌই। ঐ নুংঙাই। পাবুং লৈখিদবগী মেনখৎপীবা ঙম্লরোইদবা অহাংবা অদুদা ইমাগী ৱাহে খরদুনা কালেন থাদা অঙ্গৈবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হেক থেংলকপদৌনা তৌই।

কলেজ কাবা হৌবদু ডি এম কলেজ হায়না থাবা বস, অশংবা মচুগী রং তৈবা অমদনি। অয়ুক্কী পুং তরেৎ তাবদা ঐখোয় থোঙ্গালগী সড়ক্তা লাক্কুনা হেক্তা থাদুনা লৈরে। অদুদগী মী মথং মথং লৌখৎলুরগা পুং মাপন মখায় তাবদা কলেজ য়ৌই। অদুনা ঐদি চাক চাবদি নোংমতা নংদ্রে। পুক অসি লাম্বনা করি হায়গনি। নুমিৎ খুদিংগী য়ুমদা পুং অহুম মখায়দা হল্লক্লগা চাক চাই।

কুম ১৯৬৫ অসিগী মমাং ১৯৬৪ দা নোং-চিংগী মতাংদা করি থোকখিবনো ঐ খঙহৌদ্রে। নোং খরা হেন্না তাখিবা মাল্লি। ঐনা কলেজ হেক কাবগা চাক তাংবা থোরক্লে। ঐখোয়গী লৌ লৈবদুসু খরা ৱাৎনা লাকপনা লোয়থোকখ্রে। নুমিদাংদি তল চাসি হায়নরে। লুরিবদি তল হৌবীনবা মীদুনি। ঐদি তল ফজনা হৌবা হৈ, ইবুংশিংসু হৈ, ইনম্মশিংদি হৈতে। দুকান্দা চেং ৱানবা ফংদবনা মরম ওইদুনা ৱাথোক লাকপা হৌই। এম এস আর টি সি দা নোংমদি চেং য়েল্লি হায়না ৱা ৱা লাওনখি। ঐখোয়গীদি চৎলুদে। তামোচানা ওফিস কুম্লকপদা চেং লৌবা থারবদি লৌরক্কে হায়খি।

১৯৬৫ কলেজ কাবগী থা খরতমক ঙাইরি। আগষ্ট ২৭ কী নুমিৎ অদুদা ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়নগী মী খরনা কলেজ কেম্পসতা চংলক্লগা কাংসি খিংই।

‘*ছাত্রীশিং লোয়না থোরকউ, অমত্তা চিখবা য়ারোই। করিগুম্বা ক্লাস তৌরবদি নুংনা থোমগনি। লৈবাক্কী অরুবদা নখোয় ঐখোয় লোয়না য়াওগদবনি।*’ অসুন্না লাওবা তাখি।

চেঙ তাঙবগী চৈথেংসি চপ মান্ননা ফংমিন্নরবা ঐখোয় ময়ামনি। ঐখোয় ইশানা খঙনা অহুম থোক্লা পরেং লেংদুনা থোক্লম্মী। খোঙনা অসুম থোক্লগা খুয়াথোং য়ৌবদদি মাইকৈ মাইকৈদগী মহেরোয় ময়াম ফুজিল্লকপা উরে। পুম্নিদা অদুক

য়াম্বা মীয়াম অমুক্তা উখিদ্রি। চিক্ল-চায়নবা ঙমদ্রবা মীয়ামদু কাংজৈবুংদা মীটিং তৌগনি অদুগী মতুংদা সরকারগা বারী শানগনি হায়না তায়। ঐসু চৎলি, মী য়াম্মনবনা খোঙ কন্না থাংবা য়ারক্তে। তপ্না তপ্না শিংতুনা চৎলি, ঙাইহাক্কী মতুংদা মী খরা চেন্নে। *চেল্লো চেল্লো* হায়বসু, *চেনগনু* হায়নবসু য়াওই মফম মরাং খংজিল্লকত্রে। নুংশানা মরোল অমা য়ক য়াওনা শাবা থবান লাংবন নুংশা লৌচি কোয়বা ঙমদনা শাবদুনি। অদুগা পুকসু লাম্বনা লোইরে। তাঞ্জা অদুদা কংলাগী অসাম রাইফলস মপাদা লেপ্লবদগী হৌজিক কংলা পার্ক হায়দুনা ঈশিং লৈবা মফম অসিদা ঈশিং চোৎ চোৎ লাওরগা নাপী শিংনাং হৌবা মফম অমা ওইরম্মী। মদোমদা মী ময়াম চেম্থনরে। ঐসু মখোয়গী মরক্তা য়াওরম্মী। ফনেক ফিরোল লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরগা মোইরাংখোম তান্না খোংনা লাকখি।

য়ুম হেক য়ৌবদা নোংমৈনা পান্দুনা মহৈরোয় অহুম শিরে হায়না পাউ ফংই। হোস্পিটালদা ময়াম অমসু পুখৎখ্রে হায়বা তাবদা ইঙক ঙকই। করিগীসু ঙক্লোই রেল্লি অমা ইচম চন্না চৎপনি। সরকারদা আপিল অমতং তৌবনি। প্রজাদা চেং ফংহনবিয়ু হায়বনি। হোয় চুম্মী, মনিপুরদা লৈবাক মহৈরোয়-নহারোল অমত্তা চিখদনা লাকপনিনা মীশিংসু ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। অদুবু খুৎলাই পায়দুনা হাৎকে তুপকে হায়না লাকপদি নত্তে। স্লোগান লাওবা হায়দুদি অতাবা খরনা তায় তাদবনা অদুম তাদে, মদুগীদমকপু নোংমৈনা হেক্তা পাউখুম পীরকপদুদি পুমঙক ঙকখ্রে। নোংমৈ মরুনা ঐঙোন্দশু পাল্লম্বা য়ায়, রেল্লিদুদা ঐশু শরুক য়ারুই, পূক্লিংদা ইহান হানবা ওইনা নোংমৈ হায়বসি য়াম্না ফত্তবা খুৎলাইনি খনখি।

স্কুল, কলেজ পুম্নমক মতম কক্তনা ছুটি থাদোকখ্রে। য়াম্না নুংঙাইতে লাইরিকসু কয়া তমদ্রে। অদু ওইরবসু প্রি-য়ুনিভর্সিটি পরিক্ষা হৌরে। সবজেক্ট ময়াম অমা ককথখ্রগা ঐনা অপাম্বা খরখক থাবনিনা ইরায় লায়না পাস তৌই। মথংগী বি এ অহানবগী ক্লাস কাদ্রিঙৈদা য়ুমদা মী য়াম্না লাকই পাখং ঙাক্তনি। মখোয় লোয়না কলেজগী ভোটতা ঙাওরে। ঐখোয়দা লাক্লিবা অদো ভোট খোম্বা লাক্লিবা ঙাক্তনি। মহৈরোয়শিংগী লুচিংবা অমা দরকার লৈ হায়বসি মীশি মীনা থোকখ্রিবা আগষ্ট ২৭ অদুনা ময়েক শেংহনখ্রে। মদুনা মহৈরোয়শিংদা মী খরা শিখ্রবসু মায় পাকপা

অমদি মায়থিবা অনিমক্কী মহাও তংবদৌনা ফাওই। আগষ্ট কুনতেৎনা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা রাজনিতিৰালাগী অশোয়বা পুথোক্কনি। ছাত্র ওইরবশু তুমিন্না লৈথোক্লোই হায়না খনবনা মতেং পাঙখি। অদুবু মখোয়গী অদুগুম্বা এম্বিসন অপাম্ব অদু ঐদি করিমত্তা ফাওখিদে, য়াওনিংদে।

মতম অদো ঐগী চহিসু তরাতরেৎ মপুং ফারক্লে। পুক্নিংসিদা করিনোমা সুম থিদুনা লৈবদৌনা তৌই। নুমিদাংগী থাবলগী ফজবা উবদা ইতোমতা করি করিনো খল্লি। মহৌশাগী ফজববু উরগা ৰারেং শৈরেং নুংশি নুংঙোলগী দাইলোগ ময়াম নিংশিংলকই। লৈশাবীগা পাখংগা নুংশিনফম থোকপনি। ঐনদি কন্নাদসু নুংশিখিদ্রি। তিন্নববুদি ইমান্নবা পাখং মচা ময়াম পংতিন তিন্নে। ঐ কন্নাদসু রোমান্টিক ওইরুদ্রি। ইমান্নবা নুপাশিংদু ইমান্নবী নুপীশিংগা চপ মান্ননা খল্লি।

ইমান্নবী ময়াম লৈরম্বদগী মহৈ মহৈ খায়দোক্লুরে। খরনা সাইন্সতা খরনা হিষ্টরিদা, খরনা ইদুকেসন অদুগা ঐদি ইংলিস লিটরেচর পামজদুনা ইংলিস লৌদুনা ক্লাস চত্থবা থা অমা মপুং ফাজিনখ্রে। ইংলিস ক্লাসতা ঐগী ইমান্নবী অমা অনৌবা ওইনা ফংজখি। মহাক মশক য়াম্না ফজে, মমিংসু ফজে 'চীত্রাবতি' কৌই। ঐখোয় অনি অয়াম্বা মতমদা লোয়নরে। মাগী কুচু, মাগী মশম মাগী মায়থোংদা ঙাওদবা নুপা অমত্তা লৈখিদে। অস! হে ফজবা কৌবা গুণ, ঈশ্বরগী তাংলবা খুদোল, মদুনা ঐগী ইমান্নবী অদুবু ঙাইহাক্তং ফাওবা লৈতাহনখিবা অদো ঐনা কাওবা ইঙম ঙমদে, কাওসু কাওররোই। পাখঙ অমনা নৎত্রগা অমনা খুদক্তা উবা মীৎকুপ্তা চিত্রাবতিদা ৰারী শানবা হোৎনৈ।

ইমান্নবী অদুশু ঐসু প্রকৃতিনা শেম্বা হৌগৎলকপদা ঙায়রিবা যৌবনগী নৌজরিবা মতমদুনি। অদুনা ওইবা তাই, নুংশিবা পাম্লকই, মীনুংশি লৈবা কন্নাগুম্বগা নক্না ৰারী শান্ননিংলকখি। অমরোমদা তমগদবা লাইরিক মশিং য়ামশিল্লকই। ওঝানা হেমলেট কী পরা তাকপদা নুংশিবদা ঙাওজরিবী ওফেলিয়া অদুগা তশেংনা অঙাওবা ওনখ্রবা হেমলেট কী মতাংনি। শুগায়না তাকখি। থম্মোয়সে তনিক তনিক ৰারকই। কালিদাসকী মেঘদুটনা লৈচীলদা পাউ থারি মাগী নুংশিবীদা। পুক্নিংসিদা নুংশিবা হায়বদু উনিংলকই, খঙনিংলকই।

কলেজ কাবা থা অহুম শুরকপা অদুৱাইদা ঐঙোন্দসু পাউ লাকই। অতোপ্পা ইমান্নবী অমনা *নঙবু য়াম্না নুংশিবা নুমিৎ খুদিংগী য়েংজবা নুপা অমা লৈরে। হোরেন কলেজ কান্টিন্দা চা অমতং থকমিন্নসি হায়।* অসুম্না তৌম্লে। মাগী ৱাহৈদুনা ঐবু নুংঙাইহনখি অদুনা য়ানিংখি। ঐ ঙাইঙমখিদে। নুমিৎতুদা মা য়াম্না ফজনা লাকই। অঙৌবা ঙাক্তা শেৎলক-লিৎলকখিবা মাল্লি। য়াম্না চিং লেম্মী। কলেজ লাইফ লোইশিনখিবা চহি অনিমুক ফারমাল্লে। চহিসু ঐঙোন্দগীদি হায়ফেৎ ফজনা হনবা মাল্লি। *হি ইজ এ মেন ফ্যু ৱার্দস* হায়না পূক্নিংদা খনবগা লোয়ননা য়ানিংখি। নোকফেৎতং তৌই ৱা য়াম্না ঙাংদে। ঐগী ইমান্নবা নুপা অতৈগুম মহাক ৱা য়াম্না ঙাংদে। মাগী মমায়দা মিথসিনা পুংয়ান তানা য়েংজবা ঙমদে, য়েংব্বুদি য়াম্না য়েংনিংখি। মাদি নোকফেৎ তৌনা ঐঙোন্দা অদুম য়েংদুনা লৈ। ঐনা হায়খি,

- *'অদুম্না মুন্না য়েংবদু হৈনদে।'*
- *'করিগী য়েংলিবনো হায়বদু মিংশেলদা অমুক্তং য়েংউ অদুগা খংগনি।'*

মাগী ৱাদু ঐ য়াম্না ইকাইজখি। মরমদি ঐদি চীত্রাবতিগুম্না ফজবী নত্তে হায়বা ইতোমতা খঙজে। মাগী ৱাহৈশিংদুগী অর্থদু অতোপ্পা করি লৈবনো হায়না অমুক খনবা হৌখি, খনফম খঙদে। মতম অদু ঐ চাক ফাওবা লামখিদ্রে। মাগী শক্তমদুতা উদুনা লৈখি। তশেংনা মহাক্তি মশক মতৌ ফজবা নুপানি। অমরোমদা ঐনা করিগী ফজববু অসুক য়াম্না পাম্লুরিবা? ঐ খঙদে ফজবশিংনা ঐবু অসুম্না লাংতক্নহনগনি হায়বসে। ঐগী ইফমদা ঐনা খঙজদবা হিরম ময়াম ফন-ফন চোংথোরকই। পিশক পিক্লিঙৈদগী হৌনা ঐনা কননা নিংজরকপা, চৎকে হায়না খনজরকপা লম্বী পুম্নমক অমত্তা নিংশিংখিদ্রে। অহানবদা ঐনা কল্লকচবা পামজবা ওঝা নুপীশিং য়াওই। মখোয়গুম্না ঐশু নোংমদি অফবা ওঝা নুপী অমা ওইগে খনখি। অনিশুবদা পাবুংনা নাবা মতমদা মশক মতৌ ফজবী নর্স নুপী অমনা সেবা তৌখিবদু উবা মতমদুদনা ঐসু নোংমদি নর্স ওইরগা অনাবশিংগী শেবা তৌগে খনখি।

ঙন্তানা কলেজদা হেক হেক লাক্লগা চীত্রাগা ৱারী শানৈ। ঐগীদি ৱারী য়ামদে, মাগীদি য়াম্মী। নোংমনা অমা নোংমনা অমা তৌই। মখোয়গী য়ুমদো খরা থাপ্পী, লাইরিকয়েংবম লৈকাইদগীনি। শাংলবা লম্বী পরেং *খুমন পাৎ* পাৎ লানবা তারম্মী।

মসিদা মানা সাইকল তোংদুনা লাকপদা পাখংময়াম্না মতুংদা ইন্নরকই। মসি মহাক্না য়াম্না কীজবনি। মাবু পামজবা মী অসি য়াম্না য়াম্মী। ময়ামদুগী মরক্তা কলেজগী ওঝা পাখং অমসু য়াওরি। ওঝা অদুনা তাঞ্জা য়েংদুনা *আই লভ য়ু, য়ু আর মাই লভ, বিদাউট য়ু আই কান্ট লিভ* হায় হায়দুনা মানা নোংমা ঐঙোন্দা তম্মী। ওঝা অদুনা করিগুম্বা টিচর্স কমন রুমদা লৈরবদি ঐখোয় অনি কোনা পাম্বী মখোঙদা ফন্নগা কোনা মনা অপাকপা অদুনা হেক্তা খঞ্জিল্লি। অদুসু কান্নদে। ওঝাদু হেক্তা থোরকই। ঐখোয়নিদা য়েংলন্নগা লাইব্রেরি কাদা হেক্তা চঙখি। মদুদা ঐখোয়নিনা নোকপদুদি করি হায়গনি। *ওঝাসিনা ঐবু য়াম্না নুংশি হায়বদি খংই অদু ওইরবসু ঐগীদি নুংশিজবা অমা লৈরে* হায়না চিত্রানা হায়রকপদা ঐনা কনানো কনানো হংই। মানা ঙমদনা খুমখিদে, কোন্না হায়গনি হায়। অদুগদি নুমিৎ খরনি মহাক কলেজ কারকখিদ্রে।

নোংমা নোংথি নোংমংবা নুমিৎ অমদা ঐহাক ইনস্মবেম্মগী সাইকল থৌদুনা কলেজ কারম্মী। ঐনা খোয়দাজবা মহাক অদুনা কান্টিন্দা হান্না ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। চা অমমম থকমিন্নরগা *য়ুমদা হনবসু ঙনমল্লি অস্বাই ফাওবা সাইকল থৌরুসি* হায়দুনা খুমন পল্লিদা সাইকল থৌমিন্নরম্মী। পাৎ অদুগা থন্না থম্বালনা থন্না হৌই। লিরি শিৎপা নুংশিৎনা হুম্বদো থন্না মনম য়াম্না নুংশিরম্মী। মনমদুদা ঐখোয়নি য়াম্না নুংঙাইনা সাইকল থৌরগা য়ুমদা হল্লকই। য়ুমদা সেনিয়ার ছাত্রী খরনা ভোটকী ঙায়দুনা লৈরম্মী। ৱারী খরা ভোটকী ৱারী শান্নরবা মতুংদা অমনা হায়ফেৎ নোক্লগা *নঙগা কান্টিন্দা চা থকমিন্নবা নুপাদু মাগী মতম কুইনা খঙনজরকপা নুপী অমদি লৈবনিকো, খঙলব্রা?*

মদুদা ঐনা খুমখি *খঙদে*। মতুংদা মখোয় লোয়না হন্নখ্রে। অদুবু নুংশাগী মঙান্দা লিক্লানা তুমখিবগুম ঐগী নুংঙাইজরম্বা মঙলানশিংদুদি তপ্না তপ্না মমশিনবা হৌরকই। কুইনা লেপ্পা ফাওবা ঙমদনা ফমুংদা তুথরম্মী। অদুগা ফল তাদ্রবা ৱাখল ময়াম খল্লম্মী। লৈয়োন্দা তীলনা চিকখ্রবদা কন্ননবা করি উপায়দি লৈরি। উপায়দি করিগী লৈতনি, থম্মোয়সি মিংশেলমক্তি নক্তেদনা। মিংশেলগী মশক ওইদুনা কায়খ্রগা অমা হেক্তা শিন্দোকপা য়াবা ওইরম্নবদি নুংঙাইগদবনি। ৱারিবদি কায়রবা থম্মোয়সিদা

নিংশিংবগী মমি ওইদুনা ময়ি চৎতুনা লৈরিবা ময়ামসিনি। ঐ খংই, অদুবু করিগীনো খঙদে অমুক্তংদি মাগা উননিংখি। মদুগী মতুং খরা লৈরগা পাউ তায়। চীত্রাদু নুপা অমনা মীরক নারক য়েংলগা নুমিদাংদা ময়ুমদা চংলক্লগা পুখ্রে, লুহোংলগনি। ঐনা খনখি, *তৌরমগনি।* মানসু নুমিদাংদা হেক-হেক চংলকপা নুপা অমা লৈ হায়বনি। মদুনসু ঐবু অমুক্কা হেন্না ওম্থোক্লা নুংঙায়হনখিদে।

পূক্লিংদা নুংঙাইতবা মথং মথং ফাওরকপসি ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা তঙায় ফদনা ৱাখল খনবা তারকই। চুম্নগী খনবা ৱাখল নত্তে, অঙকপা মখলগী থনুংদা শোক্লবা ৱাখলগী লাননি। মরমদি ইশামক নৎত্রগা অতোপ্পা মীতোপ অমগী মশক মওং, হান্না ইফ ফজনা লৈজরম্বদগী খঙহৌদনা ফৈনা য়ুংনা লৈমায়দা পোপ হায়থুবগা মান্নগে তৌরকই। মদু ওইবা তারবদি পুমকায় কায়বা মওং অদুদা অদুম তাদুনা লৈরদ্রা।

তাইবং মপুনা পীবিরকপা হকচাংগী *দিফেন্স মেকানিজম* অসিনা মশা মতোমতা ওইনা অদুম্মক নুংজানবশিং অসি ঙাকথোক্লবা হোৎনজরকই। ইশা ইরোমদোম ফমুংদা লোংনা নৎত্রগা উপনা হিপ্তুনা নুংঙায়তবা ৱাখল কোঙ্গাই খঞ্জরবসু কনানো হায়বা শক উদবা অমনা হেক-হেক হায়রকপগুম্না তৌরকখি, *'হেরা খল্লুরনুদা নঙগী নরায়বক্তা অসুম্না থোকউ তম্লম্বননি'*। মসি ওইরমাপ্লে জীব শক্তি হায়বদো।

অসুক কুইরবা মতমসিদা পরিক্ষ্যা পাস তৌনবা হোৎনবদা পরা কয়া কয়া অহিং নুংথিল নায়দনা পাদুনা চিনফা পুরকখিবনি। সাইন্স, কেমিষ্ট্রি, অঙ্ক, ইংলিসনচিংবা সবজেক্ট কয়া ইৱায় লায়না খঙলকখি। অদুনা হিরম খুদিং ইখংদা খঙলবগুম খনলম্বনি। অদুগদি খঙদবা কোঙ্গাই অমসু লৈরমলে। অশেংবা পুন্সিগী থেনখাংশিংদি অমত্তসু তমহৌদ্রে-খঙলমদ্রে। কনা অমত্তনসু তাকপী-তম্বীখিদে। মসিদি মরালদি নত্তে অদু ওইরবশু লানমিন্নরি। অদুবু কাইনথংদা মসিমদি ময়েক শেংনা খঙলকখি, মদুদি হিংবা হায়বসি য়াম্না লুবা, হিংগে হায়রবদি থেংনবা তাবনি। থম্মোয়গী লায়নাদি অতোপ্পা থম্মোয়গী মতেংনা নৌরিবা পুন্সিশিংনা খঙগদবশি নিংবা কায়বগী শক্তম লৌরকই।

নুংঙায়তবা ৱাখল হায়বসিমক্তবু অসুম খন্দুনা লৈরবদি ঐহাক মী ওইবা ঙম্লরোই। অদুনা মাগী ৱাখলসি কাওনবা হোৎনরগে খল্লক্লে। অমরোমদা চন্নবা ঐগী পুন্সিবু

মতেক অমতং ঈথক ঈপোম হৌহনখিবা, নোংমতং ওইব্রবসু নুংশি হায়না হায়বিরম্বা নঙনা ঐবু মতম অমদি নুংঙায়হল্লে, পুন্সিগী ময়ামরিচিকা অমনা পুরুরে। অসিগুম্বা ফংঙমদ্রবা মহাও অসি মহাক্লা ঐঙোন্দা পীনবিরম্মী, মদুগীদমক্তি থাগৎচরি। কায়নবসি পামদা পামদা কায়নবদি তারে। মরমদি ঐগী নুংশিজবদি ঐহাক ইতোমতগী ওইগনি হায়বা অপীকপা ৱাখল অসি থাদোকচবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা ৱাখল ময়াম অসি খল্লবা মতুংদা ঐ অমুক হান্নগুম ময়ামগা তিন্ননবা হোৎনখি। মরুপ-মপিজা ময়ামগী মরক্তা তিল্লগা লাংথোকপনা মহাক্কী ৱাখলসে খরফাওবদি কাওথোকপা ঙম্মি। অচিকপা মফম অমদি মীচিক মীরাওখোল তাদবা অহিং খুদিং পাম্মুবা অমদি নুঙাইতবা ৱাখলনা ওৎপদি লেপত্রি।

মতমদুদা ঐখোয়গী মখা থংবদা য়ুল্লোন্নবা লৈবা খায়দেম মনিনা অহানবা কলেজ ভোট লেপ্পী হায়দুনা কোয়রাং লাংনৈ। মদুগীদমক মহৈরোয় লৈশাবী লৌবা চখোক চৎশিন তৌবদা ঐবুশু খরা য়াওবিয়ু হায়রবদগী য়াওরে। মতমদুদা ঐসে ৱা য়াম্না ঙাংগন্দবী ওইনা ময়াম্না উখি। মখোয়না তোয়না হায়, *ৱা ঙাংউ ময়াম তিন্নবসি নুংঙাইত্রব্রা?* মদুদদি ঐসু ভাব তারকই। মীনা ঐবু কৈনোমা খনখিবা তারে হায়দুনা নোক্নবা ফাগি তৌখি, *ঐনা ৱা য়াম্না ঙাংবা মতমদা নখোয় কনামত্তনা তাবিদে। ঐনা নুংশিজবা মীনসু নুংশিবীখিদে।* ময়ামদো ৱা লাওনা নোকই। ওঙ্গিন্দুনদুম হংলকখি, *নঙনা নুংশিরুরিবদু কনানো, কনানো?*

ঐদি মদু খম্থহৌদ্রে। হায়দোক্লুরবা তুংদুদদি হেন্না অমুক ৱারে। মমৈদা ৱা মফৈ অমা কাংথোক্লরকপদগী উচিন নাচিন্না ঐহাক হিংহৌরে। লৈশাবী ময়াম অদু অয়াম্বনা অরাপ্পা মফমদগী ঙাক্তনি। য়াইরিপোক, থৌবালদগী ফাওবা য়াওই। ভোট থাদরবা মতুংদা মখোয় লোয়না ময়ুম ময়ুম ফাওবা জীপতা থিল্লি। মতমদুদা ইম্ফালদগী ঐখোয় লৈশাবী খরশু য়াওবা তাখি। ঐহাক য়াইরিপোক অমদি থৌবালগী লৈশাবীশিং থিনবদা য়াওবা তাখি। গাড়ী অদুসু খংনরে। মশাগী গাড়ী মশানা থৌবা নুপাদু মমাংদা অমুক্তা কৌনখিদ্রবসু নুমিৎ অদুদদি ফজনা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা নুংঙাইনা চথলি। য়াইরিপোক্তা লৈশাবীশিংদু থিল্লম্লগা হল্লকপদা পোইরৌ পাৎলোমদা

ফাওরগা লাক্লবগী ব্রাফম মহৈ মহৈ হৌদোক্লরকখি। *ঐদি পুন্সিদা পাৎকী ফজবা* হায়বদু অমুক্তা উজরকত্রি। অহানবা উরুবা নুমিৎ ওইবনা য়াম্না য়েংনিংলুরে, কয়াদি ফজরমখ্রে। চীংনা কোয়শিনবা, পাৎয়ানা লোয়রোই তামথোকখিবা, মদুদা অমুক থম্বাল থমচেৎনা থম্না মরক্তা থিনগৎলিবা। পুন্সিসিদা থম্নাগী মফম চাওনা কন্নখিবা ওইবনা থম্না থম্বাল হেক উবদা ঐগী পুক্লিং তনৌ তনৌরকখি, মতা চাবা মফম অমদা তুমিন ঙাইহাক কুইনা লেপনিংলকখি।

- 'থমচেৎ হেকপীকে চানিংব্রা?' গাড়ী মপুদুনা হংলকই।

- 'চানিংই' ঐনা খুমখি।

ঈশিং ঈপাক অদুদা মহাক্না হরাওনা ফন চোংথবদু ঐনা য়েংখি। মহাকতো কয়াদা থৌনা ফখ্রবা। অদুতসু নত্তে মদুদা লৈরম্বা ঈশিংনা পীক থন্না য়াওরম্বা হি মচাদু থাঙ্গৎলগা মথক মখা ওয়োক্তুনা ঈশিং হৈদোকখি। মাগী মতৌদু উবদা মদ্বাইদা লৈরম্বা খুঞ্জা অহল অমনা ফাগী তৌরকখি '*লাবসি মশাদি কল্লিবজাৎনিহে!* ঐসু ঙকপগা লোয়ননা মহাকপু মুন্না য়েংখি। ঐনা অদুম্না য়েংবদু মাশু য়াম্না নুংঙাইখিবা জাৎনি। ঙাইহাক্কী মতুংদা থম্বাল থমচেৎ ময়াম অমা পুরগা ঐঙোন্দা পীরখি।

য়ুমদা য়ৌরকপদদি মন্নি মন্নি তৌরে। সন্ধ্যাগী ধুপ-থাউমৈ কৎনরম্নে। ইনম্মা থানিনসনা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা ইমুংদা চংখি। ইবুংদা করি করিনো খরা হায়রুবমাল্লে, ইবুংদুনা ফৎ থোরক্লগা '*হয়েং ওইনা হল্লকপা য়াদ্রা*'হায়না চৈরকখি। ঐনা ইকাইনা ইমুংদা চংলকপদা ইমানসু '*অতোপ্পা কলেজগী ভোটতা নঙগী নথৌ করি লৈ*' হেক হায়বীরক্লে।

শোরারেনগী মখাদা নোং পুবা অমুবা লৈচিলনা কোয়না কোয়না চেল্লগা মালেম লৈখাদা তাইবঙ মীগী লৱায় কোইরেন চাকথেকখৈ ওল্লাং ওনশাওনরুরগা অহিং মমৈদা খাক্লা -খোংনা চুরকপদুগা চপ হেক মান্নে। ঐ করিগীনো খংদনা অহিংদুদা কপচখি। ইমুংগী মী কনাগীসু মশক য়েংনিংখিদে। ঐগী পিগী ঈচেলদা লৈরম লৈরম্বা লোয়না তাওথখ্রে। শাগৈ-নাতৈ, ইবুং-ইপ্পা, ইচে-ইনেম লোয়না তাওথখ্রে। নোং হেক ঙানবদা ইমান্নবীগীদা চৎলগা লৈথোক্কে হায়না চপ য়ুংনা খনখি। নিংখিবা

খুদিং পাংথোকপসি ঐগীদি হৈনবীনি। থাংজদা পোকপসে মরিংজেল ফত্তে হায়। *মরিংজেল* করিনো হায়বা ঐ খঙখিদে। ঐঙোন্দা ফত্তবা অমা য়াওরে হায়বদি খংই। মীসু লাইসু অমত্তা কিখিদ্রে।পুন্সি হায়বসি অঙকপনি, *ইঙাগী নোংলিকশিংনা খিক্লিঙৈ শিদ হিদাক পাম্বী অমত্তং থাবিরম্নবদি শুকশোয় শোয়দনা হৌরমগদবনি। অদুবু নোংজুথাদা হু পাম্বী থারবসু হৌবদি হৌই।*

নোং ঙাক্লে, সাইকলসু লৈতবনিনা খুরাইদা লৈবী ইমান্নবী থাবক্লে খোয়দা চৎনবা রিক্সা তোংগে খন্দুনা খোংনা থোরকখি। মোইরাংখোম কৈথেল মপা য়ৌরমদাইদা ইথা থাজদনা ঙরাংগী জীপতু লৈরম্মী। থাজদনা থিনবীরমগে হায়রকখি, হায়ফাৎত্রিঙৈদা ঐনা তোংখৎখি।

গাড়ী মনুংদা ফাগী য়াম্না হৈবো মমান্নবা অমসু তোংলম্মী। ঐনা হেক কাখৎপদগী মানা ঐবু নোক্নবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া অমা ঙাংবদুদা য়াম্না নোক্লিংবা ফাওখি। অদুনা ঐখোয় লোইনা নোকমিন্নে। মরক্তুদা মানা মসিমশু হায়রকখি,'*ঙসিদি খরদুম কোয়রুসি, করিসু নুংশা থিরন্নু। ঐখোয় ভায়দি লুহোংলনি হায়বনি। নুপী থিদ্রবদি পৈশা তাম্লগা থম্ফম খঙদেসু হায়বনি।*

মানা অদুম্না হায়বদুদসু ঐখোয় পংনোক্তা নোকখি। মানা মখা তানা, '*ইবেম্মদি কয়াম ৱাৎলিবগে, হায়বদি লুহোং খোংদোংবগী মতমবু হায়বনি।*

ঐনা খুম্মী, '*ঐদি লাইরিক তম্বা লোইদ্রি।*

-'*লাইরিক্কী ৱাদি য়ুম পাম্লবসু অদুম তম্বা য়াই।*

মখোয়গী ফাগিদুদা য়াম্না হকচিনবা ওইনা লৌরুদে, পংঙাং ঙাংজবনি খন্দোকখি। নুংথিলগী মতম য়ৌরকপদা ঐখোয় লমলাইদগী অচাপোৎ লৈদুনা চাই। ইমান্নবীগী ময়ুমদা চংগে খনবদুসু চংদ্রে। মরমদি মখোয় য়াওবদুদা ইকাইবা অমা হেক পোকখি। ৱারী খরা শা, খরা চা তৌরিঙৈদা নুমিদাংৱাইরম ওইরকখিবা খঙহৌদে। ঐ খঙনিং নিংশিংলকই। *য়ুমদা হনখ্রগা অমুক চৈরনি কমদৌনি।* ৱাখলসে ৱাবা হৌরকই। ঐনা মায়থোং মকশিনখিবদু উবদা মখোয়সু খংবা মাল্লি, কৈদৌরে হায়না হংলকখি। মদুগী পাউখুমদি পীরুদ্রে, তুমিন্না অদুম লৈরে। মমান্নবদুনা মাগী মরুপ্তু য়াম্না থাগৎলি। ঐ 'সুম তায়।

*- ঐখোয়গী মরুপতি সম্পাতি য়াম্না লৈ, লৌসু য়াম্না লৈ, গাড়ী অসি মশাগীনি। মফম অসিদগী খরা চৎলগা মখোয়গী লৌ-শিং য়াম্না লৈ। মখোয়গী লৌদুদুম য়েংবা চৎলুসি ...।*

*-'হুম চৎলগুমসি, হোরেল থেংলগা নুংঙাইরোই'* ঐনা খুমখি।

হায়না হায়না মখোয়না নমদুনা অদুম থৌখ্রে। মখোয়গী লৌনি হায়দুনা ঐঙোন্দা তাকই। নুমিদাংৱাই মতমদুদা ফৌনাশিংদুনা লেং-লেং নুংশিৎনা হুম্বদা ইথক ইপোম কাবদৌনা হাইরি। নুমিদাংৱাইরমদু ঈংনা চিক্লা তপ্না নুমিৎকী মৈশাসু অসুম অসুম লৈথরকই। নুংশিৎকী মখোলগা, লৌখোংদা চেল্লিবা ঈশিংগী মখোলগা মখোল অনিদু অমত্তা ওইনা তোৎশিন্নরি। মতমদুদা মোং হাদনা মহাক্লা তুমিন শড়ক্কী চিদাইদা লেপ্লদু ঐনা উরকখি। মহাক চহি ২২ শুরে হায়বনি। ৱাং চাওরবা মহাক্কী মশাদু কুচু কুমেন পানবা ওইবনা নুমিদাংৱাইরমগী মঙাল অদুদা লৈখোম লৈনাং তৈরবা খুঞ্জাশিংদুগা য়েংনবদদি নিংথৌগী মচা-মশুগুম্না উখি। মপা লৈখিদবনা মরম ওইদুনা মহাক মেত্রিক থাবা ঙমখিদ্রে। পুংকক হেক চাওরকপদগী ইমুং মনুংগী অৱা-অনাদা শরুক য়ারকই হায়বা তাবদা পুক্লিংদা নুংশিবসু পোকখি। মহাক্কী ফিজোলদু ইচম চম্না শেৎলি। উৎ মচুগী অথাবা ফরিৎ লিৎলি, কুদাম পান্দবনা অথাবা অফনবা মথবাক, লেংবানগী শরুক অদু ফজনা উদ্রবসু খংবা ঙম্মী। মাগী খোঙ্গাও অদু অমুবা লংজমগীনি। অদুগা খোংউপ অদুদি শউন্না কুইরকপগী ময়ি ময়ি চৎপগী লৈইশিং অদু উই। হোয় চুম্মী, মহাকসু ঐগুম্না মপা লৈতবা মচানি হায়।

শেল য়াম্না পায়নবা হোৎনগনি হায়না মহাক্লা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়। শেলবু লৈরবদি করিসু কিনিংঙাই লৈতে। মরম অদুনা মহাক্লা জীপ অদু লৈবনিশু হায়। নুমিৎ অদুদা মানা হেক ঙাংবা ৱা খুদিংমক্তা চুম্বা মাল্লকই। মমা মপা লৈতবা মচা খুদিংমক শেল পুথোকপীনবা লৈতবনা মনিং থুংনা চা-থকপা লাইরিক লাইশু তম্বা ঙমদে হায়বসি অসুক্কী মতিক চুমখ্রবা ৱাফমনি। মানা খল্লিবা ৱাখলদু অচুম্বনি হায়না পুক্লিংসিদা শৌগৎনিংখি। কদোমদগীনো খঙদে ৱাখল পরিং তিংখি। অদুসু কুপ্পবা লংজা অমখক্তংনি, লংজিন নাম্মা-নাম্মা মা অমদি ঐ।

অতিয়া মমশিল্লক্লে, ঐ কিরক্লে। থম্মোয়সে নিক নিক তৌরক্লে। ঙসাইমখৈ উরম্বা নুমিদাংৱাইরমগী ঙাংলৈনবা মশেক মঙালদু উখিদ্রে। শংলম্বা ফৌনাশিংদু অমুবনা কুপশিল্লক্লে। য়ুমদা য়াম্না থুনা চৎনিংলকই। চৎলিঙৈদা পুংখায়রোম হেন্না অমুক মতম লৌখিনি। য়ুমদা ময়াম চংদুনা ঐবু থিনরমগনি। শোমদনা মমান্নবদুগা মাগসু জু-জু ৱা য়াম্না ঙাংনৈ। ঐনা সড়ক্কী মতাইদা ফমথরে, কোক অসি খংলুম লুম্লকই। খুৎনা কোক্তা শৌরগা ফমথবদা মখোয় অনিমক নুংশা থিনা চংশিল্লকই।

-'*করি তৌরে ফমথরবদি?*'

-'*খঙদে কিবনা লোইরে*' ঐনা খুমখি।

-'*ঐ লৈরিসিদি, কৈদৌনা কিরিনো?*'

মাগী মরুপতুনা পাংঙশিনলকই -'*নখোয় য়ুমদা ফু-চৈদুনা ৱা লান থোক্লগদৌবা ওইরবদি চৎলুরনু ঐখোয় মরুপসে নঙবু পামজবনি। নঙগী লাইরিক তম্বদসু করিসু কায়রোই অদুম তমহনগনি। নুমিৎ খুদিংগী গাড়ীদা থিনবীগনি।*'

ঙাইহাক্তুদা ৱাখল অমত্তা খনফম খংখিদে। লাইরিক মখা তমহনগনি হায়বা ৱাফম অদুনা পূক্লিং খরদি য়াংই। অদু ওইরবসু ৱাখলদি পুম্মম মম্মী। করি থোক্লগনি হায়বা করিমতা খংবা ঙমদ্রে। ঐ মখা তানা ৱাহং অমত্তা হংবা ঙমদ্রে। অদুগুম্বা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইরম অদুদা লৌবুক ময়াদা করম্না লেপ্পুরিবা? মতম অদুদদি লৈশাবীশিংনা কোয়বা চৎলুবদা নুমিদাংৱাই থেংজিনখিবদগী চেনবসি য়াম্না য়াওই। থেংনা মমনা য়ুমদা নুপী লৈশাবীশিংনা ময়ুমদা হঞ্জিনবসি ইমুংগী মীনসু লৈকাইনসু নোক্নরম্মী। হৌজিক্কী মতমসিগা মান্নরমদে।

ঐবু হান্ননা পামজনা লৈরম্বা মহাক্কা করম্না উনরিবা। মীওইবদি দষাগী মনাইনি। মীনা করিমত্তা তম্বা ঙমদে। ওহ্লোক্না চুমখ্রে। হায়বনচিংবা ৱাখল মওল মওল খল্লি। ঙাইহাক্কী মতুংদা ঐ চেল্লকপী মৌ হায়বদু ওইগদৌরে। মখোয়গী লৌ মনাক্তা লৈবা মরি মতা থোক্লবা নুপী অনি থোরক্তুনা ঐবু কৌশিনবীররে। মখোয়না ঙাংনবদু ঐ তুমিন্না তাই

-'*হৈমা অঙাওবদু নুপী চেল্লকঅবা! ইমাইপেম্মা মীদি য়াম্না য়ৈনগনবনিদকো!*'

*ঐ* উবদা মখোয় ময়াম লোইনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌই। *ইমুংদা ফমহল্লগা* রা ময়াম হংবা হৌরকই। ঐদি য়ুমদা চৎনিংবনা লৈতাফম খঙদ্রে। ময়াম মরক্তা সনা য়াম্না শিবী, চীং লেম্বী নুপী অমসু য়াওরকই। মহাক্না ঐখোয়গী অহল লমনগী মরমদা, য়ুম্নাক শাগৈনচিংবা লোইনা হংই। অদুগা মপান খোক্লুরগা অচাপোৎ পিক থন্না য়াওবা পুখম অমা মাংদা থম্লগা হায়, *ইকাইরব্নু চাউ, নখোয়গী মফম অসিদা ইশ্মোল অমা লৈ মদুদা পানবনি, অরাথবী অসে,* অসুম্না শকখঙদবশিং অদুনা পীজ পীথক তৌদুনা রাহং ময়াম অমা হংলকখিবদো খুমনিংখিদে। মরক মরক্তা খুমদবা য়াদবা খরতমক মখুমখি।

মৈতৈ খুন্নাইদা অহলশিংনা হেক-হেক হায়নবা রাগৈ *নুপীগী অকক্নবা য়ুম্নাক লৈতে* হায়বদু নিংশিংলকই। মমাংঙৈদদি মদু শুম পংহায় হায়বনি খল্লম্মী। অদুবু নুমিৎ অদুদদি পংহায় হায়বা ওইরমদ্রে হায়বা খল্লকখি।

অতোপ্পা হায়নবা অমশু লৈরি, মদুদি *পাপ ময়াম পুনশিল্লগা নুপী অমা শাই।* মদুমশু নিংশিংলকখি, নিংশিংলকপদা নত্তে চুম্বু চুম্লক্কদৌরিব্রা! হায়না খল্লকখি মওল মওল। 'ঐ' হায়বা কল্লবা রাহে অসি রাখল মচাসিনা খল্লুবদা অসুম অসুম পূক্লিং অসি শোম্থরকপদৌনা তৌরকখি। অদুগুম্বা মতিং লৈরবা ঐ হায়বা মীশক অদু নুমিৎ অদুদদি ইখোংনা থোংনা লাক্লগা শকখঙদবা ময়ামগী মমাঙদা তিংদম্না মীগী ইমুং মচি অমদা ফম্লুরে।

*হে থব্রায় মঙামক* মিগা থানা তরুক্লি হায়। ঙসি হায়বা নুমিৎ অদুদদি ঐসু ঐ ওইখিদ্রে। অদুবু অথেংবদা ফিরুপ-ফিরাং খুম্লবী নুপী অমনা ইনাক্তা লাক্লগা ঐবু মুন্না মুন্না য়েংলরে। অদুগা মহাক মখোল থোক্লা কপ্তে হায়বতনি, মমিৎ অনিমক্তা পিগী ঈরা চেক্লি। ঐবু নুংশিনা নাম্থবীরগা তুমিন্না লৈ। রাহে অমা ফাওবা ফম্না কুইনা কাংথোরকখিদে। মাগী নাকন্দা ফম্লিবী নুপী অমনা ঐঙোন্দা হায়রকখি, *নঙগী ননেম্বোক্লি, খুরুমউ।* ঐনা খুরুম্মী। অদুগা ইনেমনি হায়রীবী অদুদা অমুক ওক্সিন্দুনা হায়খি, *ঙসি হুরাওবা নুমিৎ অসিদা করিগী কপ্লিবনো।* অতম্লনদুম ওক্সিন্দুনা ময়ামদুনা মঙোন্দা চৈবী।

- *'নমৌ সনা অমা ফংলে, নচানুপাসে কয়াদা শিংথ্রবা!'*

- *'সনা লেপ্লদা শেল চংই।'*

মোং হাদনা ইনেমনি হায়রিবী অদুনা খুম্লগা ঐঙোন্দা অদুম মুন্না য়েংদুনা লৈ। তিল্লরিবা মী ময়াম অদুনা মথং মথং চৎথ্রবা মতুংদা মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়রকই।

- *'মতম অমদা ঐসে শেল থুম খরা লৈজরমম্মী। হৌজিক্তি লুখ্রাবী হায়বদো ওইরেদো। অদুগা হৌজিক্তি নঙনা ইমৌ কোকহল-লায়হল হায়বদু অমুক ওইরবেদো। অদুনা হৌজিক্তি ঐনা য়ুম অসি নঙোন্দা শিন্নরবনি। ঙসি ঐনা কপ্লিবসে হরাও নুংঙাই য়ান্নরবা পিনি'* মসিখক হায়রগা মহাক তুমিন্না অমুক লৈখি।

নোং ঙাল্লে। ঐহাক করিমত্তা খঙহৌদনা, শেম শাহৌদনা মখোয়গী শাগৈগী মৌ অমা হায়বদো অদুম্মক ওইখ্রে। অদুম্নদি ওইরগা পূক্লিং ৱাখল অসিদি চনিং অমা ইতা তারমদে। পোকপদগী অমুক্তশু শক খঙনখিদ্রিবা মখোয় ময়াম্না ঐবু তরাম্না ওক্লি। মসিবু নুংঙাইফম থোকপ্রা! খঙদ্রে চরাং-চরাং অরাংবা মরক অদুদা মখোয় খরনা অমুক *থনা লাক্কনি* হায়নবসু য়াওরকখি। অদুনা মরম ওইরগা ঐসিবু লোৎলিবনি হায়দুনা কদায় কদায়দনো য়াম্না চৎখি। মখোয় ময়াম্না ঐবু থেম্মী। *হৌরেল নশানা য়াদেকাদি হায়রক্কনুকো।*

মরক অদুদা মখোয় নুপী অহল অমদি মীয়াই চল্লবী খরনা হারোই-হারোই তৌদুনা কবোক শাৱে, লা য়াৎতুনা পান্ন হৈ-রানচিংবা ময়াম অমা শেমখ্রে। মদুদা নত্তে ঐগীদমক পোৎলোয় অমদি পোৎলোই শেৎপীনচিংবসু থুংলৱে। মতৌ অসুন্না চেল্লবনি হায়দুনা ঐনা লাকখ্রবা মতুং নুমিৎ নিনিশুবা নুমিৎকী নুমিদাং অদুদা মী খরনা ঐখোয় অনিগী লুহোংনবা শেম শাবীরে। থাজদনা ঐগী লুহোংবদু হাথু হাথুনা পাংথোকখি।

মখোয়গী লৈকাই অমদি শাগৈগী অহল লমন ময়াম চংদুনা ঐঙোন্দা মৌ অমা ওইরবদি তৌফম থোকপা নথৌদাং য়াম্না লৈবনি হায়বিবগা লোয়ননা কয়া অমশু শুগায়না তাকপীরকখি। ঐনা হেক উবদা কোক খুমগদবা মী ময়াম'মা মথং মথং তাকপীরকই। ইতৈ, ইকুবোক ময়াম অমনি, মদুনসু লোয়দ্রি। ইনাওনুপা, ইচননুপীনচিংবা কয়ানি তাকপিরকখিবা। মরক অদুদা ইচননুপীশিং অদুগী মবুক

ৱারৌহনবা য়াদে হায়রকপশু য়াওরকখি। পূন্নমক অদুগী মথক্তা চৎনবীনি হায়দুনা নোং হেক ঙানবগা ঈরুজথোক্নুনা চন্দন-চৱা থিল্লগা লাইগী পূজা পোৎলম লাংগদবনি অসিনচিংবা কয়া অমশু হায়রকখিবা খুদিংমক অদো ঐনা য়াম্না চেকশিন্না তারম্মী। মদু পূন্নমক অদু ঐঙোন্দদি পুমনৌ নৌবা পাড়া অমা ওইনা থোকখি। য়ুমদদি ঐহাক অতোন অতাং ওইরকপনি। অদুবু মফম অদুদদি ঐনা অহল হায়বদো অমুক ওইরে। মরমদি ঐগী নুপাদু য়ুম অদুগী অহলনি।

অনৌবা পুন্সি অমগী তাঙ্কক অমা ইঙখ খঙহৌদনা য়ৌরকখি। ঐ চপ চানা খঙলে মদুদি ৱাফম অসি অরুবা অমদি অরায়বা অনিমক্নি। হিংননবা পুন্সিগী লানফমদা হন্দক্কী অসিনা মতা অমনি হায়না পুক্নিংদা ফাওরকখি। নিংশিংলি মখোয়না হায়খিবদো, *নঙতা নত্তে মী পুন্নমক্নি। লায়বক্না তম্বা হায়বসিদি খেৎপা য়াপোৎ নত্তে।* ফৈ! খেৎপা য়াদ্রবদি কমদৌনি, পূন্নমক অদু ঐ ইশানা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফলনি। মদুগুম্বসি মীপুম খুদিংমক্তা চপ মান্ননা থোকদ্রবসু মীওই খরদদি থোক্লিদনা।

*হে নুপী হায়বা জাৎ! নোংমা শোয়খিবদা চুমথোক্লবগী লম্বী লৈতে। ফরে হৌজিকপু শোম্বরুদুনা করি তৌরুগনি। য়েংউ খঙনদবা মী ময়াম অমা খঙহৌদনা ঐগী ওইররে। ইকুবোক থোকপা, ইনেমবোক, শাগৈগী মীয়াম অমা, অদুদা নত্তে অতৈ অতৈ ময়াম অমা, ইনাও নুপা, ইচন নুপী ময়াম . . . । ঐ মতম অমদা, য়ুমদা লৈরিঙৈদা ঐগী ইৱা অমত্তা ফাওবা লৌবিনবা লৈতবনি। ঐগী হায়ববু লাইরিক খরা পারগা, চাক খরা চাদুনা লৈরকপনি। মফম অদুদদি মদুদি ওইদ্রে। শাগৈ অমগী মৌ অহন্নি, দায়ত্ব য়াম্না চাওনা লৌগদবনি হায়বসি ঐহাক ইশানা য়ারমাল্লে। হে ঈশ্বর! খঙদ্রে ঐ করিমত্তা খঙদ্রে...।*

## (২)

য়ুম পানবা হায়বসি ফাগিগী থবক অমা নৎলমদ্রে। ভাবনা শাবা, ৱাখল খনবা, নিংশিংদুনা নুংঙাইথোকপনচিংবা করিমত্তা য়ারমদ্রে। মসিদি খ্বায়দগী প্রাক্তিকেল ওইবা অমদি এক্সপরিয়েন্স তৌবনি। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং থবক্কী থবক ঙাক্তনি।

অদুগীসু মথক্তা ইয়ুমনি হায়জরবসু মীগী ময়ুম অমখক্তনি লৈরুরিসি। হিরম খুদিংমক্তা লোয়না ইপামগা খরা খরা খেন্নে। মরু ওইনা চাবা-থকপগী মতাংদনি। মৌ অতৈ ময়াম অমসু লৈরম্মী। পুন্নমক শাগৈগী ইতৈশিংগী নুপী ঙাক্তনি। মতম অদু ফাওবদি ইনাওনুপাশিং অমক্তা নুপী থিনরমদ্রি। অদুনা মৌ ময়ামদুগা য়েংনবদা ঐসে মৌনাও, মৌ মচানি। অদুমক্তনা ওইরমাল্লে *লৌরেম্বম মৌ, মৌ মচা* অসিনচিংবা হায়দুনা ময়াম্না ঐবু কৌবী। ঐগী অশেংবা মিং কনামক্তনা পনবা ফাওবা পনবীখিদ্রে।

মৌ অতৈ ময়ামদু লোয়না হেক ফৈ। মখোয় ঙন্নমক্রা ঐঙোন্দা নোক-নোক্তুনা ৱা ঙাংই। তৌবতবু মনুংদা অহেনবা তান্নবগী, মুক্নবা অমদি শাগোন্নদুনা লৈবগুম কোচি অমদি ইথাং থাংনৈ। মসি খংবসু য়াম্না লুখ্রবা জাৎনি। পংতক শুতকপা মীনদি পাক হেক খংবা জাৎ নত্তে। মসি নোংমা ঐনা কোক থেংনরুবগী ৱানি। ঐহাক য়াম্না হৈ-শিংনা নানদি নাহ্োকহৌই। ঐখোয়গী য়ুম, ইপামদদি ফৌ ফৌদে। ইমুং মনুংগী মী লোয়না ওফিসকী থবক চৎলি। চৎতবা হায়ববু অঙাংগা ইমাগতনি। মরম অদুনা কোৎতগী ফৌ অদু বোরাদা হাঞ্জিল্লগা মিল তান্না অদুম পুরগা তকহল্লি। মখোয়গীদি কোল্লুপতো নুংতি নুমিৎ খুদিংগী শুমাংদা *ফৌরা* অহুম মরি পুথোক্লগা ফৌ ফৌনৈ। ঐসু মখোয়না হেক তৌরিবমখৈ তৌই। ঐসু ফৌ ফৌই। নোংমগী নুমিদাংৱাইরম ঐনা ফৌ লৌশিনবা থোকপদা মৌ অমনা হায়ফেৎ নোক্লগা হায়রকখি,

*- নঙদি ফৌ ফৌরগা ওৎপসু ওৎতে, ঐনা ওৎপীরম্বনি।*

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ খরদি ইকাইরম্মী, অদুবু পায়রক্কী লৌশিং অমনা ঐনা তাপ ওক্তুনা খুমখি,

*- মদুগীদমক থাগৎচরি, হোরেন্দি চা অমা লাল্লক্কে।*

নুমিৎ অদুদা তাঞ্জা চানা পাউখুম পীকুরমাল্লে। মানা ঐবু মতুংদা য়াম্না লুনা তৌখি। অসিদসু নত্তে নুমিৎ খুদিংগী থোংবা এঞ্জাং অদুমক্তদসু অরু অরুবা য়াওরকই। *হৱায়জার চগেম পোম্বা, হেন্তাক শোক, অনানবা কিশি* অসিনচিংবসি ঐ করিমক্তা হৈত্রে। তৌবতবু হৱায় থোংবা, ঙা থোংবসিদি ঐনা থোংবদা হাওই

হায়নৈ। পুন্নমকসে ইমা ইবেম্মদুনা ইনাক্তা ফল্লগা তাকপী। মহাক য়াম্না ফব্বী নুপীনি। য়ুম পানবগী মরমদা অতৈ অতৈ কয়া অমসু মহাক্না ঐঙোন্দা তাকপী তম্বী।

নিংশিংলি মহাক্না তাকপীখিবশিং *'মৌশিংগা ৱারী শান্নগনু, নপুক্তা খনবা ৱাখলদু তেংনা লোয়না হায়দোক্কনু, ইমুং মনুংগী অৱৈ-লৈতা মী খংহনবা য়াদে। নঙদি নঙগী নুপানা য়ানবা চৎলু, মানা হেক হায়বতা তৌ, মাদি খরা শাওগনবনি'* অসিনচিংবা। ঐ কোননা ভাব তারকখি। পুন্নমক মতাং হায়বসিনা ওইরকপা ফিভমনি, ৱানা মতাং পান্দুনা অসুম অসুম ৱাংখৎখি, মদুগুম্বনি পুন্সি। অসিগুম্বা লম্বীসিগী মতাং কয়া থেংনবা হৌরকই। অমুক্তা খঙলক্তবা য়াম্না থেংনরে।

চুম্মী ইমা ইবেম্মনা হায়বা ঐখোয়গী ইমুংদুগী, মরু ওইনা ঐ ইশামক্কী পোৎ অমত্তা লৈতে, পৈশাসু অমত্তা উদে। নুপী অমা লুহোংবদা অহল লমননা উপু কাংথোল, পুখম-তেঙ্গোৎ, খাবৈ-চেগপ, ফি-রোল পুনরকপা ঙাক্তনি। ঐগীদি কদায়! অমত্তা লৈতে। লুহোংবা নুমিৎসু মৈ লোয়না মুখৎলগা অমনবা, অমোৎপা, লৈতেং য়াওদবা, কাদুদা লৈখি। থৱায় হায়ফেৎ নুংঙাইতদুনা চরা হেনখি। মদু পুন্নমক করিসু কুইনা শাংনা খনখিদে। ইশাগী অশেংবা য়ুন্নাক অদু মাংখ্রবসু অনৌবা য়ুন্নাক অমা ফংলে। মসিদা অৱা-নুংঙাই পুবা মেজিক অমা য়াওরি। মসিনি ঙক্লিবা!

নোংমগী মনুংদা থৱায় মতেক মতেক নুংঙাইরক্তবদা করিগুম্বা থবক অমনা হেক কোকহনখিবা/কাওহনখিবা য়াম্না তোয়না-তোয়না থোকখি। মসিসু অঙকপনি, মীগী য়ুমদু ঐগীনি খঞ্জখি। থবকসু পংনোমদা নোমনিংই। লুহোংবা মতুং থা অমা ফারকপা মতম অদ্বাইদদি শেল খরা হেন্না তান্নিংবগী ৱাখল খনন্নরকপদগী ইমুংদুদা ইশৌ লাংনদুনা ঙুং-ঙুং ঙংনরকপগুম তৌই। মখোয় মমা-মচা খৎনবদু ঐ য়াম্না হৈনদে, য়ুমদদি ইমাগা মচা অমত্তগা খৎনদে।

নোংমা ইমা ইবেম্মদুনা, *'লৈরম্বা খরদুসু লোয়খ্রে, মীগী মশেলসু তোল্লি, হৌজিকপু কদায়দগী পৈশানো'* হায়না হায়খিবদু ঐ তাহৌখি। মতমদুদা ঐগী নুপাদু খংশাও শাওখি। অহানবদদি ঐহাক মাবু করিসু থোইদোক্না কিরমদে। মাগী শকফমদু খংওন ওনখি। য়াম্না কিবা শক্তম অমা ওল্লকখি।

- *পৈশা লৈত্রগা খংনরগা য়ারদ্রো?* অসুন্না ঐনা হায়রুব্বদগী মহাক অমুক্কা হেন্না শাওখ্রে।

- *ঐনা নঙবু শোরোক্তগী ফাদুনা পুরকপ্রা?* হায়না কন্না লাওরকখি। মদুনা লোইবা নত্তে। মখা তারকখি, *'নমা নপানা, নবুং অঙাওবশিং অদুনা থানাদা তাকপা করিগীনো? নঙ লৌরুব্বদগী ঐ ৱাবনি, ইকাইবসু নঙলে, ঐনা লাইরিক তমদ্রগা মখোয়না ৱা ওইনা ঙাংনবা য়াব্রা। মীয়াম মমাংদা ঐবু চোপহনবা নঙ লৌরুব্বদগীনি।*

ৱাহৈশিং অদু ঙাংনা ঙাংনা মনাক্তা লৈবা ইমুংগী পোৎ-চৈ থুগায়বা হৌরকই। ইমুংগী মী লোয়না মপাল থোক্লখ্রে। শাওরগা অদুন্না তৌবদু ঐদি পুন্সিদা অহানবা ওইনা উবনি। ঙাইহাক লৈরগা মাগী জীপ অদু থৌদোক্তুনা অদুম চৎখ্রে। মতুংদা ইমাইবেম্মদুনা, *মাদি শাওরগা অসুন্না পোৎ চৈদা তায়নগল্লি* হায়রকখি। অতৈ ৱারী ৱাখোং খরসু অদুম মখা লীথরকখি, *মপা ঙস্তানা লৈখিদবনা মহাক্কী মনিং থুংনবা হোৎনবা ঙমখিদ্রে। সম্পাতি য়াম্না থস্বীরম্মী, অদুবু শেল থোক্লবা উপায়দি লৈতে। লম খরা, লৌ খরা লৈবসিদি কৈদৌনানি। ইমুং মনুং কাং-খোং চায়বসু য়াম্না থোকখ্রে।*

ৱারীশিংদু তুমিন্না তায়। পংখুম খুম্লুবা য়াবা মতাং নত্তে। মতাংদুদদি তুমিন্না লৈবনা খ্বায়দগী ফৈ খনখি। পোৎ-চৈ কায়-তোয়রিবশিংদু তপ্না-তপ্না খোমজিল্লি। লিক্লি মচেৎ-মচেৎশিংদু শুমজিৎনা শিৎচিল্লগা খোমদোক্লে। ৱাখল খন্নবা মতমদি লৈখিদে। অদু ওইরবসু কোক্কী কাচিন্দা ৱাখল খরদি মতুম ওইনা তাশিন্দুনা লৈখি। মসি শোয়দনা অচীকপদা, থবক ইনখাং লোয়রবা মতমদা শোয়দনা চায়খায়রক্কদৌবা মাল্লি। ভাব তাহৌদে, মাগী অশাওবদুনা মরি মরি শমজিন্নখি। ইমা ইপা, ইবুং ফাওবা য়ৌখি। মসিদি মতা'মনি। অমুকসু খষ্টে *শাওবসিদি হায়নি হায়রোই খংদবা জাৎনি।*

চহি ফাজিনখিদৌরে, খংহৌদে মতমসি। নুমিৎ থাদি অদুম তগৎ তগৎ তেক্লা থোক্তুনা লৈরি। ঐগী পুন্সিদি ফনা য়াম্না হোংলে। খল্লব্বা ময়াম অমা ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা থেংনবা হৌরকখি। তাঞ্জাদুদা নুংঙায়বা পাউ অমদি লাকখি। বি এ ফার্ষ্ট ইয়ারসি সেকেণ্ড ইয়ারদা লোয়না প্রমোসন পীরে। বি এ সেকেন্দ ইয়ারগীদমক

মিং চনবা তারে। মসি পাস তৌরবদি ঐ বি এ হায়বদু ওইগদৌরিবনি। পরিক্ষ্যা থাবগী ৰাফমদু হৌদোকপদা ইমাইবেম্মনসু হ্নাও হ্নাও য়াবিরকই। লাইরিক্তি অমত্তা পাদ্রি। ঐগী সবজেক্টসু ইংলিস ওনর্স অমদি মনিপুর ইলেক্তিভনি।

খঙহৌদে চহি হৌজিনখিদৌরে। মতমগী মগুণ খঙলুদে। হয়েং হায়বদু ঙায়রুদনা অদুম থুংলৈ। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং মতম অমদা ফজবা ঙাক্তা উখি। অদুবু ঐ কৈনোম' তৌখ্রে। নুমিৎ অমা থোকপগী, নুমিৎ অমা তাখিবগী চিং-লেম্বা ফজবা করি অমত্তা খোয়জংনা য়েংলুবা ঙমদে। অহোইনদুম মতমগী অকিবনা ঐগী অকোয়বসে পুমথন থনখ্রে। ঐগী মিৎয়েংসু হোংখ্রে। নোংমগী নুমিৎ অমত্তা নুঙাইবা ৰাখল খনবা ফঙদ্রে।

হৌখ্রবা অমদি থেংনরিবা অচুম্বা চুমদবা ময়াম অদুদগী ইনিংলকই, অদুবু ইবদি ইঙম হেক ঙমদে। লাইরিক ইনবগী মতমদি লায়রি ইশাগী চাক চাজনবগী মতম ফাওবা খজিক্তংনি ফংলিবা। ইনিংবা ৰাখলগী শাফুনা ফনা কন্না লাকচরবসু কোক্তগী খুৎ য়ৌরকপা করিমত্তা হেক ঙমখিদবনি।

য়ুম পাল্লবা মতুংদা নুপী অমদি নুপাগী মরী অসি করিনো অমনা অমবু উনবা খংনবগী তঙায় ফদবা লৈরি। নুপীনা নুপাবু হিরম খুদিংমক্তা নুংশিবগা লোয়ননা য়েংশিঞ্জে। নুপানদি করি খল্লিবা! লুহোংলবা মতুংদা ময়ুমদা লেংদনা লৈররবী নুপীনা করি পাম্বা-পামদবা, ৰারিব্রা-নুংঙাইরিব্রা হায়বসি খন্থবা অমা মঙোন্দা ইৰাৎ ৰাৎপদৌনা উরকই। লুহোংবা হায়বসিদা পুন্সি চুপ্পা হিংমিন্নবগী নাম্থোকপা য়াররোইদবা কিশি অমা কিখিবনি। য়ুম্নাক শাগৈ অনিনা তোঙান তোঙানবা হৌরকফমনি। পামজবা কয়া, হৈনবী কয়া পুল্লপ পুনশিল্লকপগী লং নৎত্রগা কুন্দো পরেং অনিখক্লা তৎনা থানবা য়াদনবা পুশিনবদুনি য়ুম্বানবা হায়বসি।

কিশি অসিসু মখলদি য়াম্মী- মথন্তা কিজবা, *লাই কিশি* হায়বা অমসু লৈ। লাই কিশিদি থোকপা লাকপা ঙমদে, য়াম্না কল্লি। ঐগীসিবু পুন্সি লৈপুন শেম্বদা লং য়াওদবা লৈপুন অমা ওইখ্রবজাৎলা! তশেংনা লুহোংবদুশু হাথু-হাথু পাংথোকখিবনি। ৰাখলসি মখল মখল খল্লি। চিন্দদি করিমত্তা কাংথোকক্তে। ৰা

ঙাংদনা মখোয়না হায়রিমখে হোয় খক হায়বসিশু অশিংবা মীনদি খংবদৌনা তৌই। অসুম্না মতম কয়া য়াম্না হৌখিবনো খঙহৌদ্রে।

*'লৈনিংদ্রগা চৎখো, শুগৎ-শুগৎতুনা লৈরবদি লীচৈনা কনগদবনি। নুপীদি নোংমদা অহুম্লক ফুথগদবনি, মমা মপা মফম মরাং খঙদবা ৱাৱক্লক্কবা নুপী মাল্লি। নুপীদি ফুরগা কিহনগনি, লাকথুগনি।'* চৈনিংবা নুমিত্তনা থিনা। মসে মাগী হৈনবীনি।

অসুম্না ঙাং-শকপা মতমদা ইমা-ইপা পনবসি ঐগী খ্বায়দগী নুংঙায়তবা, থম্মোয় শোকপা ৱাফমনি। নুপীবু ফুবগী নিয়ম অসি কনানা শেম্লম্বনো? মসিবু কয়া কুইনা চৎনখিগদগে! ঐগী থাজবা পুম্নমক মাংখ্রে। মপুরোইবনা ফুবদ' শিখিবা নুপীশিংগী ৱারী কয়াসু তাশিল্লকই। মমৈদদি মিপাইবা অমদুম য়াওরকখি। *করিগুম্বা ঐসু অসুম্না ...*

খোল ৱাওর-ৱাওরবা ৱাঙাং শঙাংশিং তোয়না তাশিল্লকই। অদুগুম্বা ৱাঙাংশিং অদুদগী নোংমদি শাওনিংমন্দুনা চাক মরু অমত্তা চাদ্রে। চাক অদু তশেংনা হেক্তা চানিংদবনি। হকচাংসু খরা শাগৎপদৌনা তৌই। নুমিৎতুমক্তদা ফমুংদগী শম পায়দুনা চিংথখিবদু ঐ খঙহৌদ্রে, তুমথরুরমাল্লে। নুমিৎ অদুমদি *ফন্দুম ফরে ফুজরসনু, ঙসিসিদা শিরবদি ফরনি* হায়না খনখ্রে। মখুৎ পেন্নবা ফু রগা '*ঐবু অসুম লায়রদনা লৈরদ্রা ?*' হায়রম্লগা থোকখ্রে। ঐনা চাক চাদবদু মানা লায়রবগী চাদবনি খনখ্রমাল্লে।

*নুপাগী নুংশি মিৎয়েং মখাদা লৈজরিবী নুপী অমত্তনা লায়রবগী ৱাবীদে* হায়বসি খঙদ্রমাল্লে। মসিমত্তংদি খঙহন্নিংবনি অদুবু উপায়দি করিসু লৈখিদে। ৱাখলদু খজিক-খরাক নত্তে, পুংপৈ পৈখ্রে। চৈফুশিং অদুনা লৈপুনগী কিশি অদুদি কোমথোকহনখ্রে। ফুরিঙৈদা *অয়ো-অয়ো* হায়রম্বদনি। মানা হেক থোকখিবদগীদি তুমিন্না লৈরে। চেক-মোক লাওদবা অচিকপদুনি, শ্বরসু পীক্লা হোঞ্জে। অমুক অমুক থনুংদগী শ্বর মপী হোল্লকপদুদি থিংবা ঙমহৌদে।

ফম্মাংদা ফনা কুইনা তাদুনা লৈবদু নুংঙাইতদুনা ইদোম হৌগৎনবা হোৎনখি। চৈনাখোলশিং অদুনা পাক লেংবদি ঙমখিদে। খ্বায়দগী নুংঙায়তবদি থবাকলোমদা কাওখিবদুনি। মদুনা শোকখিবদি লুহোংবগী কিখিবা লংগী কিশিদু তৎলগা তাহনখি।

অচোয়বা শমশিংদু পুল্লপ খোমজিল্লগা পুনশিনবদা খুৎতা তৎলবা শম্না চবুন চবুন য়াওরকই। মদুকাদি করিসু খন্দ্রে, হৌগৎলগা ফম্নবসু কোকসিদি পুবা ওঙ্থোক্লা ৱাখি। হকচাংসে মনুংদগী মৈগুম্না শাগৎলকই। শাবদা নত্তে, মৈখু চেন্দনা ওমদুনা চাকপা মৈবুলদগুম্বনি। তাঞ্জাদুদা খোঙথাং মখোল তারকই, ইমাইবেম্মনি। ইমানা করি করিনো হংলকখি। ঐনদি খুম্ক্ষম খঙদ্রে। পুক্নিংদা খনখি, হৌজিক্তি তুমিন লৈজরগে। কনামত্তগী পাউখুম পীররোই। কনামত্তদা ৱাহংসু হংলরোই। ঐমানা ঐবু থেম্বী,

*- মতৈ-মনাও হায়বসিদি অসি ঙাক্কনি, নয়ুমদকাদি চৎখি-লাকখিনুকো।*

তশেংনা মাগী মায়কৈদগী চুম্লবা ৱাফমনি। ঐনশু য়ানিংখি। মসিখক হায়বিরিবদো ঐগীদি লাইবক কয়াদা ফখ্রবা। ঐগী চৎফম্বু কদায়দনো, *থিনা থিনা চৈরবসু, ফুরবসু ঐদি সুকচৎ চৎলোয়।* মসিনা ঐগী অহানবা ৱারেপনি।

নুপীদি য়াহৌ থেংবা য়াদে। ফুরবসু চৈরবসু অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা ৱাইশিৎ-লমশেংবা, কোল-লিক ফেংবা, মদু পুন্নমক লোয়রগা ঈরুজথোক্কুনা লাইদা ধুপ-থাউমৈ কৎতুনা পুজা তৌগদবনি। মসি অমত্তা চিংখিবা য়াদে। অয়ুক অদুমদি হকচাংসি পুমতেক তেক্কুনা তশেংনা হৌগৎপা ঙমদ্রবনি। মদুদশু ইমাদুনা ঙাংবা তায়, *'নুপীদি খাংবদা কল্লু, পঙলবদি য়ুম পানবা ঙম্লোই। লাইগী ধুপ থাউমৈদি ঐনা কৎলবনি, চাক থোংননবা তৌরো। মবুক লাল্লবদি নুপাদি ৱা ঙাংনবা য়াদবনি। হৈ-শিংবা নুপীতনা শাওগনবা নুপাসি ইরাই লায়না লোয়নবনি।'*

নহানমখৈদি ইমাদো ঐবু য়াম্না নুংশিবা মাল্লম্বনি। মনেমনা মমৌ নুংশিবগী চাং অসিমক্তি পংয়াম য়ামদবা মাল্লি। পেঙ্থোকপা তাবনি, মমা-মচামক্তি নত্তেদনা। মাগী পাউতাক মতুং ইন্না চাক এঞ্চাং হাওনা থোংলগা করিমত্তা নুংঙায়তবা উত্তনা পীজবা তাবনি। চৈনাখোল ময়ামসিদি হংবিনবা কনামত্তা হেক লৈতে। ফৈ, করিসু কায়দে ঙম্নবা হোৎনরগে চপ চানা খনখি।

*'মী মখলসি অহুমখক্কনি'* মতম অমদা ক্লাসতা ওঝাশিংনা তাকখিবদু নিংশিংলকখি। ওঝাশিংনা হায়বিরকপা মতুং ইন্না ঙাক্নবা হোৎনরকপা, *অচুম্বা চৎকনি,*

*অচুম্বা ঙাংগনি, অচুম্বনা জয় ওইগনি . . .* হায়বনচিংবা ৱাফমশিং অসি ইফমদা নোংমা নোংমগী শুম-শুম মমি শাম্লকপগুম তৌই। থেংনরক্লিবা পুন্সিগী তঙায় ফদ্রবা খোঙফমশিংদা অহোংবা লাকই। মতম অদুদদি ইখন খল্লুদনা মশা মতোমতনা ওল্লকপা শক্তম নৎত্রগা মচু-মচুশিং অদুদা থোইদোক্না খন্থবকা ঙমখিদ্রে। ঐগী তঙাই ফদনা তৌশিন্নবগী মতম অদো লাক্লে।

নোক্লিংদ্রবসু নোকশিন্নবগী থৌরাং তৌবা তম্লে। মসিগী মরম চাওনা লৈ। অসুম্না তৌবনা ঐঙোন্দা খরদং শাফে। নৎত্রবদি ইরাল কয়া'মা শিরকই। *নুপী ওইরগা অৱাবা খাংনিংদবা নুঙায়বা পাম্বা, নৎত্রগা নাপল তৌবী মচিন-মনাও, শাগৈ-নাতৈ, অচৌ-অচৌবা ওফিসার ঙাক্তা ওই হায়দুনা চাওথোকপা . . .* অসিনচিংবা। অমুক্তা তারক্কনি খল্লুদবা ৱাহৈ ৱাতা ময়াম শিজিন্নদুনা ইরাল শীবিরকপসি খাংঙমদে। ইরাল শিবদা নত্তে, তোয়না তোয়না ফুবসু য়াওরিবনি। অদুমক্তদা তৌশিন্নবদুদি ঐগী থম্মোয়নুংদদি ইনুং হেক নুংঙাইতে। অদু ওইরবসু মদুনা খরদি শাফরিবনিনা তাৎ মচা মচা খরদি থাদোকত্রে।

মতম অদুদা পৈশা তান্নিংবগী ৱাখলদি য়াম্না ফাওরম্মী। ঐমক্তি সরকারগী থবক অমত্তং চংনিংই। মহ:কসু জীপ অদু শেমজিল্লগা চীংদা চৎলি। মানা চীংদা চৎপা খোঙচৎ খুদিং শেল খরা খরদি অদুম মফংই। মীনা গাড়ী অৱায়মলশু পীরকই, অদুগা পোৎ-চৈসু হাপ্লকই। চীংগী আলু, মোরোক, কমলা, তেজপতানচিংবনি হাপ্লকখিবসি। ঐগীদি নুমিৎ খুদিংগী ধুপ থারগা থবক মচা অমত্তা ফংহনবীয়ু অৱাবা, চৈফু, মীচৈনচিংবসিদি অদুমক খাংজরগে, মসিদি ঐগী ইরাইবক্তা তম্লম্লবনি হায়না কয়ারক হন্না লাই খুরুমজখি। ঐসে শোয়দনা থবক অমদি তৌগনি হায়নদি পুক্লিংদসু চেৎনা থাজজরম্মী।

ইমুংগী মীশিংনা দেব কর্ম্ম চখোকখিবা, ঐগী নুপানা চীংদা থবক চৎখিবা মতমসি ঐগী খ্বায়দগী নুংঙাইবা মতমনি। নমথবিদুনা থমখ্রবা ইনিংবগী ৱাখলশিংনা তাঞ্জাদুদা মশা মরেং কয়ামরুম লোংলক্তুনা ঐবু লৈতাহন্দে। কলম-চে পায়দুনা ৱারী মচা ওইনা খরা খরা ইবা হৌই। মী হেক লাকপদা টোইলেট মনুংদা চংলগা

হেক হেক ইখি। ৱাখলদা কিবোই করিবোই তৌরবদি ফাওরক্লিবা ইথিলশিং অদো মরক মরক্তা কোক্তা হেক্তা মাংখি। টোইলেট মনুংদা অসুম্না ইবসি ঐদি য়াম্না নুংঙাই। মরমদি মিৎয়েংশিংদু ঐনা অমত্তা উনিংদে। মিৎকা মিৎকা চান্নবা মতমদা মীনা করি খনবগে হায়বদু ঐনা খঙজে। চেকশিন্না য়াম্না পোলাইট ওইবা মওংদা লৈখাদা লৈথদুনা ঐগী মিৎ অনি অসি শেন্নজরম্মী। হায়বদদি লায়রবা ৱাফম অসিনা ঐগী আত্মাবু মতম পুন্নমক্তা ওৎপীখি। মতম পুন্নমক্তা ৱাখল কয়া খল্লি। ৱাখল খন্দুনা শান্নবসি নুংঙাইবা ফাওরকই। ৱাখল হায়বসি লীশাং থাদুনা কোয়না চৎলুবসু মীনা খংবা ঙমদে নৎত্রগা ৱাখল মখাক থম্বসু অমুক মখা চখে। তৌবতবু চফু পাথবা, শঙ্গোম পাথবা, ঙা লৌবদা কাবনচিংবদি য়াম্না তোয়শিল্লকই। ঐগী লোয়বা নাইদ্রবা ৱাখল পরিংদা নুপী খুদিংমক্কী পুন্সিসি নৈনবা হৌরকখি। ঐতা নত্তে নুপী খুদিংমক অৱাবা কয়া মায়োক্লরি হায়বসি উরকই।

নুপীগী পুন্সিদদি মীগী ময়ুমদা তঙায়ফদনা চত্তবা য়াদে। অহোংবা অসিনা নুপীবু ফজনা মৈ ইকলি। ইমা কৌজে অদুবু অপোকপি ইমাদদি নত্তে, ববা কৌজে, ইনাও, ইচে, ইচল, মতৈ উরগা কোক খুম্বা হৌনৈ। অদুবু থবক নোম্লিবমখে, ইশাগী চাগদবা শরুক্কা মীঙোন্দা কখোক্রিমখে অফবীগী থাক্তা লৈরম্মী। মসিবু কয়া কুইনা অচুম্বা অফবা চৎনবিনি হায়গদৌরিবা! চৎনবী অসি কুইবা য়ারক্লোইদৌবা মাল্লি। অদুনদি চৎন-লোনচৎ হায়বসি তোয়না তোয়না হোংলকপদা করিসু শাওফম থোক্তে। অসুম্না লোয়শিনবা য়াদবা ৱাখলসু অদুম খল্লি, হিংদবদি য়াদে, হিংবদা শেল চংই। মাগী কারবারদা ঐসু য়াওশিল্লি। ললোনবী নুপীশিংনা লাক্লগা কমলা, আলু, তেজপতা মনাশিংদু লোয়না পুখি। মদুশিংদু চেকশিন্না মশিং থিদুনা ইশিনবীরে। অকেনবা তেজপতা মনাশিংদু খোমজিন্দুনা শামতু লংনা মপুল পুনবীরগা পীবদো মখোয়না হরাওই। *'হৈ-শিংখ্রে মসিগী মৌসি, অকেনবসি ফাওবা হেক মাংহন্দে।'* হায়না থাগৎপিরম্বশু ময়াওই।

বি এ পরিক্ষ্যা থানবা ফোর্ম থাগৎপা নুমিৎতু কলেজদা ইমান্নবী ইমান্নবা খরা থেংনৈ। মখোয়গা ৱারী শানবদা খরা কন্না নোকখিবা অমা য়াওখিমাল্লে। হল্লকপদা

জীপ অদুসু লম্বীদা বেরা তৌই। শেম শেমদুনা য়ুমদি য়ৌরকই হায়ববু ঐহাক মহাক্কী অশাওবা মায়থোংদু উবদা কিরম্মী। ফুরক্কদৌবা য়ান্না মানখি, অপায় অপায়বা পোৎ লংখায়-খোৎকায়বা থুগায়বা তৌরকখি।

*'মপান থোক্লগা নোক-খেদুনা নয়া খিগৎপদি পামদে'*হায়রকখি। ইমাদু তামাপ্লে থাজদনা মচাদা ঙাংলকখি, *'ফজ-ফজনা ঙাংনৌ, মাগী মশাসে অঙাং য়াওগদৌবা মাপ্লে, ফু-লাকপা য়াদেকো, নঙ য়ান্না ফিংমল্লি'*

ঐ খংপ্রেক খংখি, মদু ফাওবা ঐনা নিংশিংলুদ্রে, ইথন্তা ঙকচরম্মী। মসিনা অমুক করম্বা পুন্সিগী তাক্ককনো! ঐসু খল্লি হকচাং মনুংসি কৈনোমা ইতৌ তৌই। চাকসু মরু অমত্তা চানিং-থক্লিংবা ফাওদে। মখোয়না ঙাংগনি কিবদগী চাশিনবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা নোংমা ইনে রাধামতিনা হায়খিবদু নিংশিংলকই। *লৈশারিঙৈদা মতম খরতংনি নুপীনা নুংঙাইজবা। য়ুম পাপ্লে কোর খায়দো ইচা পোক্লে য়োহ্লিং থাংইদো ! অসিনি নুপী।* চপ চানা হায়রম্মী।

য়ুমগী মীশিংদো তুমিন তুমিন লৈনখি, মপুক্লিংদা নুংঙাইবগী ঈঙ্গিৎতি উই। ঐদি কদায়দগী, পৈশাদি থোক্তবা মচাদি ফজনা শেন্নিংবা নুপী ময়াম'মা ঐনা খংখিবদু মিৎতা উরকই। মপুন্সিদা শাথিনা অৱাবা তারবা মীওই কাঙলুপ অদুগী মরক্তা পুক্লিংশিনা ৱানা লিৎশিল্লগা অৱাবা ৱাখল কয়া খলহল্লে। মরাইবক্লা নোয়হৎপীরবশিং অদুগা লোয়ননা পুন্না কপমিন্ননিংই। ইজখিবা ৱারী মচাশিংদু ফন্না য়াল্লবনি। নুমিদাং অথেংবদা চেশিংদু পীক্লা থুপচিল্লগা উপু মনুংদা চেকশিন্না থমজিনখি। পুক্লিংসিদা মতম হায়বদু অমুক্তা ঙায়রুদবনি। হৌজিক্তি মতমদো খুৎ থেক্তুনা পারগা ঙাইদুনা লৈবা তারে।

নোংমদি লৈশাবী মৌ ময়াম ওঝা লৌগনি হায়বগীদমক একচেঞ্জদা মিং চনবা চৎকনি হায়দুনা লাংনৈ। ইচন নুপীগা লোয়ননা ঐখোয় মী মরি লম্ফেল একচেঞ্জদা চৎলে। মখোয় লোয়না ওঝাগী কার্দ থারম্মী। মদুসু সবষ্টিট্যুট ওইননি। ঐহাক্তি মেদিকেল দিপার্টমেন্টকী কম্প্যুটর জোব কীদমক কার্দ থারম্মী। পুক্লিংদা কয়াদি থাজরুদে, ইন্টর্ভিয়ুসু পুক ইকং কংনা চৎখি। ঙক্লিবদি ইন্টরভিয়ু অদুদা ঐবু খল্লক্লম্মী।

পুক্লিংদা ঈশ্বরবু খুরুমজরম্মী, শিবমক্তি শিররোই খনখি। অদুবু বি এ পরিক্ষ্যা হায়দোরকপদা ঐনা লৌরিবা ইংলিস অদুমক্তদা ফেল ওইরে। মরম অদুনা ইংলিজ সবজেক্ট অমা বেক থাবা তাখি। মদুদা ঐনা ইকাইখিবদুদি করিদা প্রমান তৌগনি খঙদে ফেল ওইবা হায়বদু পুক্সিদা অহানবা ওইনা থেংনরে।।

নুংশিবা করিনো? মীপুম খুদিংমক খঙন-খঙনা হংবদি লেপ্তনা হংনবা ৱাহং অমনি। পাউখুমসু মাগী-মাগী মিৎয়েংদা, ৱাখলদা লৈবসু তোঙান তোঙান্না অদুম পীনৈ। ঐগী ইফমদদি অমুক মীয়ামদগী তোঙাল্লি। নুংশিবসি অরোনবা মুৎনাইদ্রবা মঙ অমখক্লি। মঙ অসিদগী হেক মঙফাওনরকপদনা অৱাবা তাইবঙপাল অসিনি। মঙদা পৈশা য়াম্না ফংবগী নুংঙাইরবসু তাইবংদদি পৈশা লৈতবগী অৱাবা ঙাক্তনি।

অঙাং ওইরিঙৈদো বাইম'না (বামোন মেমা) হায়, *'মঙদা করিগুম্বা পৈশা ফংলবদি চেংহি চফুদা হাপচিল্লু, নোংঙাল্লগা লৈরম্বনি।'* অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদু নুংশিরকই, তাবা খুদিংমক এক্সপরিয়েন্স তৌনিংলুই। অদুগা ঐগীদি করিগুম্বা মঙদা পৈশা উরবদি ঐহাক্তি শুকশোয় শোয়দনা নোং ঙাল্লগা পৈশা খরদা ওইরবসু ফংই। মসিমদি শোয়দ্রে, লুপা তরা-কুনদং ওইরবসু ফংই। নুংশিবা লৈতে, মফম্না-মতম্না, মরম্না পুনশিন্নরগা শেম্বা তৌশিন্নবা পোৎ অমখক্লি হায়না খনবা হৌরকপা মতম অসিদা কদাইদগীনো মচা নুংশিবগী ইথক ঈপোম্না হকচাং শিনবা থুংনা য়েররে।

করিগীনো খঙদনা মাগী ৱাখলদা খনবা হৌরকখি। চারবসু মাগীদমক য়েংদুনা খরা হেন্না ফগদৌবা চীঞ্জাক চানিংলকই। মাগীদমক হিংনিংলকই। অপীকপা ফুরিৎ মচা, খুৎ মোজা মচা, খোঙ মোজা লাংশিন্নিংলকই। মদুসু ইকায়দুনা তুমিন তুমিন্ননি। ঐগী অৱাবা ময়ামদু তুংওইনখ্রে। করিসু খল্লরোই হায়না লেপখ্রে। ঐবু নুংশিবীবা মীওইশিংনা, লৈকাইগী অহলশিংনা বর ওইনা, *'নচা নুপা অমা হেক ফংজৌ'* হায়না হায়বীবসু য়াওই।

ঐ ৱাখল খল্লি, মীশিং অসিনা মচা নুপা য়াম্না পাল্লিবসিগী মরম করিগীনো? করিগুম্বা পুক্কুংদা লৈরিবা অঙাং অসিনা নুপী ওইরম্বা তারবদি মহাক পোকপা মতমদা স্বাষ্ঠিকা চাওনা শোল্লোইদৌরিবা জাৎলা! মহাকপু করিমত্তা

নুংশিবিরোইদৌরিব্রা ! সংসার অসিদা নুপীগী দরকার অমত্তা লৈত্রব্রা ? নুপী পোকপা নৎত্রগা নুপা পোকপা হায়বসি কনাগী মখুৎতা লৈবগে ? মসিবু ঈশ্বরগী ওইবা থৌরাং অমা নৎত্রব্রা ? অচুম্বা অমদি নুপীনা শোল্লি, নুপানা কনবা হেল্লি। ফু-চৈনবা মতমদসু নুপানা নুপীবু ফুগনি। মসিদি চাউখৎত্রিঙৈগী ব্বাখল্লোন অদুনি। অসিগুম্বা ব্বাখল অসি মীওইবদা পক্কুনা অদুম লৈ।

মখোয় ময়ামগী বর অদুনরা খঙদে, ঈশ্বরনা পীরিব্রা হায়বদু খঙদে, ইচানুপা অমা ফংজরে। কুচু মুবী ঐনা পোকপা ইচাদু কয়াদি ঙৌখ্রে। অপীকপা মচিনবাল অদুনা তঙাং-তঙাং পোকখিবা নুমিৎ অদু নিংশিংই। মমা ওইবগী থম্মোয়না নুংঙায়রবা নুমিৎ অদু পুল্লপ পুন্না নিংশিংই। পোইনুগী তরামরিনি পানবা নুমিদাং, পুং মাপল মখায়নি। খজিক্তং হাংদোকপা থোংনাওদা থাবলগা লৈচীলগা কোয়তান তান্নদুনা ঙৌবা তান্নবা নুমিৎনি। পানখৎলকপা থাজগী মায়থোংসু তরামরিনি পানবগী মহৌশা থোইনা হেন্না ফজখি। ইমুংদনা চাক্লিবা মৈফুগী অকোয়বদা মীপুম খুদিংমক্না নুপা পোকপগী অপেনবা, হরাওবা ফোংদোকখি। ব্বারম্বা পুন্নমক কাওখ্রে। আশা ময়াম পুরকপা পীক্লবা নৌরবা মীওইপোক অমদি অতিথি ওইনা থুলরে। মাংলুরবা অশা পুন্নমক অমুক হঞ্জিন্নবগী মহাকপু অঈং-অশা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা ঙাক শেনবীবা তারি। খঙহৌদনা থব্বায় হকচাং অনিমক মঙোন্দা লুপশিনখি। ব্বারী শান্নরিবা মৌশিং, অহলশিংনা চা থক্লা-থক্লা হায়খি,

*'নঙদি নরায়বক য়াম্না ফৈ। থবকসু ফংলে, নচানুপা অমসু ফংজরে।'*

ঐগী চিনবান্দা মোমোন মীনোক অমদি লাকখি। অদুবু পুক্লিংসিদদি ঐহাক লাইবক ফরবীনি হায়বদুমক্তি শুকফাও হেক ফাওরকখিদে। মসিমক্তি ঐগী পেনবা নায়দবা থম্মোয়না কা হেন্না মীহৌ চাওবগী ব্বাফম নত্তে। নুপী ওইরুবগীনি, নৎত্রগা পাঙ্গল শোনবা খুদিংমক নুপী ওইগেরা, নুপাবু ওইগেরা মীনুংশি পামজে। মদু ফংদবা মহাক অদু করম তৌনা হিংলমগনি ! য়াম্না পীদোন্না হিংলিদরা ? পাউখুমসিদি য়াম্না লুরি। মীওইবগী লোয়বা নাইদ্রবা ব্বাখলগী সমুদ্রদা নৈর-নৈরগা খন্দোক-খঞ্জিন শান্নরি। অরোইবা ব্বাখল অমা নোংমদি লাক্কনি, ব্বাখলগী অহোংবা শোয়দনা লাক্কনি।

মতমদুদা অরানবা পুন্নমক চুমথোরক্কনি। লাইবক ফরবদি ৱাহৈ ওইনা ফাওবা হায়রকপা মতম অমা লাকপসু ময়াই।

*'ঐ খরা শোয়খ্রে নহাক শাওরনু!'*

অসুম্না নোংমা-ফাদোক হায়বিরক্লবদি ওম্থোক্না নুংঙাইগনি। মসিমকসু ঐগী ৱাখলগী ৱানি, কনানসু হায়বীরক্তে। অঙাং অমা য়াওবদগী থবক্তি হেন্না শাথিনা য়ামখৎলক্লে। অয়ুক্কী পুং অহুমদগী হৌগৎলবসু কোন্নহৌদে, নিংথমথাগী মতমসিদি অৱাবনি। থা অমা ফাবদগী পুং মাপল মখায় নঙনবা ওফিস কানবা হোৎনবদুসু অৱাবা ওইখি।

নোংমা নুমিদাং অমগী মঙ অমদা ঐহাক ফৌ ময়াম অমগী মথক্তা শান্নরম্মী। লুহোংদ্রি, লৈশারি হায়না পুক্নিংদা খল্লগা ফৌ ময়ামদুগী মথক্তা পায়দুনা শান্নরম্মী। নোং ঙাল্লে। ৱাকচিং থাগী মমৈদনি ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা ফৌ বোরা তরুক লৈরম্মী। অদুগা ঐবুসু ইপামগী ইবুং ইপ্পাশিংনা লৌখৎপীরগনি হায়রম্মী। লৌ অদু লৈখিদ্রবা পাবুংদুনা ঐগীদমক তম্বীরম্বা ওইরমাল্লে। মমাংগী চহি খরা অদুদি মাগী মাগী য়েম্থোক্লদবগা ফংখিদবা ওইরম্লে।

নুমিৎ অদু ঐহাক পুক্নিং নুংশিনা ইপাবুংদুবু নিংশিজরম্মী। অদুগা থম্মোয়দা কুপশিন্দুনা লৈরম্বা পিদোনবগী মৈখু অদুসু খরদং পাইথোকখি। নুমিৎ অদুমক্তদা হান্নগী হৈনবী ইনিংবগী ৱাখল লাকখি। টোইলেট মনুংদা চংলগা ঙাইহাক্তা করি করিনো ইনিংলুই। অদুবু অৱাবদি পাবুংগী মরমদা ঐদি করিমত্তা খঙলমদ্রে। মহাক মনিপুরগী অহানবা ডোক্তরনি হায়বদংদি খংই। করম তৌনা ওইখিবনো হায়বদুদি করিমত্তা খঙদবনা খুৎ থাবা ইয়া য়াদ্রে। ঐগী এক্সরসাইজ বুক অদুগী মথক্তা 'দি ফার্ষ্ট ডোক্তর ইন মনিপুর' হায়নদং থারগা অদুম লেপ্লে। মহাক্কী বাইওগ্রাফি অমত্তং ইনিংবগী অকনবা ইথিলদুদি নুমিৎ অদুদগী অসুম অসুম ৱাংখৎলকই।

টোইলেট মনুংদা কুইনা করিগুম্বা খরা ইদুনা লৈবসে মপান্দগী হেক হেক কৌনরক্লে। '*কুইমনখ্রে লোইদ্রিব্রা*'... অসুম্না লোন্না খরা খরা ইজবদুসু হেক হেক কায়বা হৌরে। খ্বায়দগী অকায়বা অমা ওইবদি মৈতাল য়োনবসিনি। মৈতালসে

নোংজুথাদদি হোংনা ফংই, নিংথমথা চংলক্লবদি শেন্দোংসি তঙ্খায় অমা হেন্না ফংই। শেন্দোং অসিগী খনবদা য়োনসু য়োন্নিংই,তোক্লিংদে। অদুবু থবক্তি খুচিন অমা তৌরে। মীশিংনা অয়ুক অঙনবদা ওইনা মৈতাল লৈবা লাকই। চাক থোংনা থোংনা মৈতাল ওল্লি, খুৎ-শা, মাই মিৎ হামুক ঙাক্তনি। কুম ১৯৭১ জনুৱারি ২৩ দগী ঐ ওফিস কাবা হৌখি। থবক্তি কয়া লৈতে। ঐগী থবক্তি অনাবা মশিং থিবনি, লায়না মখল খায়দোকপনি। চহি চহিগী ওইনা ডাটাশিং হোস্পিটালদগী লাকই। মতম খরদি থবক লৈতবদগী ফম্না ফম্না মী কয়াগী পুন্সি মশক খঙবা ঙমখি।

নুপীসু নুপাগা চপ মান্ননা শেল থোকপা ঙম্মী। মসিনা ইমুং অমা য়াম্না থুনা চাওখৎহল্লি। ওফিস কারক্লিবী নুপীশিংদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। মখোয়না শান্নবা ৱারীসু তাবদা য়াম্না পুক্লিং লৌশিং ওই। তৌবতবু মনেম মকু নৎত্রগা মখোয় মখোয়গী মনেম-মকুশিংগী ৱারীশিংদুদি য়াম্না নোক্লিংবসু য়াওই। ৱারীশিংদু নুতি নুমিৎ খুদিংগী লেপ্পা লৈতে, নোংমা নোংমগী সবজেক্ট তোঙাল্লি। ৱারীশিংদো তঙ্খায় অমদি লৌবা য়াবা ৱারী নত্তে। মদুগী মনুংদা ঐনা য়াম্না তানিংবা ৱারী খরদি, নুপী নুপাগী মরক্তা লৈনবা মরী, থম্মোয় অনিগী ইয়াতা য়ানজবা পুন্সিগী মচৎ অদুনি। পুন্সিসি মিৎয়েং অমদা চাওয়েং য়েংবদা ইমান মান্নে করিসু খেন্নদে হায়বা য়াই। অদুগা নুংদা মচেৎ মচেৎতা করিগুম্বা পোৎলম মচা মচাদদি মী অমগা মী অমগা পুন্সি অমগা পুন্সি অমগা য়াম্না খেন্নরম্মী। মসিদি য়াম্না থেংনা খংবা ৱাফম অমনি।

ৱারী তাবসি য়াম্না নুংঙাই, মখোয়গী দাইলোগ খরা নিংশিংই ইচে কামেশ্বরিনা নোংমা হায়, '*ঐগী নুপাদি ঐনা মোরোক মেৎপদা ঙাওই। ঐনা শিং খরা চনম খরা ফদিগোম খরগা কুপ্পা শুগায়রগা হাপ্পনি, মদুদা মাদি লোয়জরে। অদুগুম্বা মোরোক মেৎপদু ইনেম্বোক্তি শোকপীপোৎতে*অসিনচিংবা।

মখোয়না শানবা ৱারীসি য়ামখ্রে। অয়ুক্কী পুং মরি মখায়দগী নুংথিলগী পুং মরি মখায় ফাওবদা লোয়বা ঙমদে। নুংতিগী ৱারী মখাক থম্মী, মতুং অমুক চঠে। ৱারীসি শুম শান্নরকপদা নুপী নুপা রাইট মান্নবগী ৱাফমসি হেক হেক য়াওরকই। মতাংদুমদি কা মনুংদা ফল্লিবা নুপাশিংদু তুমিন্না লৈথোক্তে, য়ৌ-য়ৌ মাগী-মাগী

*এঙ্গলদগী রাইট মান্নবগী মতাংদা ঙাংনরকই। অশেংবা পান্দমদুদি নাথৈরগা মখোয়না* য়েৎনরিবদু তুমিন্না তাদুনা লৈবগুম তৌই। নুপী নুপাগী রাইটতি নোংমা নোংমগী অসুম মান্নরক্লি। রাইটকী ৱাফমসি ইচম চম্বনি নুংশিনবা হেনগৎনবা *এক্সত্রা কমন থোট* অমতং হাপচীল্লকপনি। মসিদা খৎনবগী ৱাফম ওইহন্নবা হোৎনবসু কয়ানি। খুদম ওইনা হায়রবদা শাওগনবী নুপীশিংনা নোংমা ফাদোক শাওদুনা চাক থোংদবদা নুপাদুনা করি তৌগনি ? নোংমা ফাদোক্তি চাক চরা অমা হরাও হরাও নুপানা থোংবা কৈসু কায়দে খল্লি ঐগী পুক্লিংদা, হায়বদি হায়দোক্তে।

নুপীনা শানবা ৱারীসি মখল মথেল য়ামখ্রে। মতৈ মনাওগী শাওনবা মরক মরক্তা থোকপগী মরমসি য়ু থকপদগী খৎনরকপনা নম্মী। অদুম্না শাওনরগা নুপানা নুপীদা এপোলোজি তোয়না তৌই। *য়ু থক্লরোই* হায়না হেক হেক ৱাশকই। অদুবু ৱাশক ঙাকপদি ঙমদে। হৌদোংনা শঙ্গোম চাররোই হায়না ৱাশকপগুম্বনি, ৱাশকপা মতুং নোংঙাল্লগা অদুম থক্কুনা লাক্লগা '*কালিমাইনা শাক্কিনি, মরিক অমা ফাওবা থক্লক্তে*' হেক্তা হায়গনি। মনমদুদি লোৎপা লাকপা য়াবা নত্তে।

অসিগুম্বা ৱারীশিং অসিনা ঐবু নুংঙাইহল্লি, ৱাসু ৱাহল্লি। ওফিসতদি নুপীশিংনা ইমুং মনুংগী ৱাফমসে লোয়না হায়দোক্লে। অদুগা অমুকসু পংনোক নোকশিন্নে। মতমদুশু য়ুমশকৈশ নুমিৎ খুদিংগী নুংথিলগী পুং অমা মিনিট মঙাদা রেদিওদা নুপীগী থৌরম লাকই। মদুদা ৱারী মচা অমদি শৈরেং হেক হেক পারকপা তাই। ঐসু ঐগী ৱারী মচাশিংদু রেদিওদা নুপীগী থৌরমদা পাবা ফংজরবদি নুংঙাইগনি খল্লি। ঐগী নিংজবসি ঈশ্বরনা উবীবা হেক মাল্লি। এ আই আর ইম্ফালগী প্রোগ্রাম ওফিসার জুগেশ্বরী নোংমা ঐগী ওফিসতা দং হেক থেংনরুই। *'নঙ থবক ফংলবোইরে, ফরেদা, ইচেম্মা বিমোলানা নঙগী ৱা তম্মী।'*

*- ইচে, ঐ বি এসু পাস তৌরে।*

*-'ভেরি গুদ, ইনাওসিদি অদুনি, য়ুম পাল্লবসু ঙম্নবা হোৎনৌ। মখা এম এ সু তমথৌ। হৌজিক্তি মনিপুর য়ুনিভর্সিটি লৈরেদনা, ঐখোয়গী মতমদদি মনিপুরদা এম এ তম্ফমকা লৈপোৎ নত্তে। হৌজিক্তি নুংঙাইরবনি।'*

*- 'ইচে, ঐগী ৱারীমচা য়াম্না লৈ। মসি নুপীগী থৌরমদা পানিংই।'*

*- 'ৱারী মচা ইবী নুপী থিবদা ঐ ৱারবনিনে। নঙগী লৈরবদি ওফিসতা হয়েং হেক্তা লাকউ, সেদ্যুলগী ফোর্মদা সাইন তৌগদবনি।'*

নুমিত্তু ঐ নুংঙাইখি। মীওৎ মীনৈগী ৱাংমদা মীওইবা মরক্তা, অৱা নুংঙাই, অতৈ-লৈতা কয়া ফোংদোকখিবগী ইয়াং য়াংবগা লোয়ননা খোঙসিনা সিড়ীগী থাক অমতং কাখৎচবগুম তৌই। খল্লুবদা নোক্লিংবা অমসু ফাওই, পুক্সিসিদি অসুম্না হেক হেক তোৎশিন য়ানশিনবসু থোক্লকই। থাজরুদে, ৱারীমচাশিংদু অতাবা মীয়াম্না থাগৎনরকই। তামো ইন্দ্রকুমারনা, *নঙগী ৱারী মচাদু রেডিও দ্রামাদুম ওহোকউনে, ফজ-ফজবা থিম কয়া নঙগী ৱারীমচাদা য়াওরি।* অশুম্না নোংমা রেডিও ষ্টেসনদা উনবদা হায়বিখিবনি। রেডিও প্লে ইনবা হোৎনগে হায়না খল্লি। তুমিন্না ওফিসতা ইবদা মীনা খংনজরবসু থবক্তি ফন্না য়াম্না চংশিল্লে। রেডিও প্লে মরি মঙা ইখ্রে। খুৎইদা লৈবা ৱারীমচাশিংদু মাংখিবা খরা থেংনরকখি। কোয়থি থিরুবদা ইচাশিংনা শেগায়দুনা মতৎ মতৎ লৈবগুম্না থেংনরে! প্রিন্টেদ ওইনা থম্নিংই। ঐগী ইপামদদি য়ুম হেক থংননা ইবোয়াইমা প্রেস লিংখৎলম্লে। হৱাও হৱাও নোংমা ইপামদা চৎলুই। মমায় ইশুক শুক্লা ইমানা মথ্বায় নুংঙাইতনা ঐবু য়েংলগা হংলকখি,

*-'নঙবু য়াম্না ফুবিরব্রনে?'*

*-'কন্নানা হায়রিনো ইমাদা, ফুদেদা।'*

ইমাদো ইচিং চিংননা মাল্লি, ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মায়সে উরু উরু লৈদুনা ঐনা লোৎনবা হোৎনখিবদু কুপ্না চেকশিন্না য়েংলি হায়বা খংই। মঙোন্দগী নাথৈনবা হোৎনবদা প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ভুমেশ্বর লাকপগা তান চানদুনা মাগা ওইনা ৱারী শান্নখি। ৱারী মচা নম্বগী দায়ত্ব পুম্নমক লৌবিগে লাইরিক্তু নম্বীরগে হায়রকপদা কয়াদি নুংঙাইখ্রে। লাইরিক্তুগী মমিংনা *অশংবা শাড়ী* থোনখি।।

উচিন নাচিন্না কুম ১৯৮৯-৯০ গী মনিপুর ষ্টেট চিলড্রেন কম্পিটিসনদা অহানবা মনা ফংখি। মদুদা শেল ওইনা লুপা লিশিং অনি অমদি লোয়ননা সার্টিফিকেৎ অমসুনি। ঐবু অইবী অমা ওইনা শক খঙবীখিবা নুমিৎ অদু ঙসি ফাওবা কাওবা ঙমজদ্রি।

ইনিংবগী ঈথিল পূক্লিংদা লাকপা খুদিংমক্তা ইথোকপা ঙমদবসি য়াম্না অৱাবনি। ঙমদবগী মরমসু য়াম্মী, থবক অমা নৎত্রগা অমনা হেক্তা অকায়বা পীরকখি। ৱাখলশিংদুবুদি অমত্তগু মাংখিবা নত্তবনিনা অমুক অমুক হেক্তা ইহৌরকই। মতমদুদদি হুকচাংসি তয়াং-তশোই, মীনা ঙাং-শকপকা অমত্তা তাদনা কদায়দনো অয়েংবা অমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। ইতোমতা ভাব তাজরকপা মতমদা শকফম হেক হেক হঞ্জিল্লি।

*অশংবা শাড়ী* কৌবা ঐগী ৱারী মচাগী লাইরিক অদুগী মরমদা মীনা ঐঙোন্দা ৱাহং হংবা য়াওরকখি। করি মরমগী লাইরিক অদুগী মমিং *অশংবা শাড়ী* কৌরিবনো? তৌববুদি মমিংদুগীসু অপীকপা ৱারী অমদি লৈ। ঐগী ওফিসতা য়েকপা খোৎপগী মথৌ তৌবা আর্টিষ্ট অমা লৈরম্মী। ঐগীদি য়াম্না ইথকনি, মমিংদি কুমার কৌই। কনানসু খংবিদ্রবা মাগী ৱারী অমা থম্মোয় শেংনা ঐঙোন্দা লীখি। মদুদি মাগী পাখং ওইরিঙৈদা মানা য়াম্না নুংশিজবী খোয়দাজবী নুপী অদুনা শেৎপা অশংবা শাড়ীদু কাওবা ঙমদে হায়। মহাক্কী ৱারীদু ইবিনবা কন্না হায়জরকপনি। মতুংদা ইৱোই লোইবা ওইনা ৱারীদু ইদুনা হাপখি। মমিংসু *অশংবা শাড়ী* হায়না থোনখি। মতম অদুদা সাহিত্যগী মিৎয়েংদা ৱারীমচাগী করিগী মমিং থোনবগী মরমদা থোইনা খল্লুখিদে।

মথংদা ইবা লোইশিন্দনা লৈবা লাইরিক্তি পাবুংগী বাইওগ্রাফিঅদুনি। অদুগীদমক ৱারী খরদি ইমাদগী লৌরে। উপুদা অরিবা ফাইল খরশু তাদুনা লৈরম্মী। মদুদগীসু লৌবা য়াবা লৌরে। সাহেবনা মনিপুর লৌশিল্লবা মতুংদা মনিপুরদা *লৱার প্রাইমারি স্কুল* খরা লিংখৎলকখি। মদুগী পরিংদা নিংথৌখোংসু মাপলশুবা লৱার প্রাইমারি স্কুল অমা লিংখৎলম্মী হায়। অংগ্রেজি ময়েক তম্বা হৌগৎলকপা মতমদা মহৈরোয় অয়াম্বা লাইরিক তম্বা তোক্লখিবগী ৱারীসু তায়। অংগ্রেজি ময়েক য়াওবা লাইরিক শোক্কুরবা ঈরুজদ্রবদি ইমুং চংবা য়ারমদে। অদুগুম্বা মতমগী ইতিহাসকী ঈৱোলনুংদা লুপ্তুনা লৈখ্রবা সমাজগী ৱারীশিংদো য়াম্না খঙনিংই।

*শঞ্জেন শনঙাক* খুঙ্গংগী অঙাংশিংগীদি তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি হায়নৈ। ঐগী ইপাগী শক্তমদু নিংশিংই। পীক্লিঙৈ পুক্সিদুগী *ৱারী লীখোং* খঙনিংলকই, ইনিংলকই। নিংথৌখোঙদা অমুক্তং চৎতুনা অহল খরা ৱারী শানজবা ফংলবদি নুংঙাইগানি খল্লকখি।

অদুবু করম্না চৎকনি, অঙাং মচা চেনবগা য়ুমগী থবক ওফিসকী থবক থবক ময়ামদুনা পুল্লপ পুন্না খুরৌ থাংলকখি।

নিংবু নিংলবদি লম্বী অমদি হেক্তা লাকই হায়নবদো অচুম্বমক ঐঙোন্দা থোক্লখি। তশেংনা হায়রবদা নিংথৌখোঙদা অমুক্তং চৎপা ফংগনি থাজরুদবনি। অদুবু লোক্তাক প্রোজেক্ট লোইশিল্লকপদা শিজিনন্নদবা য়োৎ মতেক ময়াম'মা চীং-চীংমুক ৱাংনা পৈ-পৈদুনা লৈরে হায়বা ৱাফম অমা য়ুমদা য়ৌরকখি। মদু অমুক্তং য়েংলুবা ফৈ হায়না খন্নরম্মী। তাঞ্জা অদু ঐঙোন্দদি ঈশ্বরনা পীরকপনি খনখি। মদুগীদমক নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা নিংথৌখোং চৎপদু কয়াগী মতিক পেঞ্জখিবা।

সুইজরলেন্দনচিংবা মালেমসিগী ফজ-ফজরবা মফম য়াম্না লৈ হায়। উরুদবা চৎলুদবনিনা খঙদ্রে। ঐনা নিংথৌখোংদা চৎপদুদি পুক্লিং য়াম্না নুংশি। ইপাম লমদম লমনুংশিনি, চীং লৌবুক, অশংবা লম্কাং, তুরেল মচা অপিকপা অমসু ত রু তরু থেক্লা খোইনা চেল্লম্মী। মীশিংদু তমু-তমু, মরোলদি ইখোই খোই, রাশি লোয়না লৈ। তৌইগুম্বসুং ঐগী পাবুংগী ৱারীদি মফমদুগী মী কনামত্তনা খংলমদ্রে। ইখুরা অমা লৈরম্মী। মঙোন্দা ঐনা খুরুমদুনা হংজে,

-পাবুংগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরমদা ৱারী খংনিংদুনা লাকচবনি।

মানা হায়রকখি,- তায়বুঙোদি সাহেবনা বৃতি পীদুনা ইম্ফালদা লাইরিক তমহনখিবনি। ইম্ফালদা অদুম লৈখ্রে। এল পি পাস তৌরগা অদুম হোঙ্গৎখ্রে।

- মতমদুদা ওজা ওইরম্বা মীকাদি লৈরিব্রা?

- অমত্তা খঙদ্রে, ঐদি লাইরিকসু তমদে, লৌ উরিবসিনি। অসুম হায়না ইকোম হেক কোম্না হায়দোকপিরক্লে।

ঐগীদি ইকান কান্নদ্রবসু ঐখোয়গী ইমুংগীদি কান্নবা খরা য়োৎ ময়াম অমা পৈদুনা লৈরম্বদুনা ওইখি। মখোয়না য়োৎশিংদু নিলাম তৌগনি নৎত্রগা মমল ঙাংনদুনা য়োনগনি হায়বা ৱাফম খংলকখি। মদুনা কারবারদা অঙকপা ফংনা কান্নবা পীগনি হায়না অঙ্ক হোৎনরম্মী। য়োৎশিং অদু মপাল লমগী ফেক্তরিশিংনা খ্বায়দগী পাম্বা য়োৎচাক ওইরম্মী। খঙদে ঈশ্বরসিনা মীশিংসিবু থাঙ্গৎ-থাংথ য়াম্না তৌইদা। মাগী

*উংলিবা চক্রসিদা ঐখোয় তাইবং মীনা করিমত্তা খঙদনা ইয়াওতা য়াওরি। য়োৎতেক্কী কারবারদা শেন্দোং য়াম্না ফংখিবদু ঐসু নুংঙাই। নোং ঙানবগা য়োৎকীদমক বোয়দা হিসাব তৌগনি, নুমিৎ তারকপদসু অমুক তৌগনি। মরমদি য়োৎতেক পুবা গাড়ীসি লেপ্তনা লাকই। ইহৌদ্রবদি টোন মশিং চেন্নগনি, অদুনা অরুম্বা মশিং অসি য়াম্না চেকশিন্না ইবা তাই।*

লোয়শিনবা য়াদ্রবা বাইওগ্রাফিদু নুংতিগী পুদুনা চৎলি। করিগুম্বা কনাগুম্বা থেংনরবদি হৌখ্রবা মতমগী ৱারী খরদশু হংহৌগে খনবগীদমক্তনি। অকক্নবা চেন্নবা য়াদ্রবা দাটা খরগীদমক নুংনাংলকপদো ফন্না কুইশিল্লক্লে। নোংমদি ইখং খংহৌদনা ওঝা অমনা *নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রদা চৎলু, নিংথৌ পাম্লিঙেগী ৱারীদি মঙোন্দা লোয়না লৈবনি* হায়না তাকপীরকখি। থিম্বুবা তৌদনা ঐহাক ফুক হৌগৎতুনা চৎনিংবনি অদুবু মতম হেক্তা ফংখিদে। নোংমাইজিং নুমিৎ অমা ঙাইবা তাখি। উরিপোক্তা লৈবা পাবুং খেলচন্দ্রগী য়ুমদা ঐনা লেপ্পুবা নুমিৎতু নিংশিংলকই। য়াম্না কিজনা ৱাগী ৱাহৌ ওইনা, *ডা: গোবধোন গী মরমদা খংজনিংদুনা লাকচবনি* হায়খি।

- 'খঙলগা কৌদৌনি?'

- 'ঐহাক মাগী মচানুপী অতোনবীনি। পাবুংগী বাইওগ্রাফি অমত্তং ইজরি।

অদুগী মতুংদা পাবুংদু তুমিন্না লৈখি। চাওর চাওরবা লাইরিক্কী উপুশিংদা চেকশিন্না য়েংখি। অদুগা লাইরিক খরা ঐঙোন্দা পাহনখি। পুক্লিংদা অপেনবা নুঙাইবা ফাওরকই। পাবুংদো (খেলচন্দ্র) তশেংনমক অচংবা মীনি। ইমা লৈবাক অসিদা মাংলমচৎকী লাই গুরু ওইখ্রবা পুন্সিশিংবু ঙাক শেন্দুনা থমলম্মী। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা! অসিগুম্বা নুপা অসি অনি-মরিদং শুরম্লবদি লৈবাক অসি য়াইফগনি। ব্রহ্মজ্ঞান, গুরুজ্ঞানগী মশক ওইরবা লৈবাকসিগী ক্রোনিকল (চৈথারোল কুম্বাবা) হায়বদুসু পুন্সিগী অহানবা ওইনা মহাক্কী মফমদগী ফংজখি।

ঐনা ইবা হৌগৎলুবা পাবুংগী বাইওগ্রাফি অদু উচিন-নাচিন্না লোইগদৌরে। য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা পাবুংগী মরি লৈনবা ৱারী লীখুন খরদি ফংজখি। সার জোনষ্টোন না মিদল স্কুল লিংখৎপা মতমদা মীওই তরামঙারোম লৱার প্রাইমারী পাস তৌদুনা

স্কুল কানবকখি হায়বা অসিমখৈদি খংলে। অদুগা মখোয়না করি করি ফিজোল শেৎপগে হায়বগী মতাংদদি খঙদবনিনা অমুক খুৎ থাবা য়াখিদ্রে। কাইনথংদা মতমদুদা মহৈরোয়শিং অদু মৈতৈরংনা শাবা খুদৈ শেৎলগা ঙাবোং ফি ইন্দুনা স্কুল কানবকখি হায়বা খঙলকখি। ৱারী অসি ঐঙোন্দা নিংথৌখোংগী আর কে নোয়োনসনা অমদি মোইরাংখোম শৌগাইজম লৈরক্তা লৈবা পাবুংগী ক্লাসমেট ওইরম্বা শৌগাইজম সমরেমন্দ্র অনিগা উন্নরুবদা তাকপিরকখিবনি। *মতমদুগী ছাত্রশিংদি ঙাবোং অমা শেৎ, ঙাবোং অমা ইন তৌই* অসিনি। ফিজোল হায়ববু অতৈ করিশু শেৎনিংঙাই লৈতে।

শৌগাইজম সমরেন্দ্রদি চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা দরবার মেম্বরশু ওইরম্মী। অদুবু ঐনা য়াম্না কুপ্না ৱারী-ৱাতাই শাবগী খুদোংচাবদি ফংখিদ্রে। মরমদি মতদুদা মহাক না য়াম্না তাথিরম্লে। ঐহাক নিংবা কায়খি। ইমানা অরাম্বম হাও সাহেব হায়না কৌবা অমা শগোলবন্দা লৈবনি চৎলুচোদনা হায়না তাকপিরকখি। অদুগদি মহাকশু শিখিরম্লে। অরাম্বমগী ইমুংগা ঐখোয়গী ইমুংগা মতম কুইনগী মমাংদগী ফেমিলি ফ্রেণ্ড ওইরকপনি। অদু ওইরবশু ঐগদি অমত্তা খঙনদে। তামো শরৎ অরাম্বম হায়বদুশু ঐনা ক্লাস ঐইট তম্বা মতমদা ঐখোয়গী য়ুমদা হেক হেক লাকপা উহৌই। মহাক ইবুং সত্যপ্রিয়াগা য়াম্না নুংশিননা তিন্নবনি। মতমদো কুইখ্রে, কনামত্তা উনখিদ্রে। কনাদা হংলুনি, হংফম ইরৈ লৈরক্তরে।

পাবুংগা তিন্নরম্বা তেরা লাইমু হায়না খঙনবা পোলিটিসিয়ান অমসু লৈরি হায়বা তাদুনা মাগা অমুক্তং উন্নহৌগে খনখি, ঙমহৌদ্রে। শোমদনা প্রেসতা মচাক পীরো নম্বা লোইশিনলক্লে হায়দুনা গৃ-গৃ তকশিনলকই। অদুনা অখঙবা-অফংবা খরদু ইরগা বাইওগ্রাফি অদু লোইশিনখি। কুম ১৮৯১ দা পোকপা ওইবনা মতমদুগী চৎন-লোনচৎ, ফিজেৎ-চাকচা পুন্নমক মতমগী অহোংবা কৌবা ঈরোলনুংদা হেক হেক লুপশিনখিরম্লে হায়বসি চপ চানা খঙলকখি। লৈরম্বা প্রাইমারি স্কুল কয়া মিড্ডল স্কুল কয়া লোয়না হোংখ্রে। মমি ফাওবা উবা ফংখিদ্রে।

পাবুংগী ৱারীদু মপুং ফাবদি ওইদ্রে, মতেক মতেক লৌখৎচবা হায়বদুনি। অদুক শাংখ্রবা পুন্সিগী ৱারীবু শুপ্নগী লমায় মরিফুমঙা খক পানবা লাইরিক ওইনা

পুথোক্লে। অদুবু লাইবক ফবা হায়বদুনি, চহি চহিগী ওইনা পাঙথোকপা *চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন* অদুদা উচিন নাচিন্না অমুক্তশু য়াওবা ফংখি। মীগী মচিন হায়বসি কনানশু মেনবা ঙমলুবা নত্তে। ঐগী মরমদা মীনা মরক মরক্তা চর্চা হেক হেক তৌনরকই। ওফিসকী থবকশু তৌই, মপুরোইবগী করবারশু য়াওই, লাইরিক্লা করম্বা শরক্তা ইবনো হায়না অতন্নবা হংলকপা ফাওবা য়াওরকখি। মখোয়গী অদুগুম্বা ৱাহংদুগী পাউখুম ঐনা নোংমতা শেংনা ফজনা খুমখিদে। শুরু-শুরু নৈশিল্লগা থোক্ল থোক্লবা পংখুম খুমখিবা ঙাক্তনি। অদুবু অৱাবদি ঐঙোন্দা ফাওরকখি, মদুদি *ঐ য়ান্না ফাওরে, মীনা খঙনরে* হায়নবা ৱাফম অসিনি। অমুক খল্লুরগা কিবু কিরকখি।

ৱাফম অসি কদোমদগী কমদৌনা থোরকখিবনো ঐদি তশেংনা খঙদে। ৱাফম অসিনসু ইমুং মনুংদা নুংঙাইনহন্দবগী মরম অমসু ওইরক্লে। মরকতুদা ইশাগী ওইনশু অহোংবা খরা লাকখি। করিশুদি নত্তে, মীগী মিৎয়েংশিং অসি ফজনা খঙবা ঙম্লকপগী অহোংবা অদুনি। মী পুন্নমক্কী ৱাখল'নুংদা করি খনবগে হায়বদু মমিৎতা য়েংবদা খঙবা ঙম্মী। নুমিৎ খুদিংগী উরিবা থেংনরিবা মী ময়ামগী মিৎ-মিৎয়েং ময়ামসে অমত্তা মান্নরমদে। মসি উরুবদা ৱাখল খন্থবা য়ান্না হেল্লকখি।

অমাং অতোংগী কারবার তৌরিবা মীগী মিৎয়েংনা অমা,ইবগী লম্বীদা চংশিল্লিবা মীগী মিৎয়েংনা অমা, ঈশৈ-জগোই, লীলা-পালাদা শরুক য়ারিবা আর্টিষ্টশিংগী তোঙান তোঙানবা মিৎয়েং . . .। শক ফজবা থিবা হায়বসিনা লাইনা শেম্বনি, মিৎ অসিসু লাইনা শেম্বিরকপনি, অদুবু মসিগী মিৎয়েং অসিদি মী-মীদুগী ৱাখলগা অসুক্কী মতিক নকশিন্নরি। নৌরিবা পিক্লিবা অঙাংশিংগী তরু-তরুবা নুংশিবনা থল্লবা মমিৎশিং, মখোয়গা লোয়ন-তিন্নবদা ফংবা নুঙাইবা অসিনচিংবসি কনামত্তদা হায়রুদ্রবশু খঙনরিবা ঙাক্তনি। মসিদা মিৎনা পীরিবা, শাগোন্নরিবা ঈঙ্গিৎ অসি উরুবদা তাইবংপাল অসিদা হিংগে হায়রবদি মিৎয়েংশিং অসি খঙজিনবা দরকার ওইরকই। মতমদুদা ঐনা খ্বাইদগী কিরম্বা মিৎয়েং অমদি ঐগী নিপানা শাওরগা ফুবা চৈবা তৌবদা য়েংলকপা মাগী মিৎয়েং অদুনি। ঙসিজি চৈ চাগদৌরে হায়বা হেক্তা খঙই। খঙলবশু করিদি উপাই লৈ! অসুন্না খাঙজিনবসিনা ঐগী মীৎয়েংশু ময়ামদগী তোঙান তাহনলকখ্রে।

পূক্নিংদা ৱাখল খনবা হৌরকখি। ঙন্নিবমখৈ খাংগনি। ঙমদ্রগা ঙমদবগী থোকপা অমা লাকচগনি। ৱাখলসি ফরিব্রা ফৎত্রিবরা হায়বদুদি খঙখিদে। মথন্তা মতমনা পুজরকখিবা ৱাখলনি। মপোক অসি ঈশ্বরনা পিরকপনি, পিশক পিক্লিঙৈদগী লাই থাজরকপনি। করিগুম্বা লাই হায়বদু লৈরবদি ঐশু লেম্নদি মাংলোই হায়বসি ঐগী চেৎনা থাজজবনি। মীওইবনা তৌনিংবা থবক খরদং ওইরবশু তৌবা ঙমদ্রবদি করিসু কান্নদে, পিকপদগী পিক্লবা কক্চেং ফাওবা হিংবগী মনিং তম্বগী হক অদুদি ফংজরিবসিনি।

কুম ১৯৮২-৮৩ গী চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন অদুশু অমুক্কা হন্না অহানবা মনা ঐগী লাইরিক অদুগীদমক পীবিরে। মনা য়েঙ্থোকপা নুমিৎ অদুদা রাজকুমার শীতলজিৎনা হায়খিবদু কাওদ্রি, *ইগে হায়রবদি লাই রিক য়াম্না পাগদবনি।* নুমিৎ অদুগী তুংদগী ঐশু নোবেল অমদি ৱারীমচা কয়া পানবা হোৎনখি। থৌরম অদুদা আর কে বিকমস্নানশু হায়খি, *মৈতৈ মচাদি লাইরিক পাবা য়াম্না ৱাৎলি। পানবা হোৎনৌ।* তশেংনা ঐহাক বাংলাগী ট্রান্সলেসনশিংদি ফজনা পাখি। মদুগী মতুংদা ঈংলিস রাইটরশিংগী অইবশিং পানিংবগী অকন্‌বা ঈথিল অমশু লাকখি।

অহিংদা মতোয়না হেক ওলাংলক্লবা মীওইবা কন্নাসু তুম্বা য়ানদে। অয়ুক নুংথিলসু পোত্থাফম হেক খঙদবা মখৈ ওমচাক্লরক্লবা মীয়াম্না নোংথক্তা তোয়না হেক-হেক য়েংখৎনৈ। লৈচীলগী কাঙলোন থিগৎনরকই, নোং তাহন্নিংবনা। নোংবু তারক্লবদি মালেমসি হেক্তা ঈংথরকই। ঈংথরকপদুনি মীয়াম্না পান্নরিবা। অদুবু নোংদি পাক হেক তাদে। মালেমগী লৈমায়দগী ৱাংনা লংনা লৈচিলনা লৈখ্রবদা ওলাং ওনশাওনরবা তাইবঙ মী কয়ানা হুমায় হুমদুনা অশাবা খাঙনরকই। অদুবু মীওইবগী পুক্নিংদা ফাওরকপা ওলাং-ওন্সাওনবদি, পোত্থাফম খঙদে হায়দুনশু হুমায় হুমদুনা খাংবা ঙমদে। হুমায় ফনা হুমদুনা মদুনা পূক্নিংবু করিসু ঈংথহনবা ঙমদে।

ওলাংথা কয়া হৌখি, নোংজুথা অমুক লাকই। মসিনশু লোয়বা নত্তে, অঈংবা নিংথম মতমদুসু অদুম মরাকই। ঐগী পুন্সিদা ঋতুগী খেন্নবা লৈত্রে। মতম পূন্নমক্তা অশাবগী অশাবা ঙাক্তা ঙায়রে। অদুবু অদুগী অদু মঙাই, ঐগী পুন্সিদি মৈশা লাংবা শুম-শুম হেনগৎলকখি। মসিবু করিগীনো খনবা হৌই।

নুপা ওইবনা মপাঙ্গল কনবা-চাওবা ওইরগা নুপীনা উরুম ফংজবা, উরিগী মশক ওইনা য়েৎচবনি ঐখোয়গী চৎনরক্লিবসে। অসিগুম্বা মহৌশাগী ওইবা লীচৎ অসি মীওই মপোক খরদদি হেক হেক কায়থরকপদগী তায়োন্নরকপগী মওং উবা ফংই। অসুম্না তায়োন্নবসি নুপীশিংনা হৈশিংলকপা হায়বদি লাইরিক লায়শু তম্বা অসিনশু মরম অমা ওইবা তাই। মসিবু মী মীগী মরায়বক্তি হায়নশু লৌনৈ। অসিগুম্বা লাইবক অসি ঐদি য়ানিংদে। *করিগী?* হায়না ইথন্তা তোয়না তোয়না হংজবা হৌরকখি, থম্মোয়সিনা তপ্না তপ্না য়ানিংলকত্রে। অসুম্না ঐনা হেক হেক য়ানিংদবা ৱাখল পোক্লকপসি অরুবা ৱাফমনি। মরমদি মতম শাংনা পাঙ্গল থোক্তনা নুমিৎ খুদিংগী খনবা ৱাখলসি য়াম্না লুনা থোকখি। কয়ামুক লুবগে হায়ববু ইশানা খঙনা খঙনা ঈশিং অরুবদা শুম-শুম কুমথবগুম তৌরকই। তৌবতবু ইঙাও ঙাওনা কুমথরকখিবা অদুদি নত্তে। ভাব তানা ঈংনা-তপ্না কুমথরকপনি। তৌবতবু মদো ঈরাক্লবা তারবদি শিগদৌরিবনি।

*শেল পায়রবদি নুপাগীদি নুপীগী নুপী ঙাক্তনি* হায়বা ৱাখল অমসু লৈ। মসি নুপা খুদিংমক্তা নৎত্রবসু লমদন অসিগীশু নুপা খরদা অদুম য়াওরি। মসিগুম্বসি নুপীনা শোল্লিঙৈ মপুক থাকচবা ঙমদ্রিঙৈ মতমদনা নুপাগী অসিগুম্বা ৱাখলসি য়াম্না চুপ্লকই। নৎত্রগা চুমদ্রবসু নুপীশিংনা করিসু হায়জবা ঙমজদে। নুপানা তৌনিংবদু অদুম তৌই।

নুপানা শেল পায়রকপদা হোংলকপা মচৎকী মহোং অমা লৈ। মদুদি নপীবু নমথবা হায়বসিনি। মঙোন্দা ৱাহং হংবা য়াদে, মরৈ য়েৎপা য়াদে। অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসি য়ুম পাল্লবা নুপাশিংনা শেল পায়রক্লবা কান্দা খিৎ হেন্না শাথিবা হেল্লি। নুপীদি করিসু ঙমদে, মপাঙ্গল শোল্লি, পূক্লিংশু শোনগল্লি। অদুগীসু মথক্তা মপুরোইবগা হেক কায়নবা নুমিত্তা সমাজ অসিনা মঙোন্দা হন্থনা য়েংবিগদবগী ঙাইদুনা লৈ।

নুপী অমনা ময়ুম্বু হেক পানখ্রবদি মপামদা হল্লক্লগা তুম্ফম চাফম পীবদি লায়রদনা '*চন্নদ্রবী*' হায়বা শাথিরবা মিংথোল অসি পীগদৌরিবনি। চন্নদ্রবী গী অর্থসি ওম্থোক্লা য়াম্না পাক চাওনা কল্লি। মায়কৈ খুদিংমক্তগী অর্থ হনবা য়াই। অসিগুম্বা

চৎনবী অসি চাওখৎত্রি বা, চাওখৎপা থিষ্টৌরিবা লম খুদিংমক্তনা খরা য়াম্না চাওনা লৈ। মসিগী অৱাবা চৈথেংশিং অসিমদি নুপীনা মকোক্তা থাঙ্গত্তুনা পুজে। *মসি চুমদে* হায়বসি ঐনা চপ য়ুংনা খনখ্রে। মসিদনি ঐনা অরুবা ঈশিংদা কুমথরক্লিবসি, কনানদি ঐবু চিংখৎপীগনি! কনানা ঐবু কনবীগনি! চুম্নতা ওলাং ওনশাওনরম্বদগী কুইশিনলক্লবদা থাজরুদনা অশাওবা অমা য়াওরক্লবদা ঐগী পুক্লিংবু কনানা ফাথবিগনি খঙদ্রে। তশেংবদি শাওবা হায়বসি মীওইবগী মাংনবগী হাপচিল্লকপা মগুণনি। মসিবু কন্ট্রোল তৌবা মীদু অৱাংবা থাক্তা লৈরবনি হায়বসে অদুক হায়নবগী ৱানি। কলিগী য়ুগ অসি শাওদবা মীবু লৈরিব্রা?

পাবুংগী বাইওগ্রাফি ইখ্রবা মতুংদা লাইরিক খরা পাখিগে খল্লদুনা পাবা হৌই। ঐগী ইপ্পা নুপা নবচন্দ্রগীদা লাইরিক য়াম্না লৈরম্মী। মদু ঐনা অমমম লৌরগা পাবা হৌরে। Harald Roblin, Sidney Seldon Gorky, Victor hug Novel Prize winner Pear S Book নচিংবা অফাওবা অইবশিংগী লাইরিকশিং পারুবদগী ঐবু অমুক হন্না মথৌ হাপ্পীরে। মখোয়না অনৌবা, ঐনা অমুক্তসু খন্দ্রিবা ৱাখল কয়া খঞ্জবা ঙম্মী। অইবা খরগী পুন্সি ৱারী পারুবদা অৱাবা কয়া কয়া থেংনরে। ঐসু অৱাবসি থেংননবা শেম শারে, কিরকত্রে।

অহিংবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ অদু থম্মোয়না য়াম্না পামজৈ। মীনম্বা য়াওদনা থৌনা লৈনা হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা পোৎ খরদি ইহান হানবদা খঙবা, ৱা তান্নবা অমদি চানবনি নৎত্রগনা শাওনদুনা লৈই অমগী ৱাংম-ৱাংমদা, নাকল নাকল লেপ্নরগা অঙম্বা তান্নবা . . .। অদুবু নুপীনা মচাবুদি নুংশিদবা শুকঙম ঙমদে। ঐশু পীক্লিবা ইচাশিং অসি মী ওইনবা শেম্নবগীদমক শিবদি য়াদ্রি হায়বা ৱাখল অসিমদি খক কাওথোকপা ঙম্লমদে। অদুমক্তনা মরাল লৈজদ্রিবা নৌজরিবা ইচাশিংবু মতম অদুগী অফবা স্কুলনি হায়নবশিংদা শিংনবদা লোয়ননা তমহন্নবা মিং চন্নবা ফোর্মনচিংবা লৌরুরে।

নুমিৎ অমদি মিৎতা ঈ কারদুনা ঐহাক থোরকখি। খরা চৎলগা খোংবান্দা কুমথরে। খোংবান মনুংদু ঈশিংদি অমত্তা লৈরমদে, নিংথমথা ওইবনা খরা চোৎ-

চোৎ লাওই। মথক্তা কবোকং নাপীশিংনা পিক থন্না হৌরম্মী। মফমদুদা ঐ ফনা কুইনা ফমখি। খরা থেংথরকপদা সড়ক্তা গাড়ী চৎপা হঙ্গনরকই। কিনা কিনা হৌগৎলে, অদুবু চৎকদৌবা মফমদি কদায়দনো! অশাওবনা মাং থাখ্রবা খোঙফমসি হঞ্জিনগনি খন্দ্রে, হন্দোরক্লে। পুক্লিং ৱাবদি করি অমুক হায়রুগনি।

থেংজিল্লক্রবা মতমদুদা লম্বী চৎপা কনাগুম্বা ফত্তবা মী থেংনগদ্রা নৎত্রগা হোবেল ইপাম য়ৌরগা ময়াম চংদুনা অমুক তাল্লক্রবদি কমদৌনি, মদুনা হেন্না শাথিরনি। মী অচৎ-অওক থেংনদনবা খ্বায়দগী ফবা পাম্বৈদি খোংবান অকুৎপা মরিলদুদা সুম চৎপনা ফরনি হায়না খল্লম্মী। ভুত-প্রেট-লাই, মছ কল্লবা লিলনচিংবা সুপকি কিখিদ্রে। লিন্না চিক্তুনা শিরবসু মদুনদুম ফরে খল্লম্মী। নুমিদাংদু ফনা থেংলমাল্লে, ইপামগী মী পুন্নমক লোয়না তুন্না হিপ্পরল্লে। ইমাগী ফমুং মপাদুদা লেপ্লগা থোঙদুদা খুৎনা নম্লগা খোঞ্জেল পীক্লা কৌরম্মী,

- 'ইমা! থোঙ হাংদোকপীরকউ' হায়রগা অমুকসু থোঙদা তেক তেক কাপ্লম্মী। ইমানা থোঙদু হেক হাংদোরকপদা চুমদ্রিং চংশিল্লগা ফমুংদা শাংদ্রোং শাংনা উপশিন্দুনা হিপথরম্মী। অৱাবগী নুংশা খ্বর মপিদু হোন্দোকখিবগা কদায়দগীনো খঙদে মিৎতগী পি অতৎ অখম নৈতনা শিঙ্গরকখি। ইমাদু ঐবু মুন্না য়েংখি, কুইনা য়েংলবা মতুংদা,

- 'কোঞ্জেং কোকফাইনা নোম্বমখৈ নোম্লগা মনঙ্গলদা মরুম পুই হায়বদু নঙ তৌরেদনা' হায়রকখি। মহাক ৱাখল য়াম্না খনবা মাল্লি, ফম্মাংদা থারিবা ফক মচাদুদা কুইনা ফমখি।

- হন্দক মরকসি মঙ য়াম্না নুংঙাইতে, করি থোক্লগদবনো খন্দুনা লৈরম্বনি হয়েংদি নবুংশিং নচেশিং কৌরগা ৱা খন্নবা তারে।' মদু হেক হায়রকপদা ঐ অমুক ৱাবা হৌরে। মখোয়না করি করি হায়রক্কনি মদুমক্তা খনবদা অৱাবা ওইরে। অহিংদু তুম্বা শুকয়া য়াখিদ্রে।

নোং ঙাল্লকপা উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেল তারকপদা মীয়াম পুন্নমক হৌগৎনরক্কনি। মখোয়না ঐবু উখ্রগনি খনবদা ইকাই নুংশি য়ান্নরে। ইমাগী ফমুংদুদা তুমিন্না খ্বর ফাওবা কন্না হোন্দবমখৈ লৈরে। মীয়াম চাবা ইমুংগী হৌনবী লাংবা

হৌনরকই। কোল লিক ফেংবা, ঈশিংগী মখোল, চা লোনবগী কপ-গ্লাস কেং-কেং, চামচগী মখোলশিংদু ঐগী নাকোংদা অসুক্কী মতিক য়াক্না হৌনা তারম্মী। থৱায়সি সুম সুম পিকশিল্লকপগুম তৌরকই। খেন্নবসু উরকই, ঐগী পুন্সি অমদি মী অতৈগী য়ুম্বাল্লোনশিং। অদুনা করিগী ঐনা ইকাইদুনা ফমুংদগী কুমথবা ফাওবা ঙমজদ্রিবা! ফনা থেংবা ফাওবা কাঙ্খল মনুংদা তুমিন্না অদুমক লৈরে। ইমানদি হায়দোকখ্রমাল্লে, অঙাংশিংনা ইবুং অহুমশুবগী মচাশিংনা কাঙ্খল হায়দোক্লুনা ঐবু য়েংবা চঙলকখি। পীক্লবা অঙাংশিংগা মায়োক্লবদা খজিক্তং ওইহ্রবসু চিন্বাল মোমোন নোক্লবা ৱানা হোৎনখি।

ইমুং মনুংগী মীটিং পাঙথোকপা হৌরে। নিঙোল অনি, ইচে অহল ডাক্তর সৈত্যবতি, ইচে য়াইমা বিমোলাদি য়ৌনরকত্রি। ময়াম পূন্নমক শুরবদা ইহান হানবা ওইনা ঐগী নুপানা ঐঙোন্দা পিবা ইরাল অদু নৈনরম্মী। অহানবা মরম মরম লৈতনা ইদুকেসন দিপার্টমেন্ট চৎপা, অনিশুবদা নুপা ময়ামগা ওফিস কাবনি হায়দুনা চৎখ্রগা চা বোরা কাংহৌ পুন্না চামিন্নবা অসিনি। তশেংনা ঐহাক লাইরিক থাগৎপা নোংমদি চৎলুই। মদু কিবদগী মঙোন্দা হায়দোকখিদে। নোংমসু ঐখোয় ময়াম পুন্না লঞ্চ চারিঙৈদা মহাক্লা উখি। মদু খন্নবা য়াবা ৱা নত্তে হায়দুনা ইচেম্মনা থবৎ ককথৎখি। ময়াম তুমিন তুমিন লৈনখি। অহানবা পীবাশিংগী মীটিংদা ঐনা য়ুমদা হল্লকপা হায়বসি মখোয় কনামত্তা য়ানিংবা য়াওদ্রে। মাগী মাগী নুপাশিংদুনা য়ানিংদবা ফোংদোকপগী মতুং ইন্না ইনম্মশিংনা ঐবু নুংশিবীররোই হায়বসি খনবদদা অমুক্কা হেন্না অৱাবা ওইরে। ৱাসি তরেৎ তরা থোক্লা খন্নবদি তৌদ্রে। মদুদা পুক্লিংসি ৱারৌগে-ৱারৌগে তৌরকই। পুক্লিংগী অসিগুম্বা অপংবা ইমোসন অসি কন্ট্রোল তৌদ্রবদা ঐহাক মী ওইবা সুকঙম ঙম্লম্লোই, পুন্সিদা কনাদসু ৱারৌররোই হায়না লেপ্লে। ৱারৌবগী মহুত্তা হিংবা ঙম্নবা থেংনরগে। অদুনা অচুম্বগীদমক্তা শিরবসু শিদোক্লগে হায়বা ৱাখল অমমুক য়ৌরক্লে।

নুমিৎ হুপ্নি মরিনি মপান থোক্তুনা শুম লৈরকপদগী ৱাখলসি কৈনোমামুক তৌরে। কোক মনুংসিদা ৱাখল কয়ানা পাইথোক পাইশিন তৌদুনা শান্নরি। নুংথিলগী

মী লোয়না চখোক্লখ্রগা মশেল মরাং ওইনা ঐগী মমাংগী হৌখ্রবা থৌদোকশিং নিংশিংই। নিংশিংবশিংদুগী মরক্তা য়ুমগী মৌ অমা ওইরুবগী নক্লবা থংনবা শাগেগী অমদি লৈকাইগী মিঙ্গৌশিং, ইনম্মা, ইতৈমা, ইচে, ইনাও হায়বা মিঙ্গৌ ময়াম অমা, অমুক্তা পুন্সিদা উনরক্তবা মী ওইরবসু লৈকাই অমমমদগী লাক্লগা পুল্লুবা ময়ামদু ঐঙোন্দদি লোয়নমক হেক ফৈ।

ইতৈমা ইঙ্খাং খরা পীয়ু হায়না তেঙ্গোৎ পায়দুনা ঙায়রবা নৎত্রগা অহল ইনেম্বোক থোকপা হনুবীনা ওফিস কারমদাইদা লুপা মঙাদং পীরম্মু নিরবা অদুগা অমুকসু বর পীরম্ব, 'নঙদদি নুঙাইয়ু' হায়বনচিংবা ব্রাঙাংশিংদু ইখং খঙহৌদনা নিংশিংই। মদু নুমিৎ ফন্না য়াম্লবোই নিংই তাদবা। ইপাম অসিদদি কাদগী মপাল ফাওবা থোকপা ঙমদবমখে লোত্তুনা লৈররে। অশাওবগী মৈনা থুমহৎখিদুনা ইচানুপীগী নুংশিরবা মশক অদু উবা ফংদ্রে। ইচা নুপা অনিদি শিলোংদা লাইরিক তমদুনা লৈখিবনিনা ফরে।

অঙাংশিংদা তোয়না হংই, ইচা *লোতিকা* দু স্কুল কারকপ্রা হায়না। কারকই হায়বা তারগা খরদংদি নুংঙাই। ইমাগী ফমুংদা তুম্বা ইমাগা ব্রারী শানবদুনা পুক্লিংগী লৈরম্বা অব্রাবা মৈখুদু খরদং হইছে। অদুবু অহল মতম ওইরকপনা অমদি পাবুংনা লৈখিদবনা মাগী শক্তি অমত্তা লৈজরমদে। মাগী হায়ববু মরক মরক্তা মৌশিংগী পাখোল চৎপা, দুকান্দগী পোৎ লৈবা, মখোয়না লৈয়ু হায়বা অব্রাৎ-অপাদু খোঙথাং তপ্না থাংদুনা চৎপসিনি। মহাক্লা মরক মরক্তা ঐবুনা নুপা ময়ুমদা চৎহন্নিংই, অমুকসু চৎহন্নিংদে। ইমাগী ব্রাখলদু ব্রাজরে হায়বা ঐনা উবা ফংই। ঐঙোন্দসু হংই, 'নঙবু কদায়দা লৈদোয়নো, ঐনগা শোনবনে, নঙগী কুঠিদু অমুক্তং য়েংবীরুগে দশা ফরম্লরোই।' ব্রাখলসে হম্থখিগে তৌরকই। খরা ব্রারবসু নুংঙাইত্রবসু শিবা ঙায়বা ওইনা অমুক হনখ্রসিরা। মদুনা খরা ফরদ্রা। করম্না অমুক হনগনি, হন্দক্লা অমুক হেন্না শাথিরবদি...।

হা উরোক নমাংসু লাং নতুংসু তেন হায়বদুগা চপ হেক মান্নরে। ইমুং মনুংগী মী য়াওনা লৈকাইগী মীনা লাক্লবসু মিৎয়েং নায়েংশিদুদি য়াম্না নুঙাইত্রে। নোংমদি ইচেম্মা বীমোলানা দাইভোর্স লো গী মতাংদা খরা খঙহনবীরে। মতম খরা কোর্টনা

সেপরেসন তৌরগা অমুক হন্না লৈমিন্নবা মী য়াম্না লৈরে হায়খি। অদুবু, দযাদি ঐগী নুপাদু নুপী অমা থিবগী পাউ তারে। শোমদনা ৱাখল খন্নরি, মীটিং ফম্লি। য়ুম কায়বা য়াদে, কায়দনবা খন্নরি, হয়েং তুং ফাওবগী খন্ন নৈনরি। চাইল্ড ফিলোসোফিদা মমা মপা কায়নবা *ব্রোকন হোম*গী ফত্তবা ময়ামদু খন্নরি। মখোয়না ঙাংলিবা ময়ামদু ঐদি অমত্তা তানিংদ্রে।

ভারতনা নিং-খা তম্বগী মতুংদা পোকপা লোয়লম সাশনগী চৈথেং ফংলকপা মখোয়গা ঐগা পাউ ফাওনদবা পোৎ খরা খরা অদুম য়াওরি। মরমদি নিয়ম কানুন ময়াম্না য়োমদুনা পোক্লকপা মদুগী মনুংদা চাউরকপা মখোয়গা ১৯৪৭ গী মতুংদা পোকপা মীগা ৱারী ৱাতায় শান্নবসি খরদি অদুম মান্ননা চৎপা ঙমদে হায়বসি ঐ তশেং তশেংনা খংই। কন্নানা খংগনি অনৌবা য়ুগ অসিদা নুপীগী পুথোরক্লিবা আইন্না য়াবা চাকথুং প্রোপরটিগী মতাং অসিসু য়ানিংদবা পীবা কোঙ্গায় অমনি। ঐগী নুপানা নুপী অমা লুহোংখিবগী পাউদু তাবদা নুংঙাইদুনা হায়দোকখি, 'ফরেদা, কল্লক হেক পেল্লি!' ইমুংগী মী ময়ামদু তুমিন তুমিন হেক লৈখি।

*হে মীওইবা মপোক,* খল্লুবদা থোইনা হেন্না নুংশিরক্লে। তৌরিবা মতৌ অসিদি বিল্ডিং অমা নীঙ্খায়রগা মচেৎ মচেৎ কেল্লকপগী মওংদুমক্লি। থা অমরোমদো কয়াদা ৱানা খাংখিবা। য়ুমনগা সড়ক ময়া ওইশিল্লে, লৈকাইগী ইবুংশিং, ঐনা হনবা ঈপ্পাশিং মখোয়বু উরগা হরাও হরাও কৌনবদি লায়রদনা ইকাইমন্দুনা ইমুংগী থোং মরুমদা চেনশিন্দুনা তত্তনা লোৎলি। মসিমদি হান্না শুকখন খল্লুদে। উনরগনা করি তৌবা, মখোয়না করি খনখিনি, ফন্না খনগদ্রা, ফত্তনবু খনগদ্রা মসিমক্তা খনবদা খনফম খঙদ্রদুনা খোঙজিন মরুমদা লোৎলিবনি।

পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোকশিং অসি হান্না খঙবদি নত্তে। মসিদনি মীওইবগী মপোক ময়ামসি নুংশিরক্লিবা নুপীগী মঙক্তা কোঙ্গোয় ময়াম অমা, হৈ-শিংবী কন্নানদি মসিবু তরাই তরাইনা লৌথোকপা ঙমগনি। পাঙ্গল শক্তি ময়াম মা শিজিন্নদুনা চাংয়েং অমদি মায় পাক্লে অদুগা করিগী লৈকাই ইবুং ইপ্পা উরগা চেনশিন্দুনা লোৎলি। অসিনসু লোইদ্রি, অয়ুক নুংথিল চুপ্পা, কোয়চেন চেন্দুনা থবক চৎলম্বী ঐনা ইশামক্কী

লৈকাইদা ফাওবা থোক্তনা লৈরকপদো থা অমা ফাজিল্লক্কদৌরে। নুপাময়ুমদা অমুক চৎখিগদ্রা? মদুনবু ফরগদ্রা? ফবগী ৱাদি নত্তে, মীনা মপামদা হল্লক্লে হায়দনবগীদমক্তনি। আত্মাসিনদি অয়াবা পীদে, মসিদি অরুবনি। অদুদি মখোয় ময়াম ময়াম তুল্লিগৈদা কনানসু খঙলরোইদবা মফম অমদা চেল্লগা হিংলুরসিরা! মসিসু অমুক হেন্না অৱাবা তাগদৌবা অঙাওবা ৱাখলনি।

অরোইবা ওইনা ৱাখল অমদি মমি শামি উরম্বদগী ময়েক শেংদোরক্লে। মদুদি য়াম্না ইকাইজরিবা অসিসু নুপী ওইরুব্বদগীনি। চৎখ্রগা হল্লকপা হৌনদে, শিবা ঙায়গনি হায়রিবসিসু নুপী ওইরুব্বদগীনি। মচা কায়না মৈচাক্লা চাক্লিবসিসু নুপী ওইরুবননি। হোয় চুম্মী, নুপাগী থৱায়মক্তি ঈশ্বরনা লন, সম্পতি, নুপী অঙাংগী মপু ওইনবা শেম্লকই। মসিবু কয়ামুক য়াম্না চুমগদৌরিবনো! নুপানা মপু, নুপীনা মীনাই! অসিগুম্বা নিতি নিয়ম অসিদি ৱাখল খন্থদনা পংশেম শেমজিনখিবা ওইরমগনি।

মরমদি কুইনা চৎনবা য়ারক্তবা মরম্না হায়বনি। মীনাই হায়রম্বদগী *বেট্টর হাফ, লাইফ পার্টনর* হায়রক্লিবসিনি। মসিগুম্বা অহাংবা ময়াম অমা উরকপা অসিননি ঙসিদি মীওইবা মপোকসে ইনৌ নৌনা নুংশিরক্লিবা।

নুমিৎ কয়ানি চু প্না রিজন ময়াম অমা থিদুনা ইশানা ইশাবু লাকশিঞ্জরে। ওফিস কানবা হোৎনরগে হায়না খল্লকপদা দিপার্টমেন্টকী মী ময়ামদুনা ঙাংলক্কদবা ময়ামদু মিৎতা অমুক শং-শং উরকই। হায়না হায়না মখোয়দি খরা ফগনি। নুমিৎ অদু পুন্সিগী ওইনা থৌনা লাকপা নুমিৎনি। হংনিংবা হংজসনু নোক্ননিংবা নোক্নজসনু মীয়াম্না হিংনরিবা অসুম্না অমুক্তংদি হিংখিনি মীনাইগী থৱায়দি পাল্লক্তে। মীওইবনা নুংঙাইনা হিংনবগীদমক য়ুম অমগী দরকার ওইরি। মী কনামক্তগী ময়ুমদদি লৈনিংদে ইশাগী য়ুম অমখক।

নুমিৎ অদো থৱায় নুঙাইনা চাক ফজনা চারম্মী। ইশাগী ৱেট কেজি হুম্ফু লৈরম্বদগী য়াঙ্খেতমক হায়রম্মী। হন্দক কুঠি য়েংবদা চহিসু কুনথ্রা শুরে, ফমনা লীলদা ফম্মী, মরল য়াম্না লৈগনি হায়রকই পাঞ্জিগী ৱাদুদা খিক্তংশু নুংঙাইরিপোৎনি নুমিদাং হরাও হরাও ইমাদা হায়,

*- ইমা ইশ্বোল অমা লৈরগা য়ুম অমদি শানিংই।*

*- ইমাইপেম্মা তৌ-ঙম্মেদা, কনাগা লৈমিন্নগনি।*

*- ঐসে চহি কুনথ্রা হেল্লবীনি।*

ইমাগী ৱাদু সুম খল্লুরগা শাওনিংলকই। ঙসিদি হেক্তা খৎনরগে খল্লকই,

- ঐবু সিদা সুম শিয়ু হায়রিবরো, ঐনা শোয়রিবসে ইমাখোয়ননি। অঙাং ওইরিঙৈদগী তমদি করিমত্তা তম্বীদে।

- নহে তমহল্লিদুদি, মদুদা লোয়না য়াওরবনি।'

- য়াওদে, নচানুপী পোক্লবদি অতে অতোপ্পা ৱা ময়ামমা তম্বিগদবা লৈখ্রবজাৎনি। ইমাখোয়গী থায়নগী নুপীনা নুমিৎ তাবা ফাওবা নুপাগা কোয়বা চৎপা মতমদো নৎত্রে। হা খুদাং পায়খ্রবদি মৌগী শিংদা চল্লবনি, মৱা মপুরোইবনি হায়বদু ৱাথি ঙাক্তনি। হন্দক্তি ঐঙোন্দা কিহনবীরগনু অমুক্তং হিংজগে কৈদৌবগে!

- ইশ্বোল লৈগে হায়রিবদুবু পৈশাবু লৈরব্রো।

- পৈশা লৈত্রবসু লৌ লৈরিবসিদি, য়োম্বোক্লগা ইশ্বোল লৈগনি। য়ুম শাবগীদি খরা খরা তুংশিল্লগা য়ানিদা। লৈপাক্লা ৱাই তৈরগা শাববু কয়াম চংগনি। ইপানা ঐগী শরুক লৌ খরা থম্বীরম্বসি মখোয় কনা অমত্তনা পনদে। ঐহাক য়াম্না শাওনিংখি।

নুমিৎতো শাওনিংবা ময়াম'মা হৈথনিংবনি অদুবু ইমাদো তুমিন লৈখ্রে। ঐসু তুমিন্না অদুম লৈরে। মাগী অশোনবা মতৌদু ঐঙোন্দা য়াওদে হায়বা খংবা মাল্লি, হায়রকই,

- খঙদে, নঙসে থাংজ নুমিত্তগা পোক্লে...!

- অদুবু থাংজদুদা ইমানা ঐবু পোকই' নৎত্রা? (নোংমতা ইমাগা ঐগী অদুন্না লাওনখিবা য়াওদে।)

মদু তাবদা ইমাদো কন্না নোকখি। ইমানা অদুক কন্না নোকপদি অমুক্তা থেংনদ্রি।

অহিংদু খনবমখৈ খল্লগা অরাপ্পদা লৈবা লৌদু হান্না য়োন্নবা ৱাখল খল্লি। বস তোংলগা চৎলগে হেক্তা ঙাংনরুরগে খল্লে। অশিৎপা মমলদা হেক্তা য়োল্লগা পৈশাদু খুৎনা পায়রগা পুরকপনা খ্বায়দগী ফরে খল্লি। য়োনগবা মফমদুসু লৌ অদু

পায়রিবা লৌউবা অদুদনি। মথং নুমিৎকী অয়ুক অঙানবদু বস *পার্কিংদা রিক্সা* তোংদুনা চৎপদু নিংশিংলকই।

ফাইরেল থাগী অয়ুক অঙনবদনি, ফনা ফজনা ঈংই। সাল অঙাংবা অমনা কোক খুমজিল্লি। মিৎ-নাসি ঈথক থকই, মরমদি খংনবা মীকা থেংনগদ্রা খল্লি। ৱাঙু সাবল হায়রুবদা কন্ট্রেক্তর অদুনা *সাবন্দি খোঙনা চংউ* হায়রকই। পুক্লিংদা হায়ফেৎ মী কিবা পোকই, য়াম্না লাপ্পল্লবদি চৎপা ঙমগদ্রা। বস অদুসু মী য়াম্না চিনখৎলকই। ঐগী নাক্তা ফম্বা মী অনি খোংজোমদা কুমথখি, অদুগা মোং-হাদবা খাকি শেৎপা কন্সটেবল অমা ফল্লে। মানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই হায়বা ঐ খংই। কোক লোয়না খুমজিনবা মিৎতমক ফাৎপা অদুদা ওইরমাল্লে। সোরা বজারদা কুমথখ্রগা মংগ্রা অঙানবা খরা লৈরগা লাকই, ঐঙোন্দা খরা পীরকই, অদুগা হায়রকই,

- লৈশাবীরা, মৌরা ? মঙ্গ্রা চাসি হঙ্গোইব্রা ?

ৱা অমত্তা ঙাংদনা মঙ্গ্রাদু লৌই,

- 'লাংমৈদোং থনাদা কারিবনি, হোৱেলসু হনমিন্নসি, হৈক্রু মখোঙ্দা ঙায়রমগে...।'

নুপা ওইবগী মপোক্তি হায়নিংবতা হায়বা য়াবা, হংনিংবতা হংবা ঙম্বসি মহৌশা ওইরমাল্লে। মতিক মপা চায় চাদে খংলুবগী দরকার থোইনা লৈতে মখোয়দা। নুপীদি হায়নিংবা কয়া হায়বা য়াদে, খংনিংবা কয়া খঙবা ফংজখিদে। মসিদনি অহল লমনশিংনা পীক্লবসু নুপা, চাওরবসু নুপা হায়বিদুনা মখোয়বু ইনখৎপীরল্লিবা অসি। ফৈ! মসিসু চৎনবীনি; অদুনা চৎনবী অসিনা থোঙ্গৎপীরিবা পোৎলুম অসি অদুম্মক পুবা তাবনি।

ৱাংঙু লমখায়দা বস অদু খামখি। মী খরা কুমথৈ। ঐসু অদুম য়াওরে। *শাবন* য়ৌনবগীদমক নোংচুপ পাংনা অমুক চুমদ্রিং চংশিনবা তাই। নুমিৎ য়ুংবা মতমগী নুংশাসু চপ য়ুংনা শাগৎপা মতমদুনি। কয়লাস থাদবা উফুল ঙাক্তা ঙায়বা লম্বীদুদা ফনা শাংনা চংশিল্লে। হকচাংসি ৱাবদি নত্তে, অদু ওইরবসু কৈনো'মা তৌই। ইশাগী য়ুম অমত্তং লৈজরবদি হায়বা ৱাখলদুনা য়াম্না লাংতক্লহল্লি। লৌউবা নুপা অদুনা করিগুম্বা য়োনবসি য়ারকত্রবদি! নৎত্রগা করম্বা অয়েৎপা ৱাফম লাক্নদগে খঙদ্রে।

ময়ুম অদুসু অমুক্তংবুদি মমাংঙৈদা চৎলুরে, পুখ্রি অচৌবা অনি খা-ব্বাংদা লৈবনি হায়বনচিংবা লোয়না নিংশিংলি। কদোমদগীনো খঙহৌদে শিংজা মপুল অচৌবা অমা মকোক্তা পুরদুনা, ব্বাং চাওরবী নুপী অমনা ঐগী তুংদগী হেনগৎলরে। লম্বী লমশাং চৎপসিদা মহাক লাকপদো য়াম্না নুংঙাইখি। ব্বারী শাবা হৌজিল্লি।

*- ইচে শীঙদু কদায়দা পুগদৌরিনো?*

*- ব্বাঙু বজারদা পুগদৌরিবনি।*

ঐসু খোঙথাংসি খরমখৈ কনখৎত্রবদি য়াদ্রে। মরমদি শীঙ কোকথোং পুরিবী মানা ঐঙোন্দগী খোঙথাং য়াঙবা হেল্লি। কয়াদা নুংশিখ্রবা! শীঙজা কোকথোং অমা য়োন্নবা পুরকপী নুপীদুদা সুম য়েংবদা মহাক ব্বাখল লায়না লৈতবী ওইরম্বদি য়াই। অদুবু মখোঙ মখুত্তু পুমহৈ পুমহৈ হৈজিনবা মফম কয়া উরে। শীঙজা কোকথোং পুবদা মশম মনাসু পুমসিল ওইনা হৌবা উরে। নুপী ওইবীগী থোৎচবা মেংজবা মফমশিংদু মমি শামি ফাওবা উরকত্রে।

ফনা শাংনা চংলবা ফাওবা য়ৌদি ইয়ৌ য়ৌরক্তে। লম্বীগী নাকল অনিমক্তা লৌ খাওখিবগী অহাংবা লৌবুক মরক মরক্তা চরুখোক্সা মৈ থাখিবগী অমুবা মফমশিং উরি। লাপ্পা উখিবা চীংমায়শিংসু মৈখু কারদুনা অব্বাবগী শকফম পুরম্মী। য়েংলু য়েংলুবদা নুংঙাইবা অমত্তসু উবা ফংদে। খঙদে থম্মোয়নগা লাংতক্নবনে, খোঙথাংদি লেপ্পা য়াদবনিনা সুম সুম চংশিল্লকপনা য়ুম তাবা খরা উরে।

পুক্লিংদা মহাক্কী মমিংসু নিংশিংই, *শামু মপা* হায়বদুমদি ফজনা নিংশিংই। অখংবা মমিংদু হায়দুনা হংবা হৌরে। ফনা য়াম্না ব্বাৎলম্মী, চঙশিল্লিমখৈ শাংদোকপা লম্বী ওইনা তৌরে। শীঙজা পুবী নুপীদুসু কৈনোমত্তা থকত্রবদি ঙমদ্রে, চাক য়াম্না লাম্লে হায়দুনা লৈহৌরি।

নুংথিলগী পুং অহুম মখায়রোম তাবা মতমদা ঐহাক য়ুমদুদা থুংলুরে। মতম অদুদা য়ুমদুদা মী অমত্তা লৈরমদ্রে। অপীকপা অঙাং অনিখক্তি লৈরম্মী। কনা কনানা কদায়দা চৎনখ্রিবনো হায়বসু খঙবা ঙমদ্রে। শোয়দনা লাক্কনি হায়বদি খংই। অদুনা ইতোমতা ফক মচা অমা থাজরগা ফমজরে। লৈরম্বা অঙাং অনিদু ঐনা

থিরক্লিবা অহলদুগী মশু ওইরমাঙ্গে। মখোয়নসু ঐঙোন্দা মুন্না য়েংল-য়েংলগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরি। নুমিদাংৱাই পুং মরিমখায় মঙা তারকপা অদ্বাইদদি থৱায়সি পীশক পীকশিনলকই। উচিন নাচিন্না ইনম্মদুমদি য়ৌরক্লে। ঐবু উরগা মাসু তিঙক-মায়ঙক চানদুনা লৈরে। মাগী মতৌদু উরগা ঐনা হান্না ৱা ঙাংবা হৌই।

*-ঐবু খঙবীদ্রবরা, তামো নিমায়দগী লৌ লৈবী নুপীদুনি।*

ঐনা অসুন্না হায়রিবসিগী মরমদি ঐগী লৌশিং অদু নিমায়দগী লৌবনি।

*-নঙনা সুমায়না লাক্কনি হায়দি কনানা থাজরুগনি।*

থবক চীনবী নুপীদো ইমুংদা অমুক চঙখ্রে। মাগা ঐগা ৱারী শান্নবগী মতমদি পীদ্রে। ঐসু মঙোন্দদি ৱারী শাগদবা নত্তবনিনা তুমিন্না অদুম ফম্লি। পুম্মম মম্লবা মতমদা *শামু মপা*দু য়ৌরক্লে। মাঙ্গোল হেক কাখৎলকপদা ঐ লৈরম্বদু উবদা মাদি পুমঙক হেক ঙকখ্রে। য়াম্না নুংশিনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকখি

*-নঙ লাক্কনি হায়বা পাউ হান্না পীরকপা য়াদ্রা? ঐনা লমখায়দা ঙায়রিমগনিদ্না! খঙদেদা নখোয়গী পাউ তাবদা নুঙাইতে। নঙগুম্বী নুপীদি অতাংবনি। হোয় অদুবুদি ফরে নঙনা ঐখোয়গীসিদা লাকপগী মরমদু হান্না হায়য়ু।*

মানা অমুকসু কোয়লাং লাংখি,

*-নখোয়বু চাককা অমত্তা তৌদ্রবরা, অমম্বা অসিদা হেক ফমহল্লিবসিবু করিনো মৈ অমত্তং পুথোরকউ ।*

সুন্না হায়দুনা মাগী নুপীবু কোইকৌ কৌই

*- হে! লাকইবসি কনানো খঙলব্রা?*

*- খঙঙে, ঐসু মৈ থাগৎকে তৌরম্বনি।*

*-নখোয়সি লৱায়দা লৱায় হায়বদু শেংখ্রবজাৎনিহে। ঈন পানখৎলু, ঙা ফানবা তৌ, নচাশিং লোয়না কৌথোরকউনে।*

মানা কোইচেন চেল্লি, কোইলাং লাংখি। অমম্বদুদা মাঙ্গোলদা ফম্না ফম্না ঐখোয় অনি ৱারী শানৈ।

*- তাদা! লৌ য়োনগে খরা লৌবীয়ু হায়গে লাকপনি।*

*- হায়য়ু হায়য়ু, নঙগী ৱারীদু হান্না হায়য়ু। অদুগা ইবুংনা অমুক কোন্না হায়রগে।*

*- তাদ! ঐ কৈসু হায়নিঙাই লৈতে, পৈশা খরা থিবিয়ু।*

*- পৈশাগী ৱাদি ইবুং লৈরি করিমত্তা ৱারুগনু। য়েংঙোই নঙনা লৌ অসি হেক পীবদগী ঐসু মহৌশা নৎত্রে, য়াম্না শাফরে। নঙনা ঙসি ঐ অমা থিরকপসিনা পুংপেল হেক পেল্লে। ৱা-লান কোন্না ঙাংনরসি, ঙসিদি লৈরো চাক হাওনা চারগা অয়ুক ৱারী শাসি। নঙনা নখোয়দা পীজখিবা এঙ্খাংদু হাওখ্রে। মদুগী মহাও হৌজিক ফাওবা কাওদ্রি। অৱাবা ৱাখল খল্লুনু ইচনসিদি।*

মাগী ৱাহৈদু তারগা অমম্বা মাঙ্গোল মচীদুদা মিৎতগী পি অর-অর লেপ্তুনা শিম্ব্রক্লি। থম্মোয় চাওরবা ঐবু হেক পোকমিন্নবা মচলমকুম্না নুংশিবিরিবা নুপা অসিবু ঐগী কনানো? চিরবা মতম অসিদা ঐগী অৱাবসিদা শরুক য়াবিররি। মাদি ঐহাক কপ্লি হায়বা খঙদবনা ওইরম্বা তাই অসুম লেপ্তুনা ঙাংলি। থম্মোয়সিদা খল্লি,

*- মহাকসিবু ঐগী নহানমুক্কী মপোক্তা পোকমিন্নখিবা ইবুংলনে!*

চাওরবা লম্মাং অমগী মতায়দা কনাসু য়াওদনা ইদোম লেপ্পদা মীওইবনা করিবু খনফম থোকপগে? নৎত্রগা অসুকপাা উমং অমগী ময়াইদা নুপী অমা লম্মুক্লবদা মহাক্কী করি উপায় লৈগনি! শিব-চংবগী ৱাফম্নি।

মতমদুদা খনখি, অমুক্তং হিংনিংলুবদগী ঙসিদি তাম্লবা খুঙ্গংগী লমদম অসি য়ৌরকখিবনি। অদুগুম্বা হিংনিংবগা অশা অদু ঙাইহাক অদুগা হেক ফংগদৌবা মাল্লি। নৈনবদা ৱারবা মীওইবগী ৱাখলনি। অদুবু মফম অসিদদি য়াম্না শেংনা মনুং-মপান উনবগী খংনবগী নুংঙাইবদু ফাওরকই। অদুবু ৱাখলদি অদুম লেপ্তুনা খল্লি। পৈশা খরবু পীবিরক্লবদি ফখ্রনিদা! পীগদৌদি মাল্লি।

চিংনবশু পোকই, কনানা খঙগনি, মাগী নুপীদুনা করিবু অমুক খল্লিবা! করিমত্তা খঙবা ঙমদে। মঙোন্দা ঐনা মিৎয়েং থল্লি। মহাক মমিৎ মানা শুকপদি তৌদে। উপু ঙাইহাক লৈতনা হাংদোক হাংজিন তৌই। মখোং মখুৎ য়াংই। চাক থোংনা থোংনা লোয়শিনবা য়াবা থবক ময়াম মথং-মথং লোয়শিল্লি। ঐখোয় ময়াম চাক চাবা তোক্লগা মখোয় অনিদি ফুঙ্গাদা ফমদুনা ৱারী শান্নহৌই। ৱারীদো ঐগী মরম অমদি

*শেল-থুমগী মরম শোয়দনা ওইফম থোকই। ঐবু নুপাদুনা তুম্মুবো তুম্মুবো, পোখাবনা ফরগনি* হায়দুনা মমাং থংবা কাদুদা কাংখলনচিংবা থাবিরে।

ফনা ৱারবসু ৱাখলদি ফনা খল্লবসু হান্নদি তুম্বা য়াম্না ফবনি । অদুবু নুমিৎ অদুমদি তুম্বা পাক য়াখিদে। মোন অদুনা মরোল অমা নুং মতুম ওইরবোই খল্লুই। মদুমক ওইদি ওইরমদে। তেরাগী মোনবু অদুক কনবদি অমুক্তা থেংনরকত্রি। মদুগী মোন অদু  হানবা নুপীদো মখুৎ কনবী শোয়দনা ওইরমগনি।

নোং ঙাল্লকপদা মখোয়গী ইমুংদু মাগী মাগী মথৌ শিন্দোক্লখিবনা ওইরমাগ্লে মী অমত্তা লৈরমদ্রে। মতমদুদা থম্মোয় চাওবা ইবুংদুনা হংই,

*-নঙনা শেল কয়া পাম্বগে?*

*- ঐনা লৈখিবা মমলদু পীবিরবসু য়ারেদা ঐদি!*

*-নঙগী লৌসি হৌজিক্তি মমল য়াম্না হায়গৎলে। ঐনা নঙবু লাকথুবা পামদে। ময়াম চৎনরিবা মমলসি পীবা তাবনি। অদুদা ঙসিমক শেল  শুগদ্রা শুরোইদ্রা হায়বদি খঙদ্রে। মল্লিঙৈদা ননম্মা থাখ্রবনি। মহাক ফৌ তায়বা চৎখ্রিবনি।*

*থাজবদা লান্নৈ* হায়না অহল লমন্না হেক হেক হায়নবা অমদি লৈ। অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইরগা হায়বিরকপা ৱাফমশিংদো কয়াদা ফজখ্রবা! ঐঙোন্দদি মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা অমুক লৈত্রে। সহরগী মতায়দা, য়াম্না তামথোকখ্রবা খুঙ্গংগী মচি অমদা লৌরাং শুবতনা মশিল ওইরবা অশেংবা থম্মোয় পানবা অসিগুম্বা নুপা মশিং কয়া শুরমগনি। মখোয় অসিনি অশেংবা তাইবং মীদি মহাক্কী থম্মোয়দু কনানসু খংবিদা অদুমক লোয়শিনখিগনি। মসি হেক খল্লুবদা নুংঙাইতবা পোক্লি।

ঙসিসু নিংশিংই মহাক্কী শক্তমদু। লৌরক্তা লৌরাং শুবদগী নুংশা খাংবগী মুশিল্লবা কুচু! পোপু লেংথোং য়ানবদা কুৎশিল্লবা মরেংবান অনিনা ফল্লিবা! পাম্বোম তাবদা কারিবা শিংলিদা শেংলবা ঈ গী ঈচেল! পুন্নমক তশেং তসেংনা চোংথোক্লি। খুৎকী খুদোনবী, খুৎশাশিংনা চাওমন্দুনা মীগী খুৎকী শক্তমদগী লাপথোরক্লি। মহাক্কী মখোঙদু অদুনি, চপ মান্নে। নিংথমগী উন্না হৈথবদা খোঙউপ তোংদনা উফুল্লক্তা থবক শুবদা করি ওইগনি। মানদি ঐবু তোয়না থাগৎলকখি। ঐদি করিমত্তা নিংশিংদ্রে।

মানা হায়, *নঙনা পীজবা এঙ্খাংদু হাওগ্রে।* মানা লাকপা কান্দা করি এঙ্খাং থোংখিবা করিমত্তা হায়বদুদি ঐদি নিংশিংদ্রে।

*- নঙগীসি ঈথৈ লৌখোং চাবা লৌফমশিনা ঐবুদি কান্নহল্লে। মথং চহিদদি নঙগী লৌফমদা চেক শারগে খল্লে, নঙগী শরুক তল্লকনি। চেক অদু ঐনা হেক্তা থিনবীরক্কনি।*

*- হোয় শোয়দনা থিনবীরকউ তাদা! ঐগী কা মচা অমত্তং ওইরবসু শানিংই, নুপীনা মপামদা লৈবসি নুংঙাইতে।*

*- কদায়দগী নুংঙাইগনি ইবেম্মা! ইনস্মা কৈরোই, ইবুং, লৈকায় হায়নরিবনি।*

মহাক মখা তারকখিদরে, তুমিন্না লৈখি। ঐখোয়নি নুংদা পাউ লোয়না ফাওনরে। মখা তানা থোইনা হেন্না হায়নিংঙাই লৈত্রে। য়ুম অমতং লৈজরবদি হায়বা ৱাখল অসি কোক্তা অসুক্কী মতিক চাওনা শাফু কন্না চংশিনখ্রে।

শেল মশিং থিজিনবা হৌরে। ইনস্মদুসু পৈশা পুরকই। খাউদুদা অচোয়বনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। য়াম্না ৱানা লিশিং তরাদি শুরে। কদোম কদোমদনো অমুক চেন্নখ্রে। ঐদি শুকবা ৱাদ্রে। পুক্লিংদা পেনখিবনা তরাদুদা পীরবসু ফরে হায়না খন্দোকখ্রে। মাহাক্না ঐঙোন্দা পীনিংলিবদি লিশিং কুনথ্রানি। অদুবু ঐদি পৈশা খরদু উবদগী পংনুংদা নুংঙাইখ্রে। হিংনিংবগী ৱাখলদা ঙাইহাক্তং খম্বা তারবদি অশেংবা মীওইপোক অমগী ৱাখল চেল্লিবা মহাকপু ৱাহনবা চুমদে। ৱারবা পুন্সিগী চিরবা মতাং অসিদা ঐবু হিংহনগদৌরে।

চহি কুনথ্রা শুরবী ঐগী পুন্সিনি। মতম খরদংদি হিংবা তারকই। কনানা খংগনি মীওইবগী চহি চাম্মগী মপোক্কি হায়নরিবসিদা তঙ্খায় ফাওবা চন্দ্রি। লেমহৌরিবা পুন্সি করি ওইগনি হায়বদি ঙমদে। অদু ওইরবসু ইহান হানবদা য়ুম অমা খাংপোক ওইরবসু করিসু কায়দে উচেক অপীকপনা পীক্না মহুম শাই উচেক অচৌবনা চাওনা মহুম শাই। অদুতনি পামজবা মীওইবগী য়ুম লৈত্রবদি মহাক অদু উচেক্তগী হেন্না তোল্লবনি। য়ুম্বু লৈরবদি চাবগীদি করিসু খন্দে। ইমুংদা চরা হেনবা মীনা খংবা নত্তে। থা-থাগী পৈশা খরা খরা লাকপসিনা তল চারবসু করিসু কায়দে খনবদগী

লৌ য়োল্লগে খল্লিবনি। ঐগী ইপানা শারম্বা ওইরবসু ইপামগী য়ুমদু ঐগীনি খনবা ঙমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা *মিৎয়েং ময়ামসি* , মিৎয়েংশিং অসি কনানসু করিসু খলল্লমদবা য়াই। ঐনদি মরৌ লৈবা মিৎয়েং ওইনা হেক্তা খল্লি।

মপাল থোক্তনা য়াম্না কুইনা লৈবসু য়াদবনিনা ছাটিন অমা লৈরগা মায় মিৎসি চেকশিন্না খুমজিল্লগা থোকপা হৌই। হিংবগী অধিকার লৈত্রবা মরাল লৈরবা মী অমগুম। হিংবসি তশেংনা নুংঙাইতে, মসিনা হেন্না ৱাখল নত্ত-নত্তবা খলহল্লি। কপ্পসু পংকপ্তা কপ্পিংবনি। অদুবু মীগী ময়ুমদদি কপ্পিংদে। হয়েং কোন্না য়ুম শারগা থোং লোনশিল্লগা পুক্লিং পেন্না কপকে খল্লি। অদুবু শোয়খিবা অমনা *করিসু থোক্লদবা লৌউবা অমগী মাঙ্গোলদা কপখিবদু করিগীনো!* মসিমদি ইথন্তা অমুক হঞ্জিন হঞ্জিন হংবা হৌরক্লে। মসি ঐগী হৈনবীনি কোন্না পঙখন্দা খনবা। মমৈথংদদি কপফম থোক্তনা কপখিবনি করিসু ইকাইনিংঙাই লৈতে। অদুগীসু মথক্তা পিগী তোঙানবা থিংঙমদবা মচৎ অমা লৈজে। মতাং মতাংদা মহাক্কীসু মনিং তম্না লৈ। মসিবু ঐনা করম্না ফাজিনগনি। ইপামদসু কপনিংদে নুপা ময়ুমদসু কপনিংদে। মসিবু পিদা নঙ করিগী তারক্লিবনো হায়না হংফম থোকপ্রা। মরমদি মঙোন্দদি কনানসু ওর্দর তৌবা য়াদে।

য়ুম অমা লেপ্পবা হোৎনবা হায়বসি তরাই তরাইবদি ওইরমদ্রে। অদুম ওইনমক লিংজেন পুথোক্নুনা ঙম্নবা হোৎনখি। খ্বায় য়াইস্কুলদা লম মচেৎ অমা ফংবসিদা লৈবাক্লা য়ুম অমত্তং শাগৎপদা উ-ৱা, ফক্লাং ৱাই তৈনবা যনথিসু খুল্লুবা তারকই। অনিশুবা মপোক অমগী অহৌবনি। অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা মী উদ্রিঙৈদা যনথি খুনবদুনি। চংগদবা মচাক খুদিংমক ইথন্তা হোৎনজবা অসিদা নুংঙাইবা অমসু ফংই। কাবক কাবক ৱাই তৈশিল্লগা হোংজিনখিবনি। *নাওফম্না মমা চেন্নৈ* হায়বগুম ঐগী শোঞ্জরবী ইমানা ইতুং ইনবীরি। চহি মরিফু শুজিল্লকপনা নাসু খরা খরা তাথিরকই।

অনৌবা য়ুম হোংলকপা ওইবনা মী ময়ামগী মিৎয়েং থমজিল্লকই। হনুবদগী হৌরগা নহা পাখং মচাশিংনা ৱারী শাবা হৌবা হেক হেক চংলকপদু ইমানা নুংঙাইরি। ঐনদি কনাসু ৱারী শাননিংদবা, ৱা ঙাংননিংদবা মতমনি হায়বসি ইমানা শুকশঙ খঙবীদে। মমাংঙৈদা নুঙাইজরম্বা অচিকপনা হৌজিক্তি ঐগী কোক শায়ররে।

অয়ুক নুংথিলগী মতমদি থবক চৎপনা হৌখিবা খঙহৌদে। নুমিদাংদদি ৱাখল মফাং মফাং নোং মঙবগুম, লৈচীল থাবগুম মরোল মরোল থাজিল্লকই। অহিংসি অকিবনা থল্লকই। থোংলোমদগী তেক-তেক, চেক-চেক, হেক হেক তৌরকই। মদুনা ঐবু তুম্বা সুকয়া য়াহনখিদে খরা ফগদ্রা খল্লুবনি ৱাখল ময়াম অমনা ঐবু তুমহন্দ্রে। অহিং ওইরক্কনি খনবদা নুঙাইবা ঙমখিদে। নোংঙাল্লকপগী উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেল তাবা ফংবদা ৱাখলগী মনিং তম্বসু হেক হেক লোয়শিনখি। কৈরোই লৈকাইগী মীওইশিংনা মিৎয়েং পৈনা হেক হেক য়েংলকপা থেংনবা য়াওরকই। করি মিৎয়েং কৌবগে? চুম্না য়েংবা মিৎয়েং নত্তে, হেক হেক খল্লি। ইতোমতা চৈজবসু য়াওই। ৱাখল ফাবা ইঙম ঙমদবসি করিগীনো? মসিবু ঐনা লানবা ওইগদ্রা! মিৎয়েংনা কারল চল্লম্বদগী মচিন্না থোক্না ঙাংলকপা ৱাদা তাবা খ্বায়দগী নুংঙাইতবদি- *নয়ুম অমা পানথোকউ* নৎত্রগা *নঙসু নুংঙাইথোকউ, শিগদবা থৱায়নি* হায়বা ৱাহৈ অনিসিনি। নুঙাইথোকপা হায়বসি করি করম তৌগনি হায়বা ঐ তশেংনা খঙদ্রি। মায়কৈ মরিদা অকিবগী অকিবা ঙাক্তা।

মী অয়াম্বনা অসুন্না হায়রকপসি তাবদা ইন্নুং নুংঙাইতে। মশাগী মশাগী ইন্টরেষ্টতা হায়বা য়াম্না মাল্লি। মুন্না খন্থরুদ্রবসু মরক মরক্তদি খল্লি, নুপা ওইবশিংনা অসুন্না হেক হেক হায়রিবসি করিগীনো? নুপাশিংগী ৱাখলসি অমুক্তং নৈননিংলকই। মরমদি মখোয়দা মতম পুন্নমক্তা *নুপাদি তরাগী মপুনি* হায়বা লীরবা খুনুংলোনগী ৱাখল্লোন অমা অদুম চেন্নদুনা লৈবগুম উই।

ইমান্নবী সুরবলা (হৌজিক মেদিকেল মেজিষ্ট্রেট ওইরিবী) মরুসু নোংমা থেংনবদা অসুন্না হায়রকই-

*-নঙ চেকশিঞ্জৌ, মী ময়াম্না বদনাম পীরক্কনিকো।'*

চুম্মী চেকশিনবা তাবনি। ঐবু নুংশিমন্দুনা হায়বিবনি। মানা হায়রম্বদগী ঐ ৱাখল খনখি। বদনাম হায়বসি অমনা পীবা, অমনা বদনাম অদু লৌবা অনি থোকই। চেকশিনগদবসিদি অনিমক্কি। পীরক্লবসু লৌদবা তাবনি। অদুগা করিগুম্বা মতমদা মীওইবনা নত্তবা মীংচৎ লৌবা তারবদি মদু মশাগী অপাম্বা মতুং ইন্না লাকচবা

পোৎনি। ৱাফম অনি অসিদা চয়েৎনবা খরদি অদুম থোক্লকই। মরমদি বদনাম হায়বসি কন্নানসু পান্নদে। মীৱা ঙাংবসি চাওখৎতবা সমাজদনা খরা খিৎ মহেল্লি। ওফিসতা ইথক থোংবা ইচে অমনসু নোংমা হায়,

*- নঙবুনে ঐনা হায়রিসিনি, অহলনসু নহানসু ইপামদা পাম্মী। মরমদি নথন্তা নরোমদোম লৈবগী হৌনশানি, মসে।*

লৈরাংশিংনা লৈনম চনবদি খোঙনেৎনৈ, পৎতুনা পুমদুনা মাংই। মীনা লৈমন চনবদি অসুন্না ওইবা হৌনৱা! তশেংনা হায়রবদা নুমিৎ খুদিংগী থেংনরিবা মতমদুগী মীওইশিংনা নুপীদা য়েংলিবা মিৎয়েংদু ঐসু খংদবদি নত্তে। কয়াদি লুরি, অপাননা শাওরুবা য়াবসু নত্তে, নোকশল্লবসু থোইনদুম অহোইনৈ।

নোংমগী নুমিদাং অমদা থোংদা তেক-তেক কাপ্পগুম তৌখি। নোংঙাল্লকপদা চৈতেক মচা অম'নি তারম্মী। কনামত্তা করিমত্তা হায়দনা করিনো হায়না মুন্না খনখি। খল্লু খল্লুরগা ৱাখলসে ইনুং নুংঙাইতে। নিংদোল পোল্লকই। থবাক্তা তিং তিং লাওবা মখোল অমসু তারকই। মীনা অমুক লাল্লোং শিন্দুনা লাকচরগদ্রা? মায়থিরবা পুন্সি অসি অৱাবা মথং মথং থেংনগদৌরিব্রা? য়ুমসিনগা ফল্লাংসু লৈবাক্কী ওইবগা, অহোবা মচেৎ মচেৎ কেন্নবা য়াওরকই। শম্বল নিংথিনা খাবসু নত্তে। লৈরাংনা লৈমন চনবদি মহৌশানি। মীওইবগী ৱাখলদি কৈদৌঙেদসু লৈমন চন্দে। মরু ওইনা নুপীবু লৈমন চলহনবদি নুপাননি। মখোয়দগী নাম্ভোক্লবা হোৎনবা তাই হায়না ইশানা ইশাগী ৱারেপ লৌজরে। ৱারেপ অসি পুক্নিংগী কাচিন অমদা য়েপশিন্দুনা চেকশিন্না থমখি।

নুমিত্তু য়াওশঙ মতমগী অয়ুক ওইবনা নুংশাগী মঙালসু মেংই। ৱাকচিংগী উননা য়ৈথবদা খুইথরবা লৈপালশিং অনৌবা য়েন্নিং চোংখৎলকপা উরম্মী। তাঞ্জাদুদা পোষ্টমেন অমা লাক্কুনা চে অমা পীরে। চেদুদি অফবা মঙ্গলগী ৱাফম ওইরম্মী। মরমদি ঐনা এৱার্দ ফংজখিবা লাইরিক অনিমক সরকারগী ইদুকেসন দিপার্টমেন্টনা ওপরেসন ব্লেকবোর্দকী মখাদা কপি লিশিং অমমম লৌবীগদৌরি। মসিগী মমলনা মার্চ মমাং ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার মমাংদা পীগনি হায়রে।

লাই হায়বসি লৈতে হায়বদি য়াদ্রে। মতম খরগী মমাংদা ঐনা ঈশ্বরদা চৈখি। ঐসে কয়াদা লানথ্রবা। পৈশাদু চে অমা পুথোক্লগা খোৎলি। ফনা ফজনা য়াম্মী। পুম্নিদা অমুক্তং ফাওবা ফংদ্রিবা চাওরবা এমাউন্ট অমা ফংগদৌরি। খল্লম্বা অৱাবা ৱাখল পুম্বা খংমাং মাংখিবা খংহৌদে। ঐবু লৈমল চল্লব্রনে, চন্দে অহৌবী অমা ওইনা হিংনিংলকই। ইঙৌল্লেগুম কনামত্তা খঙবীদ্রবসু মকা লাম্না অমুক্তং শাৎচখিগে খল্লি। অদুবু পীদোঞ্জরবী নুপী ময়াম অমগী ৱাখল লাকই। ঐমক্লা অসুক ৱারবদা উপায় লৈতদুনা চা-বোরা, শিংজু য়োন্দুনা লেঞ্জরিবী, চেক মিষ্ট্রিগী জুগালি ওইরিবীশিং, মপুরোইববগা কায়নরবী নুপীশিংসে করম লেল্লমগনি? অদুদগী ঐহাক রেডিও লীলাসু ইদবা কুইরে অমত্তং ইরগে খনখি।

*- নখোয়গী রেডিও লীলা কম্পিটিসন তৌগদৌরি হায়না লাওথোকখ্রে।*

তাল্লক অদুদা ইমানা অসুম্না তাকপীরকই। মাদি নুমিৎ চুপ্পা রেডিও তাদুনতা লৈবনি। মদুদা তাহৌবদগী হায়রকপনি। হন্দক্তি 'লৈমল চল্লবী' কৌবা লীলা অমা ইরগে লেপ্লে। থিম অসিগী বেকবোন শাগৎপদা পি তাগে তাগে তৌই। থিমদুদি থম্মোয়গী পোখাফম ফংজদ্রবী নোংমগী চানবদি তান্দবা য়াদবী, নহা ওইরিবী নুপী অমগী হোটেলদা য়ু থকপা, গঞ্জা থকপা ময়াম চংলক্তুনা মঙোন্দা মোইথেম তৌবা ৱাঙাং ঙাংলবা কয়াবু ৱানা খাংজরিবী অমগী পুন্সিগী থৌদোক অমনি। থিম অদুগী মপুং ওইবী চরিত্র ওইনা মশক মতৌ নিংথিরবী লুখ্রা শিংদা চল্লবী নুপী *ফজতোম্বী* শাগৎখি।

*"অঙাওবী নঙ হেক থিবদা ঐ ঙসিদি কয়াদ ৱারবা? লাইরিক ফোংলগা করিগী নশাগী এদ্রেস ইদ্রিবা? নমিংথক্তনি নঙনা থারম্বা।"*

নোংমা ইনম'বেম্মা মেমচৌবী (থৌনাউজম মেমচৌবী) না লুতোন্দা তাপ লাকখি। ইসঃ স্বাইবু লাওখি। ঐনা মদু কমদৌনা হাপখিদ্রিবনো খঙহৌদ্রে। অতম্ননা হাপলোই হায়না হপখিদবদি নত্তে। অদুবু সাহিত্যগী মশক নাইরবী লৈবাক অসিগী শক্লাইরবী অমনা ঐগীদমক অদুম্না কাচিন কোয়া য়ৌনা য়েংশিনবিরম্বা অদুগীদমক পুক্লিংদা মথুম-মরাং হৌখি। ইপা পাখৎখি। অতৈ করি করি অশোয়বা য়াওরিগবা ...। অদুগদি অতৈ থোইদোকপা হায়বিরকখিদরে। মখা তারকপা ৱারিদু কয়াদি নুংঙাইরে।

ইনম'বেম্মনা মখা তারকখি,

'নঙগী লাইরিকশিংদু পারে। নুংঙাইরিদি নঙগী খুৎই অদুনি। তামোনশু (অরাম্বম সমরেন্দ্র, সাহিত্য একাদমি এৱার্দি) নঙবু য়াম্না থাগৎলি।'

মদুনা অমুক্কা হেন্না হুমাং কাহল্লে। নুঙাইবশু পোকই, অদুগা ইকাইবশু ফাওই। থিকানা ইহৌদবা অদুগীদমক অমুক্কা হেন্না ইকাইরক্লে। ৱাফম অমনা ঐখোয় নুপী ওইবিশিংগী হৌনবী হায়রদ্রা খঙদে য়াম্না তাঙনা উনরবনিনা পাক হেক থাদোক্লদ্রে। মখা তানা ৱারী অদুম চখখি। মতম হৌখিবকা অমত্তা খঙহৌদ্রে। ঐগী ৱারী মচাশিংগী মনুংদা অমখক লৌখত্তুনা ইনম'বেম্মনা মচা খায়না তাকপিরকখি। লৌথুপ লৌকোই লৈতনা অদুম্না ইশামক্তদা ঐগী ৱারী মচা অমবু কিশি থোকপিরবা মনিপুরী নুপী অইবীশি মহাক্না অহানবনি। মহাক্না হাবিরম্বদো কাওবা ঙমদে।

- *কৈন্যাগী ঝিঙ্গুর মরি* কৌবা ৱারী মচা অদু য়াম্না ফজে। লোইশিনবদি খরখিৎ পেনদে।

মথং মথং ৱারী কয়া অমা শান্নখি। ৱারী ৱাতাইশিং অদুগী মনুংদা পাক কাওবা ঙমদবনা খুন্নাই অসিগী নুপীশিংগী মতাংদা শান্নবা মতাং অদুনি। ঐঙোন্দা অপাননা *ইরোমদোম করম্না লেপ্লিবা* হায়বসিনা অহৌবা ওইরগা ঐখোয় নুপীশিংনা খুন্নাই অসিদা মায়োক্নরিবা অৱাবা ময়াম অসিগী মতাংদনি।

... অৱাবা কোঙ্গাইনি, ৱাই হায়দুনা হিংদবদি য়াদেদো, মরকসিদা ফমদুনা ঙাইহাক ঙাইহাকসু অদুম্মক মইনিংলি। খঙদে খঙদে নহাক ইদবা য়াদবনি ... মাগী ৱাহৈ খরসি ঐঙোন্দদি য়াম্না অহকপা য়াথং অমদৌনা থোকখি। পুন্সি অসিদা অইবী অমত্তনা ঐগী য়ুমমক্তদা লাক্তুনা অসুমনা হায়বিরখিনি হায়বসিমা খনবা ফাওবা খল্লুদবনি। ঐসে কয়াদা লাইবক ফত্রবীনো! পুক্নিংদা ইতোমতা মোমোন নোকচখি। হোৎপু হোৎনরবদি উবিনবা ৱাৎতবোইরে।

ঐখোয়নি ফম্মিন্নদুনা শাখিবা ৱারীদু শাংখ্রে। ঐখোয়নিমক মতম হৌখ্রে হায়বগী থোয়না নুংনানদে, খম্বুনদে। মফম্নশু পুন্দবা, মতমনশু পুন্দবা, নিং তম্না শানখিবা ৱারীশিংনি হায়নিংই। তোংজখিবদি ৱারীশিং অদুনা ঐঙোন্দা থৌনা হাপখি। নুংঙাইবা

অমনা ঐগী ৱারী মচা *কৈন্যাগী ঝিঞ্জুর মরি* হায়বদু মচা লৈমা চেফোঙদা ইনম'বেম্মনা রিভিয়্যু তৌরনিশু হায়রকখিবদুনি।

ৱারী মচা অদুমকশু নুপীগী শমস্যানি। নুপীনা নুপীগী প্রোব্লেম কয়া অমা ইবসি য়াম্না ময়েক শেংই। প্রোব্লেমশিং অসি করিগীদমক ইরিবনো, চুম্নতগী ৱারী ওইনা থম্বদগী অপাবশিংনা পাবিরগা খন্ন-নৈনদুনা অমুক হন্না অদুগুম্বা থৌদোক অদু থোক্তনবা চেকশিন্না থৌরাং তৌবা নৎত্রে হায়রগা উপাই কয়া পুথোক্তুনা হৌরক্লিবী নুপীশিংগী মতেং ওইহন্নিংই। হায়রিবশিং অসি ইনম'বেম্মগী অকন্নবা মতনি।

মহাক্না মখা তারম্মী। মহৌশানা নুপী অমদি নুপা অনিসি অদুম লোয়ননা চৎমিন্নরিদি হায়ববু হিংলিবা পুন্সিগী অৱাবা কোকথোংদি নুপীনা খরা হেন্না পুরি। খুন্নাই অসিগী ওইনা অহল লমন হাক্তক্তগী হৌনা মসিদি অদুম চৎনরকই। অদুবু অৱাবা মখে পাঙ্গল শোল্লবী নুপীতনা অসুম পুবসি নুপাশিংনা নুঙাইরিব্রা? ইমুং অমা চলাইবদা নুপাদি ইয়াও য়াওদে। কন্নাগুম্বা নুপা খরদি সুকয়াওবু য়াওদে হায়বা য়ারি। অদুগসু অমুক *নুপী অঙাং যণ ব্রাহ্মন* হায়রিবসিনা করিনো? মসিগী অর্থ অসি ঐ তশেংনা হন্নবা ঙমদে। অদু ওইরবসু শিজিন্নরিবা মতাং, কন্টেক্স অদু য়েংলুরগদি নুপীবু থাগৎপিবদি নত্তে, চৈবা নৎত্রগা করেম্নবগুম্বা অমদি অদুম মাল্লি।

নুপীতনা ইমুং অমা, লৈকাই অমা, লৈবাক অমা মশক থোকহল্লিবনি হায়বসিমদি পূম্নমক্না খঙই। মরমদি মচা শেম্বদা নুপীগী (মমা) থৌদাং অসি য়াম্না চাওই। অরুবা পার্ট অমনি। অদুগা অমুক অঙাং হায়বসিনা জাতি অমগী য়ুম্বীনি হায়নদুনা লাক্লি। অদু ওইরবদি মমানা জাতি অমগী করি ওইফম থোক্লবগে! মমাবু করম্বা থাক্তা থম্বীফম থোকপগে হায়বদু খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না লেপকদবনি। অদুগীশু মথক্তা মচা অমগী পুন্সিদা মচা খুদিংমক্কী পুন্সিদা মমাদগী হেনবীনবা কন্নাদি লৈরি??

অসুম্না পূক্লিং য়াম্না খোয়রাংবা অমগা লোয়ননা তাংনা ফংবা নৈনবা ৱারী-ৱাতাই অদো লোইশিনখি। ইনম'বেম্মদি চৎখ্রে। ইথম্তা লৈহৌরবা তুংদা মখা তারকখিবা নোংলৈদি ইচাশিংগী ৱাখলনি। ইচাশিংবু নিংশিংলকই। খঙহৌদনা খুউ ফাওবসি

ঈংখৎলকখি। খনখি হয়েংদি শোয়দনমক লিট্টল ফ্লৱার স্কুল দা চৎকে, ইচাদু শোয়দনা য়েংলুগে লেপ্লে।

নোং ঙানবগা তঙাই ফদবা থবক ইনখাং প্রপ প্রপ লোইশিনলি। পূক্লিং অসি ইতাও তাওই। ৱারেমখৈ মতম ঙাইরবা মতুংদনি ৱাহেং লৈকাই য়ৌরকখিদো। মতমদি পুং অমরোম তাদৌরে। রিক্সা অমা ফাদুনা তোংগে তৌরিঙৈদনি য়াম্না থাজদনা তামো সমরেন্দ্র উন্নখি।

- কদাই চৎতোরিবা ?

- লিট্টল ফ্লৱার স্কুলদা!

- *তামোশু ঙসিদি হোল শেমজিনদ্রবদি য়াদ্রে। অদুগী য়েংলম্লিবনি।... তামোননে নঙবু খর ইহননিংই। নুপীশিংনা লৈবাকসে শেমগদৌরিবনি। নঙ ভাব তাইদনা! নখোয়সে লেম্না মাংবা য়াপোৎ নত্তেনে। পাবুংগী মরমদা নঙনা ইবা বাইওগ্রাফি অদু সেকেন্দ ইদিসন অমা অমুক ফোংউ। মদুদা ফজখ্রবা পোৎ য়াওরি।*

মতম খরগী মমাংদা ইবা খরা হৌগৎলুরবা *রেডিও প্লে* অদু লোয়শিল্লগে হায়না খল্লকই।

ফজনা শাৎচরম্বা লৈরাংশিংনা মতমগী মতুং ইন্না লৈমায়দা কেন্দুনা তারকপা অমদি অকংবা উনাশিংনা কংলগা কেল্লকপা উবসি ঐহাক্কী ইফমদদি খ্বায়দগী নুংনাংজবা দৃশ্য অমনি। অদুবু তাইবংপাল অসিনা মতম্না পুরকপা অৱাবশিং অসিদগীদি খক নাম্থোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা অৱাবশিং অসিগী মথক্তা থওইনা খাঙুথক্তা থদৎপীরগা খোঙনেৎনখিবা লৈরাংশিংশু কয়া কয়ানি। মখোয়গীদমক করিগুম্বা খরদং ইনিংলকই। ***'লৈমল চন্নবী'*** কৌবা রেডিও গী লীলা অদু ইখিবদা মরু ওইনা থৱায় হাপ্লিখিবদি তামো অরাম্বম সমরেন্দ্রনি। তামোগী ৱাহৈ- 'তামোননে নঙবু খরা ইহন্নিংলি।' হায়না তাকপিখিবা অদুমক্কা ইনোৎ পিবগুম থোকখিবনি।

মশা মশাগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা ৱারবা, পথ্র-পুমথবা হৌরক্লবা সমাজ অসিদা কিম্থুরবা কয়াবু ইনখৎপীনবা নুপা অমদি পোক্লম্মী। ৱাখল অসিমক্তনা ঐবু নুংঙাইহনখি। ফিজেৎ-ফিগাই-ফিমল শেৎলবী, মৈতৈ লৈমা ইমাগী মপারী মনি

অমদি উনালক্তা লোৎলম্মী। নারক্তা ঙানবা মনিদি থেংল থেংলগা ফজবা হেল্লকই। ঐগী রেডিও লীলা *লৈমন চল্লবী* দা নেম্নেল এরার্দ পীরক্লে হায়বা পাউদুনা ঐবু খংপ্রেক খংহনখি। কমদৌনা ঐনা জাতিগী থাক্তা চাংদম্নবা অদুদা করম্না চংখিবা, অমদি মায় পাক্লকখিবা! খঙদে, পুন্সি অসিদা শকউদবা খুৎ অমনা চিংথোক চিংশিন শান্নরি। মসিবু অঙকপা নৎত্রনে? মরকসিদা চহি মতাংননি খঙদে, ঐগী ৱাখল ফত্তবনরশু খঙদে অকোয়বগী মী ময়ামসি থেংন-থেংনরুবা খুদিং ৱারী শাবা ইনুং নুংঙাইরক্তে। নুপা কাংবু খরনদি ঐনা মাগী মাগী নুপীশিংগা ৱারী শান্নবদা ফাওবা নুপাশিংদুনা মিৎয়েং অমা তৌরকখি।

*'হৈ নঙ অমুক্তা চঙলকউ'* হায়না কৌথোকখিবসু কোঙ্গাইনি। থৌওংশিং অদুনা ৱাখলসি ইনুং নুংঙাইহন্দ্রে। করি খন্নরিবজাৎনো হায়না ইথন্তা মওল মওল খল্লি। মখোয় মখোয়গী নুপীশিংসু ঐগী ইতৌ তম্লক্কনি হায়না খল্লিব্রা?

ইতৌ হায়বদি, *নিপা কায়নরগা য়ুম ইঙ্খোল লীংদুনা লৈবা* অসি অমা, অতোপ্পা অমনা *নুপী হায়বসিদি নুপানা হায়বদা ইনবী, অফবা ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু, নুপী লোল্লবসু ইয়াতা য়াবী ওইগদবনি* হায়বা অপাম্বা লৈবা অমা নৎত্রগা *নুপা খোংগাওনবীনি হায়রিব্রা? ইচিং'* চিংনৈ, করিনোদি খঙদে অমম্বদা মাবগুম্মী। মায়কাসি য়ং-য়ং শাগৎলকই, তশেংনসু নুমিৎতো য়ুমগী গেট অমতং পানগে অদুগা অকোয়বদু শম্বল খাজিনগে খনবদগী মরুপ অমতং য়াওগে হায়বা ইমান্নবী অমগীদা চৎলুবা মতাংদা থোকখিবনি।

ইমান্নবীদো মাগী নুপানা কৌশিনখিবদুদা ইমুংদা কুইনা চংলুরগা থোরকই। মাদি কৈসু হায়দে, ঐনা হঞ্জিন হঞ্জিন হংই,

*- কৈদৌরে নখোয়গী নুপা শাওরব্রা?*

*- শাওদেহে, কৈদৌ শাওদোয়নো!*

মানা মদুম্না হায়জরবসু ইনুংদি নুংঙাইতে।

*- নঙসে ফাওদি ফাওরেহে, রেডিওদকাসু নঙগী লীলা লাকই।*

ৱাখল খরা নুংঙাইত্রিঙৈদুদা ৱাহৈ অদুমগা অমুক হায়জিল্লকপদুদি, খঙদে ঐহাক কৈনোম' তৌখ্রে। য়ুম হেক য়ৌবগা খল্লি। ইমান্নবীকা অমত্তা উন্নখ্ররোই। মীগী

ময়ুম অমত্তদা চঙলরোই। *ফাওবে ফাওবে*হায়রিসিনা করিনো? মৈতে ৱাহে' *অফাওবী* হায়বা ৱাহে অসি কিনিংঙাইনি।

মীগী লমদনা ফাওনবা কন্না হোৎনৈ হায়। মদুগীদমক পাঙ্গল অমদি শেল য়াম্না থাদনৈ। ফাওরগা লেম্নবা ওইনৈ। মপুরোইবা লৈতনা ফাওবসি ইয়া য়াদমাল্লে। ৱারবা থশ্মোয়গী পাউদম খরা কলম্না ফোংদোকপসি ইরালদি নত্তবনি। অদুদদি ঐসু অতম্নবা শিংননিংবা পোল্লক্লে। তাগেরা তারোইরা খঙদে, পংইদা ইবনি। চাওখৎত্রিবা অমদি চাওখৎলক্লিবা লৈবাক অনিসিগী মরক্তা লৈবা অহোবদা তাদুনা লৈবদি করিসু কান্নদে। তৌগদৌবা অমা তৌবা তাবনি। *শা-মরক, মী-মরক*হায়রবসু হায়জসনু, ৱাখলসি মফাং মফাং খনবদগী মিৎ অনিসিসু ইপৈ পৈরমাল্লে।

নোংমা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল ওফিস মমাংদা তাদা *ফুংগ্রিসুং কিংদাং*না কন্না লাওরকখি,

- *ঐনা নঙ উই, নঙনা ঐ উদবা করিগীনো?*

- *সোরি তাদা, ঐ উজহৌদ্রে!*

- *নচেদি করম তৌরি?*

তাম্বুলগী পাউ পারম্বা, ন্যুজ ইদিটরসু ওইরম্বা অহলনি। মহাক দি দি কে, ন্যু দিল্লিদা প্রমোসন কাদুনা ইম্ফালদগী ট্রান্সফর চৎখিবনি।

- *'ঐ য়াম্না চাওরবনি, নঙ দিল্লিদা লাকউ, ফেমিলি প্লান্নিংগী ফিল্ম নমউ ঐ পীবিগে।'*

- *'হোয় লাক্লে।'*

পুন্সিদা ফিল্ম প্রদ্যুসর ওইরক্কনি হায়বা ৱাখল নোংমতসু খল্লুদে। ইরাই লাইনা পীবিগে হায়রকপদুদদি ঐসু *হোয়* হেক হায়দোকখি। নুমিৎতুমদি মফম মরাং খঙদনা ইতোমতা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌজখি। মীনদি অঙাওবা মাল্লমগনি।

মী খুদিংমক তুম্নগা মঙ মঙই। অদুগা নোং হেক ঙানবগদি মঙগী ৱাখল থোইনা খন্নদবশু কোঙ্গাই অমা ময়াওই। ঐগীদি অসুন্না হেক হেক মঙবা মঙশিংসি কৈনোম তৌশিল্লকই।

করিগুম্বদা অকিবা মঙ হায়বদি মীনা ফুগাদৌরে হায়না কন্না চেল্লম্বদগী খঙহৌদনা ‘পাইবনা ফরনি’ হায়না মঙদুদা খনলকপদগী থোক হেক পায়খৎখিবা য়াওখ্রে। অঙকপনি, হেলিকোপ্টরগা চপ হেক চপ মান্নে হায়বা য়াই। চীং, পাৎ, তুরেল ময়াম অমা লান-লান্দুনা পাইরম্মী। পুন্সিদা হাঙলবা অতিয়া মথক্তা অমুক্তসু পাইদুনা চৎপা খোঙচৎ য়াওখিবা নত্তে। অদুবু মঙদদি য়াম্না নিংথিনা পাইরুবা য়াওখ্রে। অঙকপনি মঙ হায়বসিসু ওইথোকপা য়াবা য়াদবা হায়বা অমা হেক লৈতবদৌনশু তৌই।

অতোপ্পা মঙ খরদনা লৌবুক্কী লৌরিয়া কাচিন অমদা ফমদুনা লৈপাক অসুম খোৎপা য়াওই। মদুদা লুপা, চান্দি চৎপী অমা ফংগনি। অদুগী মতুংদা মথং মথং খোৎপদা চান্দি ময়েক ময়াম অমসু হেক খোৎলি মখৈ থোরকপা মঙ য়াওখি। মসিমদি মরক মরক্তা হেক হেক মঙগনবদৌনা তৌই ঐঙোন্দা। অদুগুম্বা মঙ অদুবু হেক মঙলবদি মতম অমদা নোং হেক ঙানবদা মীনা ঐগী য়ুমদা লাইরিক লৈবা হেক হেক লাকই। মসি ঐঙোন্দা ইতৎ তত্তনা থোকই। মঙ অমদি য়াম্না থাজদে করিনো খঙদে অশংবা নাপী ঙাক্তা হৌবা ইস্কোলগী মতায় অমদা মনিং মায়কৈ পাংনা চৎলমই। অপিকপা খোং লম্বী অমদা কনানো অমনা ঐবু কৌবগী মওংদা খোংথাং তপ্না তপ্না থাংদুনা অসুম অসুম চংশিল্লি। মমৈদা লম্বীদু অসুম অসুম ফজরকই। নাক য়েৎতা থরো থম্বাল অঙৌবা অঙাংবা পিক থন্না শাৎপা পাৎ ওই তুরেল ওইনা তৌবা ঈশং শংনা উবা ফংই। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা খোংনাং পাম্বী অচৌ অচৌবা উশিংনা কোয়শিনবা মফম অমদা লাইগী মন্দির অমা লৈরম্মী। ঐনা কনাদশু করিশু হায়দনা ঈশ্বরদুবু খুরুমজরম্মী। লাই শেবা তৌবা নুপা অমশু উরকই। মহাক ঐঙোন্দা করিশু হায়দে। ঐশু করিসু ঙাংদে। পূক্লিং তয়াং তশোয় ন্নারবা পুন্সি অমগী মনুংদা মীৎকুপ অমতং ওইরবশু ঈশ্বরগী মফমদা নুঙাইনা চংজরম্মী। ঐনা মতম অদুদা পুন্নমক কাওথোক্লম্মী। অদুগা প্রকৃতিনা ঐবু তরাম্না ওকপিরে। অদুগা ঙক্লিবদি মসিবু মঙলনে অশেংবা নত্তবরা হায়না হেক হেক খল্লী। লোয়ন লোয়ননা কনাগুম্বা ঐগী চান্নবা নুপা অমনা ঐবু মফম অদু উহনগনি হায়নশু পূক্লিংদা খল্লম্মী। মসিগী মঙ অসি য়াম্না তোয়না মঙবা হৌরকই। করিগুম্বা মঙ

অসি মঙলবদি নুঙাইমনখ্রুনা ফমুংদগী হৌগৎনিংদে। ঐ য়াম্না ঙকই। অসিগুম্বা মঙ হঞ্জিন হঞ্জিন মঙবসি মী অতৈশু তৌরমগদ্রা খঙদ্রে। ঐঙোন্দদি তশেংনা থোক্লবনি।

অসুম্না মফম অমদি থৌদোক মান্ন-মান্ননা মঙ মখা চত্থবা অসিবু করিগীনো, মী অতৈদশু অশুম্না থোক্লুগদ্রা অদুদি খঙদে। মসিবু ঐঙোন্দা হান্না মঙখিবা মঙ অদু সব-কন্সিয়সতা অদুম লৈখিবনরা ...! অদুসু হায়নিংদে, মরমদি কুম ১৯৮০ ময়াই চনশিল্লকপদা য়াম্না অকিবা মঙ অমা মঙখি। মঙ অদুদা ঐহাক্না সড়ক্তা মী অশিবা ঙাক্তা তাদুনা লৈরে হায়নবা তাবদগী য়াম্না কিখি। নোং ঙাল্লগা নিংজিং-মাংজিংননা ওফিস কাবদনি। অয়ুক্কী পুং তরামাথোইব্রোম তাবা মতম অদুৱা ওইগনি। এয়ারপোর্ট রোডকী ঘড়ী দা লৈবা ইস্কোনগী কেম্পসতগী মপান্দগী লাকখিবা লাইনিংবা অনি মরি লৈনবা চে-চাং শুনা য়াওরক্তে হায়বগীদমক ফাদুনা পুরকপা পুলিস পার্সোনেল অমা নহা মচা অমনা নোংমৈনা কাপ্পদগী শিদুনা তাহৌরে হায়না ময়াম্না ঙাংনরকপা তাখি। মতম অদুদা ঐহাক মমাংগী অহিংদুগী মঙদা ফাওখিবা অকিবগী ইহুল অদুমক চপ চানা ফাওখি।

অসিগুম্বা ঐগী মতৌ অসিদা ঐখোয়' ইমানদি হেক-হেক হায়,

*-নঙসে 'খরি মঙজুম্বী' হায়বদুনি। নমঙবু অদুক য়াম্না চুম্বদি অমুক্তা থেংনজদ্রি।*

অমুক্কসু য়াম্না নোক্লিংবা, ইথা থাজরুদবা মঙ অমা মঙখি। মঙদুদা ঐহাকসি বোম্বেদা য়ুম হোংলে হায়দুনা তৌরমখি। মদুগী মতুংদশু ইকুই কুইদনা ন্যুজ পেপরদা এম এফ দি সি না ফিল্ম এপ্রিয়েসন কোর্স চৎনবা মী অনিগী খনগনি হায়দুনা দরখাস্ত কৌরকখি। ফিল্ম নমগে হায়রবদি মসিগী মতাংদা খরদি খংবা তাবনি খল্লদুনা ঐসু দরখাস্ত থাজিনখি। পুনে চৎপগী খোঙচৎ বোম্বে ষ্টেসনদা সমুদ্র উবা ফংখি। ওঝা রাজেন চোংথামগা ঐখোয় অনি খনখি। পুনাগী এফ টি আই আই দা ঐখোয় অনি চৎমিন্নরম্মী। য়াম্না নুংঙাইবা খোঙচৎ অমা ওইখি। মাদি ফাগী য়াম্না তৌই। অদুগা মশামক্তি শুকনোক হেক নোক্তে। ঐনা নোক্লিংবা ঙাক্তা ঙাংই।

খ্বায়দগী নুংঙাইরিবদি ঐগী ষ্টদি লিভসু মানা ইবিরগা থাজিল্লম্মী। ঐখোয় অনিমক লুপা লিশিং অনি ২/২ হান্না ফংই। টিকেৎসু মানা ককপনি। লুপা চনিদং

পীরকউ হায়দুনা লৌখি। রিজার্ভেসন তৌব্রা তৌদব্রা হায়বসু খঙদে। *শেল য়াম্না চংহন য়াপোৎ নত্তে* মসিসু তোয়না হায়। অদুগা ট্রেনদা মী তাম্থোক্লগা ঐবু হেক হেক ফমহল্লি। মাদি মচি অমদা হেক্তা নপখি। অহানবা চৎপা খোঙচৎনিনা মানা হায়বদুগী মতুং ইন্না অদুম চৎলি। মাদি পুনাসে ইতৎ তন্তনা চৎলি হায়। মচন্নুপী অমসু পুনা য়ুনিভর্সিটিদা লৈ। মানা ঐঙোন্দা *বোম্বে য়ৌরে* হায়রকপদা ঐগী মঙদু খৎনিং নিংশিংলকখি। থোংনাওদগী য়েংথোকপদা সমুদ্র মপান্দা ঙৌরোক-ঙৌরোক ঙৌনা ৱাংনা শারিবা দলান ময়ামদু উরকই। *ওহ! মসি উগদৌসিনা ওইরে মঙদা বোম্বে উরম্মী, বোম্বেদা য়ুম হোংলিবনিসু তৌরম্মীবদো!* খনখি।

বোম্বেদগী রুমালনচিংবা শুদোক্লবা হায়দনা শাবন অনি লৈরম্মী। বোম্বেদগীদি পুনা য়াম্না থুনা য়ৌই। *এফ টি আই আই* দা ওটো অমা তোংলগা চৎলে। মী অতৈসু লাক্লরম্মী। ঐখোয় অনিমক য়ৌবগী রিপোর্ট তৌরে। আর পি ও অদুনা মাবুনা বোইজ হোষ্টেলদা অদুগা ঐবুনা গার্লস হোষ্টেলগী রুম নং: ১১ দা চঙহল্লে। মৈ থোক্লা শারবা জুলাইগী মতম অদুদা পুনাদদি খ্বায়দগী নুংঙাইবা মতম ওইরম্মী। ঐগা লৈমিন্নগদবা দিল্লিগী নুপীদুদি মতমদুদা লাকলমদ্রি। অদুনা ইতোমদা ঙাইরে।

চা অমা থক্লিঙৈদা নুমিৎ অদুম তাশিনখ্রে। কেম্পস মনুংদা থারিবা উপালশিং অদুনা মরোল অমা মৈঙালদুদা ফজরিবা, মালিশিংনা নিংথিনা শেন্নবিরিবা মচু-মচুগী লৈরাংশিং অদুনা মরোল অমা নিংথিরিবা য়েংবগী পেনবা হেক মনায়দ্রে। অদুবু ইতোমতনিনা মপান্দা কুইনা লৈথদ্রে। কা মনুংদা অমুক হন্না চঙদুনা অহৌবগী প্রোগ্রাম অদু করি-করিনো হায়দুনা য়েংলম্মী।

তাঞ্জা অদুদা দিল্লিগী নুপীদুসু কাদুদা চঙলক্লে। ঐখোয় অনি মিং হায়নরে। মাগী মমিং অনিতা কৌই হায়। য়াম্না লাংই, ৱা ময়াম হংদুনতা লৈ। মহাক্তি জিনসকী খোঙগ্রাও অমা শেৎলি। ফুরিৎনা অঙৌবা টি সার্ট অমা লিৎলি। মঙোন্দা ঐনা চা লৌফম কিচন অমা লৈবদু তাকপীরে। মানা চা লৌবা চংখ্রিঙৈগী চৈরক্তুদা ঐখোয়গী কাগী থোংজাওগী বেলদু ক্রিং লাওনা খিংলকই।

- মেদাম নহাক মনিপুরীরা?

- মানি।

- নঙগী ভিজিটর অমা লাক্লি, ৱাইটিং রুমদা উন্নবা য়াগনি।

ঐ ইপা পাখৎখ্রে। *করিনোনে হায়রিসিবু মফমসিদা কন্নানা ঐবু উনবা লাক্কনি। পুন্সিদা অহানবা ওইনা লাকচবনি, খংনা চান্নবসু অমত্তা লৈবা নত্তে।* খন্না খন্না, কিথি-কিরুম্ননা থোকপদি থোক্লকখি। অদুগদি রাজেন চোংথামদো নানখ্রবা সোফাদুদা পিশক পীক্লা তাশিন্দুনা ফন্নম্মী। মফি মরোলশু ঙসাই ট্রেন্দা শেৎলকপদুনি হোংদোক্লমদ্রি। মানা হায়রকখি,

- *ঐদি লুপা অনি পীদুনা সাইকল অমা ৱাইরগা য়ুনিভর্সিটি চৎলুরে। ইচন নুপীগী পোৎ চৈ খরা য়াওরকই, মদু থিল্লুবনি। ঙসাই নঙনা লৈখিবা সাপোন্দু অমত্তা পীয়ু, ফি-রোল খরা শুরুগে।*

ঐ নোক্লিংলকই। ঐখোয় অনি কন্না নোকমিন্নরম্মী। অদুগা সাপোন্দু দিল্লি নুপীদু উদনবা হোৎনরগা লৌথোক্লে।

- সে! শুরুরো চৎলো।

মসি হায়রগা পীখ্রে। মহাকশু পোল্লি পোল্লি অদুম চৎখরে।

এফ টি আই আই দা ওদিটোরিয়ম য়াম্না লৈ। অয়াম্বা মতমদা মেদিয়ম ওইনা চাওবা হোল অদুদা ফিল্ম কাপ্পী। অহানবদা হিষ্টোরি ওফ ইন্দিয়ান ফিল্ম উৎপা অদুৱাইদদি বোর খরা চুগে তৌই। অদুবু নোংমদা ফিল্ম তরা তরামুক য়েংলকপদদি নুংঙাইবা ফিল্ম মথং মথং উৎপা হৌরকখি। মদুনা মিৎ-না শিংলকখি।

ফিল্ম শোগী সেদ্যুল অসি টাইদ ওইমনখ্রদুনা মী পুম্নমক ফ্রে-ফ্রে হাইনরে। পুং নিপানগী ব্রেকফাষ্ট চারগা থোকখিবদগী ফিল্ম মথং মথং য়েংথবা হৌই। লঞ্চ চানবা শুপ্নগী পুঙ্খায় অমগী মতমদমক ফংই। ঐখোয় লোয়নমক ৱানরে, ৱারবসু ৱানুংঙাই হায়বদুনি। অনিতানা মাগী খোংগ্রাওদু কোমথোরক্লে, ময়াং য়াম্না কংশিল্লে হায়না ঐঙোন্দা হেক হেক উৎলি

নুমিৎ চুপ্পা নোংলিকশিংনা চাইথদুনা লৈবদগী কোকসি চোৎলি-চোৎলি তৌদুনতা লৈখি। শমসিসু নুপী শম্বুল পুল্লগা ফজনা হাৎপীদ্রবনিনা ফাবুল ওইনা

মতম পুন্নমক্তা পুন্দুনা থল্লে। মমৈথংদদি হীক ফাওবা লৈরকপগী মওংদা হাক্কৎচবসু ফাওরকই। ছাত্রী খরদি কৈথেলদগী ছাটিন লৈবা চৎনৈ। ঐদি লৈদে, চোৎকে চোৎচসনু অসুক ফজবা অসুক নুংঙাইবা নোংলিকশিং অসি কৈদৌঙেদসু কাওবা ঙম্লরোই।

নোংমাইজিং নুমিৎ অসি কান্টিন মমাংদা লৈবা লৈকোল মচাদুদা ঙাইহাক্তং ফম্বদা নুংঙাই নুংঙাইবা কুম্মৈগুম য়েংই। মফমদুদা নুপী-নুপাগী খেন্নবা লৈতে। নুমিৎ তাবা লৈতে, অহিং থেংবসু নাইদে ঙান্দুনতা লৈ। এক্টিং তম্বা লাকপা ছাত্র অমগা ছাত্রী অমগদি নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদগী নুমিদাংগী পুং তরা তরামাথোই ফাওবা মফম শুকলেং লেংদনা ৱারী শানদুনতা লৈবা উই। মখোয়দা কনামত্তনসু য়েংবিদে। ঐখক্তনি মখোয়দা তোয়না তোয়না য়েংলিবা হায়ববু। নুমিদাংৱাইরমদি মখোয়খক্তা নত্তে, পুংবা-পুংবা লাকমিন্নরগা লৈকোলদা ফম্বা গিটর পায়দুনা ঈশৈ শকমিন্নবা তোয়না উই। অহল-নহা খায়দে, চহি হুম্ফু-হুম্ফুতরা শুরবা শুরবী কয়াসু অদু মঙাই মতিং লৈনা উরি। মখোয় লোয়নমক অফবা ফিল্ম পুথোক্লিংবগী ৱাখল লৈবা ঙাক্তনি। মতিং লৈরবা মীওইপোক ঙাক্তনি। মখোয়গী মতৌ তম্বা ওইথোকত্রা? থাজদে। অদুবু খনবদি খল্লি। মখোয়গা ঐগা কয়াদা খেন্নখ্রবা!

অহানবদদি করিসু খল্লমদে। ফিল্মশিং অসি উরগা হোৎনবা কল্লবা অচৌ অচৌবা ডাইরেক্তর, প্রদ্যুসর কয়াগী মরমদা খংলকই। অমুকসু গুরু দত্ত গী ফিল্ম খরা য়েংলুবদা পুন্সিনা হিংবদা নৎত্রগা হিংগে হায়রবদি তঙায় ফদনা নুংশিবা ফংবা তাই। করিগুম্বা নুংশিবনা নাথৈখ্রবদা মী অদু মী ওইরক্তে হায়বা ৱাফম অসি তশেংনা উৎপদু য়েংবদা কিরকপা অমা ফাওরকই। পুন্সি অমা মপুং ফাবদা নুংশিবগী মপাল তাংই হায়বসি অনৌবা ৱাফমদি নত্তে। অদুম্নমক ওইরবসু ফিল্মশিং অসিনা ইশাগী ওইনা অনৌবা ৱাখল কয়া খলহল্লে।

ফনা য়াম্না হৈ-শিংলবসু, ফনা য়াম্না শেল পায়রবসু মীওইবগী পুন্সিদা দরকার ওইরিবদি নুংশি চান্নবদুনি। ৱাখল ময়াম অমা খনগে তৌরকই। নুমিদাংগী পুং মাপল্লোম তারম্লনি। মী ময়ামদু নোংমাইজিং নুমিৎনিনা ইচং চংনরকত্রি। অনিতা

কৌবী ঐগী রুম মেট অদুনা মাগী নুপাদা ট্রঙ্ক কোল তৌরুগে খরা থেংলকপা য়াই হায়না তাক্লম্মী। ঐগী ৱাখল মখা চত্থরকই। নোংমদি ঐহাক অমুক্তং হিংগে, নিংতম্না হিংবগী মহাওদুতং ফংলবদি লোয়রে খনখিবনি। অদুগা করিগীনো ঙসিনা ৱাখল মশা লোংলিবা! মসি অরানবনি।

অতে ৱাখল খনবা তোক্লে অদুগা শমসিমদি শোয়দনা ককথৎলগে হায়না খল্লে। কোর্স অদুদা য়াওবা লাক্লিবা নুপীশিং অদু মশম শাংবা অমত্তা য়াওদে। লুখমদা ককপা, নুপা শমকক ককপা, লেংবান্দা ককপা ঙাক্তনি। ঐতনি শম শাংলিবা হায়ববু। মী লোয়না খোংগ্রাও, শলৱার শেৎলি। ঐনা ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেৎলি, মী খুদিংমক ঐগী ফনেক্তুদা য়েংদবা য়াওদে। কোর্স লোয়শিনবা নুমিৎতুদা দিন্নর পার্টি অমা তৌখি। লোয়শিনবা ওইনা মাগী-মাগী অহৈবা ঈশৈ অমমম শক্লখি। ক্রিয়েটিভ লাইন অসিদা লৈবা মীওই ঙাক্তনিনা ফজ ফজবা ঈশৈ শুর তাল চানা শক্লরকই। ঐখোয় মনিপুরগী ওঝা রাজেন না *ঝনক-ঝনক পায়ল বাজে*... হায়বা ঈশৈদু ফনা ফজনা শকখি। ঈশৈগী অৱাংবা শরুক লাকপদা মানা খুদোনবী হেক্তা থাঙ্গৎখি। তারিবা ময়ামদুসু অদুমক ভাব তায়, মাগী খোঞ্জেলনা য়ৌনা লাওখৎপা ঙমদদুনা খুদোনবী ওইনা শিজিন্নবদুনা মথেল অমা ওইনা নুংঙাইখি। অদুবু ঐদি মায় শোনবদগী ঈশৈ শকলকখিদ্রে।

য়ুম হেক য়ৌবদা শমসে ককথৎলুরে। শম ককপীখিবী লৈশাবীদুনা ঐগী শমদু শম্বালদোং ওইনা শেম্লগে হায়দুনা পুল্লপ লৌহৌরে। য়ুম য়ৌরগা ইতোমতা মিংশেল মমাংদা ফমদুনা ইশানা ইশাবু য়েংজরম্মী। নহানমখে লৈজরম্বা ঐগী শক অদু পুম্মাং মাংখিদুনা অতোপ্পা মী অমগুম ইশানা ইশাবু উজখি। করি নুংগী কল্লুবনো হায়না অমুক খল্লকই। অমুকসু খল্লি, *সিনদুম ফরেদা, হৌজিক্তি ইয়াং য়াংলে। সম্পুসু য়াম্না তিংলরোই। মরু ওইনা হান্নদি কোক লুরুরগা শম কংবা য়াম্না ৱাবনি অদুবু তৌররোই।*

ইমানদি য়াম্না শাওখি '*মীনা শম শাংনবা কন্না হোৎনৈ অদুগা নঙনা ককথৎলিবদি করিগীনো, শম শাংবগী ফজবদো নখোয়দি খঙদ্রেনে।*'

ইমাসু খরা ঙাংলম্লগা অদুম তোকখ্রে। অমরোমদা নিংশিংলিবদি ঐগী নুং-পানগী শক্তম অমা হোংখিবদুনি। মদুমদি হান্না খলহৌদ্রে। মপানগী শক্তম্না কায়খ্রবশু ঐগী নুংগী ওইবা শরুকমখৈ কনানশু কায়হনবা ঙমদে। মতম চুপ্পদা ঐ অমুক্তং হিংখিগনি খনখি। করম্না হিংগদৌরিবনো করম্বা খুৎহিংনো হায়বদু ঐনা খংজে। ঐগী পুন্সি ঐগী অপাম্বা মওংদা হিংগনি। লাইবক্না নৌরিঙৈ মতমদা নোয়থৎপিখ্রবা ঐহাক্কি। অদুবু বিধিগা কর্ম্মগা কর্ম্মনা কল্লি হায়নৈ, য়েঙগে হায়না খল্লি।

কালেন থাবু ওইরবসু, নোংজু থাবু ওইরবসু সড়ক্কী মচি অমদা লেপ্পগা স্কুল ছুটি থারকপা নৎত্রগা কানরকপা মতমদা ইচা লাকপা ঙাইবা অদুগা ঙাইহাক্তং উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নবগী নুংঙাইবদুদি করি হায়না তমগনি, হায়ফম খঙদে। মখোয়দদি মদো ইহে হৈনদবা ওইনা তৌই। খঙদে, চৎলগে হায়দুনা হেক্তা চৎখি।

*- লাইরিক ফজনা পাওকো! অয়ুক্তা নুমিদাংগা চাং নাইনা লাইরিক পারবদি পরিক্ষা ফজনা পাস তৌগনি।*

*- হোয়-হোয় চৎলে।*

অসুম্না খুন্নম্লগা হোবে-হোবে চৎনবা হেক্তা হোৎনৈ। মখোয়গীদমক থওইনা থৌরাং তৌদুনা পুরকপা অচাপোৎ ময়োমদু শৎ লাওনা পীহৌই। ঐনা ইতৎ তক্তনা অসুম্না ঙায়বসিদা ইচা নুপা অহলনা নোংমদি অসুম্না হায়রম্মী,

*- ইমা! ঐবু ঙায়রমগনু, তাঞ্জা চাবদা নোংমা লাক্কে।... নঙনা 'সুম হায়না তৌরগা ৱা য়াম্না য়াম্নে। নঙগা উন্নবশু ৱারী শানগনু য়াম্না কন্না থিংই?*

ইচানা হায়রম্লিবদো ভাব তারে। অঙাংনিনা মরোল মরি শেংনা হায়রম্বা নত্তে, ঙুং-ঙুং ঙংলম্লগা মচৎখি। ইচাগী মশক মতৌদো লেপ্তুনা য়েংজহৌই। ইচাশিংদো নোংমা নোংমগী মপুং ফাজিল্লকই। ৱাংবসু ফনা য়াম্না ৱাংখৎলে। অনৌবা অশাগী ময়োল কয়া চোংখৎলকই। মখোয়গীদমক ঐহাক হিংবসি চুম্মী হায়না খনবা হৌরকই। মতম অদুদা (১৯৪০-৪৫) মনিপুরদা অনৌবা থৌদোক অমা থোকপা হৌরকখি। লমদম অসিগী অঙাংশিংনা ময়াই কাবা নিষা মখল অমা শিজিন্নবগী ৱাফমসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলি। নৌনা শিজিন্নরক্লিবা নিশা অদুগী মতাংদা অসুম্না ফাওবসু হায়নৈ,

*- অমুক্তংবু শিজিন্নরুরবদি নুমিৎ খুদিং শিজিন্নবগী হৈনবী অমা ওইরকই।*

*হেরোইন নম্বর ফোর* হায়বা নিষা অসিনা লমদম অসিগী অঙাং পুন্নমক তোরা তুনা মাংহল্লনি হায়বা ৱাফম কয়া কয়া ঙাংনরকই। ৱাখলসি তপথবা ঙমলক্তে। ইনাক কৈরাক খুনবা মচাশিংনা খরা খিৎ নম্না মসিগী নিষাসি শিজিন্নবা হৌরে হায়নবা পাউ মরোল মরোল তারকখি।

লৈকাইগী মচি মচিদা নহারোল শিংগী পাউ তাশিল্লকই। তশেংনা থৱায় ৱারকই, করম্নো ইচাদো অমনা চহি তরা মঙানি, অমনা তরাহুমদোই চঙলক্লবনি। চপ চানা ঙাওবা মতম হায়বদুনি। পাখৎতবা ঙমদদুনা মমান্নবা তিন্নবশিংদা হংবা হৌই। করিসু থোইদোকপা অকায়বা তৌদে অদুম মখুম্মকই। মশা উন্নরগা হকথেংননা উনিংলকই, হংনিংলকখি। অদুনা পাউ ওইনা থাই। *অরুবা ৱা লৈরে অমুক্তা লাকউ।* অদুবু পাক হেক লাকপা নত্তে। হপ্তা অমরোম লৈরগা নোংমা ফুং লাওনা ফাওরকই। মমান্নবা অনিগা, গিটর অমসু য়াওরকই। ৱা লান ঙাংনবা য়াদে হেক্তা খোংই। ঐগী পাউতাক তানবা মতম মঙোন্দা লৈতে। ৱারী শান্ননবা মতমসু লৈতে, ৱাখ্রেদা। মখোয় ময়াম চাননবা অচাপোৎশু লাংবিখি, চাগসু লোনবীখি। চৎলমদাইদা পৈশা খরা পীয়ু হায়রকখি।

'কৈদৌনবনো?'

মরমদি হায়য়ু য়াদে। লুপা কুনখক পীবনি, অদুবু য়াষ্খে পীয়ু হায়রে। নোংমা ফাদোক উনবদা করম্নসু য়াষ্খেদু পীরোই। শেল অদু পীখ্রগা ঐনা ফমুংদা মশেল মরাংবা ৱাখল ময়াম অমা খলহৌই। চাকসু চাবা য়াদ্রে, তুমথবসু ঙমদ্রে।

পুন্সিগী লেপ্তনা চেন্থবা ঈচেলসিনা পুবিদুনা মফম কয়াদা লেপলুরে য়েংলুরে। অৱা নুংঙাই কয়া থেংনৈ। ঙাইহাক ঙাইহাক কাওথোকই। ঙাংলুরি নোক্লুরি মপাঙ্গোংদা নুংঙাইবা শারুই। মীঙোন্দা লীবা ৱারীনা অমা, নুংদা লাইমন পুরিবনা অমা। মসি ওইরমাল্লে তাইবং লীচৎ হায়বদু। মপোকসিদি ঙক্লিংঙাইদি ওইবজাৎনি। মরমদি পুন্নমকশিদা খুৎ অমা য়াওরি। ঐখোয় ময়ামসিবু শান্নবীবা, নৎত্রগবু কদায়দগী অসুন্না থোক্কনি। ঐনা মীগা ৱারী শান্নবা মতমদা অশেংবা অমত্তা হায়দবা হৈনরে।

খঞ্জরুবা শাগৎচরুবা অশা ময়ামদুনা অমতা থোক্লদ্রে। অদুগা কদোমদগীনো খঙদনা নুংশিৎনা চেল্লকপা মরুগুম মফম চাদনা ময়োল হেক হেক চোংলে। অদুদি অসুম্না হায়রসিরা, *পুন্সি খুদিংমক পীক্কেরা চাওগেরা লাইনা থাবা ঙাক্তনি। মীওইবনা ফম্না য়াম্না কম্না হোৎনরবসু শম্না অমগী চাং লাম্থোকপা ঙমদে। শিরগদৌবা মীওই মপোক্কি, অহল ওইরগা নৎত্রগা লাইনা লাইথুং ময়ামসিনসু অদুমক পিখম্নহল্লি। শিদ্রিঙৈগী তেল্লবা মতম অমখক্তি নিংঙাইদনা করিসু খন্দনা হিংজবা য়াবনি। মসি ঈশ্বরনা পীরমদ্রিবা করিগীনো?*

ৱাখলসি অঙকপা ফংনা ৱাহল্লি। অপীকপদগী হৌরগা চাওর চাওরবা সমস্যা ময়াম অসিনা মীওইবগী মথক্তা অহিং নুংথিল নাইদনা হৈথবিরি। অৱাবা ময়াম অসিনা হেনমন্দুনা থুনা শিখিবনা খ্বায়দগী ফরবা মপোক ওইনরি। মসিগী ৱাহম্থোক অসি মী ওইরুবগী অৱাবদুনি। অমরোমদা মীনা তৌবা ঙমদবা লৈতে।

নিংববু কল্লবদি খুদিংমক ফংবা ঙম্মী। ঈশ্বর ফাওবা মীওইবনা তান্নরবদি ফংই হায়নরি। করিগুম্বা ৱাফম অসিনা চুম্বা তারবদি তাইবং মীবু ঈশ্বরনা হিরম কয়ামুক্তা কল্লকপা মাল্লি। নৎত্রবদি অসুম্না শাথিনা ৱাহনফম থোক্তবনি। ঋতু তরুক্না মালেমনসিদা অওক-অথোম শান্নররি। শকউদবা কনাগী লীলা অসিদসু তুমিন্না লোন্না হুসু হেক্তা হুল্লমই। অমরোমদা ঈশ্বরদি অমত্তনি শিবা ঙমদ্রবা মচৎ মতৌ হোংদবা ওইনা অদুম লৈনি হায়। কল্লকপগী মরম হায়বা তারবদি মসি শোয়দনা ওইফম থোকই।

খঙদ্রে, ঙসি ফাওবদা থেংন-থেংনরুবা মীওইবা খুদিংমক নুংঙাইবদি অমত্তা লৈরমদ্রে। লুরিবদি ৱায় নুংঙাইতে হায়জরবসু শিবদি কনাসু শিনিংদে। শিননবা খুৎলাই শাবগা শিদনবা হিদাক পুথোকপগা লমজেন তান্নরকপা মতমনি। অখঙ অহৈ ময়ামগী মান্নফম থোকপা ৱাখল পরিংসু মান্নরক্তে। মসিনি লুরিবসি লম্বীসি মখোয়না লমজিংলি অদুগা পরিংনা অমত্তা মান্নদবা। মীশি মীনা য়ামখৎলকপসি তশেংনা হায়রবদা পুন্সিদি মনুং-মপান অকোয়বদা হুগী হু ঙাক্তনি খঙবা ৱাৎলে হৈবা ৱাৎলবা হেক্তা তাশিনখিদুনা শেংজরবা আত্মা কয়াবু লান্নে। মসিদনি মীওইপোক

অসি ঈশ্বরনা কল্লকপা অমা য়াওরব্রা? হায়নিংলিবা অমদি নহারোল লাক্ল ফানবা ঙমদবা ওঝা-গুরু থওই উৎশিতে করিগীনো মরম খঙনিংলকই। মসিবু কৈদৌঙে ম রু হুনখিবনো খনবা হৌরকই।

*মচা পোকপা মরন্নাই, লৌউবা মচিঞ্জাক* হায়নবা অমা অহল লমন্না হেক হেক হায়নবা তারকখি। মদুগী ৱাহন্থোক অসি খংনবা হোৎনবদা *মচা পোকপা মরন্নাই* হায়বসিমদি হেক্তা কন্না য়ানিংই। ইচাগী অফ- ফত্ত ময়ামসি মমা অমা ওইনা ইরন্নাই তাবগুম তৌই। কনাদসু শিন্নফম-তাইনফম লৈতে। মতম খরা ইচাশিংবু মীরমদা থমম্লুবদু অশোয়বা খোঙথাংনি হায়না কাইনথংদা নিন্দা তৌবা হৌরকখি। হোয় চুম্মী মখোয় মখোয়না তল্লিবা পাড়াশিংদু নিংথিনা ঔরাইদুনা ফারমগনি। মরমদি পরিক্ষ্যা হেক হেক ঙম্মী। অদু নত্তবা মীওইবগী তঙাই ফদবা লীচৎ কয়া অমদি মখোয় কানথোকখ্রমাল্লে।

(৩)

ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা চৎলম্বা লোনচৎ, ইথক থোংবা ইচিল ইনাওশিংনা চৎলকপা শাজৎ কয়াসি নোংমা নোংমগী উবা ফংলকত্রে। ইমা-ইপাগী মিৎয়েংখাদা লৈরকপনা মখোয়না খুদোনবী থিনবা মায়কৈদা চৎপা অমদি ইমা ইপাদা নত্তনা অতৈ কৈরোই-লৈকাইগী অহল লনমশিংনা হায়বা য়াথং ফাওবদা হিকতোক্তনবা হোৎনরকখি। অদুগুম্বা লোনচৎ অদু ইচাশিংদদি মাঙখ্রবরা কদায়দা চেনখ্রে খঙহৌদ্রে। কুম ১৯৭০ দা পোকপা অঙাংশিংনা ১৯৮৪ দা চহিগী য়েংলুরবদি তরাগামঙাতনি হায়রক্লিবা। মতমসিগী মনুংদা মখোয়দা অঙকপা অহোংবা নুংশিৎ অমনা য়ৈখ্রমাল্লে। মপুন্সিগী অহৌবদা নোংচুপ্তগী নোংপোক তম্না শিৎলকপা নুংশিৎ অসিনা য়ৈবদা তঙায়ফদনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংদা হেক হেক থেংই। ঈশৈ জগোয়দগী হৌরগা চীঞ্জাকসু মখোয়গী মীগী মওং মতৌ তমনরে।

চুরুট, জারদা, খৈনি, য়ু থকপনা অঙাং নহারোলশিংগী খ্বায়দগী নুপা থোকপা লীচৎ ওইশিনখিবা খঙহৌদ্রে। ঈচেলসি অসুক্কী মতিক থুনা চেনথখ্রে। মোর্ফিন হেরোইন কাপ্পদি তুমিন তুমিন কাপ্পবনি। মসিবু থিংনবা সরকার অমদি প্রাইভেট

সেক্তরশিংগা পুন্না চৎমিন্নরি। সেক্তর অনিমক থিজিন হুমজিনবগী থবক্তা কাবক কাবক ওই অদুগা শেল তান্নবদা হেন্না পুক্লিং থিংজিল্লি। অদুনা নিশা অসি থিংবদা মতম য়াম্না লৌথিগদৌরি। ইচাগী লেংগা ওইবা নুপামচা ময়াম অমা শিবা ঐগী মীৎতা তোয়না উরে। ইশা ইথন্তগী অৱাবদু হুন্দোক্লগা নিশা অসিগী মরমদা খনবদা ৱারে।

*- ইমা পৈশা পীরো, ঐগী বার্থর্দেগী পোৎ লৈরুগে।*

*- করি পোৎনো?*

*- য়ুগা বিয়ারগা।*

ঐগী অঙকপা মতৌদু উরগা ইচানা

*- মী লোয়না থক্লে অদু য়াওদ্রবদি লৱায় তাগনি।*

ঐসু য়ানিংদনা অদুম শেলদু লাম্থোকখ্রে। পুক্লিংদদি খল্লি ঐগুম্না শেংনা শেংনা হায়দোপসিমদি ফৈ।

ওফিসতা ইমান্নবীশিংগা ৱারীসি সুম শানবদা *য়ু থকপদি য়াম্নবু ফরিবনি মানবু কয়াম্না থকপবু ঙমগনি। অমদুনি (নম্বর ফোর) য়াম্না ফৎত্রিবদি।* অঙাং কয়া অমা হাৎলক্লিবসি হৌজিক মতমদা মাননি। কনা কনাগুম্বনা অসুম্না ফাওবা হায়নবা য়াওখি। ইন্দিয়াগী নহারোলশিং লোয়শিন্নবা পাকিস্থাননা কোল ৱার তৌরকপনি। মসিগী পোৎ অসি ললোনবা কাংবু অমসু লৈ। মখোয়দুনা লুপা ক্রোর য়াম্না তান্নবা হোৎনরকপনিসু হায়। মহৈ মহৈ ৱারী তৌনরকই। মসি চারুবদগী শিখ্রবা নহা ময়াম অমা খুৎ থেক্লরকই, য়ামখ্রে। ফৎত্রবা নিষা অসিদগী কন্ননবা উপায়দি করিনো? অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু য়ু থকপা অঙাংনা ফরিবনি হায়বসিবু চুল্লিব্রা? ঐদি য়ানিংদে মরমদি অসুক নৌরিবা চহি কুনসু শুদ্রিবা মখোয়না য়ু থকপা কদায়দগী অফবা ওইগনি। য়ুগী দুকান্না মরোল অমা য়াম্না লৈরিবা। নোংমা ঐনা হংই,

*- অঙাং ওইনা য়ু থকপা ফত্তে, নঙনা মদু কদাইদগী লৈবগে?*

লৈফম মফমদু ইচা নুপা অহলনা ঐঙোন্দা তাকই। ঐ কৈদৌসিগে খল্লি। নুমিৎ খুদিংগী নৎত্রবসু ফেসন অমা ওইনা তৌরবদি হেবিট ওইরকপা য়াই। মচানা ফবা নৎত্রগা ফত্তবা হায়বসি তশেংনা মমাগী মরন্নাই তাবা ৱাফমনি। হিংলিবসি

মখোয়গীদমক্তা অদুগা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি হায়বা ৱাখল অসিনা মাং থাদুনা মানা তাকপা মফম অদুদা ঐ চৎলম্মী। দুকান্দু তশেংনা য়ু য়োনফম ওইনা তৌরমদে, অতৈ অতৈ পোৎ ময়ামসু য়োল্লম্মী। ঐনা,

- *অঙাং মচাদা য়ু য়োনবিরিবসিবু করিগীনো, মতুং মনাওদি তৌবিগনু।*
- *কনানা হায়রিনো ঐখোয় দুকান্দদি ওইরম্লোই।*
- *ঐগী ইচানুপানা হায়বনি থোংদা রং অশংবা তৈবসিদগী লৈরকই হায়।*
- *হৌজিক কালগী নুপীসিদি জাৎ-জাৎনিকো।*
- *য়োনবিগনু হায়রিসিনি, ঐদি থনা রিপোর্ট তৌরনি।*

হায়রগা মানা শাওবদি লায়রদনা য়াম্না উশিক্তনা নোকহৌই। অদুবু ঐদি ৱাফমদু হায়রম্লগা প্রপ-প্রপ লাকই। থম্মোয়দদি য়াম্না নুংঙাইত্রি। অঙাংনা য়ু থকপনা কৈদৌঙৈদসু অফবা ওইরোই। চহিনা কুনমঙা কুনথ্রা হায়দুনা নুপী অঙাং থিরবদি থক্কেসু থকচসনু। য়ু য়োনফমদি শৌগ্রি হৌদু মঙাইরে ময়াম অমা লৈরি। মদুগীসু মথক্তা ইম্ফালদা লৈরিবা চীংমীশিংগী খুলশিং অসিদসু য়ু শুংলি, য়োল্লি। হায়রুরগা মনাৎনি হায়রি। মসিনা করম তৌরগা থিংদৌবা!

মমৈথংদদি মীচাবোক অমুক ৱারকউদ্রবসু ইচা ৱারক্লগা লোয়রে হায়বসিদা পোপ তারকই। তোয়না তোয়না কৌরগা ৱারী শাবা হৌই। মখোয়দগী খঙলে মদুদি, মখোয় লোয়না ৱেষ্টর্নাইজ ওইরে। চীঞ্জাকসু ঙা চানিংদে মরু য়াম্না য়াওই হায়। মখোয়দা শানা খ্বায়দগী হাওবা চীঞ্জাক ওইরে। মখোয়গী অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিদা করিমত্তা থুগায়বা ঙম্লোইদৌরি। অদুবু মওং অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা হোৎনরগে খল্লে। মীনা হোৎনবগী মহৈদি খরদং ওইরবসু ফংফম থোকই। মসিদা ঐগী থাজবা লৈ।

নুপীনা চহি কুনথ্রাদগী খরা হায়গৎলবদি মমা ওইবগী পোৎলুমসে খংলুম লুমশিল্লকই। থেংন-থেংনরুবা ইমান্নবী পুন্নমক মৱা মপুরোইবশিংগী কম্মেন্ট তৌরম্বদো চাং য়াম্না হম্বখ্রে। যুগ অসি অঙাংনা চাওরকপদা মমাশিংনা ৱাবা খম থেংলে হায়বা খঙলে। নিষা পাক্তরুনা চানরকপা অসিদা, নোংমা নোংমগী ইনখৎলকপা

পাখং মচা শিবগী চাং হেনগৎলকপা অমদি য়ুমদগী থোকখ্রগা হঞ্জিল্লক্কবা কয়া অসিনা ঐহাকসু ইশাগী অৱাবা কয়া কাওথোকখ্রে। করিনো তৌগদবা খন্দুনতা লৈখি।

অমুক্তা থেংনরকত্রিবা পুমনৌ নৌবা অৱাবা মখল অমনি। মীরোল অমা পাক্তক্লনা উনা-উনা মাংশিল্লক্লি, মিৎমাংমক্তদা। মমা মপানা মচাশিংবু অসিগুম্বা ফিভমসিদগী কন্ননবা মপাল্লোমদা থাদোক্লবসু মদুনা হেন্নদুম মাঙজবা কয়া ইমিৎতা উরকখি। তনৌ তনৌরিবা ইনখৎলক্লিবা নহাশিংনা ইচম চন্না চাংয়েং পামজরুব্দগী অশিবগী খয়াত্তা তাশিল্লকপসি উবদা কয়াগী মতিক নুংঙাইতবা। মরকসিদা ইরৈবাক্কীদমক চোংথোরক্লবা অঙাং নহা কয়াগী মোংফমনা পরেং পরেং লেংদুনা লৈরে, '*চৎলে ঐদি নখোয়গী তুংগীদমক*' অসুন্না ইরম্বা থেঙনৈ। ঐ করিমত্তা খঙ্বা ঙমদে। অদুবু মমাশিংগীদমক খল্লুবদা থম্মোয়দা তিং তিং লাওই। মমাগী মফমদা মচাশিংগী মমল লৈতে, থৱায়গী মমলবু কনানা লেপ্পক্লিবা। মমাগী মমিৎতদি মচাশিং অঙাং নৱা ঙাক্তনি। নৌরিবা মখোয়গী মচিন্দগী নৈননিংঙাই ওইরবা অচুম্বা কয়ামা য়াওরবা ৱাহৈ ৱাতা ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়গী মতুংদা অশিবনা কোইনা ইন্নরিবদু করিসু থৌশাদে। চাওখ্রবা সমুদ্র ঈপাক্তা শন্না মফৈ অমতনি ঐখোয়গী লমসি। নিংতম্বগী ফিরাল হায়বদো কৈদৌঙে উবা ফংগনি খঙদে। অদুবু অশিবশিংগী মোংফমদা য়ুংবা ফিরালদি লেপ্তনা অদুম হায়দুনা লৈরে। মমাশিংনা কয়া ৱানরিবা কপ্লি তেংথানরি।

*'ইচাদো ইমা চাক চাগে' হায়দুনা ফম্বতা মঙাইরি, মনিংথোংদগী সিফায়না চংলক্লগা সুমাংদা হাৎপীরম্লে। মমাদু মশক্তু য়েংবায়াদ্রে। শিদে হায়বা মমিং অদুতনি মী ওইনা লৌখৎপা য়াবা নৎত্রে।* শিগগুম্বা পাউ ঙাক্তা তারকই, ঐ কৈনোমা তৌরকই। তুংগী অশা ওইরিবা নৌরিবা ইচা ঙাক্তনিকো, খুৎতা কলম পায়দুনা ঐনা অইবীনি হায়রগা করিমত্তা ইদবগুম ফাওরকই। রেডিও লীলা মতম খরা লেপখিগে, সমাজ অসিগী ফিভম পুন্না অমুক্তং ইগে খল্লি। খিত্তং শাফরিবদি ঐখোয়গী ইমুংদা অঙাংশিংসে পৈশা পাম্বগী কারবারগী ৱারী কন্না শান্নরক্লিবা অদুনি। মখোয়দা মহৈ

মশিং তম্বগী অপাম্বদু লৈতবদু থৱায়দি নুংঙাইতে, ঙাংলুরবসু ইতা তাদে। ঐগী মচিং অমা লৈবদু পুথোক্লগা বি এ তম্নবা হোৎনখি। উচিন নাচিন্না গ্রেজুয়েট ফাওবদি ওইহৌরে।

মিং চল্লুবতনি মখোয় লাইরিক পাবগী ৱাদি পনবা য়াদ্রে। মসিনি ঙক্লিবসি কুম ১৯৭০ দা পোকপা মখোয়গা ঐখোয়গী পরেং অমগা খেন্নরিবসি চহিদদি কুনগী লৈই অমতনি। মসি পংশাং শাংবা লৈইদি নত্তে অদুবু খেন্নবগী চাংদি য়াম্না ৱাংই। লীচৎ শাজৎ ৱাখল হৈনবী পুমহোং হোংখ্রে। নুপী নুপা কোয়নবা লভ এফিয়ার থম্বদা মকা ফোংবা, মীয়ামদা সো তৌবা, কা হেন্না নক্লবা অমদি ইকাইনদবা চৎনবী ওইরে। চৎনবী অসিগী মরুমদা অৱাবা ময়াম পুরক্কনি হায়রবসু থৌশাদে। মসিদি মতমগী নুংশিৎনি হায়নৈ সিনেমা, ইলেকট্রোনিক মেদিয়ানা হিরমসিদা মখোয়গী লমজিং গুরুনি।

য়ুমদা লৈশাবী লাকপা নোংমতা লেপতে। ঐ কৈসু হায়দে, অদুম লেকই, করি হায়রুনি হায়ফম খঙদে। তুমিন্না মখোয়না করি ৱারী শান্নরিবনো তানিংই। তানবা হোৎনৈ। করিসু অরুবা য়াওদে পংলাং লাংবনি অদুবুদি অঙাংনিদনা। মরকসিদা ঐগী 'লৈমন চল্লবী' হায়না কৌবা রেডিও প্লে অদু দুরদর্শন গুৱাহাটিগা সেরিয়েল নম্বা য়ারে হায়বা চিঠি অমা লাকই। পুক্লিং মরাং মরাং লাংই, ইবা হৌরম্বা ৱারী মচা ময়ামদু পেন্দিং থমখ্রে। হৈরাংলিঙৈদা য়ুরাংবা হায়বদুমক হেক থোক্লরে। ইবগী ময়ায়দু ফিল্মগী ময়ায়না নমহৎপীখ্রে।

সরকারগী থবক মচা অমসু তৌরি। অদুনা দিরেক্টর তামো নোরেন্না নোংমসু থিনা চৈ, *'নঙবু ওফিস চাংনা নাইনা কারকউনে, এসিষ্টেন্ট এদিটর সেকেন্দ ক্লাস গেজেট্রেদ ওইরে, মথং চহিদদি ইদিটর ওইনা ওল্লগনি খংলব্রা? এদিটরদি এম সি এ কেদরনি। নরায়বক ফরবদি আ য়ৌনা কাগদৌবনি।'*

মানা অমুক মখা তানা হায়রকখি, *'নঙনে থবক কাদ্রবদি, নঙগী তলপ সোয় তৌরোই হায়বসিনিকো!'* ৱা অসি অসি ঐনা তরাইনা লৌদে। অদু ওইরবশু ঐ আর্ট পামজবী ওইবনা সরকারগী থবক অরায়বনি খনখি।

সোমদনা হায়জিল্লুরবা দিরেক্তর অমদি আর্টিষ্ট ময়ান্না ঐবু ঙায়দুনা লৈরম্মী। ঐগী আর্টিষ্টশিংগা ঐগা লৈনবা মরিসি য়াম্না নৌই। ঐ হেক উরগা মখোয়না শাওরম্বা লাংতক্লরম্বসু হু হেক্তা হুম্বুখি। মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা ৱারী লৈ, মখোয়না লীবনি। আর্টিষ্টশিংদি ওইনা চাওই, শাওগনবসু নত্তে, ফেৎ লাওগল্লি হায়বদুনি। অকে অমৌ, অৱাবা খাংবা, লায়রবা তান্নবা হায়বসি মখোয়গীদি হৈনবীনি। মখোয়গা লোয়নবদা হেনফদ্রবা হিংনবা হোৎনবা পুন্সিগী মশক্তা তত্তনা ময়াই কাজবা ফংবদু ঐনা উরকই। অশেংবা মীওইবা অমগী শক্তিনা মীওইবা কয়াগী মশক মতৌ, ৱাখল পান্দম লাকপা হায়বসি তরাইবা থবক নত্তে। অদুগা মসি আর্টিষ্টশিংনা ইরাই লায়না ঙম্মী। পীথোরকপা নৎত্রবদি ফনা য়াম্না হোৎনরবসু মানবা ৱাৎলি। অদুবু মখোয় লোয়না ইমোসন অমদা তোংই হায়বসি চুম্মী।

মতম কয়ামা ইশানা ইশাবু খঙজরমদবদু মখোয় উরগা ঐনা ঐবু খঙজরে। দিরেক্তরনা তলব সহি তৌরোই হায়খিবা ৱাফমদুনা ঐবু থবক্তগী পোত্থাহন্নিংই হায়বনি। মদুমক্তনা ঐ ইশানা ভলুন্টরি রিটয়ারমেন্ট তৌজরগে হায়না ইখি। মদুদা ময়ান্না ঐবু অঙাওবীনি হায়নখি। মী পুন্নমক থবক অমতং তৌজগে হায়দুনা মন্ত্রিদা লুপা লাক্ষ তরা পীনবা মতমদুদা মমল অদুক য়াম্বা থবক্তু করিগী থাদোক্কনি। ফংলিবা তলব অদুগী মতিক থোকপা থবক শুবা তাবনি। ইথক থোংবা ওফিসারনা অচুম্বা ৱাফমদা চৈরক-ঙাংলকপা হায়বসি শেমদোক্লবগী তাঞ্জা পীরকপনি। মসিদা শেমদোকহৌদ্রবদি তশেংনা মরাল লৈবা মী ওইরক্কনি। অদুবু থবক তোকপা হায়বসিদা ঐদি চপ য়ুংনা লেপখ্রে।

সরকারগী থবক তোকথোক্লগা ইশানা খোয়দাবা থবক কয়া নিং-খা তন্না পাঙথোকপা ঙমগনি হায়না মতমদুদা চপ য়ুংনা থাজখি। তশেংনমক মদুগী তুংদা মীখা পোন্দবা পুন্সিগী নুঙায়বা ফংজরে হায়বা য়াই। তৌবতদি থবক চিনবা অমদি কোক শাবদি হান্নদগী শরুক চাম্মা হেনগৎলকখি। অততাই ওইবা দায়ত্ব ময়াম'মা ইকোক্তা ইথস্তা পুজরে। মসিনি নিংতম্বগী মশক হায়বদো।

নিংতম্লবনি হায়দুনা থবক করিমক্তসু তৌদনা ফমদুনা লৈথোকপদি য়াবা নত্তে। মদুদি নিংতম্বা নত্তে খল্লি। পুন্সি হায়বসিদি থবকনি। থবক শুবা তাবনি। ঐঙোন্দা

থবকসি পংচিন্দা চিনখৎলকই। দি দি কে গুব্রাহাটিগীদমক নমগদবা সেরিয়েল অদু অকক্লবা মতম অমা পীবনিনা ব্রারবসু ব্রানা ঐগী ব্রারীমচা 'লৈমন চল্লবী' দগী শেমদোকপা সেরিয়েলসু মতম চানা লোয়শিন্দুনা থাগৎখি। মদুনা অরোইবা নত্তে, সেল্যুলোইদ ফিল্ম মখা তানা খরা নমথরগা শাংদোক্লে। মদুদনি অহানবা ওইনা ফিচর ফিল্ম পুথোক্লবা হোৎনখিবা। *চিংলেনসনা* মিংথোনবা ফিচর ফিল্ম অদু পুথোক্লবা হোৎনবা অদুসু অকনবা থবক অমা ওইখি।

সেল্যুলোইদ ফিল্ম পুথোকপসি অরায়বা থবক অমদি ওইরমদ্রে হায়বা তপ্পা তপ্পা খঙলকখি। মদুগীদমক তঙায় ফদনা কলকটা (হৌজিক্কী কোলকোটা) গা বোম্বেগদা তোয়না চৎপা তাখি। অসুম্না ঐগী চিংলেন্সনা লোয়শিন্নবা হোৎনদু মতাংদুদদি অচৌবা থবক অমা হায়বদু ঐঙোন্দদি ওইখি।

শেল চংবসি কলকটাদদি খরা শাফে। মফম অদুদনা চান থক্লবসু খরা খিৎ হোংই। অদুবু ফাইনেল ইদিটিং অদুদি বোম্বেদা লোয়শিল্লবদি ফজগনি হায়দুনা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিং, ডাইরেক্তর নচিংবা ময়াম অদুনা মত অমত্রা ওইনা লেপ্পরকখি। ফজববু পামলোইদবা কনানো, ঐশু মদুনা খরা ফরদ্রা হায়দুনা বোম্বে য়ৌখি। বোম্বে নৎত্রগা বোল্লিবুদ হায়না কৌনরবা লম অদুগী তোঙানবা ষ্টেন্দর নৎত্রগা চৎন-লোনচৎ অমা ফিল্মগী তাইবংদুদা লৈরম্বদু হকথেংননা উরব্বা মতম অদুদদি ব্রাখলসি লময়ায়দা চপ হেক লেপ্পগুম্বা অমা তৌরকখি। অদুবু চংশিনলুরবনিনা হনদুনা চেনবদি য়াবা নত্তে হায়বা খোঙফম অসিমদি চেৎনা অদুম মরেপখি। অদুনবু চংশিল্লুরবা খোঙজং অদু মায় পাক্লবা হোৎনবা হায়বদু ঐগীদি তঙায়ফদ্রবা ইথৌদাং অমা ওইরে। কলকটা লেবরেটরিগী পীথোকফম থোকপা বিলনচিংবা ঙম্না পীখ্রবা মতুংদা খরখক্তনি খুৎতা পায়হৌরিবা শেনফমদি। মদুনা চাবা থকপনচিংবা ময়ামদুগীদমক কান্টিনগী বিলশু শিংদোক্লে। কলকটাদদি চাসু হোংই, অমদা লুপা অমতং পী। তৌবতবু গ্লাসতু খজিক্তং পীকই, থনবসু ব্রাৎলি। অদু ওইরবসু পুক্লিংসিদা চা অমা থকখি হায়বগী ব্রাখল অদুনা অদুম নুংঙাইবদি মপিখি। মদু পুম্বা বোম্বেদদি পুন্নমক ওন্ন-তৈনৈ।

ঐখোয়না বোম্বে (ঙসিগী মুম্বাই) দা হেক থুংলুবা নুমিৎ অদুদা ঐগী ইমৌ নুপী নন্দিনিনা

*- নেনে বোম্বেদদি নোংমদা কা অমদা লুপা লিশিং অমনা অতোনবনি। অদুগা ফিল্মগী মীনা লৈনবসি নোংমদা লিশিং মঙাদগী লিশিং তরা ফাওবা তাবা কাদা লৈনৈ হায়রি।*

*- হৈ নঙ মীঙোন্দা ঐখোয় ফিল্মগী লাকপনি সুকহায় হায়রুনু।*

ঐগী ইতিং তিংনা খুমখিবা পাউখুম অদুদা মানা মমিৎতু অৰেবমখৈ লাওথোক্লগা ঐঙোন্দা য়েংলকপদু ঐনা উখি, অদুবু খংশিন্নদে। মতাংদো ঐদি ৱাকা অমত্তা ঙাংনিংখিদ্রে। কোক অসি ৱাখল খনবদা খনফম খঙদবা হায়বদু ওইরে।

ভিক্তোরিয়া টর্মিনেলদুদা ঙাইহাক ফম্লগা অহানবা ওইনা এন এফ দি সি দা খংনবা মী অমা লৈখিবদু নিংশিংলকখি। মাগী মমিং নারায়ন কৌবনি। মহাক হান্না উনবনা ফৱগনি খনখি। টেক্সি অমা ফাদুনা তোংলগা মহাক উনবা চৎখিবদো পুক্লিংদি কয়া লুমখিদে। অদু ওইরবসু মহাক্না হান্ননা ঐগীদমক অফবা ষ্টুদিও অমদি অফবা ইর্দিটরদি পীগে হায়দুনা টেলিফোন্দা হান্নবুদি হায়নরবনি।

উচিন নাচিন্না মহাক উনরে। ৱারী ৱাতাই য়াম্না ফজনা শান্নে। চা-কফি পীথকই। খ্বায়দগী লুরিবদি মানসু ঐবু ফিল্ম প্রদ্যুসর অমা ওইনা ব্যবহার অদুম তৌরি। মাহাক্কা অসুম ৱারী শানবদা খঙলকখি, বোল্লিবুদতা ফিল্ম নম্বসি অহানবদা লুপা ক্রোর নিফু-য়াঙ্খেদি পুথোক্লবা ঙাক্তনি। অদুগী মতুংদা মখাদি প্রদ্যুসর অদুগী মরাইবক্তসু খরা লৈরে। অদুবু ৱারী মরক থৎনা ঐনা মঙোন্দা অসিমদি হায়খি, *ঐখোয়গীদি রিজনেল ফিল্মনি। শেল য়াম্না চংহনবা কান্নদে। ঐখোয়গী অপিকপা পোপ্যুলেসননি। অদুগীশু মথক্তা ফিল্ম নম্বগী ইক্যুইপমেন্ট মরাং কায়না ফংদ্রি।*

হায়ফম খঙদনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। মদুদা মাসু *য়েস* হায়রগা তুমিন নোঙ্গদুনা লৈখি। মতুংদা মহাক্না বোম্বেদা ঐগী খংনবা কনা কনা লৈবগে হংলকখি। ঐগী টেলিফোন দাইরিদা ইপ্পা নুপা নবচন্দ্রগী কাদা নোংমা খংনখিবা *পদ্মা আচারিয়া*গী ফোন নম্বর য়াওরম্মী। মহাক বোম্বেদা শক্লাইবা মী অমনি। খুদক্কুদা ফোন তৌবদা

ফংলে। মতমদুদা মহাক বি জে পি গী *নোর্থ ইষ্ট ইন চার্জ* ওইরি। অদুবু তাঞ্জাদুদদি মহাক বোম্বেদা লৈরমদ্রে। অদুবু হায়নিংবা হায়রকউ অঙম্বা মতেং *পাংগে* হায়রকখি। মদু তাবদা নুংঙাইবিনা অমুক লৱাই শাৎখ্রে। মঙোন্দা ঐখোয়না লৈফমগী অৱাবনচিংবা খরা হায়রুবদগী মা য়াম্না থুনা ভাব তাখ্রে। তাফমসু থোকই। মরমদি মহাক মনিপুরদা তোয়না লাকপা নুপানি। ৱারী শান্নরবা মতুংদা *এন এফ দি সি গী গেট অদুদা অদুম ফমদুনা লৈয়ু। মী অমা থারক্কে। মহাক্না লোয়নমক শিনগনি* হায়রকখি।

ৱাদুদা নুংঙাইনমখ্রদুনা ঐগী ইপ্পা নুপা নবচন্দ্রদা ঐনা পার্টি য়াওই হায়না চৈখিবা ময়ামদু শোয়রমাক্লে হায়না খনবা হৌরক্লে। মতম অমদা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টতা বি জে পি দি অমখক্তমক কারি। মতমদু কুম ১৯৪০ অদ্বাইনি। পি বি আচারিয়ানা মাবু মধুমঙ্গোলগী মখাদা সেক্রেটরি হাপখিবনি। পৈশা থোক্লবা থবক অমত্তা তৌদনা বি জে পি গী সেক্রেটরি করিগী ওইবনো হায়না মরৈ য়াম্না য়েৎনখি। মাসু মরৈদি য়াম্না ফবনিনা য়েৎনবসু ৱাই। মানা হায়খি,

- *হৌজিক কান্নদ্রবসু তুংদা য়াম্না কানন্নরক্কনি।*

মানা হায়বদু য়াম্না চুম্লম্মী হায়না পুক্লিংদা ফাওরকই। ৱাখল খল্লিঙৈদা পি বি অচারিয়ানা থারকপা নুপাদু ইমাংদা চপ লেপলরে।

- নমসকার, অপ লোগ মনিপুরসে'?

কয়াদি নুংঙাইরে, নুপাদু য়েংবদা সিঙ্গর ওইবা মীওই মাল্লি। মশা নোয় ৱাং-চাওই। ফৈজোম শেৎলি য়াম্না নানবদি নত্তে। অদু ওইরবসু মিৎয়েংদু থৌই। চিং লেম্মী। মহাক্না ঐখোয়বু পুদুনা চৎলে। খরা চৎলগা অচৌবা বিল্ডিং অমদা অমুক চঙলে। বিল্ডিং অদু মমায়দা *ভারটিয়া জনটা পার্টি* হায়না চাওনা থারম্মী। ঐসু ভাব খরা তায়। মহাক চঙখ্রে। ঐখোয় প্লাষ্টিক্কী চিয়ারদা ফম্লি।

মিনিট তরারোম লৈরগা অমুক কা অমদা কৌশিল্লে। সোফা থাবা কা অমদা কৌশিন্দুনা অমুক ফংহল্লে। অদুগা চা, বরফি, লদুনচিংবা চানবা য়াম্না পুথোরক্লে। ফিল্ম প্রদ্যুসর অমা লাক্লি হায়না তম্নুরমাক্লে। ঐ ইপাদুম পাখৎলে। বোম্বে হায়বা মফম অদুদা ঐবু ফিল্ম প্রদ্যুসর ওইনা শক তাকপদা ইশানা ইকাইজবা অমা

ফাওরক্লিবসি করিগীনো? করিদি উপাই লৈরি, প্রদ্যুসরবু প্রদ্যুসর হায়বনি। ঙাইহাক লৈরগা ঈশিং অমদি হৈ-রা পুথোরকই। মখোয়গী মীশিংদু শেবাদি য়াম্না ফৈ। অমুকসু খল্লি মনিপুরগী সেক্রেটরি অমগী মচে লাকই হায়দুনা ৱেলকম তৌবসু ওইরম্বা য়াই। ফরে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু য়াম্না ফরে।

ঐখোয়বু পুরকপা নুপাদু মখুৎতা চে পায়দুনা অমুক থোরক্লে। ঐগী বেগ অদু মানা তাপ পায়রগা মাং থাদুনা চৎপা হৌরে। ঐখোয় অহুমসু মাগী মতুং তবি তবি ইন্নজে। চাওরবা গেষ্ট হাউস অমদা চঙলগা মহাক্না পুরকপা চেদু উৎলগা অহাংবা কা কোয়থি থিদুনা কা অনি পীরম্লগা মহাক চৎখ্রে। গেষ্ট হাউসতু য়াম্না চাওই। মফমদুদা গাড়ী য়াম্না লৈ, মীসু য়াম্না লৈরম্মী। মখোয়শিংদু অচৌ অশাং ভি আই পি ঙাক্তা ওইনা তৌই। মরমদি মখোয়গা লোয়নবা ফিজমদি শেৎপা সেক্যুরিটি গার্দশিং অদু নোংমৈ ফোংনা ফোংনা পায়দুনা চৎলি। মতুংদদি খঙলে মফমসিদা এম এল এ শিংসু লৈবা য়াওই। কা মনুংদা টেলিফোন ফ্রি ফংই। চা নুংদগী করিদগী চাক ফাওবা ফংবা কান্টিনসু লৈরম্মী।

পি বি আচারিয়ানা পুন্সিগী কাওঙম্লরোইদবা মতেং পাংবীরে। ঐদি অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী পোলিটিকেল ফাউন্দেসন য়াওরক্তবনা রাজনিতি করিনো খঙদে, পামসু পাম্লক্তে, পুক্লিংদা মদুগী বোম্বেগী খোঙচৎ অদুনা রাজনিতিগী ৱাখল খরা খনবা হৌই। দিনদয়াল না ইবা ইন্টিগ্রেল হ্যুমেনিজম হায়বা লাইরিক অদু লৈরগা পায়। ফজ ফজবা য়াওরম্মী। রাজনিতি তৌবা তারবদি পৱার পায়রবসু পায়দ্রবসু লৈবাক্কীতা অদুম খন্দুনা লৈবা নিতি নিয়ম অমা বি জে পি দা উবা ফংই। চহি য়াম্খৈ ওপোজিসন বেঞ্চতা ফম্লবসু লৈবাক্কী খঞ্জবা, রুলিং পার্টিদুনা অশোয়বা তৌবা খুদিং চীংথোকপা ঙম্বা ওপ্পোজিসন অদু খ্বায়দগী ফবা রাজনিতিগী খোঙথাংনি।

থম্মোয়সিদা ইহান হানবা ওইনা বি জে পি পার্টি য়ানিং য়ানিং তৌরকই। অতৈ লাইরিক খরসু পারে। মী অমা ওইনা হিংবদা থবক খরা তৌগে হায়রবদি মী খরসু শঙ্গ-পঙ্গ তৌবা তাই।

বোম্বেদা হিরম খুদিংমক্তা সীষ্টেমিক ওইবদু উবদা কল্লকপা ফাওই। অদুবু ঐগী ফিল্মদু ইদিট তৌবা হৌরকপদগী মখোয় লোয়নমক্লা এক্টিংগী রেঞ্জদা লৈরিবা

আর্টিষ্টশিংগী ফজবদু শিংথানবা হৌরকই। মনিপুরী সিনেমাদি ঐগী ফিল্ম 'চিংলেঙ্গনা' রিলিজ তৌবা মতমদা চপ চানা চহি কুনতরুক মপুং ফাজরে। চহি কুনতরুক হায়বসি মীওইবগী চহি মতাংদদি পাখং ফাবা মতমনি।

পাখং ফারকপা মতম হায়বসি তৌনিংবদি য়াম্না লৈরগা শেল লৈতদুনা ককঙাওনবা মতমনি। অদুগসু চহি চনি শুগদৌরবা ইন্দিয়ান সিনেমা মেনষ্ট্রিম অসিগা লম্বা তৌনবা হোৎনরি। চৎলমদাইদা গেষ্ট হাউস অদুগী পৈশা পীনবা হায়রকপদা

- *শেল থনমগনু মরমদি আচারিয়ানা হায়রকপনি।*

মখোয়গী মরক্তা চৎনরিবা দিসিপ্লিন, চৎন-লোনচৎনচিংবা অদু য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মীওইবগী মরক্তা খংবা উবগী থবক অসিসু য়াম্না কুপশিল্লকই। মদুনি ঐনা নুংঙাইবসি নৎত্রগা পার্টি ওর্গনাইজেসন হায়বদুগী চৎনবীরা ? পার্টিগী চৎনবীসি ঐ নহানমখে তশেংনা শুকখঙ হেক খঙলমদবনি। অসুম্না মীনা মীবু মতেং পাংনবা তারবদি পোলিটিকেল পার্টিদা য়াওরবসু করিসু কায়দে খল্লকখি।

য়ুমদা হেক থোরকপদা ঐগী অমতং পোকচবী ইচানুপীদো শিলোংদগী থোরক্লে হায়বা পাউ তারে। *করিগীনো পরিক্ষ্যাসু তৌদ্রিঙৈদা!* পুক্লিংসে অমুক লাংতক্লবা হৌরে। লৈফম চাফম খংজিল্লকত্রে। পুং মরি মখায়দা য়ুমদা থুংবনি। চানিং থক্লিংবা লোয়না কাওখ্রে। মহাক্কী ৱাখলদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা হৌরে। নুমিৎতং তারবদি চৎলগা উন্নরুগে খল্লি। লৈকাইগী য়ুম অমদা চঙলগা কৌথোক্লুগে হায়দুনা শেম শারে। য়ুমদা লৈবা ঙমদদুনা কৈশামথোং খুলদা মাগী মমান্নবী কবুই নিঙোল *অচুমাই* কৌবী অমসু শিলোংদা লৈবনি, মখোয়গী য়ুমদা চৎলগা হংলুই। অচুমাইনা হায়রকই,

- *ওঝা অমনা ঐখোয় মনিপুরী নুপীমচা মরিদা পংফুদা ফুবদগী ছুটি লৌদুনা থোক্লকপনি।*

অদুবু ঐনা মমাদা কন্না চপ্তুনা হংবদা লাংবগী মখুৎবাক্তা চৈ তরা তরা কনবা ওইরম্মী। মখোয়দগী থোক্লক্লগা চুমদ্রিং ইচা উন্ননিংদুনা মখোয়রোমদা রিক্সা অমা তোংলগা চৎলম্মী। নুমিদাং অমম্বা অদুদা ঐবু কনানসু খংদে। সন্ধ্যা মতুংগী অমম্বা মরক অদুদা মখোয়গী য়ুম মপাদুদা ঙাইহাক ঙাইরুই। থোং লোইনা লোনশিনখ্রে।

মখোল মৱা অমত্তা তাবা ফংদ্রে। লৈকাইগী নুপী অমদা নোং হেক ঙানবগা লাকহন্নবীয়ু হায়রম্লগা রিক্সাদুদা হল্লকই। মিৎতগী পিনা খম্বা নাইদনা শিন্থরকই। তৈথোক তৈথোক্লগা হেন্না হেন্না তারকই। পাপ ময়াম'মা পুনশিল্লগা নুপী হায়বসি শাই হায়বা ৱাহৈদু চুম্লম্বা তাই। *ঐবু করি পাপ তৌরবগে!* ঐ খঙদে।

নুমিত্তুগী অহিংদু ঐ তুম্ফম খঙদনা নোং ঙানবা ঙাইখি। উচিন নাচিন্না ইচাদো য়ৌরক্লে। ঐনা পাবদা থা তরুক শুখ্রে মহাক্কী মশক উরক্তবা। তেনখ্রবা মতমনি অদুবু ঐঙোন্দদি অদুক্কী মতিক শাংনা থোকই। মশক্তু হন্দক্লা অমুক্কা হেন্না ফজথোকপগুম খল্লি। চাওবসু খংহেন হেনগৎলম্লে। কুচু কুমেন্না ঙাংলৈননা ঙৌরিবা, ঐগুম্বা থিখ্রবা নুপী অমনবু অসুন্না ফজবা ইচা ফংবসিদা কয়াদা হরাওখিবা। ইচাদো চেৎনা কোঞ্জে। মখুৎ মশা, খুজিন, মনাকোং মনুংদা মুন্না য়েংই। অমোৎ অকায় উফুল চংৱা য়েংবনি। ৱাকা অমত্তা হংনিংদে। অদুম য়েংদুনা লৈনিংই। মানা ঙাংথোরকপা ৱাহে খুদিং তাবদা নুংঙাই। মখোয়গী স্কুল অদু মানা য়াম্না ফৎত্রে, এঙ্গাংসু হাওতে, শা থোংবসু শরূগী শরূ ঙাক্তনি, হৱায় থোংবসু মহী ঙাক্তনি হায়বনচিংবা কয়ামা ঙাংই। ঐনসু খল্লি, নুপীগা ওইবসিদা সিদা সুম তমহল্লগে।

*- অদুদি নঙ নিরমালা বাস স্কুলদা ওইনা তম্লগেরা?*

*- সিদদি মৈতৈলোন য়াওই হায়, ঐদি মৈতৈলোন হৈতে, মখোয়গী ক্লাস ফাইবকী মৈতৈলোন্দু য়াম্না লুই।*

*- অদুদি কৈসু খল্লুনু, মপি লাইরিক অমা লৈরগা নুমিৎ নিনিদা হৈজনি। ঐদি মৈতৈলোনগী অফবা ওঝানি।*

নুমিত্তো ইমা ইচা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা, কাওবা শুকঙম ঙমদে। মখোয় শিলোংগী নুপীমচাশিংনা ৱেষ্টর্ন সোং য়াম্না শকই হায়, মাসু ঈশৈ য়াম্না হৈরম্লে। ইচানা শক্কে তাও হায়রগা ঈশৈ মথং মথং শকখি। ঈশৈ অমদি ঐগী থম্মোয় কায়হনখ্রে,

*My father is drunker*
*My mother is death*
*I am all alone*
*No place to keep my hand.*

মদু হেক তাবদা ইশাসি খংশোন শোষ্ণখি। তপ্পা ফমুংদা ঙাথরগা খাংখি। মাদি অঙাংনিনা করিসু খঙদে, ঈশৈসু অদুম শক্তি। ঐগী থম্মোয়না মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খিবা মাল্লি, থবাক্তা চিক চিক লাওনা মনুংদগী অনাবা অমা ফাওরকই

*- নঙনা ঈশৈদু কনাদগী তম্বগে?*

*- মেরিলাইন না শকই।*

*- কনা হায়বা?*

*- মিজোরামদগী ঐগী ইমান্নবীনি। ফজব্রা মমা নঙ পান্না?*

করি হায়না পাউখুম পীগনি। লুরবা তাঞ্জা অমনি। মিৎতা ঈরা চেল্লক্লিবসি থিংজিন্নবা কন্না হোৎনরিবনি। মানদি ইচম চম্না হংলকপা ব্রাফন্নি। পাউখুম অমা পীদবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। তুমিন্না লৈথোক্লবদি মানা করি খনখিগনি। মাগীদি ফজরে হায়দুনা শক্লগা ঐবু তাহল্লিবনি। নুমিৎ অদুদা নাখিবা থম্মোয়গী চৈনাখোলদু হৌজিকসু অদুমক কোকত্রি।

*'ঈশৈবুদি ফজৈয়ে . . .'* হায়রগা পাম্বা পামদবগী ব্রাহং অদুমদি ঐনা পুল্লপ নমশিনখি। নুমিৎতো ঐগী খ্বায়দগী ব্রাবা নুমিৎ ওইখি।

ইচা নুপীগী নৌরবা চীনবান্না শক্লিবা ঈশৈ অমদি ঈশৈদুগী ময়েক্লা পিরিবা নুংগী ওইবা অর্থ ঐগী থম্মোয়দা পুল্লপ ওইনা চংশিনখ্রে। মঙোন্দা মুন্না শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। মাগী থৌনাদু ঐনা থাগৎখি। মরমদি ঈশৈ কয়াগী মনুংদা মহাক্লা পামজনা খুল্লক ঈশৈদুনা ঐবু ব্রাখল খর অমুক খলহল্লি।

চুমই মচা অমগী পুন্সিদা মমা-মপা অনিমক্লা চপ মান্ননা য়োকখৎপিবা হায়বসি পুন্নমক্কীনি। মচাগীদমক মমা হিংফম থোকই। মপানা কোয়ঙাওনখ্রবসু মমাদি খোঙফম আফাওবা লেংফম থোক্তে। মচাগীদমক মমানা তৌফম থোকপা থৌদাং অদু ঐনা অদুম তৌগনি। অসিগুম্বা ফিরেপ অসি লৌরবা মতুংদা মখা তারকপা ওইনা ঐনা তপ্পা থেমদুনা হায়খি –

"ইবেম্ম মনিপুরদা লাইরিক তম্নসি"

অদুবু মনিপুরী তম্নক্তবনা ইনৌ নৌনা মহাক মনিপুরী ময়েক ইবা-পাবা তম্বীবা তাখি। নিরমলা বাস স্কুলদা মীং চল্লুরগা মপি লাইরিক অমা লৈরুরগা ইবা পাবা তম্বীখি। উচিন নাচিন্না ময়েক্তি চৎলে। মহাক ইলায় লায়না পাস মার্ক ফংবা ঙমখি।

নোংম-নোংমগী সুম সুম চাওরকপনা ঐঙোন্দগীবু ৰাংবা চাউবা হেল্লকই। ইচানুপা অনিসু মেট্রিক পাস তৌখ্রে। মতমগী খোঙজেলসি হান্নদগী হেন্না থুজিল্লকপদৌনা তৌই। মখোয়গী শক্তমসু হান্নগী অঙাং ওইরম্বগী অদু নৎত্রে। ৰাং চাওরবা নুপাগী শকফমদা খদাংদা কোয় মচা মচা চোংখৎলকপদু উই। অদুদসু নত্তনা মখোয়না শেৎলিবা ফিজোলশিং হায়বদি খোংউপ, খোঙগ্রাও, জেকেত পুন্নমক মপাল্লমগী পোৎ ঙাক্তনি। হোব হোব লাওরবা অচৌবা ফুরিৎ খোঙগ্রাওশিং অদু শেৎপা উবসি খংহৌদনা ইশাদা অনৌবা যুগ অমগী পাউজেল পুরকপা শক্তম ওইনা উখি।

ঐনা তপ্না তপ্না হংবা য়াবা খর অদু হংবদা খঙলে অদুদি মমল অতাংবা ফোরেন লমগী পোৎশিং অমেরিকা, জপান, ইংলেন্দগী পোৎ ময়াম অমা ঐখোয়গী লমদা অমুক হুৎচিল্লক্রবা! অসিনা অমুক করম্বা লাপ্লোংনো। ঐ ইশামক পুন্সিদা মপনলমগী পোৎ অমতসু লৈদুনা শিজিন্নদ্রি, মখোয়না শেৎলিবা ফিরোল তোংলিবা খোংউপশিংদু পায়-পায়দুনা য়েংই। খঞ্জে তয়াং তয়াংই, মোন মোন লাওই। ইচাশিংসিনা ইরমদমগী পোৎ অমতা পামদে হায়বসু চপ চানা খঙলে। মখোয়না ঐঙোন্দা উৎলি "ফজদ্রা - য়েংউ" ঐসু খুমই, "ফজৈ" "মমলদি য়াম্না তাংই।"

মমল কা হেন্না তাংবা পোৎ অমতা ঐনা শিজিন্নরক্তে। ঐত নত্তে ঐখোয়গী মতমদা ইমান্নবী ইমান্নবা অমতা অসিগুম্বা পোৎ অসি লৈগনি হায়বা খনদে, উসু উদে। মতম অমদা ফোরেনগী পোৎ লোয়না মৈ থাদোকই হায়না তাবদি তাখি, উরুবসু নত্তে। মদুদি বৃটিসনা ভারত্তা পাল্লিঙৈগী মতমদনি। ঐ খংদে মরমদি ঐ ইশামক স্বরাজ ফংলবা মতুংদা পোকপনি।

মতমসি থুনা থুনা হোংই। অসিগুম্বা অহোংবা অসিদা ঐখোয়গী চৎনবীসু য়াঙনা নৎত্রগা য়ানিংদনা পুন্না তোংদুনা চেস্থমিন্নরি। মসিনসু লোয়বা নৎত্রি। চহী

কুন শুদবা অঙাংনা গাড়ী জাৎ জাৎ থৌদুনা শোরোক্তা চৎপা উরে। স্কুল কলেজ কাবদা মোটোর বাইক শিজিন্নরে। খঙহোং খঙহোং হোংলকপসিদি য়াম্না কিনিঙায় ওইবসু য়াওরি। চহী কুনগী মনুংদা অসুম্না সমাজ অমা খঙহোং হোংবসি ফৎতবদি নত্তে, লুরিবদি ঐনা তম্লকপা পরাদা "গো-বেক ফোরেনর, গো-বেক সাইমন" হায়বা ৱাহৈ পরেং অনিসি ইকাওমক কাওদ্রি। হকচাংদা ফোং ফোং শানা পক্লি, মসিনা ওইরমাক্লে অনৌবা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংগা খেন্নরিবসি। চাওখৎপনা অহোংবা পুন্নমক মীৎকী মমাংদা লাক্লবনিনা য়েংবদি তায়। অমরোমদা ঐহাক ইশামকসু অসুম্না ইনখৎলকপা মতম অমা লাক্লস্বদু কুইখিবা মতমদি নত্তে। মতমদুদা উরম্বা তারম্বা, থাজরম্বা পুন্নমক্তি উনা উনা, খংনা খংনা তামথোরক্লে।

১৯৬৪-১৯৯০ পংশাং শাংবা মতমদি নত্তবনি। চাওনা হোংলক্লিবা অহোংবশিংগী মরক্তা অচৌবা চৈথেং অমদি হিন্দু ধর্ম্মদা শিংনরকপা অসিনি। ঐনা লাই খুরুম্বদা ইচাশিংনা ময়াংগী লাইনি হায়খিবা অদুনি। ঐগী ইচা খক্ত নত্তে অনৌবা মীরোল লোয়নমক মহায়রে। মসিদি য়াম্না নৈননিঙায় ওইরবা ৱাফম্নি। মরমদি ধর্ম্মা অমগী মখাদা লৈত্রবা মীনা মোরেল দিসওর্দর ওইরকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি। মসিদা অমুক্ক দাইরেক্ত য়ৈরিবসি মমা মপা ওইবশিংদনি।

ময়াংগী ধর্ম্মদা য়ানিংদ্রবদি হিংবদা করম্বা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইগনি। অসিগুম্বা হুমজিল্লক্লিবা নুংশিৎ অসিনা জাৎ কুচু খায়বগী, নাকপাক তানবগী ৱাখল অমসু মমিগুম্না কোয়ইন ইন্নরি। চাবা চীঞ্জাক্নী মওংসু তোঙানবনা মরম ওইদুনা ঐবু পোকপি ইমাগা ঐগা তোয়না তোয়না ঙংনৈ। ঐনা অহল ওইরবা ইমাদা হায় –

"হৌজিক মতমদদি য়েন ঙানু চাদবা মী অমত্তা লৈত্রবনি। চানিংদবা ইমানা চাদ্রগা লোয়রে।"

ঐগী ৱা তারগা ইমানা তুমিন্না লৈখি। অদুনা হেন্না অর্থ থোকহনবগুম তৌই, ঐ হায়ফেৎ নুঙায়তে।

য়ুম তোঙান তোঙান লৈনরবা মতুংদা মচানা মমা থিবা লাকপসি হায়নিঙায় লৈতনা নুঙায়। ইকুই কুইদনা মখোয়সু মোতোর বাইক তোংদুনা লাকই। অদুগা

মান্নবা খরসু লাকই চাক চাগনি হায়রে ঐসু কোয়লাং লাংই, করি এঙ্খাং থোংগনি ঙা থোংবা, ইরোনবা, চম্ফুৎ অমা। অদুবু মদু নত্তে ঐখোয়না বিফ লৈরে, ইমাসু নক্না ফল্লি ঐ হায়ফম তৌফম খঙদে ও... ওহো... হায়বা খোঙ্হোক অমতংদি হায়ফেৎ শাংলপ্না হায়খি। মথন্ত থোকচখিবা খোঙ্হোক অমখক্তি। মখোয়না য়াম্না পামজরবা চিঙ্গাক অদুবু করম চাগনু হায়না থিংলুগনি। চাবা থকপা লোইদুনা চৎখ্রবা মতুংদা ঐনা খলহৌই, যুগ অসিদা তম্বা ঙমদবা, হায়বা য়াদবা, অকক্নবা লৈতবা কয়ামুক থেংনবা তারমাল্লে। মখোয়সিনি মীরমদা মহৈ তম্লুরগা অওনবা সমাজ অমা পুরক্কদৌরিবা।

১০৮০ দগী হৌরগা ১৯৯০ ফাওবগী মনুংদা ঐখোয়গী সমাজদা হৌগৎলক্লিবা অঙাংলোন পুন্নমক লাক্ল-ফানবা ঙমলক্তরে। মসিগী মরুদি মীওইবা জাতিনা কা হেন্না চাওখৎলকপদগীনি। চাওখৎপগী মরুমদা খ্বাইদগী খোঙজেন য়াঙনা চেল্লিবসি। অমনা ময়াই কাবা চীঙ্গাক পাম্বা হেনবা, অতোপ্পা অমনা মী শিবা য়াবা নোংমৈ পাম্লকপা অসিনি। মসিদগী পৈশা তানবা অসিনি। চাওখৎপা লৈবাকশিংনা শিল্লিবা লাক্লোং অনিসে য়াম্না নিংথিনা মায় পাক্লি। অপংবা চাওখৎত্রিবা লৈবাক মচা মচাশিং ঐখোয়গী লৈবাক য়াওনা মৈরানবীগী পান্দম লৌরদুনা অরেপ্পা লৈতনা থৱায় থারি, অকনবা চাওরবা মৈরিদুনা চাকথেক্লি।

থৱাই ৱাই। ইচাশিং মৈরীগী মৈরানবী ওইদনবা কন্না হোৎনৈ। মখোয়দা অকন অকনবা ৱাহৈ শিজিন্নে।

- 'নোংমৈদি পায়গনুকো, অঙাংনা নোংমৈ পায়বা য়াদে। অদুম্না তৌরবদি ইতোমতা অত্থাঘাৎ তৌদুনা শিজগনি।'

মখোয়গী মতৌশিংদো য়েংদুনা অদুম লৈরগা খরবু ফৈ। হেক থোকখিবা পুক্লিং ৱাবা হৌরে। মচানুপা পোকপা মমা ওইবী খুদিংমক অসুন্না ৱারমগনি খল্লি। তৌবতবু চাংদম্নরুরবদি ঐনা শোয়দনা হেল্লমগনি মরমদি মমানা অমদা মচানা মফম অমদা লৈবনিদো। খরা লৈরগা মখোয় অনিমক মোটোর বাইক থৌরগা লাক্লে। ঐঙোন্দা য়েংহল্লি ফজদরা হায়না হংই ঐনা খুমখি ফজৈ অদুবু পুক্লিংদা ৱাবদুদি করি হায়গনি।

মখোয়না চৎখ্রগা হেন্না ৱাই পুক্লিংসিদা। শোক পনবা য়াওরবদি কমদৌবা খল্লি পঙখন্দা। মখোয়না মপুং মরৈ ফারকপসিদা ঐ ইতোমতা অহল ওইরমাগ্লে খঞ্জে। চহি পাদুনা য়েংই, নিফু শুরক্লে। ইচানুপীসু মেত্রিক পাস তৌরে। পরিক্ষা থাবগী মতাংদা হোৎনবগী চাংদি য়াম্না ৱাৎলি। ঐ ইশামক্না মেত্রিক থাখিবা মতমদো নিংশিংই।

মতমদো পংশাংদি শাংদ্রি, পুক্লিং অসিদা ঙরাংতা ওইরবোই খল্লি। অহিং নুংথিল নুমিদাং টাইম টেবল খায়দোক্তুনকা পাখি। অহিং পুং অহুমদগী হৌগৎতুনা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা লাইরিক পানবা হোৎনখি। শম্না হায়রবদা হৌজিক মতমগী অঙাংশিংদি হোৎনদে হায়বা য়াই। শরুক তখ্যায় অমা ফাওবা য়ৌদে। লাইরিক কন্না পাবসে মতমসিদা চৎনরক্তবগুম তৌরে। লাইরিক পাবগী মহুত্তা অনৌ অনৌবা চৎনরোল কয়াদা পুক্লিং চংনৈ। নুমিৎ থোরকপা খুদিং অহোংবা অমমম লাকই। মরু ওইনা টেলিভিজন্না য়ুমথোং খুদিং খিন্দুনা অনৌবা চৎনবী শাজৎ ৱাঙাং তম্বীররে। ইশামকসু টিভি অমদি অদুমক লৈজে। ইপা ইপন ওইবা অহলশিংনা নুমিদাংৱাইরম ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান্দা ফম্লগা ৱারী শিংবুল কয়া তৌনরকই।

*- শোয়দ্রবনি লৈবাকসে করিনো অমা থোক্লরগনি।*

*- পুয়াদা য়াওবা অরুবনা মতাইদা অনৈবনা ময়াইদা হায়রম্বদো চুম্লক্লদৌরি।*

*- লোক্তাক পাৎতা চাক্তারম্বা ঙানু থঙ্গোং পাইরকখিদরে। পাৎকী হৈক্রুক য়েলি উবা ফংখিদরে, যুগ লোয়শিল্লক্লে।*

অহলশিংনা অসুন্না হায়নবা তোয়না তারকই। অনৌবা পৃথিবী অমা হৌরকপগী অৱোইবা মতাইদা লেপ্লুবগী হায়ফম তৌফম খঙদবা মওংদুমক্লি। টিভিগী প্রোগ্রামশিং অসি য়েংলুবদগী ঐসু ফিল্ম নম্লগে খল্লকই। ঐজ্ঞা ইবোহল শর্ম্মনা শিনবীদুনা 'শম্বল ৱাংমা' হায়না কৌবা অঙাংগী ফিল্ম অমদি নম্লে, ইদিটিং তৌবা খরা হৌরগা সাউন্দ কালিটি ফৎচিল্লক্তবনা লোয়শিন্দ্রে।

ঐ কৈশুমতা নুংঙাইতবা পোক্তে, মরমদি খঙদনা খুৎ থারুবগী অশোয়বদু ঐ ইশানা য়াজখি। মথংদি হান্না দি দি কে গুৱাহাটিদা ঐগী নেস্লেল এৱার্দ ফংখ্রবা

'লৈমন চনখ্রবী' কৌবা রেদিও ড্রামাদু সেরিয়েল ওইনা নমথোক্লবগী অয়াবা ফংখি। য়াম্না থুনা সেরিয়েল অদু নম্লবা মতুংদা অমুক্কসু সেলুলোইদ ফোর্মেটতা খরগা হেন্না মখা নমথদুনা 'চিংলেনসনা' কৌবা মনিপুরী ফিচর ফিল্ম অদু ১৯৯৭ তা রিলিজ তৌখি।

চিংলেনসনা নম্বা হেক লোয়বদা ফিল্মগী মরমদা খনবা হৌই। ঐনা ফিল্ম নম্নিংবনা ঙাওদুনা অচৌবা ফিল্মগী ঈপাক অমদা চোংথরুবদু ইকাইজরকই। মমুৎ তানা খঙলবা মতুংদা নম্লবদি কয়াদা ফরমগবা অসুম্না খনখি। য়াম্না থুনা ঐবু আর্টিষ্ট ময়াম তান্নদুনা নমনবা হোৎনখি। থবক্না খরা চিল্লকপা মতমদুদা নোংমদি ঐবু পোকপী ইমাদো মসা য়াম্না ঙমদবগী মওংদা হিপ্তুনা লৈরমখি।

*- ইমা চাক চাদ্রিবদি কৈদৌরে ?*

*- চাক চানিংদ্রে।*

ঐ তৌফম খঙখিদে। চহি মতাংনগা অহল ওইশিল্লকপগা থুক লাওবা অমা পোকখি। মখা তানা ৱাসু অমত্তা ঙাংলক্তে। তৌবগীদি মহৌশানা মহাক্তি ৱা ঙাংগন্দবীনি। ঐহাক মহাক্কী ফমুংদা ফমথরগা ঙাইহাক ৱাখল খল্লি। নুমিৎ খরনিগী মমাংদা খ্বাং নাই, নঙ্গল নাই হায়রম্মী। নুমিৎ খরনিদো চাক মরু অমত্তা চাশিল্লকত্রবদা ইবুংশিংদা পাউ চেল্লে। চাক চানিংদ্রিবসিগী মরম করিনো হায়না মখা তানা খনখি। মীওইবগী হকচাং হায়বসে লোইবা নাইবা মতম খরতগী ওইবা পোৎচাক্লা শাবনি। অদুগুম্বা পোৎচাক অদুগী অকরুবা মতমদো লোইশিল্লরুব্রা হায়নসু খনখি।

ইবুংশিং, ইচেশিংনা লাক্লগা হিদাক কাপশি খন্নখি। মতম অদুদা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা পাবুংসু নাখি। হিদাক লাংথক ময়াম অমা কাপখি। ডাক্তর লাক্লুনা ইকোই কোয়শিনখি। পাবুংগী পাতক তৌবা কুচু মুবা ৱাং চাওবা হকচাংদো করিমত্তা শোকচিন্দে। খিত্তং য়েংবদা নুংঙাইতবা হায়ববু খদাং অমদি মায়গী অকোয়বদা চোপ্লিবা কোইশিং অদু ঙৌরোক ঙৌনা লৈবা অদুতং য়েংবদা নুংঙাইতে। কাপ্লিবা হিদাকশিং অদুগী মায়োক্তা পাবুংদু অদুমক চৎখি। নুমিৎ অদুদা ইহান হানবা ওইনা ইনিংবগী ৱাখল লাকখি।

*পুন্সিগী মৈরা নঙনা করিগী মুৎলিবা* হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিতং ইরগা অতৈদি ইবা ঙমখিদ্রে। ইমানা অসুম্না নারকপসিদা পাবুংগী অরোইবা মতমদো ঙাইহাক্তং নিংশিংবগী ৱানি। পুক্নিংদা খনখি, কয়াদা চাওনা খেন্নখ্রিবা। মতম অদুদদি পুন্নাং লাংখি। গাড়ী লাকপগা চৎখিবগা মীনা ইমুং মাঙ্গোল পিক থনখি। পাবুংগী মরমদা পুন্নমক্না খন্নখি।

ইমাগী ৱারীদি য়াম্না তোঙাল্লি। ৱারীসু লীনিংঙাই অমত্তা লৈতে। মহাক্তি ইচম চম্বা চম্ফুৎনি। চম্ফুৎকী কান্নবদি খংবদা লায়মন্দুনা খংনবা কনাসু হোৎনদবদুমক্কি। ঐগী য়াম্না নকখ্রবা ইমাদু খংবদা লুই। নারবা ফাওবসিদা কন্না ৱাকৎতে। ইচম চম্না হিংই অদুগা ইচম চম্না অদুমক লোইখিগদৌরে। পাবুংগা মখোয় অনিগী মরক্তা চহি তরামঙাগী খেন্নবা লৈ। পাবুংনা খরা হায়বা তাবদা নত্তনা মশাগী ৱাফম অমত্তা হনগৎখিদে। চহি মরিফু হেল্লবা মতমসি ফাওবদা শাওবা খংখিদে। নুমিৎ কুননি চাক চাখিদ্রে। নারিঙৈ মনুং অদুদা ৱাহৈ অনিখক্তং -

*- ঙসি থাবান কয়ানি পাল্লি, কুঠি য়েংলুচো।*

ৱাহৈ পরেং অনি অসিগী আর্থসে ঐ খঙদে। হংবসু ফরক য়াম্না তাবা মতম ওইরে। কুঠিদা মাগী শিবগী মতম ইরমগনি হায়না খনবা মাল্লি, ওইরমদবসু য়াই। ঐখোয় অনিসে অয়াম্বা মতমদা ৱাখল মান্নদবনি। কুঠি য়েংবা চৎপা শঙখিদে। মদো য়াম্না মরু ওই খনখিদে। হৌজিক্তা খল্লকই ঐসে কয়াদা লানখ্রবনো?

কুম ১৯৯৫ ইঙেনগী ১২ নি পানবা, নুমিদাংগী পুং ৯ তাবা মতমদো অতিয়াসে থাবন্না পুমঙৌ ঙৌখি। কাংগী নিল খোংবা পালিগী নিন খোংবা লোইখিবা মতমনি। য়াম্নসু শাদে য়াম্নসু ঈংদে। অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা মোং হাদনা ইমাদো সংসার অসি থাদোক্নুনা চৎখি।

মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎতা লাকপা অমদি হনখিবা হায়বা মচৎ অনি অসি হোংবা নাইদ্রবা থৌদৌনি। মসিগী চক্র অসিদনি তেংবানববু শেম্বীরিবা মপু ঈশ্বরনা ইৱাই ইনিল য়াওদ' মোং হাদনা শান্নবীরি। মপোক অমগী মনুংদা ফনা কন্না হোৎনদুনসু অনিশুনা ফংলরোইদবা পোৎশক্তি, ইমা ইপা হায়বসিনি। মসিগী মমল নাইরোই।

অদুমক্তদা তাইবঙপালগী মায়ানা মরম ওইদুনা মখোয়গা কায়নগনি হায়বসি মচা ওইবশিংদা হেক হেক কাওথোকহল্লি।

অসিগুম্বা অকাওবা কয়া অসিনা মরম ওইদুনা ঐনসু ৱা ঙাংজগন্দবী ইমাগী মফমদা ইরাল লংশিনখি হায়বসি কায়নথংদা খংলকখি। শাংলবা মপোক অসিদা ইপা ইমাগী পেন্ননবনি হায়বা থবক অমা ফাওবা হেক তৌখিদবনি। অসুন্না কাইনথংদা নিঙমদা মৈচাক অমা পীররিবা অসিবু করম্বা ঈশ্বরগী থৌশিল হায়বদুনো? মসিগুম্বসিবু মীওইবনা ঈশ্বরদা ঙাক তাইনবসিবু চুম্নব্রা? অদুবু মীওই মপোক্তা অৱাবগী ৱারীদি মখল মথেলনি। পুন্নমকসি যাদু হৈবা অমনা শান্নবা যাদুগী কুম্মৈ, মেজিক হায়বদুগুম্বনি, য়াম্না মান্নবা য়াওই।

ঐগী পুন্সিদা থেংনখ্রিবা অমদি উনররিবা মীওইসে মখল মখলনি। মখোয় পুন্নমক ৱাখলদা মিৎয়েংদা তোঙান তোঙাল্লি। মদুদা নত্তনা শক-, চুদা ফাওবা হেক খেন্নৈ। মীতোপতি থম্বু থমখিগে, ঐমক্তনা পোকচবা ইচাশিংদসুনি মান্নদ্রিবসি। কপ্পা- কপশিন্নবা, নোকপা-নোকশিন্নবা হায়রিবা খুবাক খুৎনমগুম শকমান্নদবা মচৎসে মীওইবনা পোক্লক্লবা তুং কন্নানসু তম্বীরুদনা হৈরকই। পুন্নমক অসিদা মমানা মচাবু নুংশিবা হায়বসিমদি তপ্পা তপ্পা থেংনা খঙলকই। মসিদি কন্নাসু তৌশিন্নবা ঙম্নম্লোই।

ইচাগীদমক্তি, ইশাগী ইচাক ইরল পুম্বা করিসু নত্তে। ইশাগী ঈ-তোং অমদি থৱায় ফাওবা ইচাশিংগীদমক পাম্মুবা লৈতে। মখোয়না মমা ঐঙোন্দগী অপাম্বা খুদিং পী, পীনবা হোৎনৈ। মদুদা লন-থুম পীবা মতমদদি অৱাবা মতাং থোক্তবদি নত্তে। মদু পুন্নমক ইচাশিংনা নোংমা নোংমগী চাওবা ৱাংবা হেনগৎলকপা উরগা পংপেন্দা পেল্লি, পংনুংদা নুংঙাই। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী পনখৈ অমদা লেপ্লগা সুম হেক য়েংশিনবদদা মিৎসিনা করি করিনো জাৎ-জাৎ য়াম্না উরকই। অদুনা অসুন্নসু হায়নরি তৌরিবা খল্লিবা পুন্নমক অসি তাইবঙ পানবগী চৎনবীনি। মসিনা ইচাগী ৱাফমনি।

ইচা নত্তবা মীওই কয়া অমসু ঐগী পুন্সিদা লাকখি। অদুবু ঐগী মখোয়সু ঐগী পুন্সিদদি ইচা হেক চান্নদে হায়বা য়াই। করিনো অমা ৱাৎলি, করিনো অমা হেল্লি। অদুনা ঐগা চান্নদ্রিবনি। ইমান্নবীশিংনদি মতমদুদা ঐঙোন্দা তোয়না হংখি, 'নঙগী

নুংশিনজবা লৈব্রা।' ঐনা পাক খুম্বা য়াদে, করিবু খুমদোইনো। মদো মমাংঙৈগী ইকাইবনা চিনবান কাংনা ফোঙদোকপা ঙমজদ্রে হায়বদুদি নত্তে। পাউখুমদো য়াম্না পীনিংবনি। ঐগী নুংশিবদো মীয়ামদা অমুক্তং মশক তাকপা ঙমজরবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা! পাউখুমবুদি অমা পীখি ঐনা 'ঐবু নুংশিবীবা মরুপ হায়গদ্রা, ঐগী নুংশিবা হায়গদ্রা ওষ্থোক্লা য়ামখ্রে।'

অদুগুম্বা ঐগী পাউখুম অদুনা ইমান্নবীশিংদুবু নোকপদি নোকহনখি। মখোয়দা নত্তে, পাউখুম পীরিবা ঐসু নোকখি। মখা তানা অমুকসু হায়খি ঐনা, 'ঐবু মী নত্তবরা? ঐসু নুংশিবা হৈনা।' তশেংনা হায়রবদা ঐদি রোমান্তিক ওইবা নুপীনি হায়জনিংই। অদুবু পুন্নমক অদু পঙহায় হায়নবা হায়বদুনি। ঐগী পুন্সিদা কনামত্তা লাক্তে। ঐনা পামজবা মী অমখক, মাসু অদুম লাকখিদে ঐঙোন্দা। নুংশিবা কৌবা কা অদুগী থিংজিল্লিবা থোংজাও অদু কনানা হাংগনি। নুংশিবগী থোংদি নুংশিবগী ছোৎনা হাংগদবনি।

অয়ুক অঙনবদা উচেকশিংনা ঈশৈ শখপসু তারি। লেপ্তুনা চেষ্ঠরিবা ঈচেলগী মখোলসু পানখৎলকপা থাগী থাবলদা থরানমিচাকশিংগী মরক্তা অসুম য়েংনা য়েংনা অরোইবদদি ঐ ইথস্তা হেক ঙাইহৌই। মরমদি ঐদি মতম পুন্নমক্তা লোনশিল্লবা থোংদুগী মনুংদা মহৌশা কৌবী লাইরেম্মনা ঐবুদি লেপ্তুনা লাক্লখিবনি।

মীয়াম অমনা ঐঙোন্দা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলি হায়বসু খংই। করি করিগুম্বা মতমদা অকংবা মীনোকসু নোক্লিংলকপা ফাওখি। করিগীনো মখোয়না অসুন্না য়েংশিল্লিবা? ঐবু মখোয়গী কনানো? ঐদি শুপ্নতগী তোল্লবীগী মপোক্তা পোক্লবা মীওইপোক অমখক্লি। ইহৈ-ইশিং, ইগুণ য়াওবসু নত্তে, ইশক ইতৌ ফজবসু নত্তে। রাফম অসি ঐনা পঙহায় হায়জিনবা নত্তে। তশেংনা থোকখিবা থৌদোকশিংনা ঐবু খঙহন্নবীখিবনি।

নোংমা নুপা অমনা ঐঙোন্দা হায়রকখি, 'নঙনা নোংমা দি সি ওফিসকী চা য়োনফম অমদা কনাগুম্বা লাইবক ফবা নুপা অমগা চা থকমিন্নহৌবদো উবদা ঐ য়াম্না চাকখি'

মাগী বাহৈদু তাবদা ঐ শকফম খঙহন হঞ্জিনখি। 'করিনো মানা হায়রিবা অসিবু' অসুন্না খনবা হৌখি। চুম্মী, ঐ দি সি ওফিস লম্ফেলদা অমুক্তা নত্তে অনিরক চৎখিবা লৈখ্রে। চৎখিবগী মরমনা ঐখোয়গী ইখোলগী পট্টা মাংখিবদগী নৌনা তাম্বোকপা (লৌবা) চৎপনি। মদু অততাইগী থবক্কি, অদুবু ওফিসকী থবক্কিনা ঙাইথোক ঙাইশিন অদুম তৌখিবনি। অদুনা হোটেলদুদা চা থক্লম্বদি য়াই। তৌবতবু মদুদা ঐ কনাগা চা থকমিন্নখিবগে হায়বদুদি লাম্বা ফংখিদ্রে। ঙকখি, হোটেলনিনা নহা অমা হেক্তা ওইরম্বা নৎত্রগা কনাগুম্বা অমসু ওইরম্বা য়াই। খঙনদ্রবসু ব্রারী শান্নবা, চা থকমিন্নবা করিসু কায়দে খল্লি। অদুবু উরুরগা থনুংদা তরেৎ তরা থোক্লা খল্লগা কল্লক খম্বনবা য়াওরল্লিবদুনি তশেংনা ঙক্লিবসি।

মী অনিগী মরক্তা লৈনবা মরী অসে করিগুম্বদা সমাজ অসিনা খঙননবা কোয়তান তান্নবসি হেক হেক থোকই। মসিগী অর্থনা করিনো। মদুবু মখোয়গী মথৌ অমা ওইনা হোৎনরিবশিং অসিবু তশেংনা মখোয়সে থবক ইরৈমক লৈত্রবা ঙাক্তরা? চাওখৎলক্লিবা খুন্নাই অমদা মসিগুম্বা চৎন-লোনচৎ অসি তঙাই ফদবা অমরা? অদুবু ঙসিদি ইশা ইতোম্মতা ভাব তাজরকপা অমদি লৈ। খঙদে ঐগী মোমোন মীনোক অসিবু মৈসা লাংলক্কনি হায়বগীদমক ফাজিন পুনশিনবা তারিব্রা? মওল মওল খল্লকই। তৌবগীদি ঐনা ঐ ইশাগী মরমদা হায়বা তারবদি অকোয়বদা হিংমিন্নরিবা খুন্নাই অসিগী মী মখল খুদিংমক্কী মচৎ খরমখৈদি খংবা তাবনি। মদু খঙনবা হোৎনবদা করি করিগুম্বা মতমদা খরা নক্লা তিন্নবসু দরকার ওইরকখি।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐনা ঐগী অপাম্বা দরকার লৈবা থবক্তি ঙন্না পাঙথোক্লিংই। অদুম্নদি ওইরগা মীনম শোরিবা, ওইদবা ঙাংবগী মচৎ অসিদি ঐ তশেংনা পামজদবা থবক্কি। মসিদনি নুংশিবা হায়বসিদা লেংদবা পোৎশক অমত্তা লৈতে হায়নিংলক্লিবসি। সুম খল্লুরবদি নুংশিবসিদি মঙলানগুম্বনি। তৌবতবু মমল লৈতবা পোৎ অমদি নত্তে। ব্রাখলগী পোখাফমনা তান্নরিবা মখৈ ফংদবা, তান্নবদা ঙমলকত্রবা, চোকথরবা হকচাংদা পাঙ্গল শক্তি ওইজরিবা অদুগুম্বা মমল নাইদ্রবা পোৎশক অমনি হায়নিংই।

মীওইবগী মচৎ ওইরিদ্রা খঙদে। মীওইপোক ওইনা পোক্লবশিংনা শিবা নাবা হায়বসি য়াম্না পামদে, অশিববু থোইদোক্না কি-হঙ্গোইনৈ। অদুগা ঐদি অহল ওইশিল্লকনি হায়বসি থাজদে। মায়াগী তাইবঙদা হকচাং পোলাং অসিদি অহল মতম ওইরক্লে হায়বসে খঙজদে। অদুবু মফম মতম্না ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎ অদুম মপীরকই। ইচাশিংগী পাঙথোক্তবা য়াদবা ইথৌ ময়াম অমনা ঐগী পুন্সিবু নিংশিংহল্লকই। কয়াদা য়াঙনা চেনখ্রবা মতমগী খোঙজেলনো। মতমনা সুম সুম হোংলগা ঐনা হোংদনা সুম লৈবদি কদাইদগী য়াগনি। পুন্নমক মতম্না অমদি মহৌশানা পীবিরকপা খুদোলনি।

ইমা ইন্দোল, অহল লমনশিংনা হায়নবা ৱাহে অমা লৈ। চহি য়াঙ্খে থবক য়াঙ্খে, চহি চাম্মা থবক চাম্মা! থবক চিনবগী চাং অসি ঐহাকসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি। অমরোমদনা ঐঙোন্দদি মতম্না পুরকপা খুদোলশিংগী মরক্তা ইশানা য়েংনিংদবা, উনিংদবসি কোক্তা হৌরিবা মুশিন মুরম্বা শন্নাংশিংসিনা মচু ওল্লকপা অসিনি। পুক্লিং য়াম্না নুংশিরক্লিবসিনা পুমঙৌ ঙৌবমকসু নত্তবা অমুবা মরক্তা অঙৌবা কাপ্পা হৌরকপা অদুনি। ঐহাকপু পুক্লিং হস্থহনবগুম তৌই। মসিনা মসি ওইখ্রসনু, ৱারীসে ফৈদোকখিগদৌরে।

মমা অমা ওইরগা মচাগী লুহোংবা উহৌদবা হায়বসি মীঙোন্দদি খঙদে ঐগী ইফমদদি মসিনা তমথিরবা ৱাখল লায়না অমা ওইহনখি। মীওইবনা ৱাখলগী লায়না অমা লৈরকপা হায়বসি অঙকপনি। ইকোকথক্তা থোনগৎলকপা অরুম্বা পোৎলুম কোকথোং অমা কোক হেক থাংথবগুম থাংথবা লৌথোকখিবা য়াবগুম মসিদি য়াবা অমদি ওইরমদ্রে। মদুগী লায়না অদুনি ঐনা পুদুনা লেপ্লিবা। লুরিবনা মসিগী মতাংদা ৱাকৎফম তান্নফম কনাসু লৈতবসিনি। মীওইবদা নত্তনা জীব পানবা খুদিংমক্কী পুন্সিগী মচৎ মওং মান্নদে হায়নৈ। মসি তশেংনা চুম্বজাৎনি হায়বসি খঙলকখি।

পীক্লবা ইকোক অসিনা খঙজবা পুন্সি ময়াম অসিগা ঐগী পুন্সিদা মায়োক্লরক্লিবা থৌদোক অসিনা য়াম্না চাওবা পুবা থাংবা ঙমদবা কয়া অমা থেংনরক্লি। থৌওংশিং অসি হায়দোক তমথোকপদদি ইরাই লায়। অরায়বা ৱারীশিং অসিনা ঐগী থম্মোয়

লকানুংদদি অচৌবা লানফম অমদা খোঙলোয়সু য়াওদনা, খুৎলায়সু পায়দনা শোক্নরি হায়বসিমদি অতাবশিংনসু অউবশিংনসু খঙবীগদবা মান্দে। করম্নদি খঙলুনি। মসিমসু হায়হৌনিংই, লৈবাক অসিদা নুপীশিংগীদমক আইন কয়া, মীচঙ কয়া লৈরে থোরক্লে। কয়া অমসু ইনরক্লে। অদুবু হিংলিবা খুন্নাই অসিদদি নুপী অমনা মশানা মশাবু চুং ফিরাল চানা, মিংচৎ উরোং খিন্নবা হোৎনদুনা খিল্লম্বা মখে মদোম লেপচননবা শক্তি অদুদি নাওশোন্নরি। নুপাগা নুপীগসে নুংগা য়েরুমগগী ফিভমদুদা অদুম লৈরি হায়নিংই।

ইচিন ইনাও য়াম্মী। অমমমনা চীংজাওগুম লেপ্লবা, মী অমমম ওইনা মতিক মগুণ লৈরবা ঙাক্তনি। অদুবু লম্নাই পুন্সিগী লানফমসিদদি হেক হেক নাওশোন্নরকই। মসিদি লমদম অসিগী, খুন্নাই অসিগী চৎন-লীক্লমশিং অসিননি। মশ্বাইদনি ৱাখলসিনা ঐগী লেঙ ওইবী, চৈঙাকনি হায়নিংঙাই কনাসু লৈজদ্রবী খুন্নাইসিগী নুপী ময়ামদুবু কোনশিল্লুরিবসু। খল্লি, মপুরোইবনা হুন্দোকপীরম্লবী লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবী, মপুকচাক থাকচনবা হোৎনবদা ফিরুক খুম্লবীশিং অদুগী পুন্সিরোল অদুবু করম থোক্লিগবা!

নুপীনা নুপাগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙমজদ্রি। মসিবুসু অমুক পাঙ্গল শোনবী নুপীগী মপোক ওইরুবনা হায়বা মল্লবা ৱাখল্লোন অসিনা চেৎনা কিখিবনা, খঙনা খঙনা, উনা উনা অচুম্বা ৱাফম কয়া অমা চিনবান য়ৌনা ফাওবা কাংথোক্তনা খাঙজিন্নরি হায়বসি খুন্নাইসিনা খঙবিদ্রি। মচিন মনাও কয়াগী মরক্তসু নুপাগা নুপীগা মপা-মমানা খেন্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা অদুম লৈরি। মহে তমহল্লবদি নুপীনা নুপাদগী অদুক হাক্না শোন্থদে হায়বদুবুদি হৌজিক থবক্না খরমখৈদি উৎনরক্লে। ওঝা গুরুনা চপ মান্ননা তাকপী তম্বীবদা নুপীশিংদি শোয়দনা শোখহৌগনি হায়বদুদি লৈত্রে।

ঐগী খুন্নাই অসিদা নুপা ওইবশিংনা ময়াই কাবা নিষা শিজিন্নদুনা মখোয়গী মগুণ হস্থহল্লি। মসিগীসু মথক্তা ফত্তবা অকায়বা, তমথিবা থবক অমা পাঙথোক্লমদাইদসু মখোয়না নিষাগী মপান তাংলি। কৈশু নত্তবদা নিষা শিজিন্নরুরগা য়ুমগী নুপী অঙাংদা লাও খোংবা অদুম য়াওরি। অসিগুম্বা ফিভমসিদসু অচুম্বগী

*য়ুম্ফমদা লেপ্লিবী নুপীশিংনা খুন্নাই অসিগী চৎনবীদুনা তুমিন্না খাঙজিন্দুনা লেপ্তনা* লৈবা কয়া য়াওরি। ফিভম অসিদা থম্মোয়সিনা চেৎনা থাজবা অমদি লৈজৈ, অচুম্বনদি শোয়দনা মায় পাক্কনি। করিগুম্বা অরানবদুনা মায় পাকখিবা জয় ওইখিবা তারবদি মদুদা মায়থিগদৌরিবসি ঈশ্বরনি। মালেমসিদা লৈরিবা মীওইপোক খুদিংমক্কী অরাবদা কনবীনবা অমা লৈফম থোকই। অসুম্না শকউদবা ঈশ্বর অদুদা মীওইবগী দায়ত্ব পুন্নমক হেক হেক শিন্নথোকখি। মসিদগীনি, করিগুম্বা মতমদা ঈশ্বরদা কন্না কন্না হেক হেক চৈনিংবা পোক্লকপা মতাং য়াওরক্লিবসে।

নোংমা ঐনা লৈরিবা য়ুমসিদা ইচাগা ইমৌগা মপোৎ মচৈ খো-খোপ্পা য়োম্লগা হৌদুনা লাকখি। অসুম্না মখোয়না লাকপদা ঐনা কয়াদা নুংঙাইখিবা! তৎন-থানবা য়াদ্রবা ঈগী মরী হায়বদো মদু ওইবা তাই। মরী অদুনা পুনশিল্লবা নুংশিবগী শক্তমশিংদো ইনক নক্না মিৎমাংমক্তদা উবা ফংখিবা মিৎকুপ অদো কয়াদি নুংঙাইখি। অমরোমদা ৱাহৈ অমত্তা ঙাংনদনা শিংনরকখিবগী পনখৈ অমদি মায় পাক্লে হায়না খঞ্জখি। নুংশিবা য়াওদনা লন থুম অমদি শেলনা লৈবা য়াদবা পোৎশক অদো লৈ হায়বসি ইফমদা তশেং তশেংহনখি। উপাল অমনা মখৈ ফংনা চাওরগসু মাগী উরুম উখাদা জীবা পানবা অমত্তসু পোখাহনবা ঙমদ্রগদি করিবু কান্নগনি, উপালদুনা হৌরুবগী। ঐদি শাংলবা, কুইরবা মতম অমা ইচাশিংগীদমক্লি হায়দুনা লাইনিং ওইদুনা লেল্লকখিবদুগী মহৈ য়াক্লে হায়না খনখি।

পীক্লবসু পীক্লা লৈজবা খরা পুথোক্তুনা ঐহাক্কী মৈশা লাংলক্লবা ইচা ইমৌশিংদা নাখল অমতং ওইরবসু পীদুনা মনিং তম্না হিংহনবদি ঙম্লে। মতমগী য়াওল মতুং ইন্না হৌরক্লিবা অনৌবা মীরোলগী ৱাখলগা ঐখোয়গী লেঙ ওইবা মীরোলগী ৱাখলগা য়াম্না খেন্নরক্লে। খেন্নবা অসিদা ওনশিন্দুনা মরৈ য়েৎলুবদি য়ারোই। মৈতৈ কবি অমনা হায়রম্বসু লৈবনি, *'মতমগী ঈচেলদি পন থিংবা ঙম্লোই, অহোঈনদুম য়ানখায়দুনা চেষ্টহনগদবনি।'* মদু চুম্বা তাই, হংলুবা ফাওবদা পাউখুম ওন্ন-তৈনবা ঙাক ওইনা ফংই। মসিমদি ঐঙোন্দখক থোকপা ওইরমদ্রে। অয়াম্বা য়ুমথোং খুদিংদা থোক্লবা ওইরম্লে।

ঐহাকসু থবক চিনবা সুম সুম হেনগৎলকখি। নোং হেক ঙানবগা চা খরা ঈশিং খরা থক্লগা মথং মথং থবক চৎপা ঐগী হৈনবীনি। ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল, দুরদর্শন নৎত্রগা সাহিত্যগা মরী লৈনবশিংগী পুনফমদা হেক হেক চৎলি। মদুদসু নত্তে, মৈ-ঈশিং, লম-তুগী খাজনা থিবা খোৎপা পুম্বা ঐগী ইথৌনি। কনাদসু থৌদাফম লৈতবনি। তৌবগীদি মমাংথক্তসু ঐগীদি থৌদানিংঙাই কনাসু লৈরক্তবনিনা ইশানা ইশাগী ইথৌ পাঙথোকচবদা থোইনা নুংনাংবা পোক্তে। তৌবতবু করিগুম্বা মতমদা ঐহাক্না থবক কয়া অয়ুক্তা চৎথোক্লরগা য়ুমদা হল্লক্তুনা চাকখুমদা য়েংলুবদা চাক লৈরমদবসি য়াম্না তোয়না থোকই। অঙাংশিং অয়াম্বদি অয়ুক্তা ব্রেক ফাষ্ট চারিবনি হায়দুনা *মেগী, চৌ-চৌন*চিংবা কয়া অমা হৌদুনা চাথোকখ্রবনিনা মবুক লামদবগী হৌনবগী চাক থোং-খোৎপদা পুক্লিং চংদবা ওইরমগনি। মদুদা ঐহাক করিসু হায়রুফম খঙদে। মখা তানিংঙাই লৈখিদে।

*ওহ্মোকপনিদা* অসুম্না ইপুক্লিংদা খঞ্জরগা ইদোম চাক থোঙ্গৎলগা চাবা অসি য়াম্না তোয়না থোকই। অসিগুম্বা মতাংদা পুক্লিংদা করিসু নত্তবদা ৱাখল মচা-মচা খনগে তৌই। খল্লকই, *ঐবু মখোয়না করিনো'মা ওইনা খল্লবজাৎলা?*

থবক চিনবদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। মসিদং লোইখ্রগদি ৱাই শংলনি খল্লুই, অমা অদুম মরাকই। নোংমতা কাংদে অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা লাকই, চৎনবগী মরম। য়ুমদসু থবক থবক্কী মতুং ইন্না নুপাসু লাকই, নুপীসু মরাকই। অঙাংশিংনদি নুপা লাকপা খুদিংগী মমিৎ মীৎয়েং নায়েং অমা ইতৌ তৌবা মাল্লি। মসিবু ঐগী ৱাখন্না হেনজিন্না খল্লুবরা, নৎত্রগা ইচুম চুম্না সুম য়েংলিব্রা হায়বদুমদি ঐ খঙদে।

ৱাখল য়াম্না খনবা হায়বসিমদি ঐগীদি ইহৌশানি। ঐগী ৱাখলনা চুম্মী হায়না খনবা ৱাখলদুনা মাং থারগা অদুম চৎপা তাবনি। নোংজু নুংশা কয়া লেপ্তনা নংলক্লবা পুন্সি খোঙচৎ অসিদা ঐহাক্না করিমত্তবু নাথৈদুনা চৎপা পামদে। অমরোমদা চহিনা ওইরমাক্লে হকচাং অসিসু মহৌশাগী পাঙ্গল অদু নৎতবগুম ফাওরকই। অহলগী মতম হায়বদো ওইসিনলক্লমাক্লে, খঙহন খঙহন হল্লি পাঙ্গলসি। ৱাখল খরা নুংঙাইতবা নুমিত্তনা খরা হেন্না শোক্তরকপদৌনা তৌই।

মিৎ শোকচিলকই, য়েৎতুম মনাদা অকুপ্পা লং লেঙবা উশিল্লক্তরে। খোং-খুৎ মহৌশা ফজরম্বা পুম্বা ঙন্না মাংখ্রে। মীওইবগী মপোক্তা পোক্লুবা ঐখোয়সে উনা উনা মাংখিবা মতৌসিদা হেন্না নুংশিরকই, পাম্মুরকই। অসুন্না নুমিৎ খুদিংগী, তুম্বা হৌগৎলকপা খুদিংগী মচেৎ মচেৎ অসুম মাংখিদৌরমাল্লে খনবদা নুংজানৈ। করিগুম্বা মতমদা মীওইবা মপোকসে য়াম্না কুইনা শাংনা হিংনিংলুই। অদুগা করিগুম্বা মতাংদসু য়াম্না থুনা লোইশিননিংবা মতাংসু য়াওরকখিদবদি নত্তে।

"ঐ" হায়বা পীক্লুবা, শকউদবা আত্মা অসিনা মরনাই ওইবা মওং অমদা হিংবা পাম্মী। মানা মতম পুন্নমক্তা অঈংবা অচিকপা পাম্মী। অদুগা তৌথোরকপা থবক্লা ইরাং লাংবা চরাংনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অসিগুম্বা থবক থৌওংশিং অসিনা আত্মাগা কর্ম্মগা মখোয় অনি মতম পুন্নমক্তা চিংখায়নৈ। তৌরিবা থবকশিং অসি লেপ্পগে হায়নদি নোংমতা খনখিদে। অহোইনদুম থবক অমগী মথংদা অমা অসুম-সুম হাপচিনলকই।

নুমিৎ অমখক! নুমিৎ অদুমদি ঐ কাওবা ঙমদ্রি। মফমনা খ্বইরম্বন্দ কৈথেলগী শামু মখোংগী অদ্বাইদনি। তামো অরাম্বম সোমোরেন্দ্রগা ঐহাক্কা থেংনখি।

- *"নং ঙাইখো"* খঙহায় হায়রকপনি।

তামোদু মাগী টি ভি এস অদু খামদুনা কুমথরকখি। অদুগা ঐসু থৌরক্লিবা লুনাদু ব্রেক খঙফা ফাদুনা খাল্লগা কিথি কিরুম মমাংদা লেপখি। তামোনা মখা তারকখি।

- *নং করিমক্তা ইদরে, ফিল্ম নমদুনা লৈরমানে?*

- (শোন্না খুমখি) *ফিল্ম নম্বা লোইবদি লোইরে। তামো, কদাইদা চৎপিরুগদবনো?*

- *ঐ সুমাং লীলাগী ব্লার্ক-শোপ অমা তৌগদৌরি। অদুগী চে খরা নম্নবা চৎলুগে। য়েংঙু তামোনা তৌরিবসে তৌদবা য়াদ্রবনি। শুমাং লীলাসে ঐখোয়গী মমল য়াম্না য়াম্বা পোৎনি। মখোয়শিং অসি লম্বী থৈনা চৎখিদনবা হোৎনরিবনি।*

মতমদুনা তামোনা হায়বীবা ৱাশিংদো ঐ ভাব খরদি তাই। অদুনা "*মথং থাদগীদি ইবা হৌরগে, তামো!*" হায়না শন্না খুন্নম্মী।

নুমিৎ অদুদা য়ুম হেক য়ৌবদগী ঐহাক্না ইগদবসিবু করিনো হায়না খনবদা হৌখি। খুরক্কী ঈনা লাই শারবা, মশেল হাৎনবগী লোইশিনবা নাইদ্রবা তানফম অমসুনি। অমরোমদা হনু-মাক্লে চল্লবী কয়ানা নুমিদাং ময়ুম থাদোক্তুনা সড়ক্কী মচিদা, লৈরক মচিন্দা অহিং খুদিং মিৎশেন খাংনরি। মতম অদুদনি করি ইশিগে হায়না খনবা হৌখিবসি।

পূক্লিংদা ফাওরিবা অকি তুজুংলবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসি অসুক্কি মতিক য়ামখ্রে। মাংদা তারিবা অশি-অনা, নিংঙমদবগী মৈরিনা চাক্লবা মীওইশিং কান্দুনা চৎপদি য়াদবনিনা অমমতা ওইনা ইখুৎশিনা লৌখৎলগে হায়না খল্লে। ৱাগী ৱারুসু, উগী উরুশিং অসি পীক্লবা মরু অমমমদগী হৌরকপনি। *মরু হুনবা* হায়না কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিগীদমক ৱারী মচা মতমদুদগী ইবা হৌখি। য়ান্নমক ফজবা হায়বদুদি নৎত্রে, ইচম চন্না তারম-তারম্বশিং খুনগৎতুনা থম্বখক্তনি। তামোনা হায়রকখিবা ৱাফম, "*নং খরা ইয়ুনে*" হায়বদো ঐহাক্না য়াথঙ ওইনা লৌখি। য়াথঙ অদুতং লৈবাক তাহন্দনবা হোৎনখিবনি।

মসিমদি ঙকই। তামো সোমোরেন্দ্রনা হায়রকপা ৱাফম, তৌ হায়দুনা পূক্লিং থৌগৎপিরকপা থবক ঐ খক লৈথোক্লিংদে। ইথক থোংবা কয়া থেংনখ্রে। থেংনখ্রিবশিংদু চাম্মগী মনুংদা মরিফুতরামাপলদি ঐনা য়ানিংখিদে। ঐনা থাজে, মসি ঐগী ফৎত্রবা নুংগী ওইবা ৱাফমনি। তৌবসু মতমদুদা মী খ্বাইদগী য়াম্না তিন্নবা নুপী অমসু ঐ ওইখি। ইশানা খঙজে, মীনশু ঐবু থাজবী। অমরোমদা মীওইবদা হেক অৱাৎপা গুণ ময়াম অমা তামো সোমোরেন্দ্রদা পুল্লপ লৈরমাক্লে হায়বসিশু ঐনা খঙ্গবনি। মহাক্না ঙাংলকপা ৱাঙাং, তৌথোরকপা থবক পুন্নমক্তা কথোকপগী ইহুল অমা লোয়নবদৌনা তৌই। নাথৈবিরম্লবা, শোত্থহৌরবী কয়াগী ঙাকলৌ ওইনা মহাক্না লেপ্লি হায়বসি ঐনা চেৎনা থাজজবনি। মসিননি মহাক্কী য়াথঙ লৈবাক তাহনবা য়াদে হায়না হোৎনখিবদো।

হোৎপু হোৎনরবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়বদু চুম্বা তাই। ইবগা লোয়ন-লোয়ননা নম্বা হৌবগা লোয়ননা লেপ্তনা চংশিলকপনা "মরু হুনবা" মিংথোনবা ৱারী মচাশিংগী লাইরিক অমদি নম্বদা নত্তনা বাইন্দিং তৌবা লাইরে। করম্বা নুমিত্তা ফোঙসিগে হায়বদুদি লেপত্রি। মদু তামো সোমোরেন্দ্রসু য়াওহন্নিংই। অসুন্না খঞ্জানবা লৈরিঙৈনি। জুন তাং তরা, অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ রোম তারম্লগনি খল্লি, "অরাম্বম সোমরেন্দ্র, শুমাং লীলাগী ৱার্কসোপ য়াওরিঙৈদা নোংমৈনা কাপ্লম্লে" হায়দনা ৱা-ৱা লাওনরকখি।

কুম ২০০০ গী জুন ১০ থাংজ নুমিৎ, খুরাই নান্দৈবম লৈকায়দা সেমিনার য়াওরিঙৈদা মশক খঙদবনা নোংমৈনা কাপশিনলম্বনি। তামো সোমরেন্দ্র, অদুমম্মক লাইবক থিখ্রে। নোংদম্বনা মুন্দুনা পুবিখ্রে। নুমিৎ অদো ঐহাক লনাইগী থবক অমা চখোক্কে হায়দুনা থৌরাং তৌরিঙৈমক্তদা পাউ অদু তারকপনি। হেক তাবদা খঙপ্রেক খঙই, তূ চুংখি। হকচাং অসি লেঙম-শাঙমখিদে। নুমিৎ অদুদা পাঙথোক্কে খল্লম্বা থবক পুন্নমক পুমতোক তোক্লগা ঐহাক্লা য়ুমগী লাই খুরুম্ফম ওইনবা কা অদুদা চংলগা তুমিন্না লৈমায়দা ফমথখি।

মতমদুদদি ঐহাক লাইদা খুরুমখিদে। পুজা হেক হেক তৌজবা ফ্রেম চনলবা লাই ময়াম অমা থেৎলিবা অদুদা মিৎনা ফাওবা হনগৎনা য়েংখিদে। নোংমৈদুমক্লা ইশাদসু পানখ্রবগুম লেঙ ওৎকনি হায়বা ফাওবা কাওখি, ঙমখিদে। অসুন্না লাইগী কা অদুদা তুমিন্না ফল্লিঙৈ অদুদা ইচানুপা অহলদো কাদুদা চঙলকখি। মমাবু য়েঙলে। অমুক্তা উখিদবা ইতৌ অদুদা মহাকসু হাইফেৎ ঙকখিবা মানলি। মোঙ-হাদনা তপ্না হায়রকখি "সোমরেন্দ্র কাপ্লম্লে হায় তারব্রা?" মদু তারগা ইচানুপাদা মুন্না য়েঙখি। মহাক্লা মখা তারকখি "মী লোইনা দুকান থোং থিংজিন্নহৌরে। ঐসু দুকান থোং থিংজিনলম্লগা লাক্লবনি।" মদু হায়রম্লগা মদু থোকখ্রে।

অঙাং ওইরিঙৈদা ইপা শিখ্রে। মহাক মনিপুরগী অহানবা ডাক্তরনি। মথংদা এক্সাইজগী ডি এস পি ওইরম্বা ইবুং অমসু শিখ্রে। মনিপুরগী ইহান হানবা নুপীগী ডাক্তর ওইরম্বী ইচে য়াম্বেম ওংবী শৈত্যবতিসু লৈখিদ্রে। ইচে অহন অদো পাবুংগী

মশক অদুমকনি। পাবুংনা থিরম্বা সংস্কৃতকী শ্লোক মহাক লোইনমক চিনফা পুই। মহাক্লা লৈখিদবদা ঐ য়াম্না কপখি। অদুগী মতুংদা ইমা অমুক লৈখিদ্রে। অসুন্না নাওথি শাফম লৈতবনা পুমহাং হাংবা হায়বদো ইফমদা ওইখিবনি। অদুবু সোমোরেন্দ্র লৈখিদবগী ফাওরক্লিবা অব্রাবসিগদি মান্নদে। মালেমসিদা মঙাল পীরম্বা নুমিৎ অমা মমখিবগা চপ মান্নখি। পোৎলোইবদো চৎতুনা য়াওজখি। থম্বাল চান্মনিপান্না লেংবা লৈ পরেং অমা কৎচখি। অদুবু মদুসু নোংমনখ্রবা মতুংদা পীবা লৈ পরেংনি। মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা খঞ্জবা মহাত্মা গান্ধী নুপা অদুসু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎথোকখি। ব্রাখল অদু খল্লুবা মিৎকুপ অদুদা অব্রাবদো খজিক ফবগুম খনখি।

মীয়ামসিনা মতুং তাবা ওইনা লেপ্পনা খবরদা ইনরকখি। থম্মোয় শোক্লা মীওই লিশিং কয়াগী তেংথাখোলশিংসে ঐনা নুমিৎ খুদিংগী পাখি। ইরকপা খুদিং কাতি অমা পায়রগা মচেৎ মচেৎ ককশিন্দুনা ফাজিনলি। অমুক পুনশিনবা য়াররোইদবা কায়রবা থম্মোয়গী নুংহিক্লরবা তেংথারোল মচেৎ-মচেৎ কুম্বনি মখোয়দো। মমৈথংদদি অসিমসু খঙলে মদুদি মহাক অসি অব্রা-অনাগী কোমদা তারবা তারবী, মরাইবক থিরবা মশিং লাকঙমদনা চিংখৎপীরম্বোইরে। অদুগুম্বা ককশিনহৌবা খবর মচেৎশিংদু ঙসিসু ইনাক্তা লৈরি।

# অরোয়বা শরুক

ৱাখল নুংঙাইতবনা ওইরিগদ্রা, চহি য়াম্লকপনা ওইবরা খঙদে অহল খঙওই ওইশিল্লকপগী মওং মতৌ কয়ানা হকচাংদা ফাওরকই। ফুক হৌগৎপদা খুকউ নাবা অমা নোংমা থেংনখি। খঙন-চান্নবা মীওই কয়াগী মমিং কাওশিল্লকপগুম্বা অসিনা পূক্লিং শোম্থহনবা হৌরকই। মমাংঙৈদা ইমাসু অসুম্না তৌরমখিবদু নিংশিংলকই। অহল ওইরকপা হায়বসি থবক্তগী পোত্থাবা হায়বনি। ৱাফম অসিদি য়াম্না চয়েৎনরি। মরমদি ঐহাক থবক্তগীসু পোত্থানিংদরি। অদুগা অহনসু ওইনিংদ্রি।

চহিনা অসুম য়ামশিল্লকপা, অহল হায়বদো সুম ওইশিল্লকপসিদা ঐগী ৱাখলনা মমাঙথক্তা পাঙথোকখিবা থবকশিং নিংশিংদুনা শান্নে। অদুগা পুন্সিসিবু অমুকসু হন্না নুংশিরকই। নোংমা নোংমগী শিথরকইবা পুন্সিগী শক্তমসে করম্না নুংশিদবা ঙমগনি। মীনদি হায়নৈ, হকচাং হায়বসে করিসু নত্তে, লোইখিগদবা মন্থরকপা নাইবা পোৎনি। মসিবু লৈবাক্তগী হৌরগা লৈবাক্তা অদুম তিনখিবদুগুম্বনি হায়নৈ। মশাইদদি ঐ মীগা মান্ননা খন্দ্রে। ঐদি থৱায়সু নুংশি, হকচাংসু নুংশি। অনিমক লোয়শিনখিগদৌবে খল্লুবদা অমুক্কা হেন্না নুংশি। ইচাশিং অসিগা মশাই মতাংদা ওনশিন্নরুবা য়াররোই। মানা মানা পামজবা পুন্সি মরেল অদুদা অদুমক লেঞ্জরসনু। মসিদি মীওইবা খুন্নাইগী হোংলক্লিবা ঈচেল হায়বদুনি তোর্ব্বান ৱাংমদা লেপ্লগা য়েংবা তারকখি। মাংগী লম্বীনা শাংহৌরবসু, মতেক খরদি হিংথখিবা তারি। লেমহৌরিবা পুন্সি অসিদি ঐনা পামজবা মওংদা হিংজবা তাবনি। মদুগীদমক ইশানা হোৎনজবা তাই। মসিমসু ঐগী অকনবা ফিরেপনি।

পরপ পরপ হোৎনদুনা, থোংনিংবা থোংনবা, চানিংবা চাননবা চাকখুম মচা অমা পানখৎখি। মদো ইচাশিংগী থৌওং থৌদৌশিং অদো উরবসু উদবা শাগে, তারবসু তাদবা শাগে খনবদগীনি। অদুগাসু পীক্ল-পীক্লবা, নুংশিরবা নৌরিবা ইশুশিংগী

মায়থোং কয়া অমনা ঐবু ইকোয় কোয়শিনবীররে। পুন্সিগী লেপ্তুনা থেংনরক্লিবা লাল মখল কয়া লোয়শিল্লকপদা মখোয়না হৈরাং লৈরাংগী শক্তম লৌরদুনা ঐবু অতম্বনা শুস্কাৎপীররে। মসিবু তাইবঙগী মায়া হায়বদুরনে। লম্বী অসে ফনা য়াম্না শাংনা চৎলক্লবনিনা ৱাবা ফাওরক্লে। পোথানিংলক্লে। থেংনগদবা কয়া থেংনখ্রে। অকনবা নোং নুংশিৎনা মহুম হুমদোকপীখ্রবা উচেক মচানা অহিং কয়া তুমদনা হিক্লা হিক্লা কপখিবগী মায়োক্তা মহুম অমা ফংজনবা হোৎনবা ঙাক্তনি। ঐগীসু অদুগুম্বা য়ুম অদো হৌজিক্তি ফংজরে। মীনা মীবু ওৎপীবা, অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবসে ঐদি তশেংনা য়েংবা ঙমদে। মহৌশাগী খুৎশেমদগী হৌনা কখোকপতনা মথৌদাং ওইরবী নুপীমচা কয়ানা মখ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক্তুনা কন্না শু-নোম্লুরবসু মিৎলুগী পিরাং তানা কপ্লকপসিমুক উবদা ৱাবা ঐঙোন্দা লৈতে। অৱামনদি শোয়দনা ফংফম থোকই।

চরাংনবা ৱাখলগী নোংলৈ মরক অদুদা নোংমা চিঠি অমা ফংখি। দিল্লিদগী লাকপা চিঠিনি। অৱাং নোংপোক ভারতকী নুপী খরা মনা পীগদৌরি। অদুগীদমক নুপী খরা খনগৎপদুগী মনুংদা ঐগী মিংসু য়াওরমাল্লে। *ইফিসেন্টস এৱার্দ ওফ এ এচিভমেন্ট* কীনি। অদুগুম্বা এৱার্দ অমা ফংলনি হায়বদু তাবদা নুংঙাইবা অমদি ফাওখি। অদুম্বদি ওইরগা সাহিত্যগা মরী লৈনবদা ফংবা মনাদনা হেন্না পুক্নিংদা খোয়দাবা হেনবগুমদি তৌই।

ইনিংবগী ৱাখলসি ঐঙোন্দগী ইরাপ লাপথোক্তবদৌনা তৌই। ইনিংবা কয়া অমা ওমশিন্দুনা থনুংদা লৈরি। মতম কায়থোক্লুবদি ইথৌ য়াম্নবনা মরম ওইদুনা ঙমদ্রে। অদুবু ইথিলদুনা নমহৎলকপা মতাংদা ইবা হেক্তা হৌগৎলী। লোয়শিন্দ্রিবা ৱারী মচা, ড্রামা খরসু তাদুনা লৈরিবনি। মখোয়না ঐবু ৱারৌনা য়েঙলকপগুমসু তৌই। খঙদে পুন্সি খোঙচৎনিনা লোয়শিন্দ্রিঙৈসিদা ইনিংবশিং অসে খরমখৈদি ইরম্ববা হোৎনগে হায়বসিমদি হৌজিক্লা হেন্না লুম্না খল্লক্লে।

স্ক্রিপ্ত খরা ইবা হৌজিল্লগা লোয়শিন্দনা থম্বসে ঐগীদি হৈনবী ওইনা থোক্লুরে। মসিমদি ইশাবু ইশানা কয়ারক চৈজরকখিবা মরম অমনি। মীনা ঐবু চৈবিবদগীদি মসিনা খরা খিৎ শাথি। মরমদি মীনা চৈরকপদি তারুরগা শাওনিংলকপদগী খরসু

খুম্বা মঙম্মী। ইশাবু ইশানা চৈজবদি খুন্নিংঙাই ঙাংনিংঙাই মরম অমত্তা হেক লৈতে। অদুবু ইবা হৌজিল্লুরগা লোয়শিন্দবগী মরমসু য়াম্না লৈ। পাক হেক ইবা য়াদবদগী মরমশিংগী মনুংদা মতম শাংনা ফম্বা ঙমদবসি অমনি। অনিশুবা মরম অমনা খোয়দৌ শাওগৎপা, য়েংলু য়েংলুবা, উরু উরুবা কয়াদা পুক্লিং নুংশিবা ফাওবা অসিমসু অচৌবা মরম অমনি।

ঐগীদি শাওনিংলগা শাওরকপা, কপ্নিংলক্তুনা কপ্লকপা মতমদা ঐবু থেমজিনবীনবা কন্নাসু লৈতে, লৈসু লৈররোয় হায়বসি তপ্না তপ্না খঙলকখি। মসিগী মরমসু ইতোমতা থিজরুই। মরম ফংখি, তুরেলগী ঈচেলনা হঙ্গৎনা খক চেন্দে হায়নবা লৈবদু নিংশিংলকই। অদুদি তুরেল ঐদি কমদৌবা তাবা! লাম্থোক্তুনা চেনথখিনি কাওশিং ময়ামসি পুথখিনি। তুরেলনা চেম্থদুনা পুরি ফত্ত-হৌদি ইকুম-শিঙ্গুম, শিংতেক-শিংনাং কয়া হিদেন অমদগী অমা হিদেন কয়া কয়া লান্দুনা। অদুগা লাংবন তর্পন মতমদদি লাইওইখ্রবা কয়াগী মিংদা মচা মশুশিংনা তুরেলদা থাদরকপা চেং-থোইদিং লৈ মরক্তা অহাওবা হে-রা কয়াসু নোংমা ফাদোক্তি অদুম ময়াওরকই। ইপান থাগী মতমদনা অকনবা ঈরৈ মরক্তা মপাল মরু ফুক্লা তাওথরকপা পামেল উজাও কয়াসু তোরৈ তুথুপ কয়া লান্দুনা ইরায় লায়না চেম্থবা অদুম মঙম্মী। পুন্নমক অসি খল্লুরগা মহৌশা হায়বদু মসি ওইবা তাই খল্লকই। থোইনা হেন্না নুংঙাইরকই।

মরকসিদা হকচাংগী ফিভম ঈরম-খোঙলমসু লেপখিবনা পুক্লিং নুংঙাইতবা, কপ্নিংবা, ৱারৌবা খঙহেন হেঞ্জিল্লকপগুম তৌখি। নুংশা থিদুনা ডাক্তরগা ফাওবা তান্নরুরবনি। করিসু থোইদোকপা হায়রক্তে, মহৌশানি, অদুম তৌন'হৌনবনি হায়রকই। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা নুপীশিংগী মরমদা থিগৎপা প্রোগ্রাম অমগীদমক ৱাঙ্খে পেলেস গেটতা লৈবা নুপীশিংগী মফম অদুদা ঐহাক চৎলুই। অদুবু মতমদুদা লুচিংবা (লীদর) শিং লৈরমদবা মতাং থোক্তুনা ঙাইহাক ঙাইবা তাখি। মফমদুদা লৈরিবী নুপীশিংগী ৱাথোক লাম্থোক খরদা য়াম্না শিংথানিংঙাই ওই। অমরোমদা নুপীনা নুপীগীদমক্তা অসুম্না হোৎনরিবসি খল্লুবদা শোম্থরম্বা ঐসে খরদুম কনখৎলকপগুম তৌখি। মতম অদুদা ইচে মোমোন অমদি ইচে চাওবীনা মকোক

ওইরে হায়। মখোয় অনিমক অসি মতিক চারবী লমজিংবী লৈমরেন হায়নদুম শিংথানিংই।

মখোয় অনিনা হোৎনরম্বদো, থৌনা লীংজেন য়াওদ্রবদি ঙমগদবা নত্তে। অচৌবা হোলগুম্বা পাকখন অমদা ফমুং কুনমঙারোম থাই। কাচিন অমদা চাকখুম ওইনৈ। চাক এঙ্খাং থোং থাক্লবা কোর্ফু খাংনচিংবা লোয়না শুনবা লৈবা উই। মখোয়গীদমক কনানা চেং ৱানবীরমগনি, এঙ্খাং নাপীনা কমদৌনা শিল্লমগনি। ময়ামগী লুচিংবনি হায়জবগী ৱাতনি শেঙ্গোক লম্বী মতিক চানা লৈনবদি অমত্তা নত্তেদো। কাচিনগী ফমুং অমদা নুপী অমা লৈবা উই। মমায়দো ফিরু-ফিরাং খুম্মী। কাংথোন্দগী মখোং য়াম্থরদুনা লৈবনি। ফিনা খুমজিনবনা মমায়দুমদি মপুং ফানা উবা ঙমদ্রে। মাঙ্গোল মচা অদুদা চৌক্রি খরা লৈরম্বদুদগী অমদা ঐ ফমথরম্মী।

ইখোন মচা মচা কোইদুনা নিংথমথাগী মনা মশিং খরসু থাবা উই। মরোই মপাং, শৌগ্রী, তোর্বোৎ, ইশু শুনা হৌবা উই। মদুগী পীক্র পীক্লবা পাম্বীশিং অদুনা মীওইবগী চীঞ্জাক্নি, হিংনবগী তঙাইফদ্রবা পোৎচংনি। অদুগুম্বা পাম্বীশিং অদুনা নুপী সমাজগী পীক্লবা চাইগোইনুং অদুদা মকা লাম্না হৌরিবদু য়েংবদা নুংঙাই।

ইখোল কাচিন অমদা লাইশঙ মচা অমা শাদুনা লাইনিংথৌ লৈমরেননি হায়দুনা ধুপ থাউমৈসু কৎতুনা থম্বা উই। তাঞ্জা অদুদা ইচে মোমোনগা চাওবীগা অনি হল্লক্রম্মী। অসুন্না মখোয় অনিগা ঙাইহাক ৱারী শান্নবদো অনৌবা পাড়া অমা তম্বগুম নুংঙাই, পুক্লিং চংনা তারুই। ইচে অনিদো লৈতোন শেংই, ৱা ঙাংবদা ঈশিং লিৎতে হায়বদুনি। অদুগীসু মথক্তা মচং ওইবা ৱা ঙাক্তা ঙাংই, মফৈদা খক হাইদোক্তে।

*-'ঐখোয়না তৌরিসে নুপীশিংগীদমক্তনি। আদা কাচিন্দা ফল্লিবী নুপী অসে মপুরোইবনা ফুমনবদগী খাঙবা ঙমদ্রে হায়দুনা চেল্লকপনি হায়। সড়ক মচিদা লেপ্পুনা লৈরম্বদগী ঐখোয়না থেংনদুনা পুশিল্লকপনি। মপুরোইবনা ফুবদা মমিৎ মমাই, মশা পুম্বা মুশুক মুসুক মুনা খাল্লিবনি।'*

ইচে অনিনা তাক্লক্লিবা কাচিন্দা ফল্লিবী নুপী হায়বদো ঐনা হান্না উখ্রবনি। মাগী ৱারীদো তাবদা নুপীগী মরাইবক থিবা নৎত্রগা ফবসে নুপীগী মখুত্তা লৈরবা জাৎলা

হায়না খল্লকখি। ব্বাহনগে নৎত্রগা নুংঙাইহনগে মখোয়গী মখুত্তা লোইনা লৈরম্লে। মশা লুম্লবী, থা শুরবী মাবু অদুক শাথিনা ফুবিবদগী চেল্লকপদা হিংজহৌবনি। নৎতদুনা অখাং কনবী সতিগী পান্দমদা খাঙদুনা লৈরম্লবদি মমা মচামক শিরম্বসু কনানা খঙবা। মীওইবা মপোক ওইনা পোক্রবদা শিবসিবু কনানা পাল্লমগনি। চহি কুনমঙা কুনতরুক্লোমদি শুরম্লগনি নুপীদু। চহি মতাং অদুদসু মহাক করিগী শিনিংলমগনি, তাইবঙ ফাওদ্রিবা মচাদুগীতা খল্লবসু শোয়দনা হিংনিংলমগনি। মাদি লায়রদনা চহি চাম্মা শুরবী নুপী ফাওবা হরি নাম শোন্দুনা পুন্সি নুংশাংজগে হায়না নিজবা য়াওরিবনি।

ইচে চাওবীদগী মরাইবক থিরবী নুপী অদুগী ব্বারী তানা তানা মমাংঙৈদা হৌখ্রবা থৌদোক কয়া নৌহৌননা অমুক নিংশিংলকখি। মরোল কয়া কুপশিনখ্রবসু অনৌবা শয়োন কয়া চোংখৎখ্রবসু ঐঙোন্দা ফাওখ্রিবা চৈনা অমদি চৈফমশিংদো, মুশুক মুনা, শংত্রিক শংনা খামখিবা দাকফম কয়াদো মিৎকুপ অদুদা থৌদোকশিং অদুগা লোয়ননা ইনৌ নৌনা শাফোংলকপগুমখি। নিংশিংলি নৌরবী চহি মতাংদুদা ব্বা ঙাংবদা নৎত্রগা পাউ অমা তম্বদা মরিক চুম্লবা খোম্থোক অমদি পাউরৌ প্রমান শিজিন্নবা ঙমদ্রিবা মতমদুনি। নিংশিংবদা চৈফুশিংদুগী চৈনা নৎত্রগা অতোপ্পা মখলগী চৈনা কয়া লোয়নরকখি। অদুগুম্বা লোয়নরকপা চৈনাশিং অদুনা অনাবা মখল অমা ওইরকই। হিদাক চারবসু ফবা ঙমদবা অরুম লাইহৌসু নত্তবা থম্মোয়গী লায়নাসে নাখিদ্রিবা মীনদি পাক খঙবা ঙম্লোই। পুম্নমক অসি খল্লুরগা ঐ নুপী অদুদা ব্বাহং হংলুদরে। মিৎনদং য়েংবদা নুপীমচা অদুনা ব্বারমগদবদো লোয়না হেক খঙলে হায়বদুনি। মাগী মশাদা তারিবা ফুবগী দাকফমশিংদো ঐনা য়েংলুগেসু খনদরে। মরমদি শুপয়েং য়েংলুদ্রবসু খঙলে। খল্লকখি, মহাক করিগীদমক্তা মপামদা চত্তদুনা সড়ক্কী মতাইদা লেপ্পল্লিবনো? মদুগী মরমসু চাওরাক্লা ঐ খঙই।

মবুং মৌপ্পা, মমা মপা লোয়না লৈরবসু থা শুরবী নুপী অদো মপুরোইবনা ফুবিরগা চেনশিল্লকপদা লৌশিনবীবগী মহুত্তো নংতা শিজখ্রো হায়দুনা মপামগী মীওইশিংনা খোঙপাক্লা কাওরগা তানবিরক্লমগনি। ঐ খঙই, ঐ লোয়না খঙই।

মপামগী মায়কৈদগী মাবু করিগীদমক কৌশিনবিদবনো হায়বা ৱাহংগী পাউখুম চপ চানা লৈ। পাউখুমদি অসিনি। নিঙোলশিংনা লুহোংবা মতুংদা অৱাবা ফিভমদা লৈবসে মপামগী মীওইশিংনা য়েংবা অমদি অৱাবদুগী মপাউ ৱারী ফাওবা তানিংদে। ফজবী লোন্দাদা হায়রগদি মসিদা থেংনরিবা অৱাবসে 'মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা, মচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা' হায়বদুনি। ফৎত্রে খঙলবা মী অমবু শিরকপা ঙাইবগী আশাদা হিংলিবা নুপী অদুদি করি ওইরম্বা তাবগে? খম্থরুবদা মিৎতা অদুম উবা য়ারে। গুণ্ডিরগী খয়াৎতা হকচাং তঙ্খায় অমা চংথ্রবদা লেমহৌরিবা তঙ্খায় অদুনা করম্না পাঙ্গল চাওথোকচরুবা, শক্তি ফুদোকপাঙমগনি।

নুপীগীদি মমা মপা, মচিন মৌপ্পা হায়বসে *ইনম্মা কৈরোই, ইবুং লৈকাই* হায়বদুনি। লৈকাইদুসু করম্বা লৈকাইনো হায়বদা খ্বাইদগী শোনবা লৈকাইনি। ঐগী ৱাখন্দো নুপী সমাজগী নোংপোক হারম পাংবদা পাইপতগী ওরো ওরো তারক্লিবা ঈশিংদু উরুবদা খরমখৈদি পুক্লিং ঈংথহনখি। ঐগী ৱাখলনা মনিং হল্লিবা করিগীনো? মী পুন্নমক মমাংদা চংশিন্নরি। ঐসু মমাংদা চংশিনগনি। ইচে মোমোন্না মমাংদা করি করিনো হায়খিবশিংদো খঙহৌদরে। ফম্না ফম্না ৱারী তানা তানা মতেক মতেক লম্মুক্লখি। ভাব তারকপদা,

- *অঙাংসে উন্নরনি শোয়ররোই। ঙসিমক থোক্কদ্রা ...। মহাক্তা মমায় মমিং পাঙথোকহল্লগা নুপাদো মশম পায়দুনা চিংলুগে। স্বষ্টিসু চাওনা শোলহনগনি। মচা পোক্কনি হায়দি খঙলগা স্বষ্টি শোনগনি, চাওনবা য়োক্কনি খঙদবা য়াবা নত্তে। নুপী সমাজগী মগুণ খঙহনগে হন্দক্তি।*

ইচে মোমোনগী শক্তি লৈরবা ৱাঙাংশিংদো তাবদা পুক্লিংদা ইচেবু থাগৎপা হৌরে। চাওখৎতবা সমাজসিদা উরিবা নুপীগী শক্তমসে, লোয়নবিরিবা থম্বীরিবা মওং অসে, থবক কন্না শুহনবা, চাবা মতমদা নুপানা পেনখ্রগা অরেম্বা চাহৌবা, মচা পোকপা মচা য়োকপা, শাওনিংবা, মনিং থুংদবা য়াওরগা ফুফম চৈফম তাইনফম ওইবা অসিনি। পৃথিবীদা খুন্দারিবা মীওইবা খুন্নাই অসি থেনখাং কয়ারক্তা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। পুন্নমক হোংখ্রে। অদুবু লমদম অসিদা নুপানা নুপীদা ওৎপা হায়বসিমদি

কুনমাথোইশুবা চহিচা য়ৌরক্লবা অসি ফাওবদা হোংখিরোইদৌরিব্রা ? মসি খল্লুবদা মচিংদো হৌরক্কদৌই। ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লানফমদদি ধর্ম্ম কায়দবা অদুনা মায় পাকপা তাবনি। মসিমদি অঙাং ওইরিঙৈদগী চেৎনা থাজরকপা ব্রাফম অমনি। হোয়, মতমদি চংবা য়াই। নোংমদি ধর্ম্মনিতিগী অচুম্বা হায়বসিদা শোয়দনা চঙজরক্কনি। নুপীবু ওইরবসু নিপাবু ওইরবসু লম্বী অসিদগী খক লাপথোক্লা হাইদোকখিবা ঙম্লোই।

ঐদি নুপী খুদিংমকপু নুংশি, ইরমদম অসিবুসু য়াম্না নুংশি। *দি লিট্টল পেরেদাইজ ওন দি আর্থ* হায়বিরম্লবনি। অসিগুম্বা লমদমসিদনি নুপী ওইবী, য়ুম পুবী নপী পুম্নমক্কী মান্নবা মচৎ অমা হায়বা তারবদি অয়ুক য়েনখোং অহানবদগী হৌগৎতুনা য়ুমগী কুপ্নোম ময়াম অমা শু-নোম্বা হৌবসিনি। মসিমা মনিপুরী খুন্নাইসিদা ঙসিসু অদুম্মক অহোংবা লৈত্রি। মম্বাইদসু মপান লমগী নুপীশিংগা ঐখোয়গী নুপীশিংগা খেন্নবদো য়াম্না চাওনা অদুম্মক উবা অদুম মফংলে।

অতোপ্পা খুন্নাইগী নুপীশিং, য়ুম্বুবী নুপীশিংদি ইমুং অমদা মথৌ তাবা পোৎলম খুদিংমক অসি নুপানা পুশিল্লক্লগা থোং থাকই। নুপাশিংনা লৈরক্কুনা থোনবিবা ফিজোল, শেৎ-ইল্লি, লৈতেংই। ইমুং অমগী অকুপ-অতা ফাওবা নুপা ওইবশিংনা লৈদুনা পুশিল্লকই। ঐখোয়গীদি কদাই, ইমুংগী শেৎ-ইন্ননবা ফি-রোল কাসিসু নুপীশিংনা লৈবদগী হেন্দোক্কুনা ইমুং অমদা মথৌ তাবা ফি মখল পুম্বা নুপীনা শানরম্লিবনি। হৌজিকশু মসিগী মমি খুঙ্গং খরদদি তারিবনি। মনিপুরী খুন্নাইগী নুপীশিংদি হিরম কয়াদা থোইদোক হেন্দোক্লিবনি। অসিগুম্বী নুপীশিং অসিদা অসুক চাওখৎলবা মতমসিগী খুন্নাই লৈঙাক্লোন, চৎনরোলনা পীবিরিবা ফিদম, থুংবিরিবা চাকথুংদি কদাই ! মহৌশাদগী করিদা অহোংববু লৈরবগে ! খল্লু খল্লুরগা পুক্লিংদা খোইরাং খোইশাওনবা হেনগৎলকই।

মনিপুর দিভলপমেন্ট নুপী সমাজগী মপান নাইদ্রবা থৌদাং কোকথোন্নরবী ইচে *মোমোন*, ইচে *চাওবী* অনিসে মতমদুদা লাইরেম্মগী অনৌবা লাংওন অমরা নৎত্রগনা মদুগী ইহুল ফাওরবী ওইগনি হায়না ফাওবা খনখি। অহানবা উন্নরুবা নুমিৎ অদুগী চৎলমদাইদা অসুম্না হায়জরম্মী,

*- ইচে!ময়ামগী মতেং মতেং ওইনবা চেং খরা ৱাঞ্জরমগে।*

*- ৱাল্লম্মু ৱাল্লম্মু, য়াম্না ফবা ৱানি।*

মদু হায়রগা ইচে চাওবীনা খাও অমা পুথোরক্লুনা ফাবৌঙা অয়াইবা খরা য়াওরিবদু উৎলকই। অদুগা মখা তারকই

*- য়েংঙুনেসে! নুপী অসিনা করিগুম্বা অঙাং উন্নরবদি মৈতৈ থুমগা ফাবৌঙা অয়ায়বা খরা অসিগা পীজনবা হায়দনা কৈথেলদগী লৈরক্রিবসিনি। মসিনিদো নচেখোয়না তৌরিবসে। ঙমু অচংবা খরসু লৈশিনবা তারিবনিনে তৌরিসে।*

নুমিৎ অদুমক্তদা অনকপা দুকান্দগী চেং কেজি কুনখক্তি ৱান্দুনা পীশিঞ্জরম্মী। মদুনা মতেং খজিক্তংদি ওইরনি খঞ্জে। কাওদ্রি ইচে অনিগা লৈবাক খুন্নাইসিগী ওইবা হিরম কয়াদসু ৱারী শান্নরকখিবদো। নুমিৎ অদুদা খঙলকখি, ইচে অনিনা নুপী সমাজ অমা লীংনিংবগী ৱাখল অসে ইমা কৈথেলদগী পোক্লকখিবনি হায়বসি। মখোয় অনিনা কৈথেলদা পোৎফম ফম্লকঙৈদা লমদম অসিগী নুপীশিংনা লুথোংনদুনা পুরিবা মখল-মখা কয়াগী পুঙম থাংঙমদ্রবা পোৎলুম কয়ামুক অসি থেংনরকখিবা খঙলকখিবনিসু হায়। অতম্ননা নক্লবা মীওইশিংনা অৱা অনা কয়া নংহল্লবী খুন্নাই অসিগী নুপীশিংবু খরদংতা ওইরবসু চৈঙাক পীদুনা কন্নবগীদমক নুপীশিংগীতা ওইবা *নুপী সমাজ* হায়বা লুপ অমা লৈফম থোকই হায়বসে মখোয় অনিনা খল্লকখিবনি হায়। কাইনথংদদি কৈথেল কারক্লিবী নুপীশিংদা নক্তনা লোইজিং লোয়া কয়াদা লৈজবী মতেংগীদমক উপাই উদ্রবী কয়াগী ফাওবা অৱা তেংবাংনবা মখোয়না হোৎনখি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা, মমিৎতা মচা উজদ্রবী নুপী হায়বসিমা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদদি শোয়দনা অৱাবা তাগল্লি। মসিগী মরম্না মনেম মকু, শাগৈ নাতৈনা লৈখিদ্রবা নুপী অদুগী সম্পতি মীহৌবা মীকাবা অসিনা মরু ওইবা মরমনি। মদুগীদমক নাকোইননা মরম অমা নৎত্রগা অমা হায়জিনবীদুনা, মরাল অমা নৎত্রগা কয়া থংজিনবীদুনা য়ুমদুদগী তাম্থোক্লবা হোৎনরকপসি তোয়না থোক্কল্লি। মদুগুম্বা খোঙফমদা মৌ লুখ্রবী অদুগী মায়কৈদা লেপ্তুনা ৱাহৈ অমা ফাওবা ঙাংবিনবা মী কনাসু লৈগন্দে। অসিগুম্বা মতাংদা নুপী সমাজনা খঙল-তারবদি লাইবক থিরবী অদুগীদমক চোংথোক্লুনা মতেং পাংই।

ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী লৈরিবা চৎনবী অসিসু নুপীশিংগীদা য়েংলুরবদি অশোনবা চৎনবী হায়বদুনি। অদুনা অসিগুম্বা খুন্নাইসিগী মীপুম খুদিং অসিসু ঙম্না লোয়না মপাঙ্গল শোল্লি, নুপীগী মতাংদদি। নোংমগী চরা অনি ফংননবা হোৎনবদা নুপাশিংনা খা-রাই খঙদনা হোৎনবদা খুন্নাইসিনা করিসু হায়নবীদে। অমরোমদা হিংবগী চৈঙাক লৈতবীশিংনা পুকচাক তানবগী লম্বীসিদা হেক থোক্লকপদা মিৎ চাম্মা চাম্মনা মায়কৈ কয়াদগী য়েংবিরক্লবা, ঙাংবিনবা থোরক্কনি। অদুগুম্বদু কিজবদগী শুফম নোম্ফম খঙদনা ওহ্থোক্লা ব্বানা হিংলিবী কয়া অমা লৈরি ঙসিসু। মসিদনি ঐখোয়গী খুন্নাইসিগী চৎনরোন্দা মীনুংশিগী চাকথুং অসিমা থুংবিদ্রি। মীনুংশি য়াওদ্রবা মিৎয়েংগী মখাদা কনানা মতু মমান খিংনা হিংবা ঙমগনি।

খুন্নাইসিগী চৎনরোলদা নুপা ময়ুম হায়বা অমা নুপী ময়ুম হায়বা অমা অসি মী অমনা য়ুম্বান পুন্সিদা হেক খোঙদারকপা মতুংদা থেংনগনি। মসি নুপা নুপী অনিনা শেম্বা অনৌবা মরী মতানি। মসিগুম্বা শাগৈ অনিগী মরি মতাগী পুন্সিরোল অসিদা থম্মোয় তিংনা নুংশি চান্নবা হায়বসি ইমুং খুদিংদা হেক্তা ওইগনি হায়বদি লৈতে। অসুন্না নুংশিনরক্তবগী মরম অসিসু ওহ্থোক্লা য়ামখ্রে।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নুপী অমনা নৌনা লুখ্রা হেক ওইবা তারবদি, নুপা ময়ুমদা মহাক্কী মীচং অমত্তা লৈতবনা অয়াম্বনি। মসিদসু অমুক মচা পোক্তবীশিংগীদি মীচংদা নত্তনা তুংগী অশা ফাওবা লৈনদবনি। ফিভম অসিদা শাগৈ অনিগী মরী মতাগী মীনুংশি অদুনা করিসু থোইদোকপা চৈঙাক পীবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা হিরম অসিদা ইচে অনিনা ফোঙদোরকখিবা ব্বাফমশিংদো অসুক্কী মতিক চুমখ্রে। মতাং অদ্বাইদদি ইচে অনিবু ঐ থাজবা পোকই। ইকাই খুম্ননিংলকখি। তশেংনমক নুপী সমাজদা চংলুবা নুমিৎতুদা উরকপা খঙলকপা ময়ামদুনা অনৌবা ব্বাখল অমদি থৌনা পোক্লকখি। মদুনা চিংবিদুনা চৎকদবা পুন্সিগী লম্বীদুসু তশেংনা মিৎতা উরকপদৌনা তৌখি। মমাংথক্তা মনুং শোনবী ওইনা হিংলকপদো খুদক্তা মনুং কন্নবী হায়বদো ওইরকখি। ব্বাখলসিবু হুমদুনা কোইপু পুরুবা নোংলৈ অদুনা তপ্পা তপ্পা ঈংথরকপগা লোয়ননা ফম্মিন্নরিবী ইচে অনিবু পুন্নৌ নৌহৈনবা শক্তম

অমদা উরকখি। মদুদদি থওইনা চেকশিন্না য়েংজে, ইচে অনিবু। মখোয় অনিমক চহিনা লুমথরবী ঙাক্নি। অহল ফনা ওইশিল্লে। খোমগৎতুনা হাৎলিবা কোকথক্কী শম্লাংশিংদো চরল চরল্লে, পাখিবনা কোকতোনগী উনশা উরে। অদুবু চেকশিন্না তাশিন খোমজিন্দুনা পুল্লিবা লুতুংগী শম্বুল অনিদো কোম্লপ পুল্লগা কমলামুক চেৎশিন্না পুল্লগনা হৈক্রুমুক হায়বদুনি। লাইবক্তা চৎলিবা ময়িশিং অদুসু মশিং ফনা য়াম্লে। মিৎপান, মিৎমৈ তারক্লিবদুসু মমুন ফারবা হৈরিগা পাম্বক ওইরে। শাবান্দি ইচে চাওবীনা পাতক তৌই, ইচে মোমোননা পীক্তক নোয়তক তৌই।

মঞ্জুনরবা উরৈরোম মচুগী পুংঙৌ ফনেক অমমম শেৎলি। ঐখোয়গী ইয়োংদা শাবা অঙৌবদা অশংবনা কুপ্না লাংবা জাতিকুপ্পী মচুগী ইন্নফি অমমমসু ইল্লি। থোইদোক্লা নুংশিরুরিবসিনা অহল অনিদো অয়াম্বা মতমদা ফিজেৎ ফিজোল মান্নজবা অদুনি। মখোঙদনা ইচম চম্বা হৱাই চপ্পল অমমম তোংই। মখোঙনা নম্না চৎপনিনা খুনিংদুসু ইকায় কায়রে। লিৎলিবা ফুরিৎ অনিমক্কী থবক ময়াইদা চখনা চেইন পানবা ফুরিৎখাও য়াওই। অসুন্না ফুরিৎতা অমদি পেটিকোৎতা খাও পানবগী কান্নবসি খঙই। লংফৈ চৎলমদাইদা হেক হেক অসুন্না থৌরাঙ তৌখি ঐসু। অসুন্না মখোয় অনিগী পুকচেল খোইজেন তিন্নবা মতৌদো কল্লকচৈ, থাগৎচৈ পুক্লিংদা।

ইচে চাওবীনা হায়খিবদু কাওদ্রি, 'ইবেম্মা, নঙনা চেংসু ৱানবীরে। ঐখোয়গী লৈবাকসে ইরাং য়াম্না থোক্কদৌরে। ৱারী খরদুম শাখিসি ফমখোনে। নাগা কুকি অনিনা মতম কুইনা শোক্নরক্লিবা লাল অসে, পোলোইদনে মৈতৈগা শোক্নরক্কদববু মাল্লিনে। নখোয় লাইরিক হৈবীশিংনা ৱাখল খরা খল্লু। মৈহৌরোন্দগী লৈমিন্নরক্লবা মনিপুরগী চীংমী তম্মীনি। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না চারৌ মৌরৌনরবনি। কুকিনা নাগা, নাগানা কুকি, মৈতৈনা নাগা-কুকি চারৌ মৌরৌনবনি। পুমতোৎ তোৎশিন্নরবনিনে...।'

ইচে মোমোন্নসু পাঙশিল্লকখি, 'রাজনিতিৱালা খরনা শান্নবা লীলানিদা...।'

ৱাদু তাবদদি খঙপ্রেকপু খঙই। ঙাংনরিবদুদা করি হায়রুনি, করি খুম্লুনি চমন্নখি। মখোয় অনিনা ইচম চম্বা হিরমদা ঙাংলম্বদগী অদুক লুবা থাক য়ৌরক্কনি হায়বা

থাজরুদে। ঐঙোন্দদি চমন্ননা থোকখি। মখোয়না ঙাংলি শাক্লিবশিংদো ওম্থোক্না থাক ৱাংই। মদুদা ঐনা করিসু ঙাংলুফম খঙদে। পুক্নিংদদি ফাওখি। মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা হায়বা জীবশিং অসি চহি য়াম্থে-য়াম্থে খুদিংগী অহোংবা অমমম পান্নরকই। মসে গ্লোবেল ফেনোমেনন অমনি। কুইরবা মতমদগী নাগালেণ্ড ফাওদুনা লম্বী চৎপদা থেংনরিবা অৱাবা, মীশি মীনা ঐসু খঙই, লম্বীসি য়ুমথংনবা ষ্টেট অমগী লম্বীনি। তানফমসিদা মীফৎতা কয়াসু অদুম চোংথোরকই। অতল বিহারি বাজপাইগী ৱাহে অমসু নিংশিংলকই, *'সব কুস বদল সকতা হে, মগর পরোসি বদল নহি সকতে।'* অদুবু মদুকাদুদি হায়রুদ্রে, শমজিল্লগা ঐগী ওইবা ৱাফম খরদি ফোঙদোকখি।

*- ইচে মতম্না পুরকপা ইরাং ঙাক্কনি। চেনফম লৈতে, থেংনবা তাবনি।*

*- চেনবদি লায়রদনা ঐখোয় অনিদি ময়ায় য়ৌদৌরে; ইচে মোমোন্না ফাগী তৌরকই।*

ৱাহৈদো ইচেনা ফাগী ওইনা হায়বদি ওইরম্বা য়াই হায়ববু মদুমকসু কয়াদা অর্থ চেনখ্রবনো? খজিক খজিক্তগী লুর লুরবা লৈবাক্কী ৱারী কয়া অমা শান্নরকখি। অদুমক্তনা নুমিৎ অদুদা ঐহাক ইশামক্কীসু অচৌবা অহোংবা অমদি লাকখিনি।

রমায়ন ইরম্মী হায়বা বাল্মিকিগী ৱারী নিংশিংলকই। লাক্ল-ফানবা ঙমদবা মীনুংশি লৈতবা তাকু ওইরম্বা মীওই অমনা সাধু অমা থেংনরুবদগী পুক্নিং ৱাখল পুমহোং হোংখি। কয়ামুক য়াম্না শাথিনা হোংখিবগে হায়বদা মাগী নুংশিরবা ইমুং মনুং অমদি মানা তৌরম্বা হৈনরক্লবা থবক অদু ফাওবা থাদোকখি। মদুদা নত্তনা পুরা তায়োন্নবা মপোকঙৈদগী তৌরকত্রবা থবক লাই নিংদুনা রামগী মিং শোন্দুনা চাদ-থক্তনা ধ্যান তৌখি। মদুদসু মহাক অহানবদদি রাম হায়বা ফাওবা থোক্তদুনা *মরা* হায়না শোনখি সি য়ৌনা হায়খি। কুইনা লাই নিংখিবদগী মশা পুম্বা লৈশৌনা কুপশিল্লক্লবা মতুং কাইনথংদা অথোইবা মঙাল ফংখি। বাল্মিকি হায়বা মিংথোল ফংদুনা রমায়ন ইখিবনি।

মতাং অসি নিংশিংলুবগী মরমদি, মীওইবগী পুক্নিং ৱাখল হোংবা হায়বসি থম্মোয়দা তিং লাওবা মপালগী ইহুল অমা চংবোইরে হায়বসিগী ৱানি। অতম্ননা

হোংলো, হৈরো-শিংলো হায়বা ঙাক্লা মী অমগী পুক্নিং ৱাখলবু হুমদুনা পুবা ঙম্বা নত্তে। ঐ বাল্মিকিগুম্বদি নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা ইচে মোমোন অমদি চাওবী উন্নরুরগা থোরকখিবা মিৎকুপ অদুদা পুক্লিংসিদা মথুম মরাং হৌহনবগুম তৌখি। মতমদুদা ইমুং মনুংগী ইচা ইশুগী হায়দুনা কা হেন্না খঞ্জিন্দুনা উংজা পুরকখিবশিংদো তপ্না তপ্না থাদোক্লিংলকখি। ইমা লৈবাক ইরমদম, ঐগী পোক্লফম লমদম অসিগীদমক খনবা হৌরকখিবনি। পুক্লিংদা অচৌবা ৱাহং অমা য়াকায়রকখি, *'নহাক্লা করি তৌগদৌরি ?'*

পুৱারীগী চেৎলবা লীপুন অমনা পুনশিন্দুনা নিংশিংবা ৱারবা মতমদগী লৈমিন্নরক্লগা মনিপুরগী চীংমী-তম্মীগী মরক্তা চিংখায়নরক্লুনা নাকপাক তান্নরকপা হায়বসে অরুবা ৱাফম অমা ওইরক্কনি। অমুক্তসু খল্লুদবা ৱাফম অদুনা থম্মোয়সে ইরুম লুমথহল্লি। তশেংবদি মদো ইমুং মনুংগী নিংঙাই শংদানবা হায়বদুনি। তিন্নরুবা লৈমিন্নরকপা হায়বসি নোংমা ফাদোক শাওনবা, চিন্দা পাউদানবা থোক্লোই হায়বা ঙম্বনে? মসিদি নোংমদা হেক্তা তেনশিন্নবা য়াবনি। অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিনা খঙহৌদনা মীখুৎওই-য়োংখুৎওই তৌবা খুৎ খরনা অহোইননা চখাইবিরদ্রা হায়বরোমদসু খল্লুই। মদুদদি তশেংনা হায়ফম খঙদনা অকিবা পোক্লকখি।

ৱাফম অসিনা ইমাংমক্তদা মুশুক মুবা চাওরবা চীংজাও অমনা থৎতুনা লৈবগুম উরকই। হন্না য়েঙখিবদা ইমিদা মঙায়রবী ফিভমসিদা করিবু তৌরুবা ঙমগনি। মৈতে ওইবা পীক্লবা ফুরুপ অসিগীদমক্তসু খন্দবা ঙম্নক্তে। খল্লুবদা ৱাখি। ইহৌ ইরাংদি অসুম সুম হেঞ্জিল্লকই। লুপ কয়াগী দাবীনা পীক থঞ্জিল্লকই। চাওর-চাওরবা খোঙজং কয়া চঙশিন্নরকই। লোইবা খম্বা নাইদবা মী লাক্ষ কয়ানা চৎপা খোঙচৎ (রেল্লি), মীগী শম্বল (হ্যমেন চেইন) শেম্নরকপা ফাওবা য়াওরকখি। মদুদদি ঐসু শরুক য়াখি। মতুং তারকপদা ময়াং লান্মীনা, মখোয়না মখুত্তা পায়বা নোংমৈনা কাপ্পুনা মরাল লৈজদ্রবা মীওই কয়াগী থৱায় মাংহনবীবা, রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্স হোস্পিটালগী থোঙ্গালদা ডাক্তর তমজরিবা মহৈরোয় অমা য়াওনা ওটোরিক্সো দ্রাইভর মঙা ঈঙাং পাক্তক্লহনখিবা, মালোমগী বস ষ্টেন্দ অমদা মীচম

তরামাথোই কাপ্তুনা পীখন্নহল্লগা ঈনা লৌথোকও চেলহন্নখিবা, মদু উরুব্দগী নৌজরিবী ইরোম চনু শর্মিলানা পাঙ্গল থোক্লা ব্রাকৎফম লৈজ্জদবনা মরোমদোম চরা হেল্লকখিবনি। পীক্লবা ইরৈবাক অসিদগী অমুবা আইন (ব্লেক লো) লৌথোকপীরো আমর্দ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পব্রার্স এক্ট ১৯৫৮ ষ্টেট অসিদগী লৌথোকউ হায়বা ব্রাকৎ মশাগী থব্রায়না পোম্ভা ওইদুনা থাঙ্গৎলি।

অসুম্না মায়কৈ মরিমক্তগী হৌজিল্লকপা মীয়ামগী ইহৌশিং অসিনা অসুম-সুম পাক শন্দোরকখি। ইহৌ মচা মচাশিং অসিনা অচৌবা ঈপাক ওইরক্লি। ঈপাক অসিগী অরুবা ময়ায় তমদুনা মীয়াম্না চংসিন্নরি। ইশাসু অদু মঙাই মীয়াম মরক্তা য়াওরি। মীশি মীনা লেপ্পা নাইদে। শা-উচেক্তগী মীনা হেন্না শিরব্রা খল্লি। নোংমৈ মরু অমনা থব্রায় অমবু কোক হেক্তা লোয়শিন্নরে। লম্বী চৎপা থবক চৎপসি তম্বা ঙম্বা নত্তে। কদোমদগীনো খঙদবা ম রু অমনা পাইশিল্লক্তুনা থব্রায়সে লৌখিবা য়ারিবনি। ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবীগদৌরিবা ষ্টেট সেক্যুরিটি ফোর্স থনাশিং অসিনা অমুক্কা হেন্না কিবসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। অসাম রাইফলস য়াওনা নেসেস্নল সেক্যুরিটি ফোর্স ময়াম অসিসুনি কিরক্লিবসি। মখোয়না মরোল অমা মীচম প্রজা পুন্নমক অসিবু লালহৌবা ঙাক্তা ওইনা উরি। লম্বী লমখাংদা থেংনবা, চেক তৌবা মতমদা ফৎত্র-ফৎত্রবা ব্রাতা খোন্দা শিজিন্নদুনা ঙাংই। ফুনিংবা নুমিৎতনা লম্বী থিংলগা পংফু মফুই। খরা চিংনরগনা ভেরিফেকেস্সন তৌনবনি হায়দুনা ফাজিন্দুনা থম্মী, লোক-অপতা অশেংবা ওইরমদ্রবা ফাওবদা শেল খরা মন্তিক্লরগা ব্রারোইশিন ওই। থোইদোক্লা অচুম অরানগী ব্রা খঙদে। মী ফাই, মী কিদনেপ তৌই। তৌনিংবা তৌই। পুন্নমক অসিদা থম্মোয় খ্বাইদগী শোক্লিবসিনা অঙাং, নুপী মচা ফাবসিনি। মসিনা অমুক মশক খঙদবা খুৎলায় পায়বশিংননি। ফারিবগী মরম্না শেলগী দিমান্দগীদমক্লি। শেলগী দিমান্দগা মরী লৈননা ফাখিবী লুইনিংলা ইলিজাবেঠ নিংশিংলকপদা ইরিবা খুৎ অসি লেকথরকই, ইবা লেপ্তুনা কোক পায়দুনা খাঙলিবনি।

নোংমদি খঙহৌদনা ঐঙোন্দসু ওহ্লোকপা পুংফম অমদি য়ৌরকখি। শেলগী দিমান্দ লাকই হায়রকখি। ঐগী ইচানুপা দুকান ফম্লিবা অদুদনি। ইচাদো মমায় মমিৎ মুশিন মুনা উংদুনা ফম্নম্মী। করিসু উপাই লৈতে, ঐনা হংখি,

*- পৈশা কয়ানো?*

*- লাক্ষ তরামণ্ডা!*

*- ইস ওহ্নোক্না য়ামখ্রেদা!*

হায়ফম খঙদে, ৱাখল থোক্তে, ইচাগী মনাক্তা ফমথখি। অদুগা তুমিন্না ফমদুনা লৈখি। তশেংনা হায়রবদি তুমিন্না লৈবা হায়রিবদো মপাম্বোংগী ৱানি, থনুংদদি তুমিন্না লৈ লাকপা নত্তে, পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং অমা হঞ্জিন হঞ্জিন্না অদুম হংলি। লাক্ষ তরামণ্ডা হায়রিবা অদুসু অমুক নুমিৎ তরামাঙনিগী মনুংদা পীগদবনি হায়রম্বনি তম্মী।

মীওইবা মশেলনিনা খরা হায়না খোৎনরগা শেনফম অদো খরা খিৎসু তাথবিরকপসু য়াই। অদুবু লুরিবদি হায়জরুগদবা মীদু কন্নাদনো সিনি। নুমিদাংৱাইৱমদা নুপামচা অনি লাকখি। অদুগা য়াম্না থুনা অমুক থোকখি। কোন্না খঙলকই মখোয়দা লুপা লিশিং মঙাদি পীখ্রে। মখোয়না খরা তাথনবা ঙাংনবীরুগে হায়রম্মীসু হায়রে।

ৱারীশিংদো ঐ তুমিন্না অদুমক তাশিনখি। করি করম্বা ৱা ঐনা হায়রুগনি। মখোয়না শিনবদো অদুম য়াবা তাবনি। ঐদা নত্তনা ইমুং মনুংগী মীপুম খুদিংমক তুমিন তুমিন লৈনখি। নুমিদাং ঙস্তা ঙস্তা তুমগনবা মিৎ উইশিল্লু য়ানখিদে। মদুদা নত্তে, নুমিদাংগী চরাদু অদুম্মক থোংই। মদুবুসু অমুক চাফম থকফম খঙনদ্রে। শেল অদু পীদ্রবদি হাৎকে হায়ক্কদৌরিবনি খল্লুবদা য়াম্না ৱাই। খন্না-খন্না অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লবা মতমদা ইচানুপাগী কা তম্না ইচাদো কমদৌরিবগে য়েংলুই। মহাক মাগী ফম্মাংদা ফম্লগা য়ু থক্লম্বদো থেংনরে। হেক উবদা খঙশাও শাওনিংখি। অদুবু ৱা লান অমত্তা ঙাংলমদনা ঐগী কাদা থুনা য়াঙনা হল্লকখি। অদুগুম্বা চিরবা তানফম অদুদা ইচাদুনা করিগীদমক্তা য়ু থক্লিবনো মসিদনি শাওনিংলিবদো। অৱাবগা শাওনিংবগা অনি পুল্লপ পুনশিল্লকই। অহিং চুপ্পা অদুমা মিৎকুপ অমা ফাওবা তুমহৌদনা নোং ঙানথোরকখি।

নোং ঙাল্লে হায়দুনা করিদি তৌরুনি। নুমিৎনা অতিয়াগী নোংপোক থংবা মায়কৈদা মশেক মঙালগা লোয়ননা থোকচরকই। অদুবু লুমথরক্লিবা অৱাবা পোৎলুম অদুদি মঙালদুনা মৈশা ফাওরকপা হেনগৎলকপা খুদিংগী থোইনা হেন্না

লুন্না হেনগৎলকপগুম তৌরকই। অমরোমদা অহিং তুমখিদবা মরম্না হকচাং অসিসু হিকথদুনা হৌগৎপা ফাওবা ঙমখিদে। ঙমদ্রবা ফাওবা মীগী মখোল, গাড়ীগী মখোল, মোটোর বাইকনচিংবগী মখোল হেক-হেক তাবদদি মিৎ খঙশিং খঙশিং শিংই। ইঙাও ঙাওনা ফুক ফুক হৌগৎলি। মতম পুম্বা ইথক থকৎপা, তথক তথক অঙাওবগী মতৌগুম নুমিৎ খরনিদি হৌখ্রে। শুফম চৎফম খঙখিদে। খরা লৈরগা নোংমা মখোয় অহুম অমুক লাকখি। মশক উদ্রিঙৈদা পোক্লম্বা অকিবা লাংতক্লবদো, মশক উরগদি কিরম্বদু খরদুম ফৈ। শাবান্দো পীক্তক পীক্তক তৌই, ৱাং চাওবা মীতাদি অমত্তা নত্তে। মিৎয়েং নায়েংদি শাওরংনবা মাল্লি। অশাওবা মিৎয়েংগা লোয়ননা ঐখোয়দা য়েংলগা,

*- নখোয়না কোয়চৎ চৎতুনা মীঙোন্দা ৱা ঙাংলিবা, পাউ তম্লিবা করিগীনো?*

মখোয়গী ৱাহৈদু তাবদা ঐ য়াম্না থুনা ভাব তাখি। মখোয়না শাওরিবা অদো ঐখোয়না মখোয়না পীয়ু হায়রম্লিবা শেনফম অদু খরা তাবিনবা হায়ন-ঙাংনবা চৎপদুনি। অদুনা পুক্লিং ফাথদুনা খুমখি,

*- ইচাশা নখোয়গী পৈশাদো য়াম্মনবদুদা খরা তাবিনবা হায়নবা চৎপা ওইরমগনি।*

ঐগী ৱাহৈ খরদু তারগা মখোয়না ঐ তম্না হোৎচিল্লকখি। অমনা নোংমৈ মচা অমা শৎতোকই। অমনা মখোয়বু ফম্নবা মুড়া অদু থাঙ্গৎতুনা ঐগী কোকথক্তা কম্থগে তৌরকই। ঐগী ইচানুপাদু মমা শোক্কদৌরবা অদুদদি তুমিন্না লৈবা, খাঙবা ঙমদ্রবা মাল্লি, *'ভাই অদুদি তৌগনু!'* হায়খি। মদুদগী মখোয় হন্দোকখ্রে। অদুবু তুমিন্না হন্দোকখিবদি নত্তে, অসুম্না হায়রম্মী,

*- ঐখোয়না ৱারী শান্নবসিদা নঙ য়াওরক্কনু।*

কয়াদা লায়না কোম্না হায়খ্রবনো? মদুদগীদি নোংমৈ শৎতোক্লম্বা নহাদুনা নোংমৈ অদু ফুরিৎখাওদা অদুম হাপচিনখ্রে। ঐঙোন্দা থাগে তৌরম্বা মুড়া অদুদি থাদরম্মী, ইনাক্তা পৈনা তারি। লৈমায়দা ফমথরগা ঐনা করি ৱাখল খনখিবা নিংশিংলি ইহান হানবা খনখিবা ৱাখলসি, শিগদবা লৈরবা থৱায়সে শিদোকখিবা করিসু কায়দে। অদুম্নদি ওইরগা মরম চাদনা করিগী পঙশি শিজরুনি হায়বগে। খঙজদ্রবা পীক্লিবা

অঙাং মখোয়না মখোয়গী লোনচৎ ৱাঙাং শাঙাংদো লাল্লি। মখোয়গীদমক খল্লুবদা ৱাবীরি। ইরমদম অসিগী নৌনা হৌরক্লিবা অঙাংশিং অসিগী মওংনা মদু য়ৌরবা? অপিকপা ফুরুপনি ঐখোয়দি। মালেমসিদা লৈরিবা মীওই লাক্ষ কয়ানা শিংথানরম্বা পোৎশিং অদুনা নাথৈদুনা থম্লগা হিংশা তৌগনবা জাতি অমা ওইনা মালেমসিদা ফাওগৎপদি ঙম্লোই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা অহল ওইরবা নুপী অমদি অঙাংদা খুৎ থাবা য়াদে হায়বসে মীওইবগী মীনুংশি য়াওদবগী পন্দোন লোম্লবনি। মতম কুইনবগী মমাংদগী ইশানা ইশাবু মীওই কয়াগী ৱাখল উবা ঙম্বী নুপীনি হায়না খঞ্জরম্বনি। মরম্বু চারবদি থৱায় অসে কখোকখিবদা করিসু কায়দবনি। অদুদি নক্তনা ইপঙ পঙনা শিবদি পামদে।

অমুকসু খল্লি, মরম চানা য়াম্না নুংশিনা হায়রকপা ৱাদা ঐ কৈদৌঙৈদসু হিক্তোক্লোই। শেল ৱাৎপা, চানবা চীঞ্জাক ৱাৎপা, অৱাৎপা খুদিংমক মমা অমা ওইনা মতেং পাংবা ঙমগনি। পুম্নমক অদুগী ওন্ন-তৈনবদা শেল পীয়ু য়াদ্রগা মমা ফুবা তারগদি হোৎনবা পুম্নমক অরেম্বা তাগনি। মখোয়দা ঐনা শংত্রিক য়েংখি। মখোয় অহম্মক মশা তনান তনাল্লি। খোঙগ্রাও ফুরিৎ ফজ ফজবা শেৎলি। মখোয়না তোংলিবা খোঙউপতুগী মমল ঐ খঙই। মরমদি মখোয় লোয়নমক ঐগী ইচাগী লেঙ্গা ঙাক্তনি । অরোইবা ওইনা ঐনা ঐগী পুক্লিংদা ইদোম হায়জখি,

*- অঙাংশা, ঐঙোন্দদি শোক্লক্কনু! ঐগী কলমদা মুক য়াওরি। নখোয়গী থকশি খাশি অসি য়াম্না নুংঙাইত্রে। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়ররোইদবনি ইথোরক্কনি।*

মসিগী মখা তাবা ওইনা মখোয়না করি হায়খিবা খঙগে হায়না হোৎনরুদ্রে। পুম্নমক অসে থেংনবা তাবনি। শামান লেংমান্নবা মশেন্দি থেংনজরসনু। হিংবসে লুশিল্লকই। অদুবু অহিং তুম্বা য়াদবগী অনাবা অমা হৌরকই। তুম্লমদাই খুদিংগী গুলি চাবসু পামজদে। গুলি চাবগী মহুত্তা লাইরিক পাবনা ফগদরা খল্লি। নোভেল, ৱারী মচা, ড্রামা পারগা নুংঙাইজরম্বনি। অদুবু ম্রদুসু পানিংবা পোক্তরে। ঈশ্বরগী ওইবা পুক্লিং ফাজিনবা ঙম্বা পাউতাক য়াওবা লাইরিক পানিংলকই।

মহাভারত, রমায়নসু পারে, খঙলে খরমখৈদি। অনৌবা লাইরিক খরসু থেংনরে। ঐগী ইচে অনিশুবী খোইনাইজম ওংবী বীমোলানা পীরকপনি। শিধি শাই বাবাগী

ৱারোল অমদি শৈত্য সাই বাবাগী ৱারোল পুন্নক অদো ধর্ম্মগী মরমদা অনৌবা ওইনা থোকই। পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্ম পুন্নমক অমত্তা ওইবনি। চপ মান্নে। মীগী মতেং পাংবদি থম্মোয়দা নুঙাঃয়বা য়াম্না পী।

ইচে বিমোলানা পীরকপা লাইনিংগা মরী লৈনবা লাইরিক খরদুদা মালেম অসিদা লৈরিবা লাইনিং মখলশিং অসি অমত্তনি সর্ব্ব ধর্ম্ম ওইবা ৱারম য়াওরকপা মতাংশিংদু ফনা নুংঙাইখি। অনৌবা মহাও অমা ফংবগুম্না থোকখি। ঐ মহাক্কী মন্দিরদা চৎলগা সাই ভজন শকপা য়াওখি। ঈশ্বরগী মনাক্তা চংজবগী নুংঙাইবদু পুংজা খরদং ওইরবসু লাইশঙদুদা ফংজখি হায়বা তাই। মদু অদুগুম্বা মফম, ঈশ্বরগী লাইশঙ অদুদা চৎলুবদা ফংবনি। মন্দির অদুদদি নুংঙাই, শান্তি হায়বদু ফংবগুম তৌই। অদুম্নদি ওইরগা মদুদা চৎলুবদু মতম অকক্নবা ওইবনিনা অদুম হল্লকখি। য়ুম হেক য়ৌরকপগদি অরাবা পোৎলুম অমমুক হাপচিল্লকখি। অসুম্না থা অমরোমগী মনুংদা ঐগী ইমুং অদো অঙকপা ফংনা অহোংবা লাকখ্রে। কনানা করি হায়নরিবনো হায়বা করিমত্তা খঙদ্রে। ইমুংদুদা মায়োক্নরিবা অৱা নুংঙাইগী ৱারোল অমত্তা ঐঙোন্দা পাউ ওইনা ফাওবা তাহনবিদ্রে। খংহন্নিংদবগা লোয়ননা তাহনবিদ্রবা মতৌ অদুদদি ঐসু ইথৌ অমা ওইনা হংলুদ্রে। নিনফুং নিনফুং তাবদা পীয়ু হায়রকখিবা শেনবুল অদুমক য়ৌদ্রবসু খরদি য়ৌখ্রে হায়নৈ। ইশু অপিকপশিংদি হেক হেক হংবনি। অঙাংদি লাইনি। অদুবু মখোয়দগীদি অশেংবা মরিক চুম্বা পাউদি কদাইদগী ফংগনি, অমত্তা ফংদ্রে।

মতুং তাররকপদা লুশিল্লকখি। ইচানুপা অনিখক পোকচবনি। মখোয় অনিগী মনুংদা অমা কোক্কী লায়না নাবা হৌরে। নুমিৎ খুদিংগী য়ুমদা ডাক্তর লাকই। অকিবগী লায়না ওইনা তৌরে হায়বসি মমৈথংদা খঙলকই। লায়ওংদি গাড়ী মখোল তাবা, মীনা ৱা ঙাংনবা তাবা, মদুসু মাগী মরমদা ঙাংনবা ওইনা মনাকোংদা তাবা অসিনি। অসিগুম্বা মখলগী কোক্কী লায়না মখল অসিগীদি ডাক্তর লেনিন হায়বদুদি য়াম্না ফৈ। মঙোন্দা তান্নরগা খঙগনি হায়না ইমান্নবীশিংনা তাকপীরকখি। ঐগীদমক হায়বীরক্লিবনি অদুনা অমুক্তংদি হংলুরগে য়েংলুরগে খল্লকখি।

নোংমা, *'চৎসি নখোয় লোয়না, নফি নরোল হোংলো, থেংনা চৎলবদি মমৈ তারনি।'* য়ুমগী ইচাশিংদা হায়খিবনি। ঐনা ডাক্তরগী মনাক্তা চৎকদৌরিবনি হায়দনা অয়ুক ঙস্তাকা হৌগৎলগা ইতোমতা হোবে হোবে থৌরাং তৌই। হোরেন করিগুম্বা ঈশিং-মাইশিং দরকার ওইরক্রুবসু তম্বা ঙম্বা নত্তে খল্লকখি। অদুনা ঈশিং মাইশিং খরসু থৌরাং তৌই। অদুগদি মখোয় ইচা ইমৌশিং অদুদি কনামত্তসু য়াহৌরকপা উদে। মদু উরগা ইথম্ভ্র শাওনিংনা তুমিন্না খঙজিনখি। অদুবু মরম অমত্তংদি খঙদোক্লগে নিংদুনা মখোয়গী কাদা চঙ্লুবনি। ঐ চংলকপগী নাশোন মখোয় ফংবা মাল্লি, ফমুংদগী ঙাংলকখি,

*- অঙাওবা লায়েংবা ডাক্তরদা চৎপদি ইকাইজে। মীনা উখ্রগা চান্ননা ঙাওবা মাল্লনি। মফমদুদা অঙাওবা ময়াম অমসু লাক্লমগনি। মখোয়দু উরুবগসু অমুক হেন্না থৱায় নুংঙাইরোই।*

অঙকপনি, মীওইবগী ৱাখল হায়বসি। মীওইবগী কোক অসিনবু পৈখ্রবদি চুমথোকপা য়ান্না ৱাবজাৎনি। ইচা ওইরো, মীচা ওইরো অচুম্বা ময়ামগী ওইবা ৱাখল পরিংদগী নাথৈরক্লিবসিবু করিগীনো, করিননো হায়বা অসোমদা ৱাখল খনবা হৌরকখি। খনবা মখৈ খল্লবা তুংদা ঐনা হায়বা য়াবা মখৈ শন্দোক্লা হায়রুবসু করিমত্তা কান্নররোইদবা মতৌদো উবদা তুমিন্না অদুম লৈরে। কুইদে নুমিৎ হুমনিগী মতুংদদি ঐগী ইচাদো ফিভম শোকচিল্লকখি। হোস্পিটাল য়ৌদবা য়াদরে। হোস্পিটালদা এদমিদ তৌরে। মদুদশু ডাক্তরনা পোখানবগী গুলি খরা পীরগা অমুক হল্লকখি। মদুদদি ঐহাক ডাক্তর লেনিনগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎতুনা এদভাইস খরা লৌগে খল্লকখি। নাওফন্না মমা চেন্নৈ হায়বদু অচুম্বনি। ইচনা নাদুনা লৈরগা ঐনা কয়াদা ৱাখ্রবা। লায়না অদুনা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্রুবদি করম তৌগনি হায়বসিমক্তা খনবদা চারম থক্লম খঙখিদ্রে।

মতুং নোংমা অয়ুক অমা ঙস্তা হৌগৎতুনা ডাক্তর লেনিনগী মনাক্তা চৎখি। ডাক্তরগী ময়ুম অদো মীনা পীক থল্লম্মী। মী কুনথ্রাগী মতুংদা ঐগী মিংসু রেজিষ্টার তৌরম্মী। ইচাগীদমক খন্দুনা মফম অদুদা চৎলুবনি। অদুগদি মফম অদুদা লৈরম্লিবা

মীওইশিং অদু উবদা ঐগী ৱাখল অমুক্কা হেন্না নুংঙাইফম খঙখিদ্রে। (ইচানুপানা হায়খিবদু খংনিং নিংশিংলকই) লৈরম্লিবা অনাবা খুদিংমক কোক্কী লায়না নারবা ঙাক্তনি হায়বসিমদি অমুক হংনরুদ্রবসু অদুম খঙলবনি। দিপার্টমেন্ট অমমম পুরিবা দিরেক্তর কয়ানি। মখোয়গী মরক্তা ঐনা মশক খঙবা অহুম অমসু য়াওরম্মী। মখোয়গী ফিভমদু উবদা ঙকখি। রেজিষ্টার তৌরিবা নুপা অদুদা হায়ফেৎ খংনিংনা হংলুই। মানা ইরায় লায়না খুম্লকই,

*- মখোয়দি কুইরে। কোক্কী লায়না নারবা ঙাক্তনি। মফমসিদা চাং নাইনা লাকই। নহারোল থেংনরুবগী লায়নানি।*

*- ও-ও.. মখোয়সু...!*

মতিক মগুণ লৈরবা, লাইরিক লাইসু নিংথিনা তম্লকপা মীওই ঙাক্তনি। ঐনা মুন্না মশক খঙই। মখোয়গী মশক্তু য়েংবদা, ফি-রোল নিংথিনা শেৎ ইল্লি হায়বগী ৱাতনি। মখোয়গী মায়থোংশিংদুদদি অৱাবা লাংতরুবগী মমি তারি। কুইনা য়েংলুদ্রবসু হায়ফেৎতং য়েংলুবদা অদুমক ভাব তারে। কোক্কী লায়না নাবা ময়ামসে অহলখক্তা নৎলমদে, নহা খরসু লাক্লম্মী। অঙাং নহারোলশিং অসি মতম পুন্নমক্তা জাতিগী য়ুম্বীরেলনি হায়না শিংথানবা তক্তনা তায়। অদুনা মরম ওইরগা চপ মান্নবা ৱারীদা চ্যোক মোক লাওনদনা মাগী মাগী তর্ন লাকপা ঙায়নরিবা কাংবুদু তোঙান তোঙানবা শক্লোন্দা উরকখি। ফিভম অদুদনি ইচাগী ৱাখল নাথৈদুনা থল্লগা মনিপুর কন্নবা হোৎনবনবু ফরগদ্রা খল্লকই। ৱাখলগী ৱানি, ঐনবু মনিপুরবু কদায়দা কনগদৌরিবনো, পামদি পাম্মুখ্রেদকো!

মনিপুরসে অপিকপা ষ্টেট অমনি। মসিদসু অমুক মৈতৈ হায়রিবা ফুরুপ অসিসু অদুক হাক্লা য়াম্বা ফুরুপ হায়বদু ওইদ্রিবনি। মসিদসু অমুক নুমিৎ হেক খুদিংগী অমনা নৎত্রগা অমনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে, হাৎলগা লংথোক্লম্লে, অশিবা অমা তারম্লে হায়বা পাউ ঙাক্তনি তারিবসি। মসিদসু অমুক নুপামচানা মশিং হেল্লিবনি মথ্বাই মাংলিবশিংসি। মসিগী হায়রুরবদি লমদমসিদা ঙসি হিংদুনা লৈরিবা মীকোক অমমমগী মমলসি ওষ্থোক্লা য়ামখ্রে। অতৈ অতৈগী ৱা নক্তনা অমক্তা হেক তেক কায়হন্নিংদে। অদুবু খনবমখৈতা ঙায়রে, কমদৌনা কনাদা খাম্লুনি?

চহিসিনা য়ামশিল্লকপা অসিগা লোয়ননা থৌদোক ৱাথোক কয়া অমসু থেংনরুরে। মালেম অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী মখেল কয়াগী মীয়ামসু উরুরে। অদুবু উরকখিবা, খঙনখিবা ময়ামদুগী মনুংদা ইমা লৈবাক মনিপুরগী ইপা ইচা, ইচিন ইনাওশিংনা নুংশিবা ইহেন হেল্লি। পোকপদগী লোয়নরকপা ইশাগী লূ-তোংবা পকখ্রবা, ঈচেলদা য়াওখ্রবা নক্লজবগী নুংশিবগী মরীসে অঙকপনি। মীনা তারগদি ইশাগী ইচা ইনাও থাগৎচবা তারদ্রা, ঐখোয়গী ইরৈচাশিং অসি অশেংবা মীওইবগী মচৎ মতৌ হায়বা অমা চপ চানা লৈবদৌনা তৌই।

ঙসি উরিবা ঐখোয়গী শক্তম অসিদি অনৌবা মনিপুর অমগী অরোনবা খোঙথাং অমা হায়বদু ওইগদৌরিব্রা খঙদ্রে। অদুবুদি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা শজিবুগী নোংলৈ নুংশিৎ অমদা মালেম লৈমায়থক্তা পুমঙৌ ঙৌনা হৈখা মপাল কেনবা, হৈনৌ মচা ময়াম অমা কেনবা উরকখি। হৈখা মপান, হৈনৌ মপান্না কেনবগুম ঐখোয়গী ইচা ইশুশিং লোয়খিদরা ৱারকই। মদুদা করিগীনো খঙদনা থৱায় য়াম্না ৱাজখি। করিবুদি হায়রুনি, মহৌশা লাইরেম্বীগী খোঙচৎ, মৈ-ঈশিং নুংশিৎকীসু মনিং তম্বা হায়বা অমা লৈরিকো! ৱাখল ময়াম অসি ডাক্তর লেনিনগী ময়ুমদা ফম্না-ফম্না অকোয়বদা তিল্লিবা মীয়াম অদু য়েংনা য়েংনা ঐগী টর্ন ঙাইবদা খনখিবনি। ঐগী পালি য়ৌরক্লবদা চংদুনা ডাক্তরগা উন্নরে। তুম্নবা গুলি খরদি পীরকই। অদুবু মহাক্লসু অনাবা মশা পুরকউ হায়রকখি। মখা তানিংঙাই লৈতবনা য়ুমদা অদুম হল্লকখি। ঐনা য়ুম য়ৌরবা তুং ইচানুপা অদুসু হোস্পিটালদগী হল্লকই। মফম অদুদা, লায়েংশঙ মনুংদা লৈবদো মহাক য়াম্না ৱাই নুংঙাইতে হায়ররে। অৱাবা খাঙবসি মখোয়দি হৈতবজাৎনি। তশেংনা মদুমক্তি ঐসু খঙই। মমানা হায়বা তাকপনি হায়দুনা থোইদোক্লা ইৱা লৌবিরোইদৌবনিশু খঙই। মরম অদুনা মখা তানা কোথদুনা ঙাংদ্রে। 'ফরে ফরে! নখোয়না থোকপা তৌরো' হায়রগা চিন নম্লে। চিনবাম্ভোংদা ৱাহৈ অদুখক্তমক তয়াং-তয়াংনা হায়দোকখি হায়বগী ৱাতনি। পুক্লিং ৱাখলসিদদি অৱাবা ৱাখলতনা লাঙ্গোই চনশিল্লকপগুম্মী। ইচাগী মতৌদো মুন্না খন্থরুবদা তশেংনা মহাক *ফিয়ার ফোবিয়া* না নারে হায়বসিমদি খঙলে। মানা তক্তনা হায়, চোয়ৱোন লোল্লি হায়। মসিদি হুজিক্কী মতমসিদা হিংলুবগী ফংবা অনাবা মখল অমনি। নারবসু মখোয় মমান্নবা মশেল ৱা

তান্নে। করি করিনো খন্নবা মাল্লি, ঐঙোন্দদি তান্নরদ্রে। মমাগী মতম লোয়খ্রে। ফরে নখোয়না থোকপা তৌখ্রে।

পুন্সিগী খোঙচৎসে লোমদৌরে। তপ্না-তপ্না লেপ্তুবা মতমগী খোঙচৎতা চহি ৬০ য়ৌরকপসিদদি পুক্লিং নুংশিরকখ্রে। মীওইবগী পুন্সি খোংচৎসে ইতেন তেনবোরে খল্লি। অদবু মসে খংকান খংকান কানদুনা চৎপা য়াবা নত্তে। কুপ্নদগী কুপ্নবা লংলা কয়ানা মফেল ওইদুনা চথলিবা খোংচৎ অমনি। হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোকশিং মতেক মতেক নিংশিংবা নুংঙায়। অদুন্নদি ওইরবদা থৌদোক্তি মখল মথেলনি থেংনখিবা। মান্নদবা ময়াম অমা। মদুগী হায়রুরবদি লংত লং ওইদুনা মমৈ মতোন মপোপ শ্রীৎ হেক নাননা মান্নহনবা ঙম্বদি নত্তে। মুকা তীল মহুমদগী চিংথোরকপা শেংলবা ফৈবাকলংমক্তসু ইপোম নায়রিবসিনি। শুদোক চামথোক্লবদি পুমলং হেক লংই। মসিনি পুন্সি।

মতম কৌবী লাইরেম্মনা শোক্তবা উদবা পোৎ অমত্তবু লৈরমদ্রে। মীওইবগী পুন্সিবু মতম মাগী খোংজেন্দা পুন্না তাউতমিন্নরি। মতম মানা পুরকপা অহোংবদা মশক মচু কয়া কয়ানি। ঋতু মাগীদমক্তি শক্লোন তরুকনা লৈতেংই। অদুবু মীওইবদি অদুক য়াল্লমদ্রে। পুন্সিগী মশক তেনবদগী তেল্লবা মচৎ খরদং ওইবগুম্না অহল ওইরকপা অমদি অঙাং ওইরকপা হায়না অনিখক্তং থন্নিংই। অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদি মঙলান্না নম্বা, লোয়বা খম্বা নায়দ্রবা আশা ময়াম নোংমা নোংমগী হাপচিল্লকপা অসিনা ফংখিদ্রবা মঙলানশিং অসিনা শাংনা অসুম পুরকপনা অহল ওইরবা মতম অসিফাওবদা মাগী মহাওশিং অদু কাওবা য়াদ লোয়নদুনা চৎমিন্নরি। ফজবা মঙলান কয়ানি অঙাং ওইরিঙৈগী চোকথবা নায়দ্রবা হকচাংনা লেপ্তুনা চত্থিবা মায় পাকপা কয়াদু ঙসিসু নিংশিংলুবদা মমল য়াম্লবা লল ওইনা থমজিন্দুনা ঙাইহাক ঙাইহাক পুথোক্লগা নিংশিংদুনা শান্নরি। ঐ নিংশিংলকই নোংমা ঈসিং পুন অচৌবা অমা ঐনা থাংদোক্লম্মী। মদুদা য়ুমদা লৈবা অহলশিংনা মথবাক য়ৈখি। মরমদি মখোয়না হায়বদা পুল অদু ঈশিং সনাপুন অহুমলোম হেন্না চনবনি। অদুবু ঐনা মতৌ করম্না থাংদোকখিবনো হায়বদু হুজিকশু খল্লুবদা অদুম্মক নুঙায়বা ফাওরি।

ময়াম্না চীং কাদুনা লাই খুরুম্বা চৎপগী মতাংদা ঙাংনরকপদা ঐ চীং কানিংখি। ঙমগদৌবোইতা মনিংই। কৌব্রু চীংবু ওইরবশু, বারুনি চীং ওইরবশু ইলায় লায়না কাবা ঙমগদবা মাল্লি। কাদি কাখিদ্রে। মতম মানা অসুন্না ওইহল্লম্বা অঙাং ওইরিঙৈ হায়বদি নোংমা নোংমগী ইনখৎলকপা মতমদা কিখিদবা ময়াম অদুগী ওন্ন-তৈনবদা হৌজিক্না পাঙ্গলগী থবক অমত্তা ঙমগদৌবা মাল্লক্তে। নোংমা নোংমগী হকচাং কয়াৎ কয়াদগী পোৎ মচেৎ মচেৎ লৌথোকখিবগুম ফাওরি। ঐখোয়না মতম মাগা মতৌ করম্না লাম্থেংনবা ঙমগনি। খ্বাইদগী চেকশিনগদবা শাথিরবা পোৎতি মতম্নি। মহাক্তি অমরোমদা হায়রগা মরুপকী শক্তমদা লাকচরবশু অচৌবা য়েক্লবা অমা ওইরম্লে। মাদি অহৌবদা মশক য়াম্না ফজবা, চানবি হৈবা, মীনুংশি চাওবা মরুপ্নি। মমৈদা হিংচাবগী শক্তম লৌরগা পুন্সিবু হেক হেক লোইশিনহল্লি। ঙসিদি লম্বীসিনা লোয়রমদাই ওইরকপসিদা মতম মাবু শিংথানিংলি। মায়কৈ মরিদা অমম্বনা কুপশিনগদৌবগী শেম শারকপা, নুমিৎনা চীংয়াদা হেক লৈথবা হৌরকপদগী মচি অমদা ফমদুনা য়েংলগা খনবা হৌবসি, মতম্না খংহৌদনা ওনখিবা অমবগী অকিবগী হিংচাবগী শকফমদুনি। খল্লুদুনা করিদি তৌনি, মতম মাগী মচৎনি। মীওইবগী পুন্সিনা নুমিদাংৱায়রম ওইরকপা অসিদা পুন্নমক্ল খন্নবা ৱাখলসি করি ওইরমগনি! মীগীদি খঙদ্রে ঐহাক ইশাগী হায়বা তারবদি মথংগী জেনরেসন হায়বদি ইশুশিং অমদি অপিকপা অঙাংশিং অসিগীদমক খরা হেন্না পুক্লিং থিংজিন্নিংই। মীনদি হায়নৈ অহল ওইরবদি লাই নিংগদবনি। ঐগী ৱাখলদদি নহা ওইরিঙৈ পাপ ময়াম তৌবা, ওইদবা ঙাংবা হুৱান-চিম্থিবা অসিনচিংবা ক্রাইম ময়াম তৌরগা অহল হেক ওইশিল্লক্লুনা পাঙ্গল শোম্থরক্লবা মতমসিদা ঈশ্বরগী মনাক্তা চেম্সিল্লগা অফবা ওইগদ্রা, ঈশ্বরনা য়ারদ্রা!

মসিগী ৱাফমসি ঐদি চিংনৈ। অদুবু জগৎ শেম্বিরিবা মপু ঈশ্বর অমখক্তি পিশক পিক্লিঙৈদগী থম্মোয়গী কাচিন্দা লেংদনা অদুম্মক লৈ। ঐনা করিগুম্বা অরূবা তানফম লাকপদা মঙোন্দা হেক হেক হংজৈ 'ঐ করি তৌগনি তাকপিয়ু।' অসুন্না হংজরগা থবক তৌই। ঐনা থাজজবদি অহল ওইরকপা মতমদা ঐ ঐনা থেংনরকপা পুন্সিগী অরুবা থবকশিং অদু লায়থোকহন্নবা উপাই হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা লেপ্তুনা তাকপি তিকপিগদবনি। অমরোমদা ওল্ড এজ হায়বসি নাবি য়েকপিদ্রবদি গোল্ড

এজ নি। মসিদা থেংনবা য়াবা থেংনরবা মতুংদা খ্বাইদগী শাফগদবা লম্বীদু ফংনবা হোৎনবগী জ্ঞ্যান ফংগনি। তৌবদি তশেংনা হায়রবদা পুম্সিদি হান্না শোয়রগা কোন্না শিংলকপা মীওইনা অয়াম্বনি। পুম্সিসি শেন্নবা দরকার ওই। ৱাফমশিং অসি ঐনা ঐগী অপিকপা ইশু ময়ামদা তত্তনা হায়, 'অঙাংশা শোয়দ্রিঙৈদা চ্যেকসিলহৌসি'।

মখোয় নোকই, 'কৈদৌনা শোয়গদৌরিবনো?' অসি হায়রগা অমুকশু নোকখি। ঐনা খল্লি, 'পঙনোক নোক্লিবসি মখোয়না পুম্সিগী মরমদা করিমত্তা খঙদ্রি।' অদুবু মতম মানা লীলাসি শান্নবা লেপ্পে। হকচাংসি অহল খঙওই ওইশিল্লকই। মপাম্ভোংগী কুরাংবানসি হান্নগা মান্নরক্তরে। পেৎথবা খুইথবা হৌরকই। মপানগী উনশাদি উবা ফংজরবশু মনুংগী ওইবা হকচাং কয়াৎতি উবা ফংদ্রে। মখোয় করম তৌরমগনি? হকচাং মনুংগী মরমদা নোংমতশু খল্লুবা লৈতে। উদবনা মসিগী চাওরবা মরম অমনি। মীওইবদি উদ্রবদি খঙদে, খনবশু ঙমদে। অহোংবা কয়া লাকপা হৌই। মীৎশিনা য়েতুম মনাদা লং লেংবদা মপা শোয়দুনতা লৈবা, আনোক উপ্লগা লং লেংবদি ইলায় লায়না ঙমই। আনোক্কী মথৌ তারকই। মমাংঙৈগী হৌখ্রবা ৱা ময়াম নিংশিংবা ঙল্লিবা ঐনা, ঙরাং নহানগী ৱা, হায়নখিবা মতম তোয়না কাওশিনলকই। হেক ইশিনহৌদ্রবদি চীলহায় ওইরবদি হেক্তমক কাওখিবা য়াওই। মীগী মমিং মরক মরক্তা কাওরকপসি থাজরুদে। নোংমশু খুৎলৈ থুনা কোক হেক লেপখৎলুবদা খুকউদা তিং লাওখি। হাইস, করিনো শিংলি তৎখ্রবজাৎলা খল্লুই। ৱাখল নুঙাইখিদে। মদুমক্তি ওইরমদ্রে। ঐসে মী অয়াম্বনা শকফম চুম্না লৈ, অহল ওইশিনদে ফাওবা হায়নবনি। মতম নঙগী ঈচেল অসি কনখ্রেদা খাংবা লাকপা য়াবা নত্তে।

ইবা হৌগৎলগা লোয়শিন্দবা নোবেল ড্রামা খরা তাদুনা লৈরিবসি লোয়শিলহৌরগে। অসুন্না হেক হেক খল্লি। পূক্লিং নুংশিবা শাওনিংবা ফাওবা তত্তনা হেক হেক তৌরকই। লুরিবদি কনাদনো ঐনা তায়নরুদৌবা। পূক্লিং নুংশিরবশু থেম্বীনবা কনানো! অঙাংসিং অসিনা অহলদা করম্না করি ৱাহৈনো থেমগনি।ঐনা নুংশিজবা ইশু অপিক অপিকপশিং অসি উরগা মখোয়গা লোয়নরগা খরা হেন্না পূক্লিং লুমই। কনানা খংগনি তম্বা ঙমদে, মখোয়না ঐবু নুংশিবিবশু য়াই। মচা য়াম্না নুংশিরম্বা মতম পূম্নমক্তা মঙসু

তাইবংশু মচাগীখক্তা খনবা নুপী ঐনা হুজিক্কা ইশুদা অমুক খনখিবা অসিগী মরমদা খরদং পনবা তারবদি য়াম্না অরুবা মীওইবগী ঈগী মচৎ কায়রকপা, পৈশানা মী অনিগী মরক্তা লেপ্লগা খায়বুং খায়বুং তাহনখিবা মতম অসিগী চৎনবী অসিনশু অচৌবা ফেক্টর অমনি। মরমদি মমাংঙৈগী মতমগী চৎনরম্বা লোনচৎ শাজৎ ময়াম অসি অসুম অসুম হোংদোরকপা অসিদা মপা মপা মচিন মনাও নুংশিনবা ঈগী ঈরম থিংজিনখিবা য়াওরে। হিংমিন্নবগী ৱাহহোক্তা মাগ মাগী ইমুং হায়বদি মতৈ-মনাও অমদি মচা নৎতবা অতোপ্পা মীশিংদি কোন্নিংদবগী চৎনবী অমা মনিপুরদা চেনবা হৌরক্লে। খরা হেন্না লুশিল্লকপা অমনা কনাগুম্বা করিগুম্বা মতৈ-মনাও কায়নবা য়াওরবদি মদুদগী থোরকপা শাথিরবা ফল খর লৈরম্বসিনি। মসিগী প্রতিকার লৈতে অদুম খাংবা তাবনি। নুংশিবিবা ঙমদ্রবা মচাশিংনা মমা-মপা অনিমক্তা ওনখৎতুনা চৈবা ঙাংবা ঙম্লকই। নমদুনা শেল অমদি শম্পতি লৌথোকপা অসিনা মখোয়গী অপাম্বনি। মসিসু মতম্না পুরকপা হুজিকালগী দশানি।

লৈবাকসি কুম ১৯৬৬ কী আগষ্ট ২৭তগী হৌরগা পৈশাগা পৱারগা পুন্না তান্নবা অঙাংশিংনা পাম্নরকই। শেলবু পায়রবদি পৱারসি ওটোমেটিক ওইনা মরন্নাই লাকচবগুম খন্নে। অমরোমদা পৱার পায়বা মীশিংনা পৱারখক্ত পায়বদি অর্থ য়াওদবা ওইনা খন্দুনা পৈশা তান্নবা উপাই কয়া শিজিন্নে। মথক থোংবনা মখাদা, মখা থাবনা খ্বাইদগী মথক্তা লৈবগুম ইঙান ঙান্না উরকই। নোংমৈ অমবু পায়রবদি শেহোক অমত্তা লৈতবা ইমুংসিং য়ুম মথোন মথোন শাগৎলকপা ইঙান ঙান্না উনরকই। কনামত্তনা করিশু হায়নদে। চহি কুনথ্রাগী মতমসি পংশাং শাংবা মতমদি নত্তে। অদুবু ফৎতবদা পুল্লপ ওহোকপা অচুম অরান থিবিনবা লৈতবসিদি খ্বাইদগী লাইবক থিবনি। অর্থনিতিদা হেন্না পূক্লিং থিংজিল্লগা ধর্ম্মনিতি য়াওদবসি মরাং কায়না উবা ফংলক্লি। মী অতোপ্পগা ইমান্নবীশিংগা ৱারী শান্নবা মতমদশু চপ মান্নবা ৱাকৎ য়াম্না তোয়না তারে। মবেনবোক্লা লাই খুরুম্বগী ধুপ কৎলিবা কাদুদা মমৌনা শা-ঙা থোংবগী প্রেসর কুক্করগী গ্যাস থাদোরকই হায়না পাউ তম্লকপা য়াওনরকই। মদু চপ চানা খঙ্খরুবদদি মরাল নৎত্রবশু খংবা ৱাৎলবনি নৎত্রগা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা তৌরক্লিবনি। মীগী ৱাদি হায়নিংদরে। ঐগী ইচাশু চপ মান্নে মতৈ মনাও অয়ুক্তগী

চৎথ্রগা অহিং ফাওবা হল্লক্তবদা ঐনা ফরক্তা পংবাদা ৱাজে। মীনা কিদনেপ তৌবা, গাড়ী এক্সিদেন্ট অসিনচিংবা ৱাখল পত্তবা ময়াম পংখন খল্লি। মখোয়না লাক্লগা ইকোম হেক কোন্না হায়রে,

- কৈদৌনা ৱারিনো, নুঙাইনা তুমদুনা লৈবা য়াত্রা ?

অসিগুম্লবা গেপশিং অসিসু ঐ ইতোমতগী শরুক নৎলমদ্রে। সোসাইটি পুম্নপ হোংলকই। অদুগা মাগী মাগী থবক মতেং পাংনবা তলব পিদুনা থম্বা হেলপ্পরশিং অদু অসুক্কী মতিক লুনা চান্না তৌবা মীৎমাংদা অসুম তোয়না তোয়না উরকই। অহল ওইরবা মমা-মপাগী কান্নবা লোয়খ্রে, মখোয়গী গরকার লৈত্রে হায়বগী মওং তোয়না উবা ফংলকই। মসিমশু ঐ ইতোমতগী ওইরমদ্রে। সুম থিরু থিরুবদা ইমান ইমান মান্নরমই। অরোয়বদা ইমুং মনুং হায়বসি খ্বাইদগী চাওবা খ্বাইদগী মরু ওইরবা সমাজ অমগী মফম্নি। মরম অদুনা তেক্ত কায়দনবা হোৎনবনা ঐহাক্কী ইথৌনি খল্লকই। চাক থোংদ্রবশু ইতোমতা থোংলগা চাজবা, চৎনিংবা মতমদা ইতোমতা চৎচবা, অদুবু অৱাৎ-অপা লৈরবদি ঐনা অদুম মেনখৎপা তাবনি। মখোয়না হায়,

- 'অহল হায়বসিদি অদুম্না তৌগদবনি।'

খল্লি, ঐবু পংহন হনুবশু নত্তে, মীনদি ঐসে অহল ওইরে হায়বা খঙদবা য়াওরি। খরা হেন্না অহল ওইরবশিংগী মনাক্তা চংদুনা ৱারী হেক হেক শারুই। অহল ওইরবা মমা-মপাশিংদা মচানা ফুবি-চৈবিবা য়াওরম্মী। ৱারী মখা কুইনা তাবা ফাওবা ঙমদে। মসি করি কমদৌনা অসুন্না ওইরক্লিবনো হায়না খল্লি। খল্লুদুনা করি তৌগনি ? মচা ফহন্নিং লিবনি হায়দুনা চীঞ্জাক মান্নদবা, ৱাখল মান্নদবা, লমচৎ মান্নদবা মফমদা থাদুনা মহৈ-মশিং তমহল্লুবগী ফল ফংলব্রা হায়নশু খল্লি। অমরোমদা চাউখৎপগী পোথোক্লা নোংমা নোংমগী মিত্রং শান্নরিবা। ৱা ঙাংনবা পাউ ফাওনবদা ফোন মচা অসিনা কয়াগী মতিক নুঙাইথ্রবা। ৱা ঙাংনবদা নত্তে ঈশৈ-নোংমাই তাবা, টি ভি প্রোগ্রাম য়েংবা য়ারেসু হায়রি। মসি হৌজিক্কী মতমগী চাউখৎপা মতমম্না পুরকপা নুঙাইবা মেজিক হায়বদুনি। অদুনা পরপ পরপ শিনিংদে। খরা য়েংনিংলি। ৱার-ৱারবা তাঙ্কক কয়া অসি থেংনদুনা হেক লাকপদগী চাউখৎপগী অওনবা অসিদা

ইসাদা চপ চানা হকথেংনরিবদি লাপ্পা চৎলবশু নক্লা লৈরবশু, ফমুংদবু তূম্নবশু, করিগুম্বা পাউ অমা তাবা নৎত্রগা ৱারী শাননিংবো মীগা ৱারী শান্নবা ফংবসি হৌজিক্কী মোবাইল ফোন হায়বসিনি। মসিদি ওহ্খোল্লা কান্নখ্রবা পোৎশক অমা ওইরল্লে। ইশুনুপানা নোংমসু মোবাইল ফোনগী হেণ্ড সেট অমা পুরক্লগা 'বোবোক ঈশৈশু তারো, রেডিও য়াওরবনি।' হায়রে। ঐনা হরাওখি, মতমগী চাওখৎপগী মহৈ হকথেংননা ফংলরে। মথংশু অমুক ইশুনা হায়, 'বোবোক হুজিক্তি মোবাইলদা টি ভি য়েংবা য়ারবনি।' ঐনা 'মদুমতংগা লৈরসি, মথংদা করি পুথোরক্কনি খনবদা ঐদি ওহ্খোল্লা শিনিংদ্রেদা।'

হৌজিক ঐনা প্রপ প্রপ শিবা তারবদি চহি তরা-কুনগী মতংদা ওইরক্কদবা পৃথিবীগী শক্তম অদুদি উবা ফংলরোয় মসিগীদমক খনবদা পূক্লিং নুংশিরকই। চৈরকশিদা ইচানুপিনা খংহায় খংজিন ওইনা করেম্নরকখি,

- ঐখোয় ইমাসি করিমত্তা খঙদে, খুনুংগী মীনি। মোবাইলদা রেডিওদগী হেনবা পৃথিবী পূম্নমক্কী পাউ থানবা য়ারবা ই-মেল ফাওবা য়াওরিসি করিমত্তা খঙদে।'

পূক্লিংদা খরা ইকাইরবশু ঐনা লাওথৎলি। নখোয়গী অসিগুম্বা নোংমগী লেপ্তনা পুথোরক্লিবা মৈ অমসুং নুংশিৎকী মরমদা মনিং তম্না শান্নরকপসি ঐনা খঙজপোৎ নত্তে হায়জরবসু মখোয়বু পূক্লিংদা থাগৎলি। মৈ ঈসিং নুংশিৎ মখোয় অহুম অসিগী কান্নরবা পোৎচাকশিং মীওইবনা ফংজরে। কম্প্যুটর শিজিন্নবা হৈবী ইচা নু পিসি অমখক্তসু য়াওজবনি। অদুবু ৱারীগী গেপ অমা চাওনা লৈরকপসি ঐঙোন্দদি অৰূবা ওইররে। ঐনা মাবু খংবদা ৱাই, ঐবুশু মানা খঙবদা ৱাই। মসিগী হৌরকফম মরুশু ঐনা খংই। লাইরক তম্বা লাপ্পা থারুবগী মহৈনি। স্বিমিং পুলদা মখোয়না ইরোইবা অদুখক নত্তনা পাৎ পুখ্রি তুরেলদা ইরোইবগী নুঙাইবা মখল অদু মখোয়না খংদে। তুরেলগী লাইথ কম্প্যুটরদা য়াওবা নত্তে। মাগা ঐগী ইতৎ তত্তনা মরৈ য়েৎনৈ। য়ামদ্রবদা মহাক ফাওবদি ঐগা তোয়না ৱারী শানিংই। ৱারী শানবা মতম লৈতেৎ মরমদি মখোয়না য়াহৌ থেংবনিনা ঐনা পুং মাপন তরাদা থবক চৎলি। পুন্সিদা অয়ুক্কী পুং তরুক্তগী হেন্না ফমুংদা লৈবা ঙম্নক্তে। মখোয়না অহিং অথেংবা ফাওবা

টি ভি য়েংলগা অয়ুক অঙনবা হৌগৎপা ঙমদবা। হৌগৎত্রবনিনা অয়ুক্কী ফজবা লিক্লশিংনা তিংথৌ মতোন্দা তোংলিহৈদা নুমিৎকী অমেংবা মঙালনা য়ৈবদুদি উদ্রেদনা। হ্রিম কয়াদা উবা ফংদবনা মখোয়গী ৱাখলগা ঐগী মিৎয়েংগা খেন্নরকপসি উরকই। ঐগীতশু নৎলমদ্রে। মী খরশু ঐগী অৱাবসিগা মান্নবা লৈরমই।

লৈরসনু মতম মানা হোংখিবদা মহৌশাগী লৈজরম্বা কৌজেং, কাউথুম খরসু অদুম মাংখিবা তাবনি। ঐগী ইচানুপিদি মপুম ওইনা য়েংবদা ঐঙোন্দগীদি থাক য়ামম্না হেনখ্রে। অফবতা শেৎপা অহাওবতা চাবা মনিং তম্বা পুন্সিনি। ঐদি মতম চুপ্পদা ঐহাক নুপিনি, নুপিগী লিচৎ হায়বা অমা কাওবা ঙমদ্রি। হৌজিক মতমগী চহি কুনদগী কুনথ্রা ফাওবগী মনুংদা লৈবা নুপিশিংনা হকচাং খেন্নরবশু ৱাখলদি নুপাগা মান্নখ্রে। হঙোয়বা ফাওখিদ্রে অকিবা লৈখিদ্রে।

মরায়বক্লা শৌগৎপিরবা মখোয়নি। অমরোমদা মফম্না মতম্না লায়বক্লা ঐগী পুন্সিদা পুন্নমকপু থেংনহল্লে। মচানা চাউরবদি পাউতাক পীরুবগী মহুত্তা মরুপ ওইনা তিন্নবনা খ্বাইদগী ফরে। মসিনি অহল ওইরকপগী পুন্সি, পিজরে ফরে, পিজরে ফরে। পূক্লিংদা ৱারৌবা পোকই। মতমগী অহোংবসি চাওনা মফম কল্লিদা। অহল ওইবশিংগী মশকসে মাংশিনলকইদা। ৱারৌই অঙাংগী স্কুল লৈরিবা ময়াম অসিনা করিবু তম্বীরিবা চাউখৎপগী লমদা অঙাংনা লম হেল্লবদি মখোয়গী দাইত্ব য়াম্না চাওনা লৈ। অদুবু ঙসিদি মোংফমশিংসি উরগা ঈশ্বরবু থাগৎলি। ঐ অহল ওইরক্লে, মতম অসিফাওবদা উরক্লিবা ড্রকনা হাৎখিবা অঙাং ইনখৎলকপা ময়ামগী মরক্তা ইচাশিং য়াওহৌদ্রে। ঐ ৱাররোয়, ঐ কপ্পরোয় মখোয় মখোয়না মানা মানা পামজবা পুন্সি মরেলদা হিংজরসনু।

চহিসিনা অসুম য়ামশিল্লকপা অসিনা নিংশিংদুনা শান্নে। ঐনা পুন্সিদা পাংথোকখিবা থবকশিং। নুংশিরকখ্রেদা পুন্সি অমরোমদা হকচাংগী মফম কয়াদগী কৈনোম-কৈনোম দি নোংমা নোংমগী লৌথোকপিরি। শমগী অমুবা লৌথোকপিখ্রে, মসিনশু লোয়দ্রি। অমুকশু অঙৌবশু পুন্না পুন্না লৌথোকপিরি। হকচাং হায়বসি করিশু নত্তে লৈপাক্লা শাবনি, লৈপাক্তা অমুক তিনখিবনি। থৱায় মাদি শিবা নায়দে।

অদুবু ঐদি মুৎলরোয়দবা থব্রায় মাগীদি ব্রারুদ্রে। মতম কুইনা ব্রামিন্নরক্ লবা হকচাংসে অসুপকী মতিক নুংশি। মীওইপোক ওইনা থাগোন্নরিবা পুন্সি অসি হকচাং মাগী মপান্ননি।

চহি হুম্ফুসিনা হুম্বসি ফনদি কন্না হুমখি। ঐসু খাংই, তুবমক্তি তুহৌদে। নহা ওইনবা হোৎনরি, খরা হেন্না শাংনা হিংনিংবগী ব্রাখল লাকই। ঐ নোকনিংই, মতম অমদদি ঐ য়াম্না শিনিংলম্বনি। ইনিংবগী ব্রাখলদি হৌজিকশু মাংদ্রি। ইনিংবগী ব্রাখলসি মখল মথেন্নি। অদুবু মৈতৈ লৈবাক্তা মচি মচি মত তিন্নদবগী মৈ চাকলক্লিবসি নাথৈরগা করিমত্তা ইনিংলক্তে। মতম্না পুরকপনি। ধর্ম্মনিতিদগী হেনবা অতোপ্পা মখলগী রাজনিতি অমা লৈতবনি। ঐদি অসুম্না খল্লি।

“ইচাশা ইমা ইরকখিগেকো”



ইবগী লমসিদা পুক্লিং থৌগৎথপিরম্বী ইমা *পতি দেবীগা লোয়ননা



ইবগী লমসিদা পুক্লিং থৌগৎথপিরম্বা তামো অরাম্বম *সমরেন্দ্রাগা লোয়ননা



ছাত্রগী·পুন্সিদা স্বরসতি পুজা য়াওরকপা



ফিল্মগী তাইবংদা অহানবা খোঙদাবা নুমিৎ



ইশাগী লাইরিক 'মরু হুনবা'
অমসুং 'রেডিও ড্রামা অহুম' ফোঙদোকপগী থৌরম




শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বীনোদিনীগা মীৎকুপ অমা



বুদ্ধিস লাইনীংবা অমগা লোয়ননা সিকিমদা




সাহিত্য একাদেমীগী ইষ্টট্রন রিজনেল রাইর্টস মিটতা
(ওইদগী অইবী, বি. এম. মৈস্নাম্বা অমসুং বোরকৈন্যা)



GOVERNMENT OF MANIPUR

## Director Of Education (S)

**Awards to prize winning writers**

**1980-81**

*Certified that Sri/Smt/Kumari* Th. Bimapami Devi *participated in the Children's Book Competition organised by the Directorate of Education (S). Government of Manipur in the year 19* 80-81 *for the age group of 9 to 14 years and his book entitled* Asangba Sam *secured the* 1st *position in the* Story *category.*

Sd/-
(Th. Nava Kumar Singh)
Deputy Director (Library)

Sd/-
(Th. Bira Singh)
Director of Education (S)
Government of Manipur

Attested

GOVERNMENT OF MANIPUR

## Director Of Education (S)

**Awards to prize winning writers**

**19 81-82**

*Certified that Sri/Smt/Kumari* Th. Bimapami Devi *participated in the Children's Book Competition organised by the Directorate of Education (S). Government of Manipur in the year 19* 81-82 *for the age group of 9 to 14 years and his book entitled* Ahanba Doctor amasung Mingmai *secured the* 1st *position in the* Literature *category.*

Sd/-
(Th. Nava Kumar Singh)
Deputy Director (Library)

Sd/-
(Th. Bira Singh)
Director of Education (S)
Government of Manipur.

Attested
Dy. Director of Education (Library) & Government of Manipur

आकाशवाणी
ALL INDIA RADIO

अखिल भारतीय रेडियो नाट्य लेखन प्रतियोगिता
ALL INDIA COMPETITION FOR RADIO PLAYWRIGHTS

# 1987

अखिल भारतीय प्रतियोगिता में श्रीमती थ बीणापाणि देवी को उनके
नाटक लइमन चल्लाबि के आलेख के लिए मणीपुरी भाषा के नाटकों में
द्वितीय पुरस्कार प्रदान किया गया।

SMT Th. BINAPANI DEVI is awarded SECOND prize
in MANIPURI language for the script of her play
LEIMAN CHALLABI in All India Competition.

(अमृतराव शिन्दे)
महानिदेशक
(AMRIT RAO SHINDE)
DIRECTOR GENERAL

15925/-Rax








CERTIFICATE OF EXCELLENCE

Presented to

Mrs. Thokchom Binapani Devi

For his/her outstanding and extra ordinary achievements in his/her chosen fields of activity and services rendered to promote greater friendship and India-International co-operation at New Delhi on 9th June 2011.

SURINDER GOPAL WAHI
General Secretary

[...]NDSHIP FORUM OF INDIA

**Thokchom Binapani Devi.**

D/o (Late) Th. Gobardhon Singh, Yaishkul Chingakham Leirak, Imphal West. Born on 16th June, 1949. Graduate. Diploma in Journalism and Film Appreciation Course, F.T.T.I. Pune (1985).

**Experiences :**

1. Served 25 years as Asst. Editor, Mass Media Cell Family Welfare Department.
2. Produced, Manipur Feature Film (Celluloid 35 mm) **Chinglensana** (1997). Awarded best Script
3. Produced, Manipuri Serials **Leiman Challabi**, DDK, Guwahati .
4. Produced, Tele Film, **Mangkhraba Mang**, DDK, Guwahati.
5. Produced, Documentary Film **Ngasigi Angang Hayenggi Samaj**, DDK, Imphal (Commissioned Programme).
6. Cultural Profile Manipur, DDK, Guwahati.
7. Martial Arts of Manipur, DDK, Guwahati.
8. Classical Dance of Manipur, DDK, Guwahati.
9. **Ningtambagidamak** (Royalty) DDK, Imphal.
10. **Totankham** (Commission Programme), PPC, Guwahati.
11. **Gobardhon** (First Doctor of Manipur) Commission Programme, 13 episodes, **PPC (NE) Guwahati.**

**Achievements & Award :**

1. **Asangba Sari** (Short Story) Awarded 1st prize in State Level Children Book Competition organised by Education Department of Manipur (1981).
2. **Ahanba Doctor Amasung Manipur**. Awarded 1st prize in State Level Children Book Competition organised by Education Department of Manipur (1982).
3. **Leiman Challabi**, (Radio Play) Awarded 2nd Best National Award (1987)
4. **Utangbi**, (Novel) Published (1991).
5. **Radio Natak Ahum.** (Radio Plays) Published (2001)
6. **Maru Hunba**, (Short Stories) Published (2001)
7. Award of Excellence by Friendship Forum of India (2007)